

# কিশি

ঙাগী যুম্বাল পুন্সি হায়বাসে
আচেৎপা কিশি অমগা চপ মান্নে।"

ওজিৎকুমার লুৱাংচা

# ꯈꯤꯂꯤ

(ꯁꯩꯔꯦ ꯃꯁꯦꯒꯤ ꯁꯩꯃꯇꯤꯕꯛ ꯇꯩꯁꯔꯤꯌ)

ꯄꯩꯇꯤꯄꯈꯨꯃꯦꯕ ꯇꯨꯁꯦꯌꯁꯦ




ꯄꯦꯠꯔꯤꯑꯣꯇꯤꯛ ꯔꯥꯏꯇꯔꯁ ꯐꯣꯔꯝ

ꯈꯣꯂꯃꯁꯩꯄ ꯇꯩꯃꯇꯃ ꯇꯩꯈꯣꯛ, ꯏꯝꯐꯥꯜ

# কিশি

*রারীমচা কুনমাখৈইনা লেংশিনবা লাইরিক*

অইবা - ওজিৎকুমার লুৱাংচা (ফোন নম্বর ঃ ৯৮৫৬১১৩৮৬৭)
নিউ-চেক্কোন, পুরানা রাজবরী-১
ইম্ফাল ইষ্ট - ৭৯৫০০১



অফোঙবা ঃ কোঙ্গেংবম থাবুং মীতৈ
রাংখৈ খুন্নৌ, চেক্কোন,
ইম্ফাল ইষ্ট।

মখুম য়েকপা ঃ মহেন্দ্র ইঙুদম, রাংখৈ মৈহৌবম লম্পাক।

অহানবা খুৎনম ঃ ২০১০

কোপি মশিং ঃ ৫০০

মমল ঃ লুপা ৯০



ফংফম ঃ পেট্রিওতিক রাইতর্স ফোরম অমদি অইবগী য়ুম

ময়েক শাগৎপা ঃ চবুংবম রোমী মীতৈ

লাইরিক অসি পেট্রিওতিক রাইতর্স ফোরমগী তরুকশুবা খুদোলনি।

---

Printed at : BUT Printers, Kanglapark, Imphal

# পারফকী ৱারোল

পেট্রিওতিক রাইতর্স ফোরম (পারফ) না লাইরিক নৈনবদা হেন্না মায় ওনশিল্লবসু লাইরিক পুথোকপগী চাংদি ইশোন শোঙ্বা নত্তে। লাইরিক নৈনবা অমদি লাইরিক পুথোকপা অনীসি পৈশা অমগী য়াওফম থোকপা মমায় অনী অদুনি হায়বা য়াই। তৎন-থান য়াদবা লিপুন অমদি হিরম অনীসিদা য়াওরি।

লিপুন অসিগী মখাদা পারফনা **কিশি** হায়না মীংথোনবা ৱারীমচা কুনমাইথোই য়াওবা অবুজম ওজিৎকুমার লুৱাংচাগী লাইরিক অসি পুথোকচবনি। ওজিৎকুমারগী অহানবা লাইরিক অসিনা পারফকীদি তরুকশুবা লাইরিক্নি। মহাক্কী ৱারীমচাশিং অসি হৌজিক ওইরিবা খুন্নাইগী মশক অসিদগী নাম্বোক্কুনা চেনখিনবা হোৎনদে। অহোইনদুম মহাক্কী ৱারীমচাশিং অসিনা খুন্নাই অসিদা অচৌবা পাউজেল অমা পীরি।

ওজিৎকুমার লুৱাংচাদগী চেষ্টরক্লিবা ৱারীমচাগী ঈচেল লেপ্তুনা চেষ্টরকপা ওইরসনু হায়জবগা লোয়ননা লাইরিক অসি মীয়ামগী খুৎতা শীন্নজরি।

৫।০১।২০১০
ইম্ফাল।

সৌবাম তোম্বা লুৱাং
প্রসিদেন্ট
পেট্রিওতিক রাইতর্স ফোরম

# অফোংবগী ৱারোল

অফোঙবা অমা ওইনা ফোঙদোক্লিংবা ৱাহৈদি মপান নাইদে অদুবু ফোঙদোকপা হৈতবগী অৱাবা অসিনা মপুং ফানা ফোঙদোকপদি ঙমহন্দে। অইবা অসি ঐগী পীক্লিঙৈদগী লোইনরক্লবা য়াম্না নুংশিরবা মরুপ অমা ওইরকপনা মাগী ইনিংবগী অনিংবা-অপাম্বা ইহুল অদু চপ চানা খঙঙি। মহৈরোয় ওইমীন্নরিঙৈদগী হৌনা ৱারী শৈরেং কয়া ইদুনা মেগাজিনদা ফোঙলকখি। লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদসু নুংতিগী অযুক্তা ফোঙবা পাউ-চেশিংদা য়াম্লবা ৱারী মচা, শৈরেংশিং ফোঙদুনা লাক্লি। মাগী খুৎই অসি মরুপ অমা ওইবগী নত্তনা অপাবা অমগী মীৎয়েংদা ওইরবসু য়াম্না নুংঙাইবা, কান্নবা, ৱাখল লৌশিং ওইগদবা মচাক য়াম্না য়াওই। মতম কুইনদগী মাগী মমল য়াম্লবা তাংলবা ৱারী মচাশিং অসি য়োকখৎনিংবগী অপাম্বা থম্মোয়দা ফাওদুনা লাকখি। অদুবু খুদোংচাদবা মরম খরদগী মতম শাংনা নিংজরক্লবসু লাইরিক অমা ওইনা চনশিনবদি ঙমদনা লাকখি। অদুবু ঙসিদি মপুগী থৌজালদগী নিংজবদু থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমজরে।

অরোইবদা, লাইরিক অসিবু পাবিরীবশিংগী মফমদা লাইরিক অসিনা মমল নাইদ্রবা ৱাখল লৌশিংগী পুক্কে অমা ফংহনবা ঙমগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। নিংজরিবসি অচুম্বা ওইরক্লবগীদমক মপু মঙোন্দা ঐগী খুৎশা মঙা-মঙা তরা লোন্নদুনা, পুক্লিংগী খুৎশা তরাগা লোয়ননা কোক নোন্না মপুগী মিংখৈ শোঞ্জরি।

৫।০১।২০১০

কোঞ্জেংবম থাবুং মিতৈ
ৱাংখৈ খুনৌ, চেক্কোন, ইম্ফাল ইষ্ট।

## ৱাহৈ অমা-নীদং

ইশামক্কা ইশাগী লাইরিকসিগী মতাংদা থোইনা ইফম থোক্তে। ইবসু ইজররোই তৌবতবু ৱারীমচাগী লাইরিকসে মতৌ করম্না ওইরকখিবনো হায়বদুগী মতাংদদি খরদং তেনতক্না লাইরিকসিবু পাবীরিবা খ্বাই তরাগী মফমদা খণ্ডহঞ্জবা পামজরকপদগী ৱাফম খরসে ইজবনি। মহৈরোয় ওইরিঙৈ মতমদগী হৌনা ৱারী / শৈরেং ইনিংবগী অকনবা অপাম্বা ঈহুল পুক্নিংদা পোক্লকপা হৌরকখি। মহৈলোয়শঙগী মেগাজিনদা ৱারীমচা / শৈরেং কয়া ফোঙদোকচখি। অকনবা লিচিং অমনা লংজিন ওইদুনা ইহিংবগী অপাম্বদি মাঙহনবা ঙমদবনা ঙসিসু নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা ফোঙলিবা পাউচেশিংদা মশিং য়াম্লবা ৱারীমচা / শৈরেংশিং খুদোল তমদুনা লাক্লি। নুংতিগী থেংনবা, মীৎনা উরকপা, নাকোংনা তারকপা ৱাফম মচা-মচাশিংনা তত্তনা ঐঙোন্দা কাইহৌদুনা ৱারীমচা / শৈরেং ইননবা মচাকশিং লেপনাইদনা শাফু কন্না পুক্নিং ৱাখলদা পীদুনা পুক্নিংবু ইখৌ লাংহল্লক্লি। পুক্নিংগী ৱাখল অমদি খুৎকী খোর্জে চান্নখিবনাব অনিংবসি নমথবা ঙমদে। মীংথোল ওইরিবা ৱারীমচা অসিদা নত্তনা লাইরিকসিদা য়াওরিবা অতোপ্পা ৱারীমচা কুনসিসু হান্ননা পাউচেশিংদা ফোঙদোকখ্রবা ৱারীমচা কয়ালক্তগী খনগৎচবনি। ঐগী ৱারীমচাশিংসিবু নুংশিবীদুনা লাইরিক ওইনা ওহ্থোকপীরিবা ঐগী নুংশিরবা মরুপ কোঞ্জেংবম থাবুং মীতৈগী তৌবিমল পুন্সিসিমগী ওইনা ঐগী ইফমদা কাউঙমদনা, শিংবা ঙমদনা লৈহৌরগনি।

পেট্রিওতিক রাইতর্স ফোরমগী মীৎয়েংখাদা, ফোরম অসিগী তরুকশুবা লাইরিক ওইনা পুথোকচরিবা ৱারীমচাগী লাইরিক্নি **কিশি**। লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা ৱাবীখিবা চেনবী চোংবিখিবা ফোরম অসিগী মরুপ-মপাংশিংগী মফমদসু নুংঙাইবা শরুক তমজরি।

লাইরিক অসিবু চেকশিন্না শেমগৎ-শাগৎপীরকপা, মরুওইবা থৌদাং লৌবিরিবা বট প্রিন্টরসকী ইচিল-ইনাওশিংগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মরুওইনা ময়েক শাগৎপীবা চবুংবম রোমী মীতৈ অমদি অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা আর.কে. তারজিৎ। লাইরিকসে ওইদবা য়াদে হায়দুনা চেনবী চোংবীখিবা ঐগী মরুপ গুরুময়ুম জুগেশ্বর শর্ম্ম অমদি মুক্তারে অতিফকী মতেংসু মতম চুপ্পগী ওইনা তোনশিঞ্জরে।

অরোইবদা, লাইরিক অসিবু হেন্না মশক-মচু থোকহন্নবা অপাবশিংদগী পীবিবকপা মমল য়াম্লবা পাউতাকশিং মতম পুম্বদা লৌশিন্নবা থৌবাংনা ঙাইজরি।

৫।০১।২০১০ অইবা
ইম্ফাল। ওজিৎকুমার লুৱাংচা

## করিগুম্বা অমতং

মরক মরক্তা হেক হেক থেংনৈ ঐগী মরুপ ওজিৎকুমার লুৱাংচাগী ৱারী-মচা খবরগী কলমদা য়াওরকপাদা থোয়না পুক্লিং চঙলুদে। অদুবু নোংমা কুইদ্রি ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্না ঐঙোন্দা মশানা ইদুনা খবরদা ফোঙথ্রবা ৱারী মচা খুদিংমক ফাইল অনীদা হাপ্তুনা পাননবা পীরকউ। ঐদি ইচম চম্না পারুই, অদুবু ঐগী মরুপকী সাহিত্যাদি মপান নাইরমদ্রে, ইরৈ কল্লবা ইচেল কয়াদগীসু শরুক লিশিং হেন্না চেষ্টরম্লে। ঐ তশেংনা ঙকখি। ৱারীনি হায়দুনা পাবা নুংঙাইনবা পংই ইবা মশানা পংথাদা থাগৎপা ওইরমদ্রে। মীওইবা অমগী পুন্সিদা থোকপা থৌদোক ৱাথোক ওইরকপা য়াবা কয়া অশেংবদা য়ুমফম ওইবা ৱারী মচা ঙাক্তা ওইরমখি। মসিদবু কনানা ঙক্লোই। মরমদি মা ঐদি ফিল্ম অমসুং ঈশৈদা ঙাওজবনি নৈনজবনি। অদুবু মহাক্তি সমাজ অমদি মীওইবা কয়াগী পুন্সিবু নৈনরম্লে।

ঐনা পারুরিবা মহাক্কী ৱারীমচাশিংসে লাইরিক ওইনা ফোঙলগনি হায়রকপদা ঐ ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাই। চাওথোকচৈ মহাক্কুম্বা ঐগী মরুপ অমা ওইনা লৈজবা।

অইবা কয়াগী ৱারী মচা, ৱারেং কয়া পাখ্রে লোয়না নুংঙাইখি, পাবা তনবসু অদুম ওইখি। অদুবু হন্দক্কী ঐগী মরুপকী কিশি সিমদি অচম্বা কিশি নত্তে সমাজ অমসুং মীওইবগী পুন্সিদা কিবা কিশিদুনি ওজিৎকুমার লুৱাংচানা ৱারীমচাসিগী লাইরিকসিদা কিগদৌরিবা কিশি।

জুগেশ্বর শর্ম্মা
ফিল্ম মেকর
ব্রহ্মপুর নহাবম, বামোন লৈকাই
ইম্ফাল ইষ্ট।

৫।০১।২০১০
ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকপা

# কিশি

**চাউরবা** য়ুমজাওনি। পোখা-নফম ওইরিবা কা অদুগী পাক্লবা ফক্লাংদু নীংথিনা শগুলবা হঙ্গাম-মপাল মচুনা লৈতেং হাপ্লি। য়াল্লিবা সনা মচুগী ফক্লাং ঘডীদুনা অয়ুক্কী পুং তরেৎ তাখ্রে তাক্লবগী ইঙ্গিৎ পীদুনা খীংলকই। শ্যাম অয়ুক্কী পাউচে পাবন্নদগী, চা থক্লিংলক্তুনা মাগী লোয়নবী থাদোইদা ওনশিল্লকই,

— ঐবু ঙসিদি চা থক্নবকা ফংলোইদৌবিবরো ? থাদোই নঙনা তনবসিমসু খীৎ হেনমনখ্রে! য়েংঙুনে অয়ুক্কী পুং ৭ তাখ্রসিফাও ঐবু চা কপ্ অমত্তা ফংদ্রিশিবু হৌনরিববা হায়বা ?

— (থাদোই মচীন শেংনা-শেংনা) করিনো হায়বীবিদুবু, ফিভম্সিদা করিবুনো হৌনবা-হৌনদবা হায়বা অমমুক্ খায়বীবিবসিবু। ঐসে য়াহৌ থেংলে খঙলিবনি, খরসু ঙাইথোক্-ঙাইশিন তৌনববু কয়াম ঙাইঙমদ্রবনো ? ঐসু থাওইননা তৌবমক্তি নৎচদেদনা। ঙবাং অহিংগী ডি. ডি. নেম্লেলগী ফ্রাইদে হাউসফুল ফিল্মদো নুংঙাইমনখ্রদুনা লোইবফাওবা ঐদি য়েংথোক্লুরে, তুম্বদা পুং ১ হেল্লবনি অদুননে!

— নঙগী ব্রাতসিদি থাদোই নুমিৎ তাখিবনা মহাল্লি হায়দু হেক্ মতাদৌরি, ঐনা থুনিংলিসিগা, নঙনা তপ্চনিংলিংসিগা!

— করিবুনো ? প্রামান-ও, পাছ্বে-ও অদুক্ থৈয়াইবীরিদুবু?

— আং, ঐনা হায়বদি, ঐনা ঙসি চৎকদৌরিবসে চেন্নাইদনি, কক্চিংদা নত্তে হায়বা, মদুসু নুংথিলগী পুং ১ নংননবা এয়রপোর্টতা রিপোর্ট তৌরুগদৌরিবা। হো! নঙগী মতমদুনদি ফ্লাইটতো ঐগীদমক্তা ঙাইবীয়োদি য়াবিরোই হায়জরিবা।

— করিনো হায়বিরিদুবু ? ঙবাংতনি সিংগাপুরদগী থুংলরিবা! হেক্তা হাথু-হাথুরিবা ? নোংমা-নিনিতা নে-না তানা পোখাবিরগা ইং-চীক্লা নঙগী চেন্নাইদো চৎপিবা য়াররোই হায়রিবরো ?

— নঙগী হৌনবী থাদোই, হান্না হেক্তা নিংদোল পোম্খিনু, ঐগীসে শিন্না-য়াদ তৌরিনি। ঐনাসু হেন্না চৎনিংবা নত্তে। ঐসু য়ুম্‌সিদা, নঙগী ননাক্তা পোথানিংলিবনি, নঙবু য়েংনিংলিবনি, নুংশিনিংলিবনি। অদুবু ঐনা চেন্নাইদা চৎতুনা শরুক্ য়ারুগদৌরিবা মীটিং অসিসু অচম্বা অমদি নৎত্রি। কম্পনিগী মরুওইবদু খক্তসু নৎত্রি ঐনা মতম্ কুইন্‌দগী মংজরক্‌পা দ্রিম্ প্রোজেক্ট অদুসু মংফাওনবা য়ানা লৈবি। ঐগী দ্রিম্ প্রোজেক্টসিদা পৈশা থাদবিয়ু হায়বদগী য়াবীদুনা হৌজিক্ হৌজিক্ ডুবাইদগী লাক্‌পা ডেলিগেটশিং চেন্নাইদা থুংদুনা লৈরবনি। অদুনা ঐগী প্রোজেক্ট অসিগী ফাইনান্সর ওইগদৌরিবা মখোইশিংদুগা ডিল অসিগী রাবোইশিন অমা পুরক্‌নবা ডিদ সাইন্দ অমা তৌনহৌগদৌরিবনি।

মখোয়শিংদুগা করিগুম্বা উন্নহৌদ্রবদি ঐগী দ্রিম্-প্রোজেক্ট অসে ঈশিংদা থুম্না মাঙখিবগুম্ অবেম্বা তারনি। ঐনা মতম্ কয়াদগী হোৎনজবক্‌পা পুম্বা নিংবা কায়বা তাবনি। অদুনা রারবসু রানা চৎকদৌরিবা খোঙচৎসে ঐগীদি য়াম্না মরুওইবা, পুন্সিগী মশক অমা লেপ্‌কদৌরিবা অরুবা খোঙচৎ অমসু ওইরিবনি থাদোই?

— (নোক্লিংদবা মীনোক্ অমা নোক্লদুনা থাদোই) নঙগীসিদি চখোক্লা-চৎশিনগদা অহল ওইবনা হাল্লি হায়দুনি। ঐসিনা য়ুম্‌জাউ অসিগী ফক্লাং ঘড়ীসিগা করিবু খেন্নরিবগে ? মাসু মতোম্‌তা পংচৎ চৎপনি, ঐসু ইতোম্‌তা পংহীং হীংবনি। ফরেনে হন্দক্কী খোঙচৎসিনা চাউরাক্‌না নুমিৎ কয়ানিমুক্তি চংলবা য়াবা ?

— তাংদাংবা হায়বা ঙমদে, অদুসু শাংলবদা রান রীক্‌কুম্বদি এক্সপেক্ তৌই !

— রান রীক্ অমগা ঙাইবসে এক্সটেন্দ তৌবা তারবা! ঐগী অরাবসিদি নহাক্না খঙবিপোৎ নত্তে। করিগুম্বা নঙনা নুপী ওইরম্লগতা খঙগদৌরিবনি নুপী ওইবীগী অরাবসে! ঐসে ইচা থোইবী অমত্তা পাম্মে। খঙদে ঐগী ইরাইবক্‌সিদা তম্বীদ্রবরা কৈনো ? নোংমত্তসু চনীং তানা লৈমিন্নবা ফংদে।

— (হাইরপ্ নোক্লদুনা) থাদোই ঐখোয় হৌজিক্ অহল ওইদ্রি, মদুগী মতম্ মরাং কায়না লৈরি। ঐসে ননাক্তদগী হেন্দোক্লে হায়দুনা নঙনা তাল্লক্‌পা মতাংসু লাক্‌খিনিদা। অদো ফরে নঙ চাদো খরা থুনা মহাও লৈনা অমুক্তা লোল্লকউ, নঙগী খুৎকী চাসে মফম্ অতৈদা ফংঙোইদৌবনিনা, অমুক্তং পেন্না থক্‌খিগে চা হেক্ লোইবগা চাক্ অমুক থৌরাং তৌ। নঙগী ওফিসকদো ঙসিদি খরা চোহুনা চৎলু, ঐনা পুগদৌবা পোৎলম্‌শিং মফম্-মরাং অমত্তা খঙদ্রি নঙ খরা য়েংশিল্লম্মু। ঐ ঙা মচা অমত্তা য়েংলুখিগে, ঙসিদি হাওনা চামিন্নসি।

— অদো তৌবত্তবু হন্দক্কী খোঙচৎসে হল্লক্কবমতুংদদি চয়োল অমত্তা ওইরবসু য়ুমদা পোত্থাবিয়ু, ঐনা হায়জরিবসিনি মাংজৌননা রামাং য়ানজহৌরিবসিনি, পোত্থাবিদবা য়াদবনি ...

---

ঐগী থবক্লা ইকোক, মীগী ওইরগনা ইমৈ, মসিবু কয়াম কুইনা চৎনবা য়াগনি।

— হোইনে, হোইনে, ঐনা হল্লকপগা নঙগী চাদুত্তা ফংহল্লু! (শ্যাম্ কোঞ্চোংলোম্দা থোক্খি, থাদোই চাকশঙলোম্দা চংখি)।

শ্যাম অমদি থাদোই লৌনা-লৈনরক্খিবা ওসিদি চহী তরা মপুং ফারক্লে। মখোয় অনী কলেজ পুন্সিদগী শক্খঙ মায়খঙনদুনা নুংশি লম্বীসিদা খোঙদামিন্নরক্পনি। পী. দব্লিয়ু. ডি. দা য়ু. দি. সি. ওইনা থবক্ তৌবী থাদোইনা হৌখিবা চহী নিপাল অসি মপুরোইবগী নুংশিবা ফংদনা ৱানা চাক্না লেল্লক্লি।

শ্যাম্না মাগী কম্পনি লিংখ্রিবঁগী মমাং চহী অনীমুক্তি, থাদোইগা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নখি। মখোয় অনীগী নুংঙাইবা পুন্সি মহীংদু অতিয়াগী লৈকোলগুম্ নিংথিজখি। অদুবু কম্পনি লিংলবা মতুংদদি শ্যাম্গী মতম্ অয়াম্বা টুর অমদি কম্পনিগী ৱার্কতা খোইজংদুনা লাইনিং ওইখিবদগী থাদোই নিংবা কায়খি। নুপী হায়বসি মহৌশানা নুংশি মীৎয়েংখাদা হীংনিংঙি, মবমদি মখোয়সে ইমোস্নেল যাম্না চাউগল্লি। মখোযদা উৎখিবা নুংশিবগী চাং অদুদগী হন্থবা মখোয়গী ৱাখলদা নুংঙাইজদে। ফনা লুবা ওইরবসু শ্যাম্গী মফম্দা মহাক্ নোংমা-নোংমগী ৱাবৌবা হেনগৎলক্ই। মখোয় অনিগী নুংশি খুদোল ওইনা অমত্তা ফংজবা মচানুপাদু ওসিদি চহী নিপাল মপুং ফাবক্লে। থাদোইনদি মচানুপী অমসু পাম্জবনি অদুবু শ্যাম্ মতম্ লৈতবা হায়গদ্রা, লাইথোক্পা হায়গদ্রা থাদোইগা লৈমিন্নদুনা থাদোইগী মনিং থুংহনবসু ঙমদ্রি। মতম্ শংদবখক্তী ৱাফম্ নত্তনা শ্যাম্ অদুগুম্বা ৱাফম্দুদা মপুক্রিং চংবা ঙমদে, মরমদি মহাক্কী কনসেনট্রেসন পুম্বা মহাক্কী থবক্তা থাদবা পাম্মী। মপুং ফানা থবক্লোম্দা চাম্মদা-চাম্মা মাইওন ওনবা পাম্মী। অদুনা মরম্ ওইরগা শ্যাম্ মতম্ শাংনা শাংনা থাদোইবু নাইতোম্ থাদোক্লুনা থনম্মী। মতম্ লেনফম্ খঙদবদগী মহাক্ ককক্ঙাউনবক্ই। অরেম্বা অমদি অহাংবা মীগী কোক্তা ৱাখল মরাং-মরাংলক্ই হায়নবগুম্ থাদোই ওসিদি মাবু কোইশিন্দুনা অমদি মরুপ্ ওইদুনা হীংমিন্নরিবা অবেম্বা অমদি অহাংবা মতম্না মাগী ৱাখল বুদ্ধি তাক্হনখিদুনা য়ু থক্লক্ই, জুৱার শান্নরক্ই, নুপা নহা শঙ্গা চাউখৎলক্ই।

মহৌশানা ওফিস হায়বসে ওক্তবগী মকোন্নি। ওফিস পুম্বগী ৱাফম্বুদি নত্তে। য়ু থক্পা তম্নীবা, জুৱার শান্নবদা লাইচুহনবা, নুপা-নুপীগী ফত্তবা শঙ্গা তৌবা হৈহল্লকপা হায়বসি ওফিসতগী থোরক্পনা অয়াম্বনি। অসিগুম্বদা ঙাউজবা অমদি লাইচুবা মীওইশিংগী মশীং ওফিস অয়াম্বদা ৱাৎতে। পোথাফম্ থীরিবা মীশিংনা মসে পোথফম্লি হায়না খল্লি। মসিনা মপুন্সি চুপ্পা মঙক্তা থৌরী থুদুনা পাৎথি-কোমথি য়ৌনা চীংথরক্কনি হায়বা খঙবা ঙম্নদে। অপাম্বগী ময়াইনা অতৈদা থোক্শ্লবা থৌদোক্শিংদগী পারাসু তম্লিংদে। মসে মীৎনা উনা, নাকোংনা তানা ৱাখলনা খঙনা-খঙনা ইশানা ইশাগীদমক্ থিজরীবা মাঙফম্লি, মুৎফম্লি, মোংফম্লি। মতৌ অসুম্না লাইরিক্ লাইসুদা হৈথোই শীংথোইরক্পী, মঙাল ফরক্পী থাদোইসু পোথাফম / মতম্ লেনফম্ থীরক্পদা মাগী

শঙ্গাশিং অদুনা মহাক্পুসু মফম্ অসি য়ৌনবা পুশিল্লক্খিবনি। মহাক্কী মবুধি মরৌশিং পুন্না মাঙ তাকহনখিবনি, নিষাদা লাইচুহনখিবনি, জুব্বারদা ঙাউচংনহনখিবনি, এডিক্ ওইহনখিবনি। ফত্তবা অমোংপা শঙ্গনা ফত্তবা অমোংপা লম্বীদা চিংশিল্লি হায়নবদু মঙোন্দা থোক্লিবসিনা ওইররি মীংনা উবা খুদম।

থাদোই ঙসিদি নোংমত্তা য়ু গ্লাস অমত্তা ওইরবসু থক্হৌদ্রবদি লৈবা ঙমদ্রে, জুব্বার শান্নহৌদ্রবদি অহিং তুন্না য়াদ্রে, লোটরি কক্হৌদ্রবদি অঙাওবী হায়বদো ওইরক্লি। মহাক্কী অসিগুম্বা অহোংবা লীচৎ অসিনা মহাক্কী থাগী তলবতগী হেন্দোক্লুনা ইমুং-মনুংগী পোৎ-চৈ ফাওবা শোক্চিল্লক্ই। কনাগী সনা-লুপা, লীক্-লৈ, কায়থরক্ই, বেঙ্ক বেলেন্স তাক্শিল্লক্ই। অসিগুম্বা অহোংবা মশক্ অসি খজিক্-খজিক্তগী ইফোং ফোংলক্ই, শ্যাম মাগী নুপীগী লমচৎতা চীংনবা হেনগৎলকই। মহৌশাগা ইমান মান্নদবা থাদোইগী মতৌসিনা ওইরক্লিবা ফিভমদু শ্যাম ভাব তারক্ই। ইংনা চীক্না নুংশি চান্ননা পাল্লম্বা ইমুং অদু শান্তি মাঙশিল্লক্ই, লানবুং ওল্লক্ই। ঙসিদি জুব্বার অমদি য়ুগী ময়াইদা লাইচুরবা থাদোই অফ-ফত্তা অমত্তা উখিদ্রে, তাখিদ্রে, খনখিদ্রে। হেন্না-হেন্না থিংবা ঙমদ্রবা মায়কৈদুদা চংশিল্লক্ই। পোৎ খুদিংমক্কী ঙমখৈ অমমম্দি লৈ, মদু খঙনা কন্ট্রোল তৌহৌবা / ৱারক্হৌবা / শেন্নহৌবা দরকার ওই। অদুবু ওফিসকী থবক্তা মাইওল্লিঙৈদা, ইমুংগী মরমদা খলহৌ, য়েংহৌদবনা ঙসিদি থাদোইবু শ্যাম্না কন্ট্রোল তৌনবগী মতমদু হেন্দোক্খ্রবনা, কন্ট্রোল তৌবা হায়বসে ওইথোক্রুবা ফিভম্লোম্দা হেন্না ময়েক্ শেংবা হেল্লক্ই। মাগী নুপীগী মাঙথরক্লিবা লীচৎ-শাজৎ, হৌনা লোনচৎতু খাঙবা ঙন্নক্রুদুনা শ্যাম্ ঙসিদি থাদোইবু ফুরক্ই, মখুৎ থারক্পা হৌরকই। নহান মখেগা মান্নদবা মাগী নুপীগী অশাউবা অমদি মরীল খাবা মতৌ অদু উবদা শ্যাম্ কোক্থক্তা ব্রজ তাবগুম্ থোক্ই। মহৌশাদি থাদোই য়াম্না ইং-তপ্চবী, মেংজবী, ৱাহে-খোন্দা ফজবী, ইমুংগী নুপী অমা হায়বদো ওইরম্বনি। হায়না-তান্না য়ারম্মী, মাগী নুপাবু কীনা চৎচবী ওইরম্মী। অদুনা কৈদৌনুংদসু মমাংদা অমুক্তা অসিগুম্বা থাদোইগী মশক্ অসে শ্যাম্না উখিদ্রি। নোংমতসু মঙোন্দা খুৎ থাখিদ্রি অদুবু ঙসিদি ফিভম্না খুৎ-ফাওবা থারে। খুৎ থার হায়দুনসু শ্যাম্ নিংঙম্দবা কয়া ফাওদবদি নত্তে। পুর্ণিমাগী থাবলগুম্ নুংশিনা য়েংজরক্খিবনি, মনম্ নুংশিবা গুলাপ্কুম্ ঙাউজরক্খিবনি। ৱাফমদু মৈরীক্পীদগী মৈজাওবী ওল্লক্ই, হেন্না-হেন্না মৈনা ফবা হেনগৎলক্ই। লৈকাই মমাং থোক্লিঙৈ, কোছোং, কুম্মৈ ওইদ্রিঙৈ শ্যাম, ময়ুম্-মকৈ, লন-থুম্ পুন্না থাগী নুপীদা শীন্নরম্লগা অমুক্ হন্না হল্লক্রোইদৌবা খোঙলৈ অমদা চৎখ্রে। মসিবু কয়াম্ চুন্নিবগে, ৱাফম্সে মীগী চীন্দা ৱাই চাইনখি। মসিনা করম্না চাংয়েংবু ওইরিগবা মতৈ-মনাওগী মরক্তা। শ্যাম্গী অসিগুম্বা থৌওং অসিনা থাদোই, নুপী ওইবিগী কিফম থোক্পা কিশি অদুদগী নোংমা-নোংমগী কোম্থোরক্লি। মফম্দা মদুনা হেন্না মনিং তম্জবা নুংঙাইজবা হেনগৎলক্লিবমখৈ মহাক্ হেন্না-হেন্না মোৎথরক্ই, মাঙথরক্ই, পৎথরক্ই। পৃথিবীদা

ওইদবা ৱাঙাং খরা ঙাংখিবদি য়াম্না লুদে, লুরিবদি মাইথোঙগী মচু লোৎপদুনি।

খ্বাইদগী হেন্না ফজবা লৈবাক্ অমনি হায়না শীংথানরিবা রোম্ সিটি অহিং অমত্তদা শাখিবা নত্তে। থাদোইগী ঙসি ওইরিবা ফিভমসু মদুমঙাই নোংমদা ওইখিবদি নত্তে। মতম্ চংখি, চহী ওনখি, চহী নিপালনি নিপাল ওমদুনা থল্লক্খিবা নাইতোম তাবা পুন্সিদো, মৈ ইক্কুনা পেন্দবদো থম্মোয়নুংদা। মদো ঙসিদি মকা-ফোংনা পোকথায়রক্খিবা মীকুপ্পুদগীনি থাদোইগী ঙসিগী শক্তম্। নুপী অমনা মাগী নুপাগী মফম্দগী মপানথোংগী ওইবা লন-থুম্, ফিজেৎ-লৈতেংদুখক্তা পাম্দে। চান-থক্লবা ব্বাৎতবা অদুখক্তসু নিংদে। মাগী নুপাগা লোইননা কোইমিন্নবা, থম্মোয়গী ব্বা খঙনবা, নুংঙাইবা ব্বারী শান্নবা, চামিন থক্মিন্নবা, শম্না হায়রবদা মাগী নুপাদুগী নুংশি মীৎয়েংখাদা পুক্নিংগী অপাম্বদো ফংনবা নুপা ওইবশিংদগী নুপা ওইবগী নুংশিবদো পাম্মী। নুপা-নুপীনা ইতে-ইনাও ওইনা য়ুম্ লীংমীন্নবা তারবদি পীনা-পাগী, পানা-পীগী অনীংবা অপাম্বা মশক্ খঙনা চৎনবা তঙাইফদে। মদু খঙনা চৎনরবদি ইমুংদু শান্তি লৈ, লৈমিন্নবা নুংঙাই, ব্বাখল থোক্ই, হরাও-তয়াম্মী। পী-পানা খৎনরিবা, উংখৎনরিবা, য়ুম্ কায়নরিবা, ব্বাথোক্ ওইনরিবা পুন্বসে অসিগুম্বা লোনচংসে খঙনা চৎনদবগী খুদম্নি, শ্যাম্গী ইমুং কায়খিবগী অচৌবা মরমসু মসিনি। শ্যাম্ কৈদৌনুংদা থাদোইগী অনীংবা-অপাম্বদু খঙনবা হোৎনরুদে। মহাক্কী নুপীনা মঙোন্দগী করি পাম্মী হায়বসে মহাক্ খঙ্করুদে। মহাক্কী নুপীগী অহোংবদসু মা কুপ্থরুদে। ''চেৎশিল্ল-চেৎশিল্লগা চেখায়রক্ই, কোম্থোক্লা-কোম্থোক্লগা লাক্থবক্ই'' হায়বসে খঙলবা মতুংদা শ্যাম্ মশাগী মরাল চাউনা য়াওরি হায়বা খঙজবক্খি। মহাক্ মহাক্কী নুপীবুদি য়াম্না নুংশি। ফিভম্ অমত্তদা থদোক্পা পাম্দে। ঙসি ফাওবদা মহাক্ মহাক্কী নুপী নত্তনা কনাগুম্বী লম্নানবী অমত্তগা করিগুম্বা মখল অমত্তগী মরী থল্লক্লি, থম্গে হায়নসু খন্দে। মসিনা মানা মাগী নুপীবু কদাইফাও নুংশিজবগে হায়বদুগী খুদম্ ওইরি। মহাক্না ঙাইরি অমম্বা অহিংদুনা অঙানবা অয়ুক্ অমুক্ ওইরক্পদু।

অসুম্না মমা-মপা ওইবশিংনা খৎনবা, শাউনবা, খাইনবা অমদি মরম্ চাদবা থবক্ থৌরম্শিং মচাশিংগী মমাংদা তত্তনা উহল্লবদি মদুনা অঙাং ওইরিবা, ব্বাখল নৌরিবশিংদা অকনবা চৈফু ফংহল্লি। মখোয়নিগী চহী নিপালতা ঙাইরিবা মচানুপাদসু মদুগী চৈথেংদু ফংলি। লাইরিক্ লাইশু ফরম্বদগী, পরিক্ষা ফেল ওইশিল্লক্ই, শোঙ্করক্ই। ব্বাখল লৌশিং হঙ্করক্ই, তৌনিং, হৈনীংবা পুম্বা মাঙথরক্ই। মদুগী চৈথেংসু তশেংনা থাদোইগী ব্বাখল-পুক্নিংদা মৈব্বাইরক্ই। ব্বারগী মৈরীনা ফজনা চাক্লবা অমদি য়ুগী ময়াইনা ফজনা লাকহৎলবা থাদোইগী মোরেল নোংমা নোংমগী কায়থবক্ই। য়ুম্গী অরু-অহেনগী পোৎচৈশিং ফাওবা মাঙ-তাক্লবদা, মচাগীদমক্ তুংশিনবীবা বেঙ্ক বেলেন্স অমদি ফিক্স ডিপোজিৎ ফাওবা কায়বা য়োনবগী ব্বাখলনা লাকহৎলক্লবদা মাগী থম্মোয়গী মীৎ পাংলক্খিবনি। মতমদুদা মাগী জ্ঞান লাক্লবসু লেপ্পল্লিবা খোঙফম অদুদি ফিভম্ চারমদ্রে। নীংখায়দৌ ঙাইদুনা লৈরম্লবা মাগী য়ুম্বাল পুন্সিদো কন্ননবা মহাক্ মখা তানা মাঙখ্রবা লন-থুম্শিং অদো হনগৎলক্লবদি হায়দুনা মখা তানা হোৎনরক্খিবনি। মদুগী মহৈদি করিসু ওইখিদে।

মচাগী মীনুংশিসু লৈখা তারবী, মচানা নুংশিবা ঙম্লরোইদৌবা মমা হায়বদু ওইরক্ই। নোংমা-নোংমগী মরিসু লাপ্লবা হেল্লক্ই। ময়ুম্ ইংখোল বন্ধোপ্ থম্দুনা অরোইবী লাঞ্জং চংলক্ই। হূনগৎপগী মহুৎ নরকী কোম্দুদা অসুম্-অসুম্ পুথদুনা মগুক্ য়ৌরক্ই। মচাগী অচা-অথক্ ফাওবা লৈবীনবা পৈশা মীঙোন্দগী নীবা তারক্ই। থাদোই ঙসিদি নিংঙম্দবা অমদি নীংবা কায়বগী পল্লোন লোল্লক্ই। মপুরোইববু খঙনিং নীংশিংলক্ই, নুংশিরক্ই। জ্বাব শান্নবদা কনাসু নুংঙাইখিদে। য়ু থক্পনা পুক্নিবু হাৎলিবনি, জ্বার শান্নবনা পুক্নিগী নুংঙাইববু য়োল্লিবনি। জ্বার শান্নদবা শীল্লি-লাংলিবা মখোয়তনি নুংঙাইদৌবা। জ্বারনা মীওইবা ঐখোয়বু মীহৌবা পোক্হল্লি। মদুগী মীহৌবদুননি মমৈদা মমৈ চপ্তুনা মীওইবা ঐখোয়বু মীনাই ওইহল্লিবসু।

থাদোই ঙসিদি মচাগী মফি-মরোল শিনবীবা ঙমদ্রে, স্কুলগী ফী, গাড়ীগী ফী, লাইরিক্ লাইশুগী অৱাৎ-অপা হূনবা ঙমদ্রে। নোংমদা চরা মরী-মরী চারম্বা মচাদো চারা অনীসুনা, মদুদসু মবুক্ থন্না পীজবা ঙমদ্রে। কোক্চাউবী কাদুনা বীভুলা চুবী হায়নবদো ওইরক্ই। অসুম্ -অসুম্ মাগী ৱাখল শোক্হরক্ই, পীকথরক্ই। মহাক্ তাইবংসিদা হীংদুনা লৈবা পাল্লক্রে। মহাক্ মশানা মশাবু মরালনা মপোৎ ফারবীনি খঞরক্পা মীকুপ্তা, মশা মথক্তা কেরোসিন হৈজিঞ্জদুনা মৈ থাদুনা শিজগে থৌরাংলক্পা মীকুপ্তুদনি, পুলিস গাড়ী অমগা লোয়ননা মহাক্না য়ুম্ ইংখোল বন্ধোপ্ থল্লুবা মহাজন্দুনা থোঙ থিল্লক্খিবদু। শেল শিংদোক্লবগী থানখিবা মতমদু হেন্দোক্লফাওবা থাদোইনা শেলদু শিংদোক্তবদগী য়ুম্ ইংখোল অনীমক্ মখোয়না থাদোইগী মফম্দগী লৌশিনবা লাক্লিবনি। ৱাদুনা থাদোইবু নুংফুংনহল্লক্ই, হীংসি হীংফম্ লৈত্রে, শিরসি মচাদুনা কম্দৌহৌবা, ৱাখলসিনা মকোক্থক্তা ব্রজ তারক্পগুম্ মখোল হৌনা কপ্খৎলক্ই। মহাজনদুগী মখোঙ পায়দুনা মতম্ খরগা পীবিনবা হায়জে। থৌজাল হৈত্রবা মহাজন্দুনা নুংশি হৈতনা থাদোইবু ইছোরক্ই। মীকুপ্ অদুদা মপালদগী মশা য়াম্না নানবা নুপা অমা অমুবা বেগ্ অমা পায়দুনা চংলক্ই। মহাজন্দুদা বেগ্তু লংশিল্লি অদুগা হায়রক্ই, "মশীং শুরবরা থীযু অদুগা চে-চাং পুম্নমক্ ঐঙোন্দা পীরক্উ"। মহাজন্দু ৱা-লাং ঙাংদনা পৈশা মশীং থী, অদুগা চে-চাংদু নুপাদুদা খুৎশিন্নদুনা চৎখ্রে। ঙসিদি থাদোই য়াম্না নিংঙম্লক্রে, মানা তাথিবিশ্রবা মাগী নুপানা ঙসিদি মাগী ইজ্জৎ অমুক্ হন্না কল্লরে। মরী হায়বসি মসিবু কৌই, অমনা অমগী অৱাবদা কন্নগদবনি, অৱাবা তানফম্দা অমত্তা ওইগদৌবনি, ফনা নুংঙাইনদবা মখোয়গী মরক্তা লৈদুনসু, মসিবু কৌই ইতৈ-ইনাওগী মরী। পীরাংনা লুপ্লবা থাদোই শ্যামগী খোঙ কোন্দুনা মরাল ঙাক্পীনবা হায়জে। শ্যাম্ মোমোন নোক্লগা থাদোইবু কোনখৎতুনা মরাইবক্তা চুপ্লিদুনা হায়রক্ই।

শ্যাম- থাদোই, অনৌবা মপোক্সে নঙগীতা নৎতে ঐগীসুনি। পুম্নমক নঙগী নরাল ঙাক্তনি হায়দুনা ঐনা কৈদৌনুংদা খনবা তৌখিদে। ঐগীসু অচৌবা ইরাল অমদি য়াওরিবনি। পী-পাগী য়ুম্বাল পুক্নি হায়বসে অচেৎপা "কিশি" অমগা

চপ্ মান্নে। নঙগী পুক্লিং, ব্রাখল, অপাম্বু ঐনা লাইথোক্লুবনা, য়ুম্ পানমীন্নবদা পুক্লিং অনীগী অপাম্-পাম্দা খঙনা চৎমিন্নবা তঙাইফদে হায়বসে ঐনা খন্থরুদবনা "কিশি" অসে নোংমা নোংমগী কোম্থোরক্খিবনি। য়ুম্বাল পুম্বি হায়বসিদি থবক্ শুবা খক্তনা য়াদে। পী-পা অনীদুগী অফবা মরী অদুসু ঙাক্তুনা থম্বা তাই। ঐসু ঙসিদি খঙলে ব্রাফম্সে, নঙসু ঐবু ব্রারৌরগনুকো!

থাদোই - নত্তে, নত্তে অদুম্না তাক্পীগনু, ইরালনা ইপোৎ ফারবী তোল্লবী ঐগী ইফম্দা অদুম্না তাক্পীগনু। নুপী ওইবীগী লৈইবু ব্রাংমা লাল্লুবা, তৌহৈদবা কয়া তৌরুরবী ঐনি। ঐগী ইরালসে ঙাক্পীফম থোক্লবা ইরালনি হায়বা ঐ খঙনা খঙনা, ঐনা নখুয়াদা তুদুনা হায়জরি ঐবু অমুক্তা চানবীয়ু।

শ্যাম্- মসে নঙগীসু ঐগীসু ঐখোয় অনীমক্কী ইরালনি। মসিদি নঙ ঐতনা থম্মোয়-থম্মোয় তিন্ননা, ব্রাখল পুক্লিং খঙননা লৈমিন্নরবা মতমদুদতা ঐখোয়নীমক্কী ইরালসে মপু মহাক্লা ঙাক্পীগনি। মপু মঙোন্দদি মীনম্বা য়াদবনি, মহাক্তি থৌজালগী ঈপাক্নি।

থাদোই - ঐ হৌজিক্তা নিংঙল্লক্তে, ঐগী ঙৈহাক্কী ওইবা ব্রাখলনা নম্হৎখিদুনা, নঙোন্দা মীনম্খি, নঙবু নম্হৎখি। ফৎখিদ্রবা ঐগী শঙ্গাবু ঐনা ঐগী লৈতেংনি খনখি। ঐগী ওইরিবা নঙবুনা ঐগী য়েক্লবা ওইনা উখি। ঐখোয় অনীগী মরক্তা কিদুনা থম্লম্বা থাজনবা থম্মোয়-থম্মোয় অনীগী "কিশিদু" ঐনা কোম্থোকলুই। মদুগী মহৈনি ঐনা পুম্নমক্ মাঙলুরীবা, ঐতা নত্তনা নঙবুসু ঐনা কয়াদা ব্রাহল্লবা, নুংশিরবা ইচাগী পুম্বিবুসু কাং-খোঙ চাইহল্লেদো (কপ্পী)।

শ্যাম্- মদো খল্লুরগনু হায়বা, হৌখ্রবদি হৌখ্রে, মসে ঐখোয়নীগী "পাস"নি। হৌজিক্তি ঐখোয়নীগীতা নত্তনা ইচাগীসু তুংগী পুম্বি নুংঙাই য়াইফবা ওইননবা মাইকৈরোম্দা পুক্লিং চংশিল্লসি। "পাস"তগী পারা তম্দুনা .... হায়সু হায়বনি নঙগী মহৌশাগী অহাওবা চাদু থক্লিংখ্রেদা! কুইরে থক্পা ফংখিদবা।

থাদোই - অদো-চা-চীনি, শঙ্গোম, গ্যাস অমত্তা লৈত্রে, ইমুংসে পুম্হাংনি!

শ্যাম্- ঐ খঙঙি, ঐনা পুম্নমক্ মপান্দা থনল্লবনি!

থাদোই - অদুদি পুশিনবীরক্লোদনা, পন্থবীরনু!

শ্যাম - অশেংবগীরো ? মরম্ য়াম্না মোক্লক্ইকো!

থাদোই - অদুবুদি মরম্ মোক্পগী নুপীনিদনা, মরম্ মোক্পী!

শ্যাম - ব্রাকরনু নঙনা চাদো হেক্ পীথক্পগা, নঙগী নচা "থোইবী" হায়বদু ফংননবা ঐখোয়নী হোৎনবা তারেদনা! থবক্সু থবক্লি, নঙনা ননীং থুংবসু থবক্ অমনি "নৎত্রা" ?

থাদোই - জ্ঞান য়াম্না তাবীরক্লেকো, ওইদৌববনিনা মোই পাবুংসু "থোইবীপা"॥

# লাল্লবনিনা ঙমদে

**ঐগী** নুপীশে শাথিনা মরিন্দি খাবজাৎনি। ঐঙোন্দা ৱারক্ ৱাতেল্লক্পদুদদি ইকাই খাংদগী কং কোৎলি মতাগুম্ ইশাগী অরানবশিংদো কুপ্শিনবা য়াননবা শাউশিন্নদুনা মনমদুদা খুপাক্শিনা হাইজিন-হাইজিন মরী-মণ্ডারক্ নম্থা থাজিনবদুদদি চেক্ মোক্ফাও লাওদা, মখোল থোক্পদি লাইরদনা ৱাহৈ অমফাও মখা তারমদনা চুমদ্রিং ফমুংথক্তা চোংশিন্দুনা উপ্শিন্দুনা লৈখি। ফুখৈ -ফুদোক্পা লোইবা মতুংদা ইদোম্ নুংঙাইরক্তে, খল্লক্ই, ঐনা তৌরিবা লীচৎসিবু চুম্লিবরা? ৱাখলসে মবাং-মরাংলক্ই তৌফম্ খঙলক্তে। মনাক্তা চংশিন্দুনা থেম্লুগদৌবসু লাল্লুববনিনা চংবগু ঙমদ্রে। ঐগা চামিন্নগনি হায়দুনা মথৱায় তানা থোংজরম্বা শৌগ্রী কাংশোই অমদি বেশোন লফুথরো পাক্লম্ অদুসু মানা চাখিদ্রবনিনা ঐনসু মীরাইবীবে। মখোয়নদি ঐখোয়নীবু ঙাইহৌরি। ঐসু অদুম্ শোফাদুদা ফমদুনা লৈরে। মনাক্তসু চংনিংদরে, মহাক্সু ঐবু হন্না যেংলক্ত্রে। অসুম্-অসুম হৌখিবনা, অহিং চবুক্ চল্লম্বা খঙহৌদে। থেংলবা অহিংগী খোঞ্জেলসিনা ঐগী কোক্তগী হৌগ্লবা ইবানিগী অদুঙেগী ৱারীশিংগী লংজিন পায়দুনা মরী-মরী চিংথোরক্ই। লৈশারিঙে মা ঐ খঙনঙেদগী হৌনা, মহাক্ য়াম্না মীপাই চাউবী, পাখংচাউবী ওইবক্ই, খোঙথাং খুদিং ঐবু য়েংশিন্দুনতা লাকই। মতম্ অদুগী মহাক্ অদো ঙসিসু হোংদরি,ঐবু খোঙথাং খুদিং কুপ্শেন শেন্নে। ঐনা করিদা শোয়খিগদগে খনবদা মহাক ৱাজে। অমরোমদবুদি চুম্মী, মানা ৱাবিদনা কনানা ৱাবিদোইনো? ঐশে অশেংবা মরল হায়বদু ওইরুববনিনা মাগী। ঐবু শেন্নজবা, কুপ্শেন শেন্নদুনা অরানবা লম্বীদা চৎখিগদবদগী মতম্ চানা চিংথোক্হৌবা হায়বসে মহাক্কীদি মথৌনি। ঐগী লীচৎতা মীপাইজবা হায়বসে মহাক্কীদি হৌনাশানি। অদুবু ঐগী কোক্সিদা তিল চংবরা / ষষ্ঠী হানবরা কৈনো, মাগী মতৌসে উরগা কৈবোই-লৈকাই, ইমান্নবশিংগী মমাংদা ইকায়বা পোক্ই, নুপীনা পানবা য়ুম্ মাল্লক্ই। ঐবু মাগী পীক্তা পীক্লিবা মচাদৌনা ঙৈহাক্ লৈরা অদু, ঙৈহাক্ লৈরা অদা ....

---

ময়িনা লাইবক্লা পুক্নি লেপকনু নশানা নশাগী পুক্নি ইজৌ।

খোইদৌ শাউগৎলক্‌ই। অসুম্না মহাক্ ঐগী থারবা খুবাক্‌সে চাখিবা ঙসিগা থানা তরুক-তরেৎলক্তি শুরবরা খল্লি। মহাক্ ঐগী ইণ্ডুণ মশক্ ফজনা খঙলবনি, খুল্লিমখৈ ফুজিল্লক্‌ই হায়বা খঙলবদুননি, কান্নররোই খন্দুনা ঙসাই তুমিন্না ফমুংদা চোংশিন্দুনা ব্রা-মচেৎ অমত্তা ঙাংলম্দা কপ্তুনা লৈখিবা। ঐখোয় অনী উন্নবা য়াদে হুই-হৌদোংগুম্না ঙংনৈ, চীক্লে অদুবু মমৈদদি অসুক্কী মতিক্‌সু নুংশিনৈ, মীকুপ্‌মত্তা উন্নদবদা লৈঙমনদে, খাংঙম্‌নদে, কোইথি হেক্তা থিনৈ। তোখাইবা নুংশিবা মওংনি ঐখোয়নিগী। মহাক্না ঐগা কলেজ অমত্তদা, ক্লাস অমত্তদা, সবজেক্ট অমত্তদা তম্মিন্নরক্‌ই। মহাক্ মরী-মখোঙ শেংনা হৌরকপা ছাত্রীনি, লাইব্রিক্ হৈবতা নত্তনা লাইশুসু নীংথিনা খঙবী, অরংবা মঙাল ফংলবীনি তাইবংগী। অদুনবু কলেজগী লেক্‌চরর ওইরিবনি। ঐনা ওফিসকী কেসিয়র মচানি। মহাক্না ঐগা লোইনরিবা ঐগী ওফিসকী মীওইশিংদো কয়া য়ানিংদে, লোয়নাহন্নিংদে। মহাক্না হায়বা ব্রাফম্ অমবুদি ঐসু য়ানিংঙি, মরমদি ব্রাফম্‌দু তাবদা পুক্লিংসে থুক্ লাউই, অশেংবা ঙাক্তা ওইবদুদা, ''মদো মতম্‌সিগী চৎনবীনি, মীরক্ তিন্নবা হীদাক্লি হায়দুনসু ঐদি য়ানিংদে, চৎনবী ঙাক্লবা হোৎনবদা ইমুং-মনুংগী শান্তি থুগায়বা, লন-থুম্ মাঙ তাক্‌হনবা, ইজ্জৎ সনমান লৈখা তাহনবা করম্বা অশিংবা মীগী মচৎনো ? চৎনবীনি হায়রিবা চৎনবীদো খঙবীরুদবনা, ইনবীরুদবনা হেন্না ফৈ। চৎনবী মশক্ খঙদে হায়জসনু, মীবু নরক্ য়ৌনা চিংথবা চৎনবীদুবু করম্বা চৎনবীনো ? অদুগুম্বা চৎনবীদুদি হুন্দোক্‌খিবনা হেন্না ফৈ, মদুদি ইজ্জৎ ফংবা নত্তে, অশিবগী কোম্‌দা ইশানা ইশাবু চোংথজবনে। চৎনবীনি হায়দুনবু ফত্তবা মচৎশিংদুবু মতৌ তম্লুবা হায়বসি, ইশানা ইশাবু মাঙজরগে হায়দুনা ইরাল য়াজা চেদা সোই তৌজবনে! মসে ঐসু, নঙসু মুন্না খঙলিবনি। ব্রাফম্‌সে খঙন-খঙনা ঐনা ঐগী নুপী মাংদা চুম্মী হায়বসে হায়নিংদ্রদুনা, মাগী মমাংদা মায়থিবা শানিংদ্রদুনা ঐনা ঙম্নবা মাবু ফুশিন্নবনে। ঐসু ফুনিংবদি নত্তে, কল্লি, ঙম্মী, নুপানি হায়দুনা ইকায়বা কুপ্নবা ফুশিন্নবনে। অদুবু মমৈদদি হেক্তা নীংঙম্লক্তে, ঐগী ফুবদা হৈনশ্লবা খুবাক্‌সে ব্রারৌরক্‌ই ইদোম্। খল্লিবনি ঐনা ইকায়রিবসিনা কনাদনো ? মায়থিবা নংনিংদ্রিবসিনা কনাগী মফম্‌দগীনো অদুবু ঐগী নুপীদি ঐগী হক্‌চাং তম্খাইনি, মঙোন্দা করিগী ইকায়বা, মায়থিবা, মসিদি ইশানা ইশাবু ইকায়জবা মায়থিজবগুম্বনি। খোঙপাক্লা কাউদুনা তাহোক্লিংলক্‌ই তুংদা নীংঙম্‌হৌদবগী, নুংঙাইহৌদবগী থবক্‌সে! অদুগুম্বা পুক্লিং লেপ্তবা ব্রাখল পুম্নমক্ ইশাদগী, লাক্লুনা লংথোক্লিংলক্‌ই, অশেংবা, তশেংবগা মায়োক্লবা পান্নক্‌ই। ঙসি কৌবা কোরৌ পুংজাসিদগী ঐসে ঐ ওইবা পান্নক্‌ই, অতোপ্পা শক্তী মাইখুম্ উপ্তুনা তাৎতগী তাইবংসিদা তাৎকী পুন্সিদো হীংবদা ইকায়রক্‌ই। তাৎ অমা ঙাক্লুনা থম্লবগীদমক্ ঐনা লানজদ্রবী মাবু কয়ারক্ ফুবিপ্রে, কয়ারক্ ব্রাহনপ্রে, কয়ারক্ মবুক্লিং নুংশিনা ব্রারৌহনপ্রে। মসিবু হৌনরিবরা, মপাহোংগী কুয়োম্‌বু ফজহন্নবগীদমক্ মনুংগী অমৃতবু তিন চাহনবদি ?

ওক্লিবা অমনা, মাদি নোংমত্তসু খুদিংমক্তো থোক্লনসু কয়িসু থোক্খিদবগুম্ মহৌশাগী মতৌদো হোংদনা ওাং শক্ই, ইনাক্তা চান্নরে। মহাক্কী ইচম্ চম্জবা ওাক্পীবা ওম্বা মগুণদো ঐ ওক্তবা ওমদে। ঐগীদমক্তা রাজবা মতৌদুনা মানা ঐবু থম্মোয় অতিয়া যৌনা নুংশিহল্লি। মসিনি ঐখোয়নীগী অরোংপা নুংশি মরী, মসিবুনি ঐনা ওসাইদগী শোফাথক্তা ফম্দুনা খল্লম্লিবা। মাগুম্বী অমবু ঐগী নুপী ওইনা ফংজবা হায়বসি ঐগীদমক্তদি নোংদোল অতিয়াথক্তগী অরংবা থরাম্মীচাক্ অমা হেক্পা ফংজবগুম্বনি।

— "হো নোংদোল অতিয়াথক্তগী অরংবা থরাম্মীচাক্ অমা হেক্পা ফংজবা নত্তিয়ে, ঐশে থরাম্মীচাক্তো নত্তেয়ে। মীনে মী, চৈথেং ফংবদা চৈনা ফাওরিবা! ইরোই, শামুগী মউন অথাবদো পাঞ্জদবা, ধোল, পুঙদৌনা য়েনিংবা মতম্দা য়েবদা চৈনা ফাওরোইদৌবা মানবা পোৎতু নত্তিয়ে! চৈনা ফাওরিবা নঙনা ফুনিংঙে ফু, কাউনিংঙে কাউ, ননিং তম্বা য়াবা নঙগী নুপীনে নুপী থোইবী।" হাইরপ্ মাইথোং কাইনা, কাইদবা সুরদা হায়রক্পা ঐগী নুপী থোইবীগী রাহৈশিংনি, ঐগী নাকোংদা য়েররীবা। ঐগী তুংদা লেপ্তুনা লৈরম্বা মাবু উবদা ঐ ওক্পা পোক্তে। মরমদি মসে ওসিগীসিনা অহানবা নত্তে।

— নঙদি ওসাইদগী ঐগী ইতৌ য়েংলগা ঐগী রাখলসে পারম্লিবা ওইরে, ফরে লাক্লবনিনা ঐগী নাক্সিদা ফম্লোদনা (ঐনা মাগী খুদাং চিংদুনা ইনাক্তা ফম্হল্লি। ঐগী নাক্তা ফম্লরবসু মহাক্ মমাইদি ঐঙোন্দগী লৈথোক্লনা ফল্লি। মতৌদু উবদা ফাওমদনা মখা শম্থে) অশাউবা নেমথবীদ্রিবরো? শক্ফম্ কায়রিবদুবু থোইবী?

— হংবীরক্কনু, চান্নবিরক্কনু নুংশিজদে অমত্তা! ইকায়খঙদবো, রারীকা অমত্তা হৌবিরক্কনু!

— ঐদি কনাদা ইকায়দৌরিবা, নঙোন্দা ঐনা ইকাইখ্রবদি নঙবু কনানা থেম্বীনি, নুংশিবীনি, নোক্হনবীনি? ঐ নত্তবা অমগা খনবকা লৈরজাৎলো ? (রাহৈদুদা খংশাউ শাউনা মমাই লৈশিল্লক্লনা কিন্না থিল্লক্ই)

— ঐঙোন্দা অদুমাইনা কয়েম্লজনু! ঐবু 'দুমাইনকা তৌজগদবা মানবা নুপীকা মানবরা? থিল্লিবা কিনশে ফুবা নত্তে, নমীৎ পাংহনবনি।

— নতৌ য়েংগে তৌবনি, নতৌদুনা নঙবু ঐনা হেন্না নুংশিহল্লিবনি। অদুবু নঙগী মীৎ পাংনবা থিনবা কিন্দুদি নুপীগী ওইরবসু নাদি নাই-হে!

— নানবা থিল্লিবুদি! অদুক্ য়াম্না নুংশিরগবু, নুংশিবদবু অদুক্ তমথিনা মীবু ফুবিবা হৌনবরা ? ফুবসে নাদবা মানবরো ?

— থোইবী মহৌশা ঐসে অসুম্মাইনা তৌরম্বরো ?

— হো! খঙলে-খঙজরে, পাখং ওইরিঙৈ শাজি, যুম্মাল্লগা য়োংমানবা ইবুংঙো!

পীবিরিবনদি মপুং ফানা পীবিরি, ঐখোয়তনা কাঙলোন খঙনা শিজিন্নবা হৈক্তবনি।

চীংলেম্মা শঙাইনি খন্না লাক্‌চখিবনি ননাক্তা, অদুবু ওইরম্লে নহাক্তি কৈ তমথিবা।

— হৈরেহে .... প্রমান ফাওদি থিনা চাক্‌চৈ।

— প্রমানগী ৱাতা নত্তে! পাখং ওইরিঙৈদদি ওছোক্লা মেংলমখ্রবা, ফরমখ্রবা অফবদো শেংতা শেংলবোই নিংদুনা পুন্সিসে নঙগী ওইহল্লক্‌পনি, নঙগী নুপী ওইরক্‌পনি। অসুম্না যুম্‌ পান্‌মীন্নরকান্দা কৈগী শাজৎ চৎলক্কনি হায়বদি মংদফাও মংলুদে। অসিগুম্বা মশক্‌ অমসু নঙগী লোৎতুনা লৈরি হায়বসে খঙলম্লবদি লৈশারিঙৈদা, থম্মোয়সে নঙোন্দা পীদুনা নুংশিজরম্লোই, নঙগী নুপীসু ওইজরম্লোই ইবুংঙো!

— ও, ও ... অদুমাইনসু খল্লিবা ওইরে, অদুবু কুপ্‌থনা খন্থরবদি থোইবী, হৌজিক্‌সু মতম্‌ থোইনা থেংদ্রি . .. যাম্না য়ারিনা !

— হো ইবুংঙো, হৌজিক্তিনে মতম্‌দো হেল্লবদো, করিদি উপাই লৈরি, ধামাদম্‌ নঙবু নুংশিকরবনিনা, ইপাপ্‌ অমমুক্‌ লংশিঞ্জবা ঙমজববোইযে। ৱারবসু নুংঙাইরবসু, ফববসু ফৎত্রবসু ইরাইবক্কীনে, নঙনা ফুরবসু, হাৎপিরবসু নুংশিবা নঙগী নুংশি খুদোলনে খঞ্জবগে, নুংশি ননাক্তা শিজবা ফংজবা লাইবক্‌ ফবিদো ওইজনিংঙে। ও! ঐসে মং অনী শুবা পাম্‌জদিয়ে।

— নঙবু ঐনা ইকায়খঙদগী ফুবতনি, হাৎপা মক্তি ঐসু নঙবু হাৎলোইদা, ঐসু অদুক্‌ হাক্লা তমথিবা নত্তে, অদুগা ঐসুনে থোইবী নঙবু ধামাদম্‌ নুংশিবিবা জাৎনি।

— নুংশিবিবদুননে ৱাহৈ অমত্তা নঙনা ঐগী তাবীদ্রিবসে। ঐনা নঙগীবু করি ফত্তনবা হায়খ্রবগে ? নঙসু খঙঙু ফৎত্রবা হায়বসে, ফত্তবদুদা ঐগীসু শরুক য়াওরিবনি। ফত্তবা থবক্তুদি চৎনবীনি হায়দুনসু ইনবীদবা ফৈ। মতম্‌গী চনবীসে য়াম্না তমথিরে। ইশা, ইজ্জৎ, লন-থুম্‌ মাঙবা য়াবতা নত্তনা শিবা য়াবা ফাওবা য়াওরক্‌ই। মসিগী মতুং ইনবা হায়বসে ৱাখল থেনবা, অচৌবা শানিংবা, শুনিংদবা মখোয়গী মতৌনি। ঐগী ইবুংঙো অচৌবগীদি নত্তে।

— থোইবী নহাক্‌ তশেংনা লাইপোক্লি। ঐসু খঙঙিদা ঐগী নুপীসে অচম্বা নুপীদি নত্তে হায়বা। অদুবু ঐগী কোক্‌সিদা ষষ্টী হানবসে মসিননি ঐবু মাঙহল্লিবসে। নহাক্কী অচুম্বা ৱাহৈশিংদুগী মমাংদা, ঐ করিসু তৌবা ঙমদে। ইকাইখাংদগী কং কোৎলি হায়দুনা শঙ্গাশিংদুগী মমাংদা ঐনা ঙম্মী হায়বা উৎনবা নঙবু ফুশিন্নবনি। অদুবু ঙসিদি ঐ অরানবা লম্বীদা ঐবু চিংশিল্লিবা মখোয় চাম্মা-চাম্মাগী মায়কৈদগী মহুত্তা নঙগী মায়কৈদা ঐ লেপ্লগনি। ঙাংননিংবা ঙাংনবদা ঐ পুক্লিং চংলরোই। মতম অসুক কুইবসে নঙবু নিংবা কায়হন্দুনতা লাক্‌খিবনি। লাল্লুরবনিনা ঐসে নঙগী নমাংদা মীৎয়েং-মীৎয়েং চান্ননা নঙনা হায়রিবসে অচুম্বনি হায়জবসু ঙমদে। মসে তশেংনা পাংদবা মী অমগী মচৎনি।

— ঐদি পাংদবা মীবু তুকৎচৈ অদুবু খঙতি ঐগী ইবুংঙো অচৌবদি থৌনা য়াম্না লৈবা মীশক্নি। ঐগী মাংদা তশেংবা হায়দোক্পা ঙম্লিবা। তশেংবা সংসারসিদা লীখৎলক্নিবা অমম্না মপ্রান্দু নেৎথরম্লগা। ঐসে নঙগী নুপী ওইজবা ফংজবসে ঐগীদি লাইবক্ ফবনি। ৱাফম্ অমনা নঙগী হৌনবীদো মীবু ফুখৈ ফুদোক্লগা তুংদা নিংঙমদবা শাদুনা, মাগুম্বী নুপী অমবু ঐগী নুপী ওইজবা ফংজবা ঐগীদি নোংদোল অতিয়াথক্তগী অরংবা থৱাম্মীচাক অমা হেক্পা ফংজবগুম্বনি কা হায়না খনবদো তোক্লসি। ঐসু মীনি নঙগুম্বা মীনি হায়না খনবীয়ু, লাম্না ফাওরিবা, চৈনা খঙলিবা ....।

— নঙনা ঐগী মাইথোং পাবা হৈবসিদি !

— হৈতদিনা ঙসিনা অহানবরো, তরুক্ তরেৎলক .... নঙনা হেক্ হেক্ নঙগী ৱাখলদা খনবদো নমংদা চোইরোল ওইনা লোল্লক্-এ, তামল্লবদুদদি চীনফা পুরে ইবুংঙো!

— হো থোইবী নঙতনি হে ঐগী অশেংবা লেংদ্রবা লন, ঐগী লাংলেন থোইবী। ঙসি কৌবা কোরৌ পুংজাসিদগী ঐখোয়নি টু ইন ৱাননি। নো খৎনবা, চৈনবা, শাউনবা, ওনলি নুংশিবগী নুংশিবা ভাক্তা অদুগা ঐনা লাংলেন থোইবীগী ইবুংঙো অচৌবা।

---

# ব্রাইথুংনরুবা

**লৈচিলনা** থারপ্ তৌনা চাইথোক্লবা, নিংথিজনা ইংলবা তানফম্লি। উনা-ব্রানা নাপীশিংথক্তা নোংদোল অতিয়াদগী তারক্পা অইংবা লীক্লানা অহীংদুগী মথৌ হাপ্লরি। ফনা ফজনা থেংলবা অহীংনি। মহৌশানা নিংথমথাগী মতমদদি অহিংগী পুং ১১ তাবসিদি আ-যৌরবনি। নুংথিলগী মতম তেনবা ব্রাক্‌চিংগী থক্-থক্ নিক্‌হনবা উলেন্না মীপুম্ খুদিংবু লাক্লরি। লিরি-লিরি শিৎলিবা নামিবা মহাক্‌সু মথোৎ কাহল্লরি ইংলবা অহিংদুগী। ইচিক্ চিক্লবা অহিংসিনা মালেমসে খুন্তাক্ লানশিহনখ্রবগুম্ ওইনা উহল্লি। জীব থরায় পানবা পুম্নমক্ অথাবা কম্বলগী মকম্ থুপ্, তাইবং তুমখুল তান্নখ্রে। মতমসিদা অহিং মীৎশেল খাঙলম্‌দৌ মীদি ইবৈ লৈরম্লোই। মম্‌না থেংলবা অহিং অদুদা দন্দি পানবগুম্ ওটো রিক্সা অমদি নিংঙাইদনা লাপ্তুক্লা লিরি-লিরি থৌদবক্লি। মদু ব্রাওথাংগী ওটো রিক্সানি। অশাংবা ভারা অমা চৎলুবদগী হল্লক্‌পনি। মহাক্‌সু খংঙি অহিংসে আ যৌখ্রে হায়বা। মতম্ থেংলগনি হায়বা খঙনা-খঙনা মহাক্ ভারা অদো চৎলুবনি। করিগীনো হায়বদা হয়েংদি মহাক্লা য়াওজবা মরুপতো তাই, মহাক্কী খুৎতদি হুনগদৌবা শেনফম্ অদু শুফাৎত্রি, ভারাদো চৎলুরগদি শুগদৌরি, অদুননি মহাক্লা ভারা অদো চৎলুরিবা। মহাক্লা গাড়ীদু অসুম্-অসুম্ থৌদরক্‌পদা মীয়াই চল্লবী মৌনহা অমা ইংবনা মশা থক্-থক্ নিক্‌খৈ লম্বীগী চীদাইদা লেপ্তুনা মখুৎ হাইরা হাইরদুনা মহাক্‌পু খাম্লবা লাউরক্‌ই। ব্রাওথাং চিংনৈ, নিংজিং-মাংজিংনৈ, খল্লি, মাসিবু মীরা ? লাইরা ? নৎত্রগা কনানো ? ঐবু গাড়ীসি খামসিরা ? খাল্লোইসিরা ? অহিংসিনগা থেংজিল্লক্‌পনে চাক্‌নকা চাক্ লাম্‌খৎলক্‌পনে নুংবংনরিঙৈ, নুপীদুনা ওটোদুদা য়াল্লক্‌ই, খংবোই লাক্‌পোই ব্রাওথাং তন্না-তন্না মমৈদা খাম্‌দা য়াদদুনা গাড়ীদু খাম্মে।

— বজার ফাওবদং য়াওজরক্কে ? পোংয়োম্ অচৌবা খরগা শাগোন্নরিবী মীয়াই

---

[illegible]

চল্লবিদুনা নোক্ফেৎ তৌনা হায়রক্ই। ব্রাওথাংগী মাইথোংদা য়ানিংদবগী মমিদু উবদা মৌ নহাদুনা নমহাই হায়রক্ই।

— "খুদোং চাদদুনা তৌবনি। মতেংসিমদি পাংবিদবা য়াদরে। ইংবসিনসু ঐশে শিরনি, ঙসিসে ঐ অমা অমা হোৎনরিঙৈদা মতমসে খেংদোক্খ্রে। গাড়ীসু অমত্তা নংহৌদ্রে। য়ুম্দি য়ৌদবা য়াদ তৌবিনি, ঐ বজার ফাওবদংদি য়াওজরক্কে, চিংনগনু অহায়বা ভারা শিগনি" হায়না-হায়না নুপীদুনা হেক্ ঙমদুনা মাগী পোৎয়োম্শিংদু গাড়ী মথক্তা থাঙ্গৎখিবদু ব্রাওথাং ব্রা-অমত্তা হায়বা নংহৌদে। মহাক্ চঙক্নদুনা নুপীদুগী মতৌ অদু অদুম্ য়েংদুনা লৈরে। নুপীদুনা মখা তারক্ই -

— কনা অমুক ঙাইখিদোইনো ? চৎলসে ষ্টার্ট তৌরো (ব্রাওথাংগী মতৌদুদা) কৈদৌরগে, করি খল্লিনো ? ঐশে ভুৎ নত্তিয়ে অদুক্ মুন্না য়েংলিদো? মীনে মী। লাইগা মাল্লুরবরো? অসিদা অসুম্ সুমাইনা লৈরবদি ভুৎতনি লাক্তোইবা মীদি লাক্অরোই। (ব্রাহৈদুদা ব্রাওথাং নোক্মী-নোক্মী তৌদুনা ওটো ষ্টার্ট তৌদুনা তপ্পা-তপ্পা থৌদরক্ই। অচীক্পা অইংবা অহিংদুদা মখোয়নী ব্রা-লান ঙাংনদে। মিনিট ৪-৫ ইচিক্ চীক্লুরবা মতুংদা অচীক্পদুবু থুগায়দুনা নুপীদুনা হায়রক্ই।

— কৈনো ব্রা লাংগা অমত্তা ঙাংদেনা। য়াম্না বিজার্ভ ওই। ইংগা ইংবনে ব্রা-লাং খরসু শারক্উ ইংবসু খরা ফনবা, লম্বীসু তেনশিন্নবা। (ব্রাওথাং খুমদে নুপীদুনা মখা তারক্ই)

— করি মীং কৌ-গে ?

— ব্রাওথাং কৌজে,

— কদাইদগী ওইবীরবনো ?

— মন্ত্রিপুখ্রিদা ভারাদা লৈজবনি। অশেংবদি উখুলগী সোমশাইদগীনি।

— অঙাংদি কয়াম্ শুবীরবা ?

— ঙাক্পিগনি, পাখং ওইজরি, নুপী থীজদ্রি মদুসু অশেংবা পাখং, মাংথোক্ত্রিবা।

— কৈনো হায়দুবু (নোক্লদুনা) ব্রাতাগদি অয়ৌবীনি। হৌজিক্ মতমসিবু পাখং অমাংবগা লৈনরজাৎলনে?

— খঙদে,অসুম্ তাবনি।

— করিবুনো তারিবু ?

— ময়ুম্ পান্দনা ক্লাস হাইগৎপশিংসে অসুম্ হায়নৈ ময়াম্না।

— অদুদি লৈশাবীদি কমাইনা হায়নগে ?

— ময়ুম্ পান্দনা প্রমোসন ফংবা লৈশাবীশিংনা লৈশাবী শেগাইবী হায়নৈ।

ব্রাওথাংগী পাউখুমদো তাবদা থাবে মখোল হৌনা থীংঙম্‌দনা নোক্‌খৎলক্‌ই। অশোমদনা ব্রাওথাং ব্রাক্‌চিংগী উলেন নংলবা গুলাপ্‌কুম মশা থক্‌-থক্‌ নীক্‌খৎলক্‌ই। মতৌদু উবদা থাবে যেংবা ঙমদ্রমাল্লে মখা তারক্‌ই -

— য়াম্না ইংলবরো ?

— কৈনো হায়বীরিবসিবু ? নিংথম্‌থানি, অহিংনি ইংবা হৌনশানি। ইংবগা চাক্‌ লান্নক্‌পগা পান্নরক্‌পসিদনি ঐনা ব্রারিবসে!

— হক্‌চাং শাগৎনবা য়াওরিয়ে, খবা থাজিনগে হায়বরো ?

— ফিভমসিদা, কন্না চখম্নরিঙেসিদা! কংনা মদুসু ?

— অদুগীদি ব্রারুনো, রৌ অতাওবা মতুম্‌ য়াওরিয়ে।

— অদুনা ফরদরা ?

ব্রাওথাং উখাগুম্বা মচি অমদা নক্লনা মাগী ওটো রিক্সাদু খাম্মী। থাবেনা ঙসাই ময়ুম্‌দা থোংদুনা চারুগে খন্না লৈরক্‌পা হোটেলদগী রৌ অতাওবা মতুম্‌ অচৌ-অচৌবশিং অদু পুথোক্লুনা ব্রাওথাংদা পী। ব্রাওথাং ঙা অতাউবা মতুম্‌ অমা লৌদুনা চাবা হৌই। থাবেনা সেবা ফজিন্নক্‌পা ওইনা ময়োম্‌ অচৌবা অমা পুথোক্লুনা পী। ব্রাওথাং চেরং মথুন থৎতুনা মচীন্না চুপ্পী। তপ্না তপ্না নিষাগী ময়াই ব্রাংখৎলক্‌ই। হৌজিক্তি কিবা লৈতনা ব্রাওথাং থৌনা ফনা থাবেদা ওনশিন্দুনা -

— য়াম্না নুংঙাইরে, মসি ওইরদি লেনবা য়ারনি ঙসিগী, অদো মীংসু খঙদ্রি, কদাইদগী

— থাবে কৌব্রে। কাইরংদগীনি, হৌজিক্না খুমন লম্পাক্তা ভারাদা লৈবনি।

— অঙাংদি কয়াম্‌ শুরবা, কয়াম্‌ চাউবা য়াওরবনো ?

— অঙাংদি অমত্তনি, নুপামচানি (শুক্‌থরগা) অদুবু মহাক্‌ মরাইবক্‌ থীখ্রে। ঐগী নুপাদু মথোং চাবা নুপা অমা নত্তে। ওম্বোক্না ব্রাখ্রে পুন্সিসে হিংনবা হোৎনবদা। করবারসিনা য়ুম্‌সু পুরিবনি, মাগী খরচসু হুল্লিবনি। ইরু-ইয়াংসু তেক্‌, মীচৈসু নং হীংহৈবা নত্তে পুন্সিসে খঞ্জিল্লুরবদি। ব্রাওথাংদৌনা মরম্‌ মোক্‌পা ওইরবদি পুন্সিসে খরসু মরেক্‌-মহাও থোক্লা হীংবা ঙল্লম্‌গনি খল্লি।

— নহাক্না হায়রিসিনদি ঐসে (নোক্লগা) মরম্‌ মোক্‌ই অসিনিনে .... (মতৌদুদা থাবেনা নম্‌হাই হায়রক্‌ই)

— ব্রাওথাং নঙগীদি অইংবা কোক্লম্‌লগনি, ঐদি অইংবা অহিংসিনা শোয়দনা লাক্‌হৎতুনা শিবা তারে ....

— ইংদুনা শিদোই শরুক্‌পুদি (চেরং ময়োম্‌দু উত্তুনা) মসি খরা থাজিনগে হায়বরো ? হেক্‌ থাজিনখিবগা মসিনা ইশা পুম্বা মৈদৌনা শাহনগদোইনি অদুদৈদি ইংলম্বা পুম্বা শ্বাই মাঙখ্রগনি - ।

— অদুবু লাইবক্লা থীরিদি ঐদি মদু হৈহৌদরে। য়েংঙু ইশা পুন্নসে ইংবনা থক্-থক্ নিক্লিবসে। ঐদিনে মদুগী মৈদু নত্তিয়ে, হৌজিক্ নঙগী নশাদা শারিবা মৈদু খত্তং ফংজবা অদুতনি পান্নিবা।

(ৱাহৈদু তাবদা ৱাওথাং নিষা পাল্লবনা মশোং ফল্লক্‌ই, ইংলিস ঙাংলা-ঙাংলদুনা থাবেবু মথানংদা কোন্দুনা থম্মী। ঈথৌলাংবা কোক্লবা করিগুম্বা অমা কন্না থীবগুম্ তৌরি ৱাওথাং। থাবেসু ইংলবা অহিংদুগী অইংবদু কোক্লবা মৈশাদো ঙাইরি ৱাওথাংদে।

অহিংদু ফনা থেংজিল্লক্লে। ৱাওথাং অমদি থাবৈদি মশাদা করিমত্তা অকিবা অমদি অইংবা ফাওদবগুম্ মনিং তম্না লীক্লা পক্লবা নাপীথক্তা ওনমিন্নরি। থৌনা ফরম্না ৱাওথাং মীনিট খরগী মতুংদা চোকথরমাল্লে ইশি-শিনা তুমথখরে। থাবেদি মীৎশেল খাংলি, তুম্না য়াদবনা, উইশিল্লু য়াদ্রবা মহাক্কী মীৎস্না অনীদো অতিয়াদা মীৎকুপ্তনা য়েংদুনা লৈ। মহাক্ খঙঙি ঙসি মহাক্লা তৌরিবসি করিনো হায়বা। মহাক খঙঙি মহাক্লা তৌরিবসে পাপ্ নত্তে হায়বসু। মহাক্ মসিমসু খঙঙি মহাক্লা তৌরিবসে হিংনবৈ উপাই থিবনি হায়বসু। হিংনবৈ পাম্নে থিবদা চোকথরবা মহাক্কী হক্চাংনি। মহাক্লা থিরিবসিসু হিংনবৈ লম্বীদুনি। মহাক্কী মাংদা হৌজিক্ তাদুনা লৈরিবসিসু হিংনবৈ থিরিবা লম্বীদুনি। মহাক্ তশেংনা ৱাওথাংগা লোয়ননা অনৌবা পুন্সি অমা শেম্গৎপা পাম্মী। পুন্সিগী মায়ওন অমদা হিংবা পাম্মী। মহাক্ তুরুৎচৈ মহাক্কী হৌখ্রবা পুন্সি, নিংশিংবা পাম্দে হনগৎনা। মহাক্কী মপুরোইবা ললীৎ রিক্সো দ্রাইভর ওইরম্মী। মতু মচা নুংশিবা মশক্ খঙদবা মীতানি। শেল তানগনি অদুগা তাল্লিবা শেলদু থাবেদো শিন্নবিদে, অরেম্বা পামজবা মমান্নবশিংগা লোয়ননা নুংতিগী য়ু থক্কুনা শা চাদুনা নৎত্রগা জার শান্নদুনা মাঙহল্লি। য়ুম্গী খন্দে, লৈরং মৈ মুৎহন্দুনা মতু মচাবু চরা হেলহনবতা নত্তনা মাগী অনীংবদা য়েংলী হায়দুনা ওৎ-নৈবা ফুবীবা ঙাক্তনি। মপাপ্না থল্লবা মাবু ঈশ্বরনা য়েংঙমদ্রদুনা ৱারক্‌ই। রিক্সা থৌরিঙৈদা টাটা অমনা থেংজিল্লম্বদগী মখোঙ নাম্মা কক্কুনা শোয়নাইবা মীশক্ অমা হায়বদো ওইরক্খি ললীৎ। অদুবু ফত্তবগী হীদাক্তি লৈতে হায়বদুনি, ভাব তাবগী মহুত্তা ললীৎ থাবেবু ওৎপা নৈবগী চাং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্খি। মাগী জার, য়ুগী খরচগী মথক্তা ইমুং পুনবা হোৎনবদা থাবে ঙসিগী করবার অসিদা খোঙদারক্খিবনি। শেন্নবিনবা লৈতবদগী পীক্লিবা মচাদুসু পুম্রি লাইরেনবীনা লৌবিখ্রবনি। অচেৎপা নুপী অমা ওইরম্বী থাবে মহাক্কী লমচৎ নোংম-নোংমগী কোমথরক্‌ই। ফীদম্মফম্ ওইরম্বী মহাক্কী লীচৎসু মক্শিল্লক্‌ই, বদনাম্ পুবী ওইরক্‌ই, মীৎয়েং চংজক্‌ই, মীহু তারক্‌ই। অদুবু মসিপুন্নসে মহাক্খক্কী মরালদি নত্তে, মহাক্লা তৌগে য়াওনা তৌখিবসু নত্তে,

তাকলম্মু পোরম অমা লোইনবশিংদা তমশিল্লকউ পরম অমা মখোয়দগীসু।

নম্দুনা ফিভম্না, শাফুদুনা খোঙফম্দুদা চংশিলহনখিবনি। অসুম্না মহাক্কী অসিগুম্নবা ফিভমসিদা য়ৌরক্খিবনি।

ঘড়ীগী কাটাদি পোখাও য়াদবনা, নোংঙানগদৌরে হায়বগী ইংগিৎ ওইনা উচেক্ বায়াশিংনা খোঞ্জেল হৌনা খোঙলক্ই। য়েনবানা চীক্রা-চীক্রা "কোকোকো কোক্" হায়না খোঙবা তারক্ই। অমম্-অঙান শিন্নরম্দাই য়াকৈবগী পুংজাদু য়ৌরক্লবদা থাবে, মাগী মশাদগী চোইথোক্লরবা ফিরোলশিংদু শেম্জিন-শেম্জিন্না বাওথাংবু হৌদোক্ই। বাওথাং তুম্শিং-ফাদবগী উইরি উইরি হাকাম্ চন্না হৌগৎলক্ই। ফিভমদু উবদা অহিংগী থৌদোক্তু নিংশিংলক্ই। ইকাইবোই করিবোই তৌফম্ খঙদে। থাবেনা হায়রক্ই,-

— নোংঙাল্লে চৎলসি

— ঙরাং অহিংগী থৌদোক্তো ঐ ...

— করিসু খল্লুরনু, নোংঙাল্লে চৎনবা তৌরসে!

— অদুবু কদাইদা ?

— নঙনা পুনিংবা মফমদা চৎলসি, ঙসিদগী ইবানিগী অনৌবা পুক্নি অমগী য়ুমফম লীংলুরসি -

— ঐগী ভারাগী কাদুদা ওইনা চৎলসিরো ?

— চৎহৌরসি ঐখোয়নী মফমসিদগী থুনা, মালেম্সে অঙৌবা ফিজোল হোংলক্লে। ওইরবসু নঙগী ভারাগী কাদুদা -

বাওথাং ওটো রিক্সাদু ষ্টার্ট তৌদুনা লৈ, থাবে কাখৎতুনা নে তানা মনিংগী ফম্ফম্দুদা ফম্থে। লিরি-লিরি গাড়ীদু থৌদখি পন্থুংদো য়ৌনবা।

---

# অথিংববু থিংনিংলক্পা

**অব্রা** -পোখাফম্'' হায়না অচৌবা ময়েক্লা ইদুনা থেৎলিবা চা য়োনফম্ শঙ অদু মেম্তোম্বীগী হোটেলনি। হোটেল অসিদা চাননবগী অয়াম্বা পোৎলম্শিং হায়বদি থুম্ মোরোক্কীদগীনা অথুম্বা তল, শঙ্গোম্ অমদি মীথাইনচিংবা ব্রাৎতনা ফংঙি। অয়ুক্-নুমিদাংব্রাইবম্গী মতম্দা পোৎ তম্বা ঙম্দমখৈ মী কৃক্ কৃক্ ইন্নরবসু, নুংথিলগী মতম্গী মনুংঙাইনা অমনি। ঙসিসু মহৌশাগুম্ মেম্তোম্বী থরোই থোংলী, মাগী থরোইসে লৈকাইদি লৈকাই ওইববসু লম্ লাপ্পা লৈকাই কয়াদগী মীওইশিংনা ফাওবা মেম্তোম্বীগী থরোই হায়দুনা শেগাক কায়না মমিং চৎলিবনি, নুমিদাংব্রাইরম্ খুদিং ইন্ন চিক্লা ঙম্দঙৈ মী তিল্লরিবনি। মাগী থরোই মনম্মা ঙাউদুনা লম্বীদা চৎলম্বা লৈকাইদুগী মথক্ থোংবশিংদু চংশিল্লক্ই, মখোয়দুগী মরক্তগী সনাজাওবনা হায়রক্ই, ''হায়সু হায়বনি মেম্তোম্বী নঙগী থরোই মনম্মু নাথৈদুনা চৎপা ঙম্গদৌবা লৈরমদৌ মান্দে''।

— তাদনা পংনুং নুংশিবীদুনা তাক্পীবনি।

— নত্তেনে মেম্তোম্বী, নঙনা থোংলিবা থরোই মনম্সে তাবদা ঐখোয় মপাসে লানবা ঙমদ্রদুনা নঙগী মাম্মা শামু, অহনজাও, নোংয়াই অমদি ঐ চৎলক্লিবসিনি, কয়াম্ ব্রাৎলিবগে কোম্পাক্ অমদা পীরক্উ শিন্থুরিবা তিনসে অমুক্তংদি ফাগৎকে মেম্তোম্বী।

— মহী খজিক্তং ওইশিনগদৌবা ব্রাৎলি, ঙৈহাক্ ঙাইবীগদ্রা তাদা !

— অসুক্ চানিংলবসিদবু, ঙাইঙম্দবা তারগদ্রা মেম্তোম্বী!

মবক্সিদা মীয়াই চনবী মৌ অনীখক্সু চংলক্ই, অমনা হায়খি ''তাদাহোইসু খুরাহোইসু লৈবিরম্মী'' ব্রাদো তাবদা শামুনা মখা শম্থৈ-

— ইবেম্মা নুংশিতোম্বী,ঙসিদি মেম্তোম্বীগী থরোই চাগে হায়দুনা শংলম্লিবনি। ইবেম্মা ইবেম্চা নহাক্সু য়াওরক্লিদনা!

---

নঙনা চৎলিবা লম্বীদু নহাক হান্না খঙলববা, খঙদ্রগদি হোৎনখো খঙননবা।

— "অহোম্ব খুরা, ইচেগা ইবানি শিংজু চাসি হায়দুনা লাক্লিবনি" ইবেমচানা খুল্লক্‌ই।

— কল্লিডে পাজ্জল ফরিডে, চানিং থক্লিংবা ফাওরিডে চাহৌগদবনি, থক্‌হৌগদবনি, হয়েং হক্‌চাং শোঙ্গুরবা কান্দা য়াবা নত্তে, ইবেম্মা, চাউ-চাউ,

মোরোক্‌ শাতক্‌ ওয়ী নম্না মচন শুনা তোংখায়রবা লৈপুংমুক্‌ পুখম্‌ মচাদুদা তোংখৎলবা শিংজুদু ইবেম্‌চা অমদি নুংশিতোম্বী য়াম্না হাওনা চারি অশোম্‌দনা থরোই থনকোক্‌ তৌবা কোম্পাক্‌ অমা কাঙবু অমদুনা চুপ্লি। মোরোক্‌ শাবগী মচীম্দা হ-হ কাম্‌দুনা নোংমাইনা হায়রক্‌ই,

— তস, মসিনিদনা যেম্‌তোম্বী, থরোইগী মহাও হায়দো, হাওম্রে হাওম্রে!

— মোরোক্তি খরা কনম্রমাম্লে মাম্মা!

— মোরোকী মগুণ হায়বদো মসিনিনে যেম্‌তোম্বী। মোরোক্লা শাদ্রবদি মাগী মগুণ করিনো ? শাবা মহৌশানি, মীৎকা পুম্‌শিং হেক্‌ শিংঙি, খংতেক্‌ তেক্‌খৎলি। ঐখোয়না চারিবা খুদিংগী তোঙানবা মহাওসু মোরোক্লা পীরিবনি, পাঙ্গল, শক্তিসু পীরিবনি, অসুম্না মরক্‌-মরক্তা চাবা কান্নে, কাইদেনা ?

শীংজু চাবা লোইরদুনা মখুৎ তৈথোক্‌-তৈথোক্লা ইবেম্‌চানা নুংশিতোম্বীদা ওনশিন্দুনা ক্ল সাড মনা থুম্না চাইবদো অমমমতগা উমশিল্লবদি য়ারনি নুংশিতোম্বী,

ব্রাদো তাবদা হাইরপ্‌ নোক্‌ফেৎ তৌনা অহনজাওনা হায়রক্‌ই,

— নোইগী ক্ল সাড কা হায়দুবু নোই খুরাহোইদি য়া য়াম্রদুনা থাদোক্‌খিবা কুইরে, খিংবসু মখিংলিবনিনা, মমল হেনগৎলে হায়নসু তাইনে, কয়াম্‌ পীরিবগে ?

— খুরা ইনিং তম্না চাবা ফংবা নত্তেদা, অদু তৌনিকা অদা তৌনিকা, শেংদোরক্‌উকা, চংজরক্‌উকা, মশম্‌ কাটিনা কক্‌লেগা, ব্রারক্লে হায়বগা, করিবু কান্নদোইনো ? মমল কাউখৎনবা, চাবগা ওমজদ্রে। লুপা তরাদগীনা কুনফাওবা য়ৌনরবনি খুরা। য়াম্না পেনদে শাওনিংঙি, মোইনা তৌজা-শারিসে থীংগে হায়রসু অমত্তা ফংহন্দনা পুম্‌থিং থীংলো অদুদি নত্তদনা ইহো ইহো হেক্‌ হোরদনা, হোরবনিনা ঐখোয়সু মনম্‌ খঙলুবে, মহাও হৈরুবনিনা হেক্তা চানিংলক্‌ই, শিবা নাবা ইকাই-ইকি ব্রাংমা লান্না শৈশা তিং-তিংঙে চারে, অশোমদনা ইমুং মহী লাংলে। লুপা তরাদো কুন্দো খৎথনবা হোৎনবদা ইমুংগী অব্রাংপা মেনখৎপা ওমদ্রবনি।

— হৈরুরবা কৌবনিনা পাক্‌ থাদোক্‌পা ওম্‌দেদো ? ফংলবা কৌবনিনা চাদবসু ওমদেদো, মসিসু অব্রাবা অমনি। অব্রাবসিগী মথক্তা অমুক্লা হেন্না অব্রাবনা খরচতুনি, মীপাই থবাইবদুনি। উপাম্বীবু উশা য়াম্লগা লোইরে হায়বদুদি কদাইদি য়ারুনি, উপাম্বীদুবু হীংহল্লিবা মউদু হান্না কক্‌থৎপা মথৌ তাই, মউবু কক্লবদি অতৈ তৌরুবগী মথৌ তাদ্রে মদোম্‌ কংদুনা তুজম্রদবনি। অহনজাওগী ব্রাদুদা শামুনা মখা শম্‌থরক্‌ই,

— অদুদা ঐনা য়াম্না ওক্লিবা অমনা মনিপুরদা ক্না জরদা, রাজা, তলব, খৈনি থীংলে হায়র-হায়রগা হেন্না-হেন্না মরাং কায়রক্লিবসে মসিনি। কদাইদগী কম্দৌনা অথীংবা পোৎলম্শিংসে থোরক্লিবনো ? লমদম্সিগী সিভিল ওর্গনাইজেসনশিংনা ফাদুনা ফনা য়াম্নসু মৈ থাদুনা মাঙহনবগী পাউ তৎতনা তারি, উরী, য়াদবা কাঙবুনসু, অথিংবা কাঙবুনসু য়াম্না মাঙহন তাক্হন-তাক্হন্না, হায়রিবা পোৎলম্শিং অসে অৱাৎপা লৈতবনা ফংলিবসিনি ঐবু বাখল খলহল্লিসে! চেংগুম্ শৌবদৌনা মৈ থাফম্দুদা শৌবরা হায়মী মসিবু নৎত্রগা হীদাক্ মনাগী পোখোক্শিংসে লাই ওইরবরো, লৈতববু লৈহনবা ওন্না!

— নত্তে-নত্তে তাদা, তৌনরিবা মওংসে ইকাই খণ্ডদবা হায়দুনি। অমদগী ফারুনি, অমদমুক্ য়োনশিল্লম্গনি, অদুদগীদি মথং-মথং ঐখোয়গী নাত্তা য়ৌরক্লনি। ফাবনা গাড়ী তরা, মৈ থাদুনা মাঙহনখিবনা গাড়ী অমা, অঙক্পা হায়দুনি, ওহ্লোক্লা লাইনা পৈশাবু তানশ্রে হায়মী অদুগা ঐখোয়না মখোয়শিংগী শেন্দোং হাপ্লিবা গধানি গধা! খণ্ডদেদা মীশিংসে শেল তানবদা শিবা নাবগা অমত্তা খণ্ডনদ্রে।

— নুংশিতোম্বী নওগী ৱাফম্দো তাদাসু য়ানিংলক্ইনে। নহাক্লা হায়বগুম্লদনা হৌজিক্ তৌনরিবা শক্তম্সে তাদাসু ওহ্লোক্লা মীৎ নারবনি। মীৎসে লৌথোক্লগা উপুদা হাপ্তুনা থম্বা য়াদবগী অদুম্ য়েংলবা হায়দুনি। ওহ্লোক্লা হৈরা-হৈরবা মী য়াম্না থোরক্লিনে। মখোয়গী শাংলবা মপুক্তি অদুবু শিনি নানি, শোক্লনি হায়বগী অকিবসু অমত্তা লৈনদ্রে, পৈশা খরদুগীদমক্ মন্তিক্লবরানে? হোয় ঐসু য়ারিনে ? ঐখোয়গী ইরমদম্সিসু মীরম্দগী হুম্জিল্লক্পা হীদাক্মনাগী পোৎথোক্শিং অসিনা লমদম্সিগী অঙাং, নহা, অহল, নুপী থাজদনা নোংম-নোংমগী হেন্না লাইচ্হল্লক্লি। মসিনা শেল-থুম্গী ফিভমতা নত্তনা হক্শেল অমদি সমাজগী মওং মতৌশিবুসু শাথিনা শোক্হল্লে, তমথিহল্লে, নাহল্লে। মসি অফবগী খুদম্দি নত্তে, অদুবু হৌরিবা মসিবু থিংবগী ইহৌসিমদি মওং তাদ্রি। থিংলগে হায়রগা মপুং ফানা পুমথিং থিংবা অমা নৎত্রগা পুম্থা থাদোক্পা অমা, নৎত্রগদি থিংলা থিংলগা হেন্না চানিং থক্লিংবা লমদম্লি হেন্না শাথিবা ওইরক্পসু ময়ারি চেক্শিলহৌদ্রবদি। (ৱাফম্দুদা ইবেমচানা শমথরক্ই)

— খুরা মসি খল্লু খল্লুরগা খোইদৌসে হেক্তা শাউগৎলক্ই, অদু থীংলেগা, অদা থিংলেগা, থিংবিনবা ৱাৎতবা লমদম্সিদা লৈরিবা অথিংবশিংসে, মখোয়গী মথক্তা অমুক্লা হন্না অথিংবা থম্বা ওন্বা "অথিংববু থিংবা" হায়বা জে. এ. সি. অমা কন্না শেম্লিংলকই, তশেংনা -!

— ফনবু ফজরিনে ইবেম্মাগী ৱাফম্সিদি "অথিংববু থিংবা", য়াই শেম্বা য়াই, মপু তরাগী ৱায়েল তরাদি মনাই ঐখোয়না খাঙবা কদাইদগীদি ওন্নুরনি। অদুবু খুরানা

পুম্নিসে ইতিহাসনি, নমী তারিবদু শকয়েং মীংশেলদুদা হোৎনরম্মু ফজনবা।

হায়নিংবদি মসিমদি ফৈ, চুম্মী নৎত্রগা মসিমদি ফত্তে, লাল্লি হায়বা ৱাফম্ অমবুদি তরাইনা লৌফদে, তৌবতবু তৌনি হায়দুনা তৌরবদি ৱাখল মচী লোংদনা কখোক্পাগা ইরোইননা মহৈ য়ালহনবদি মথৌ তাই। অসিগুম্বা হীরম্সে ঐখোয় পংশাং শাংথনা খন্নবা চুমদে তারোইদৌবা মীশিংনা তাম্রবদি ঐখোয় দষা তাবা য়াই অদুনা অশিৱাইদা অসুম্ তেনশিল্লসি। মতমসু তেনশিল্লকবনিনা খুরাহোই হানগৎলল্লগে (অহলশিং মপাল থোকখি)

---

# মংলাক্লরম্নিদা

**অহৌবা** খোঞ্জেলদা শীথা-শীথা নোক্লদুনা নোংঙাল্লেমনা নিপামচাদা হায়রক্ই "ঙসাইগীদো ঐদি পাখৎপনা, মীহুলগসে কোক্তোন য়ৌরক্লবনি, হৌজিক্ফাও মীহুনগসে তপ্থৌ হায়বা য়াদ্রি। "ঝাদো তাবদা ফম্মুংথক্তা ফম্মিন্নরিবা নিপামচাসু খংনোক্ নোক্থোরক্ই, "হৌজিক্তি ইবানি চেন্নবা হায়বদো থোক্লবনিনা, পাখৎপিগদো খরা খিৎ তোক্পিরো! অদুগনে নঙগী হৃদৌ য়াদ্রিবা নিংঙাই চাউবী মীহুলদুবু ঐবু ইংথহন্নু হায়বরো ? ঐনা ননাক্তা লৈরসিফাও করিগী পাখৎ চাউরিবনো?" শুম্হৎপী মাইথোংদা ওইনরক্ই নোংঙাল্লেমা "চৎলো ইকাই খণ্ডদবসিমা!"

নিপামচা ঃ অদুগনে ....

নোংঙাল্লেমা ঃ মখাদি কৈদৌরিবা ..... হা!

নিপা ঃ নোই তামো য়াইমাদো শাথি-হে! ঙসাইগী মাগী শব্দদো মৈগী চীং পোকখায়বগা চপ্ মান্নে, নিক্ই, ঐদি কিসু কিশল্লক্লবনি!

নোং ঃ অদুবুদি মচনথোইবীগী ইবুংনিদনা, মহৌশাদেসু মাদি য়াম্না শাথিবজাৎনি, মীকুসু খীবনি, ঐনা কিবসু মাতনি। ঐশে মচননিকাইসে খণ্ডবিদমখৈ চৈ থাংলিবনি। অদুবু মবুক্তি য়াম্না ফবনি। ঐবু অদুকী মতিক্সু ফুরিবা-ঙাংইবা অদুমুক্ মানা ঐবু নুংশি। ঐনা শেৎ-চারিবা অনৌ-অনৌবা ফিজেৎ-লৈতেং অয়াম্বা মাতনা লৈবিরিবনি।

নিপা ঃ নঙগী ঝাতাসিদি, ঐবু নোক্শিরা নৎত্রগা কপ্সিরা হায়দো য়ৌশিল্লক্ই। ঙসাইগী মাগী মতৌদুনে, ঐনা মচন থোইবী হুরক্পগী শাগৎলম্দৌবা থোইরাং খোইশাউনবদুনে! ঐসে নঙ হাক্তক্তা মাই কায়বরা নৎত্রগা চৈ কাবরা অমদি শোয়দ্রে।

---

অহোংববু মায়োক্লবা ঙম্না মীদুনতা পুন্সিদা মায় পাক্পা ঙম্না ওই।

নোং ঃ অদুক্ হাক্পসু ফত্তবা, ভাব তাদবা ইবুং নত্তে ঐগী, অদুমনসু ভাবনা দলান শাগৎখিনু! ইস .... ইস .... হেরো নৎত্রো নঙবু, হেরোনবু কিশিন্নরদনা, ইবুংঙো ঐগী ইবুংদো হিংনা শেৎতুনা চাবা হিংচাবদি নত্তে, মীনে মাসু থম্মোয় য়াওরিবা, চিংনবিরুনো কৈসু তৌহনজরোইয়ে মচন ঐনা য়ারিবু! মীপাই ইচাউ চাউরদনা মীপাইজাউসে!

নিপা ঃ মানা ঐঙোন্দমুক্ পারা তম্বীরক্ইয়ে! ঐনা নঙগী নতৌ য়েংনিংদুনা কিশিন্নৱানিদা ইবেম্মা!

নোংঃ য়ারে খঙঙে খঙঙে, হিরমসে অমদমুক্ হোংলসি। মরু ওইবা ৱারীদি শান্নদ্রি, ঐখোয় অনী ঙসিদি চেল্লবনিনা, ঐখোয়নীগী লুহোংবসে কমদৌবা ?

নিপা ঃ কম্দৌবা হায়বু খ্বাই মীয়াম্না তৌনরিবা অদুমঙাইদনা। অদুদগী হেনবা নঙ করি অমুক্ খল্লিবনো ?

নোংঃ ইমান্নবীশিংদগীদি ঐদি ময়েং তাহন্নিংদে, ৱারোইপোৎ, হৈজিং পোৎকীবু ওইরো, লুহোংবগী থবক্ থৌরম্দবু ওইরো! মখোয়দগী হেনগে হায়না খনবা ঐগী ৱাখলনি, নঙ খঙলেদনা! নঙসু উহৌবা নৎত্রা ? ইবেয়াইমা, সনাতোম্বী, ঙানথোই, দাইশিগী লুহোংবদা হৈথল্লিবা অথুম্-অহাওশিংদু, লুহোংখিবা খুহোংদু, মীয়াম্ মমীৎ থক্লখিবদু লৈকাই ৱাংমা লান্না মীয়াম্না ফজে ফজে হায়নল্লিবদু নঙসু তাল্লিবদুনি, ঐনসু মুক্খায়ল্লিবনি, মখোয়দগী হেনগনি হায়দুনা।

নিপা ঃ লুহোংবদবু হীয়াং লমজেন তান্নরগা কৈ কান্নবা পুরকতোইনো নোংঙাল্লেমা ?

নোং ঃ মসে হীয়াং, লমজেনগী ৱা নত্তে, ঈজ্জৎ হায়বদুগীনি। হীংগে হায়রবদি মকা লান্না মীরক্শিদা, সমাজসিগী চৎনবীসু ইনবা তাবনি, মতমগী খোঙজেলদা য়াওবা তাবনি। ইজ্জৎকীসু খন্দবা য়াদে, ইজ্জৎকীদমক্তা নৎত্রা ঐখোয়না হীংনরিবা ? ইজ্জৎ য়াওদ্রবদি হীংলুবগী ৱাহন্থোক্ করিনো ?

অসুম্না অহিংদো লোইখিবা খঙহৌদে। নোংঙাল্লবদা অহল লমনশিং হায়না-শরুদুনা ৱা তুপ্পরবগী মতুংদা মখোয়নিগী তংদাংবা লুহোংবগী ৱাফম্সু খঙনরে। চৎনবী তুংইন্না ৱারোইপোৎসু থিল্লুরে, ৱাসু লোইশিন্নরে। পাক্ চাউরবা চৎনবীসিগী তুংইন্নবা হোৎনবদা নিপামচা মকোক্ চিক্পা হেনগৎলক্ই, অমুক্সু মতম্গী চৎনবীসিনা অহিংগী মংলান মুল্লরী। লুহোংবগী চৈশিং মশিংনা তেনশিল্লক্লীমখৈ নিপামচাগী মকোক্তা চাক্লক্লিবা মৈরিদো মৈনা ফবা অসুম্ হেনগৎলক্ই। ফিভম্ চান্নদবা ওইরুবনা লুহোংবগী থৌরাংদসু খেন্নবা হেনগৎলক্ই। নোংঙাল্লেমাদি ময়াই ওইরপ্ ওইনা নুংঙাইবা ইমুংগী মচানি,

মবুং অহুম্গী মচনতোম্বীনি। ময়ুম্না নুংঙাই য়াইফনা লংনা-ঙান্না হেন্দোক-থোইদোক্না লুহোং থৌরম্দু পাম্মী। অদুবু নিপামচাদি মতোম্তা লৈবা অহলশিংনা থম্বীরম্বা পীক্তক্পা য়ুম্-ইংখোলদুদা হীংজবনি। প্রাইভেটকী লুপা লীশিং অনীমুক্ চাজবা থবক্ মচা অমনা হীংজবনি। ব্রারোইপোৎতসু ফজদ্রে হায়রিবা অথেলপোৎতো লাংনবা হোৎনবদা লুপা লিশিং ১০গী মথক্তা চংগ্রবনি। মদুগী মথা শাবদু ইংথম্ব্রিঙৈদা হৈজিংপোৎকী অমদি লুহোংবগীদমক্ থৌরাং তৌনবা তাউথরক্লিবা চেদু উবদা মহাক্ সমুদ্রা ইয়াইদা ইরাক্লরিবা, কাখৎনবা ক্বিবান উদ্রবা কক্ঙাউনরবা অমগুম্লে। লুপা লাক্ষ অমনসু কোন্নবা ঙম্লোইদৌবা, পুবা থাংবা ঙম্লোইদৌবা পোৎলুম্দুনা নছুরবদি মীৎতা নুংথিলদা থব্রানমীচাক্ উবা হৌনশানি। চাগাগা চাদিংগা চুনদবা থৌরাংদু উবদা নিপামচা তুম্দনা মংলাক্নরবা হায়বদো ওইরে। মহাক্ হৌজিক করি তৌবা তাই। ইজ্জৎকী ব্রাফম্ য়াওরক্লবনিনা ময়ুম্ ইংখোল কাইথোক্লুনা লুহোংবদা মতাদৌরি। ব্রাফমদুগী ঈনিল ফংলবা মাবু নুংশিবীবা লৈকাইগী মনে নুংশি ময়াদুগী মনাক্তা হাথু-হাথু লাক্ই। ময়াদুগী তৌফম্ খঙদবা, মশম্ মনা ইচাই চাইদুনা লৈরিবা কাহৎলবা মাইথোংদু উবদা মনে নুংশি য়েংবা ঙমদে। মঙাল ফবা থাবলগী মঙালগুম্ লংজরম্বা মচাগী মাইথোংনা মম্লবা অমম্বা অহিংগী মতৌগুম্ ওইরবদা মনে নুংশি মথম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতে। নিপামচাগী পুক্লিং থৌগৎলক্ই -

নুংশি ঃ ইবুংঙো নঙ করিগী অদুক্ লুনা খঞ্জিল্লীবনো ? সমস্যা খুদিংমক্কী লাইথোক্ হন্নবা পাম্বে অমমম্দি লৈবনি। ফনা কন্না কিশিনখ্রবা কিশি ফাওবা কোম্থোক্হন্দুনা থোক্পা য়াবা পারম্ লৈবনি। করম্না থোক্কদগে খনবা ব্রাখলদুগী খুখন্দুনি খেৎনরিবা। ননে ঐ অমা ইচাউ চাউনা লৈনা-লৈনা ইয়ানা করিগী তুশোল্লিবনো? লুহোংবা হায়বসিদি ঐ ঐনা ঙমজবা মওংদা পাঙথোক্কদবনি। নঙগী ফিভম করি ওইদুনা নঙনা অদুক্ ব্রাংবা ব্রাখল শাগৎলিবনো ? মীমাংদা ইকায়জে হায়দুনবু মীগী মীৎ পেন্ননবা নয়ুম্ ইংখোল য়োল্লগা লুহোংবা হায়বসিবু করম্না ব্রাখল লৈবা মীগী ব্রাখলনো ? নঙনা হোৎনরিবা ফজে-ফজে হায়নবা মীয়াম্দো হয়েং নঙবু হন্না য়েংবীরক্কদৌবা নত্তে। নঙগী অব্রাবদা খুবাক্ খুগদৌরিবনে! থিগে হেক্ থিজসনু লুহোংবগী নিয়মদুতা কাইদ্রগা লোইরে। থীক্-নেম্বা ঐখোয়না অতিয়াগী থব্রানমীচাক্কী মতৌগুম্ তম্বা ঙম্বা নত্তে। অদো নঙবু .... ইমৌদুগা ব্রারী শান্নদুনা খরা খন্ন-নৈনবগা তৌদ্রবরা হায়মী!

নিপা ঃ ইনে, মানা ঐসে ঐগী মপানগী শক্তম্সিখক্তদা উবনি, ঐগী থম্মোয় মনুং হঞ্জিনবা ফিভমদি মানা কৈদৌনুংদা উননবা হোৎনদে। ঐসু ফনা হোৎনবনি, নুংদা ঈশিং চাইবগুম্ হায়বদুনি। ঐ খঙদ্রে ইনে,! করি হায়গদৌবনো ?

নুংশি ঃ থীবা লেপ্ত্রবদি লম্বী ফংবনি। হোৎনবা লেপ্পা য়াদে। অশাগী মপাল ঐখোয়না কৈদৌনুং থাবা য়াদে। কবিগুম্না ফিভম অমত্তদা নঙগী নয়ুম্ ইংখোল কায়থোক্তুনা নঙ লুহোংবা য়াদে, সুকয়া য়াদেকো। করিগী নয়ুম্ ইংখোলসে কায়থোক্তুনা নঙনা লুহোংদৌরিবনো? য়ুম্ ইংখোলসে নঙগী নপাবুংনা য়াম্মা ৱানা চহী কয়া চংনা হোৎনজদুনা লেপ্চখিবনি। নঙগী নপাবুংদগী লেংদ্রবা খুদম্ অমসুনি য়ুম্সে .... অদু হায়য়ুনে নঙবু নঙগী নিংবা থুংনবৈদমক্ নপাবুং শক্লবা ইংখোলসে য়োনবা ঙমগদৌরিবরো ? হয়েংনা নঙগী নুপী অঙাংনা কদাইদা থম্দৌরিবা, শৈদাংহনদৌরিবরো? য়ুম্ ইংখোল হায়বসে কায়থোক্পদি য়াম্মা লায়বনি, লেপ্শিনবদি অদুক্ মতিক্ লায়দবনিকো নিপামচা!

নিপা ঃ করি লম্বী, করম্না উপাই অমমুক্ লৈরিবগে, অসি নত্তবা ইনে?

নুংশি ঃ করিনো হায়বিদুবু, নিপামচা নঙ মীংতগী নিপামচা ওইগনু? নিপামচা থোক্উ, লম্বী অমদি শোয়দনা লৈগনি !

নিপা ঃ করম্না লম্বীবু লৈরম্খিনি ইনে? ইনেনা লম্বীদু পীনবিয়ু! নচাদি মীৎ তাংবগা পাঙ্খক ওইরে।

নুংশি ঃ নঙ নুপীমচাদো ইনেগা অমুক্তং উন্নহল্লু, ইনে অমুক্তং ৱারী শাদুনা য়েংগে? ইচাগী পীক্লবা তাইবংসে মচেৎ-মচেৎ নিংখায়রক্পা ইনে য়েংবা ঙমদে! ইয়াবু ইনেনা করম্মা য়েংলসিগে ইয়াইদা ঈবাক্লদুনা লুপখিবদো!

নিপা ঃ ইনে, নচা শোয়দনা হোৎনজগে!

নোংমা নিনি হৌদ্র-তুংদা নিপামচানা পাউ খঙহনখিবগী মতুং ইন্না নোংঙাল্লেমা নিপামচাগা মমান্নবী চনুলেম্বী হোয়দা উন্নে। নোংঙাল্লেমা মমায় ফি কুপ্তুনা ফল্লন্নদগী, ফি খুমদু লৌথোক্ লৌথোক্লা নিপামচাদা মুন্না য়েংঙি, মতৌদু উবদা চনুলেম্বী লৈরাং মরক্তা তিংখং হায়দো থোক্লরবগুম্ ইকায়রক্ই।

চনু ঃ ঐ অসিদা লৈবা নুংঙাইদৌ মান্দ্রে! নখোয় অনী ৱা খন্নহৌখো! শাংদোক্তনা মরুওইবদুদা দং-দং হেক্তা লোইশিন্নৌ। ঐ চা থৌরাং তৌরুগে! (থোকখি)

নোং ঃ (মমাই হাইফেৎ লুক্থে, মীৎচিদুনা নাচেক্লনা নিপামচাদা য়েংলদুনা) করিগীনো করম্বা অরুবা লৈরবগে ? উন্নদা য়াদে হায়দুনা ঐবু হাথু-হাথু লাক্তা য়াদে হায়রিসিবু ?

নিপা ঃ ৱাফম্ অমগীনি, থুনা খন্নহৌদা য়াদ্বা ... মতমসু লৈশিল্লক্ত্রবনিনা থুনা ৱাফম্সে নঙ ঐ য়াশিন্নহৌবা চুম্মী হায়না খল্লি!

নোং ঃ করি ... করিবুনো ? থয়াইনদ্রবসু শেংনা হেক্তা দোং-দোং হায়দোক্পিয়ু, ঐসু মীতোপ্ নত্তে, নঙগী হক্চাং তঙ্খাই, থৱায় তঙ্খাই ওইরবীনে!

নিপা ঃ ৱাফম্‌সে করম্না হায়সিগে খনবদা ঐ কোক্‌শে চিক্তবাদি নত্তে, পুন্নমক্ নঙোন্দদি তাইওন্নবা ওইনা থোক্করগনি। অদুবু নঙ মসে হায়-হায়দুনা শাওনিংগনু থৌদোক্ অমনা লুপ্পরা, থবায় অনীগী লাক্কদৌরিবা তাইবংদুনা তাবরা ? মীৎয়েংগী ৱাহেংগী ফজবনা হেনবরা ? নৎত্রগা অৱা কোক্‌থোংনবনা তাবরা ? ঐখোয় অনী অরুম্-অয়াং ওন্দুনা নৈনহৌসি! লায়না নারগা লায়েং থিবা নত্তবা লায়নাদো নাম্রিঙৈদা লায়ওং খঙদোকহৌদুনা নাদনবা চেক্‌শিলহৌসি। হায়বদি ৱাফম্‌সে মাংজৌননা ঐখোয় অনী মংলান ওইনা য়েংমিন্নসি।

নোংঃ (খনজান্ননা মা লৈ) অদুবু করম্না ৱাফম্নো হায়রীদুবু, ঐখোয়নিগী লুহোংবগী থৌরাং অসিগী ওইগদৌবা মাল্লি

নিপা ঃ মান্নি নোংঙাল্লেমা ! য়েংঙু নঙনা হেন্না খঙলদুনি ঐ ফিভম্ করিনো হায়বা! ঐগী য়ুম্লে-কৈরে, ঐগী শেম্ছোক্‌সিগা ইবানিগী লুহোংবগী শীল্লিবা থৌরাংসিগগী মরক্তা অচৌবা চৈখে অমা খল্লিসে নঙ উদরা ? ঐদি মংদা ইংখোলদগী সনা তানবগা পাংখক্ ওইরে। ঐগী ফিভম্‌সে শোক্‌চিনগদৌরি নোংঙাল্লেমা! নঙ ঐগী তুংগী পুন্সি তিংখং মরক্তা চৎকদৌরি!

নোং ঃ করিনো নঙনা হায়রিদুবু থৌরাং পুম্বা লোইরক্লকান্দা, পাউ-চে চৎপা শিনথুংল মতম্‌সিদা লুহোংবসে কায়বা তারবরো ? করিগুম্বা লুহোংবসিনা কায়বা থোক্লবদি ঐবু, ঐগী ইমুং মনুং অমদি শাগে নাতৈশিংবু মীনা করি হায়না ঙাংনখিনি। তাইবং মীয়াম্ মাংসিদা ফাগী অমা ওইনা লৈহৌরোইদ্রা ? .... মদুবু চৎনবা য়াবা ৱাফম্না? অদুবু হৌজিক্ খন্নখিবা য়াবা ৱাফম্নি হায়খিগেরা ?

(মতাং অদুদা লুমদুনা ৱারী তারম্না মনে নুংশি চংশিল্লক্ই, মনেবু উবদা নোংঙাল্লেমা মকোক্তা ফি খুম্মী, খুরুম্মী)

নুংশিঃ য়াবে, য়ারে ইমৌসিদি, নিংথিনা ফম্মু, নিপামচা নঙসু ফম্মু, ইনেগা ৱাফম্‌সে পুন্না তান্নসি, ঐসু ঙসাইদগী নখোয় অনীগী ৱারীশিং তারম্লিবনি। মতাং চাবা ভাইদুনা লৈরম্লিবনি। নিপামচা ৱাফম্‌সে ইনেনা হায়বা নত্তে, নখোয় অনীবু ইনেনা ৱাহান্নংদে, নখোয় অনীগী মরম্‌দা খনবদা ইনে অহিং তুম্না ঙমদে। নঙসু মুন্না খল্লু, লৈননবা লৈরিবা য়ুম্ ইখোল থুগায়রগা ইমুং-মনুং কৈরোই-লৈকাই, মরূপ-মপাংসিগী মীৎ পেলহনবা তারবদি, হয়েং নখোয়না কদাইদা লৈরুগদৌরিবা। মীগী ময়ুম্‌দা শেল থিদুনা শৈদাংদুনা হিংবা পুন্সি হায়বদো ইনেগী মীৎসিনা কবম্না য়েংঙু হায়বনো? ফরবসু ফৎত্রবসু য়ুম্ অসে ননেম্ নকুগী হুমাং মমলতনা শেমগৎ-শাগৎচখিবনি। নখোয় অনীগীদি শেংলবা লাইশঙদগীসু তাবা নত্তে।

নোংঃ ইনে ঐবু করি হায়য়ু হায়রিবনো ?

---

নিষা, স্বার, লমচৎ কান্না হায়বসে মাঙফম্নি, মুৎফম্নি মোংফম্নি ঐখোয়গী।

নুংশি ঃ নখোয় করিসু হায়গদবা নত্তে, নখোয় অনীনা তৌগদৌবনি, নখোয় অনীগী, ইমুং-মনুংগী, শাগৈ-নাতৈগী মীংচৎসু তাদনবা, নখোয়নিগী নিংবসু থুংজনবা, নখোয় অনী ভুসিমক্ অমুক্ হন্না চেন্নু অদুগা রায়েলশঙদা চৎতুনা আইনগী ওইবা নিয়ম্দা লুহোংনবা হোৎনৌ। ইচম্ চন্না মওংদা নখোয় অনীগী পুন্সি লৈপুনসে শেম্সি। মখা তাবদি ইনে লৈরিবসিদি, কিগনু ইনেনা ফনবা পুন্না শীনগনি।

নোংঃ ইনে অদুবু য়াগদরানে? মীনা নোক্লরোইদরো ?

নুংশি ঃ ঐনা হায়রিবসিতা নখোয় হান্না তৌ, মখা তাবগীদি ইনেনা ফনবা শীনগনি। নোক্লনিংবা মখোয়সু নোক্লজসনু, মখাদাং চোক্থরগানা মরাই তোক্চখিনি। নখোয়দা শিকি অমা পাংলক্কদৌবা মীদি অমত্তা ওইরগ্লোই, মবা লৌরুনু। কনা খঙনি, নখোয় অনীগী মতৌময়ায়া তম্নরক্পসু, মদুগীদমক্তা নখোয় অনী পুক্লিং হন্থগনু, চাউথোক্চৌ। অফবা, অচুম্বা, ইরমদম্সিবু কনবা ঙম্নবা লম্বী অমা নখোয় অনীনা য়াৎপা হৌবগীদমক্। অরং-অরাক্, চাউনা-চাউনা লুহোংবগী লম্জেন তান্নবিবা মখোয়গী মায়োক্তা। লমদম্সিদা লৈরিবা লুহোংবগী পোৎলুম্না নল্লবা ঈরৈচাশিংসে রাজরবনি। মখোয়দুসু মমীৎ পাংহন্দুনা থৌনা অমা শোয়দনা শীবগনি। নখোয় থুনা থৌরাং তৌ ইনে চৎলে চৎলে।

(মনে নুংশি হেক্ চৎখিবগা মখোয় অনী মীৎকা মীৎকা য়েংনৈ, ঙৈহাক্ রা-লাং ঙাং শক্লদে, মীকুপ্ খরগী মতুংদা মাইথোং হাইফেৎ মোমোন নোক্লুনা)

নোংঃ ইস... স...স....স ..... মংলাক্লরম্লিদা। ঐখোয়নীগী নুংশি পন্থুংসে / পাংহল্লমদ্রবা / খুরবা থম্মোয় মীৎয়েংসে .....(চংশিল্লক্লুনা নিপামচাদা ঙাথে) ইনেসে ঐখোয়নীগীদি মীৎনা উবা লাইনি। ঐখোয়নীগী তুংগী পুন্সিগী ফিভমদি শুক্খন খল্লুদনা তাইবংগী লৈতেং ওইননবা, মীয়াম্না ফজে হায়নবগীদমক্তা ইশানা ইশাবু মৈগী কোম্দা চোংথজনবা হোৎনরুবা ঐসে কয়াদা রাখল থোক্লদ্রবা! খ্বাইদগী অপংবা জীব অমা ওইরুরবা! নঙবু করি খল্লিগে?

নিপা ঃ করি খল্লুনি, নঙনা খল্লিদুনি,

নোং ঃ অদুদি চৎলসিরা ?

নিপা ঃ কদাইদা, য়ুমদরো ?

নোং ঃ (মপামবোম্দা কিন্না থিল্লি)' শিদা!

---

[illegible]

# ইমাইপেম্মা

**ইনে** থবাগী চা-থক্ শঙসে পোৎশিং য়াম্না ফৈ হায়না তাই। শিংজু, কাংহৌ, বোরা তোখাইবা মহাও অমা চেল্লী হায়নৈ। ঐগী মরুপ্ তোম্বনা লৈরিবা লৈকাইদুদা লৈবনি ইনে থবাগী চা-থক্ শঙ। ঐগী মরুপ্তুনসু য়াম্না থাগৎলী ইনে থবাবু। ব্রাহ্মেশিংদু তাবতদদা লৈশে তিন হৌরক্ই, অরাম্-খৌরাংবা হেল্লক্ই। তশেংনগা চারবদি কৈনোমদি তৌগদৌবা মাল্লি। ঐনসু অমুক্তংদি চংদুনা চাদদি ঐসু চারুবগে হায়না খল্লক্পা কুইববনি। অদুবু ঙসিদি নুমিৎতো য়ৌরক্লমাল্লে, ঐ অমদি তোম্চা (ঐনা নুংশিনা কৌবা মীংনি) ইনে থবাগী চা-থক্শঙদা চৎলি। ইনে থবা মথা শানা বোরা হৌরম্মী। ঐখোয়বু উবদা কৌশিল্লক্ই। ব্রা ঙাংনদে বোরা খরগা চা অনীগা পীশিল্লক্ই। মদু উবদা ঐনা তোম্চাদা য়েংই। তোম্চা নোক্ফেৎ তৌদুনা ''মরুপ্ খঙনবীনে, ঐবু লাক্লবদি, করি চাদোইনো হায়বসে হায়নদ্রবসু ইনেসে চীনফা পুরবনে। ঐনা খুম্মী, ও, ও অদুমাইনা ওইনা তৌবা ওইরে ? ঐখোয় অনী বোরা চানা-চানা চাসু থক্ই, ব্রারী-ব্রাতাইসু শান্নরী। মতম্দু নুমিৎকী মঙাল পৈথরক্পা নুংথিলগী পুং অহুম্মখায়মুক্ তারক্পা মতম্নি। হায়গুম্দনা ইনেগী বোরাদু মহাও অমা চেল্লি, নিষা চুহল্লী, চরীষমখে ওক্পা কৌবা লৈতে। বোরা খরগমুক্ লৌথে। তাঙ্গাদুদা মশক্ মতৌ চংখোনবী লৈশাবী অনীখক্ চংলক্ই। মখোয়বু উবদা ইনেদু ইহে- হৈনিংদবগুম্ কৈনোমা তৌই। লৈশাবী অনীদুনা হায়রক্ই -

— ইনে থেংলে, খরা থুবীরো ?

— নখোয় শাউরনু খুদোং চাদরে ঙসিদংগা লেপ্লগে, ইনেদুনা খুম্মী।

— করিনো হায়বীরিদুবু, মদুবু য়াবরানে ? লৈশাবী অমনা হায়রক্ই।

— য়াহনসি, য়াহনসি, ইনে খুদোং চাদদুনা তৌরিনি, ইনেদুনা নমথনবা হোৎনৈ।

— ইনেগী ব্রাসিদি য়াম্না কায়রে, ঙসিগা নুমিৎ তরানি শুরে ইনে শেলহন হুনবীরক্তবা,

---

নুপানা নুপীগীদমক লান হৌই, নুপীনা পুক্কীদমক ইরাং হৌই।

মদু চংনবা য়াবা নত্তে। ৱা য়াম্নহনগুম্সি ঙসিদি ইনেগী উলৈ-পালৈ তোক্পীরো, শেলদু শুনবা হোৎনবিয়ু। ঐখোয়বু লৈশাবী ইকায়খঙদবী ৱা য়াম্গনবী তানবা শীনবীগনু। লৈশাবী অমদুনা শাউনা হায়খি।

ইনেদু হাইফেংতি অনম্ কল্লি মানা হেক্ ঙমদুনা লৈহৌই। খংনবা য়াবমখৈ খংনদুনা য়েংঙি, চৈবা য়াবমখৈ চৈ- ঙাংঙি, মমৈদা মখোই ওইনা ইকাইরক্তুনা লৈশাবী অনীদু চংজ্রে। মখোয় অনী চংত্রবা মতুংদা, ইনেদুনা শোচ্ছাংননা শোল্লক্ই "তস! কমদৌই নখোয়নদি ঙম্হল্লোই, ঙরাংগী ঙাখা নোইনা থবা ঐবু খুদুম্ চনবা নতীক্ নত্তে।" ইতোম্ মওল-মওল খল্লি, ঙমদি ঙম্মিকো ইনেশে। মিনিট খরগী মতুংদমুক্ মোটোর তোংবা নহা অনী অমুক্ লাক্ই। ইংননবা মেচিন্দো লৌই হায়বরা কৈনৌ, মদুগী নুংতিগী শেনখাই খোম্না লাক্পনি। মখোয়দুসু মদু মঙাই, ইনেদুগী চক্রিদু হৌই। নহা অনীদু ফিংগৎলক্উ। মখোয়গী ৱারীদুদগী ঈশিং ফম্জিলহন্নবা মেচিন্দু ইনেদুনা নুংতিগী শেনখাই হুনগৎতুনা শিংগৎপগী মওংদা লৌবা ওইরমাল্লে। থা মরিগী মনুংদা লোইগদৌবদু থা মঙা শুবফাও তঙ্খাই য়ৌদ্রিবমাল্লে। মদুনা মেচিন্দু ফাগৎলনি হায়দুনা ইরাং লাংই। থম্মোয়সিদা অকনবা চৈফু অমা ফাওবক্ই ইনেদুগী মতৌদুদা, মীগী পোৎ লৌরগা শীংদোক্পগী মহুৎতা চীন্দা পাউদানগনি হায়দুনা শেম্ শাদুনা লৈরিবা মতৌদুদা।

লৈতবগী তিল হায়বসিসু শাথিবা জাৎনি। মীবু কদাইদগী কদাইফাও চীংথরক্ই ইকাইখঙলক্রে তৌবা ঙম্শিল্লক্ই। অনংবা হায়বদুনা অমনি। পুন্সি হায়বসিদি ইশাগী পনখৈ অমা লৈফম্ থোক্ই। ইশাগী ইতিক ইপাগা চান্নদনা থবক্ তৌবা হৌনদবনি। চাকা য়েংদনা চাদিং তৌনিংলুবগী শক্তম্দুনি ঙসি ইনে থবাগী ফিভম্। মীওইবা ঐখোয়না হীংনরিবসিসু ইজ্জৎকীনি, শুপ্নগী শেলখক্কীদি নত্তে। ইজ্জৎ য়াওদ্রবা পুন্সিদি সুম্ চারবা য়ুম্বীগুম্বনি। থংনবা মীকুপ্তা ইনেগী অহুম্শুবা লান পাইশিল্লক্ই। ঐদি লোইরবরা হায়না খল্লুবনি অদুবু লান্দি লোইদ্রি। মৌ মীয়াইচনবী অমা ফিংনা ইনেদুগী মাংদা লেপ্তুনা শৈরেং, থীদরক্ই "ইচে, ইচেনা খনবীরিবসিবু করিনো ? মরুপ্ ফংদোক্পিগ্রগা পংশিন্নরিবা করিগীনো ? ঐখোয়বু করি ওইনা উবিবগে ? মরুপ্ লোইখিবা নুমিৎ তরানি চনশিনগ্রসিফাও ইচেনা থৌশা ৱাশাদ্রিবসে করিগীনো ? ননাও ফুগৎচবা ঙমজদ্রে। ঐসিবু ইচেগী মীৱা তানবা লৈরিবা মীনাইরো ? শোইবনা ইচেনা শোয়রগা ইকাইবনা ঐনা নংহল্লিবা করিগীনো ? ইচেগীদি ইজৎ হায়বমা থম্লিংদ্রবসু ঐগীদি থম্লীয়ো। শেন খায়দো হৌজিক্মক্ ঐ পুদুনা চংচরগে পুথোক্পীরকউ"

নুপীদুনা ৱাহৈ অমা ঙাংবদা ইনেদুনা অনী-অহুম্, অনী-অহুম্ খুম্জিল্লি। মানা হেক্ ঙমদুনা নুপীদুবু মখুৎ হাংনা হলহনখি। ইনেদুগা চীনগী লান শোক্লবদা মাবু লাকথুবা ঙমগদৌবা মী থীবা ৱাগদৌ মানশিল্লক্ই। ঙসি নোংমাখক্ ইনেগী বোরা-শিংজু চাগে হায়দুনা লাক্পরা হায়ববু লানফম্দা লান য়েংবা লাক্পা তাপ্রে। অসুম্না মথং-মথং উরক্ই

ইনেদুগী তরুক্শুবা লান। পুন্সি হায়বসি লানফম্লি হায়বদু ঙসিদি ময়েক্ শেংলক্ই। মঙাল ফরিবা নুমিৎকী মতমদসু থব্রাম্মীচাক্ মশক্ উরক্ই ঐগী মিৎতা। ঐখোয়গী ইতৌদু উবদা ইনেদু খরদি ইকাইবা মাল্লি। ঙসাই ঐখোয়না চংলকপদা ইনেনা মথা শারম্বদুগী পাউখুম্ হৌজিক্ ফংলক্ই। ইনেদো ঐখোয়লোম্দা ওনশিন্দুনা ৱারী শারক্ই "ঙসিগীদি ইনেগী লান লোইরে, নখোইনদি ঙক্লা খোক্লম্বা য়াই ইনেগী পুন্সি মহিংসে উবদা। ইনেসু পাম্বা নত্তেনে নুংত্তিগী লানসে শোক্লবা। অদুবু শোক্লদবদি য়াদে, ঐসে তৌঙম্বী, ইকাইখঙদবী, চীনগনবী ওইদবা য়াদে। ঐ অমগী পুন্সি অপুম্ অশা, অমোংপা ওইরবসু ইচাদি মী ওইহন্দবা য়াদে। মপা ওইরিবা মানা মচাগীদমক্ করিসু খন্দনা লৈখোক্পা ঙম্লবসু, মমা অমা ওইনা ঐদি ঙমদে খঙজিন্নদবা। ইবুংঙো নুপা থবক্ শুনিংদবগী নুপী ওইরুবা হায়বসি মসি ঙাক্তনি। নুপা মানা মথৌ মশক খঙদ্রবদি নুপী ঐখোয় মপান থোরক্পা তাবনি। হীংদবদি য়াদে। হীংনবগীদমক্ চাদবদি য়াদে। ইচা চাউখংলক্ই মখোয় অমমম্বু মী অমমম ওইননবা শেম্বা হায়বসি অরাইবা নত্তে। মখোয়তবু মী ওইরবদি হায়দুনা মীগী খোঙনেৎফম্ ওইদুনা পুন্সিসে হিংলিসিনি। হয়েং মখোয়না মী ওইরবা মতম্দা মমা-মপাবু নুংশিবা নুংশিদবা হায়বদুদি মখোয়গী ৱাখলনি। মমা-মপানা মচাবু কৈদৌনুংদা মীরাইনিংদে, মচা ওইবতনা মমা-মপাবু মীরাইবিবা ঙাক্তনি।

ইনেগী ৱারীদু তানা-তানা ঐখোয় থোরক্লে। থম্মোয়দা পৈখংলম্বা অমোংপা ৱাখল ময়াম্দু কুম্গী নোংনা উনাদা পক্লম্বা উফুলশিংদু পুংলং লংনা চাম্থোক্খিবগুম্ নিংই। ঐগী থম্মোয়নুংদা লৈরম্বা "ইমাইপেন্মা" হায়বা ৱাহৈদু ওহ্লোক্খি "ইচং থৌবীদা"দা। পুন্সিসে অঙক্পনি, মীৎনা উবা খুদিংসু চুম্লম্দে, নানা তাবা খুদিংসু লাল্লম্দবদি নত্তে। থম্মোয়না নিংবদুনতসু চৎনবা য়াদে, অশেংবগা মায়োক্লবা তাই। পুন্সিগী মচু মশক্ খঙগে হায়রবদি মপান্দগীতা য়েংবা য়াদে, মনুংদসু হৠিন্না চংবা তাই। ঐনা ৱাখল খনবা ইতৌদু উবদা তোম্চানা লাক্লরক্ই, "ৱারজিৎ নোই অইবগী হৌনবীদু তৌরক্কনুকো, মরু-মরাং হাপ্তুনা ঙসিগী থৌদোক্সে ৱারী লেংথোক্লগা খবরদা হাপতোরক্কনু।

---

পুক্নিং ৱাখল লাকশিনবা ঙম্নতনা পুন্সি লাল্লোংদা মাই পাকল্লি।

# ঈশ্বর মাতনা খঙলসনু

**থম্বালগী** যুম পংচাউ চাউবদি নত্তে। পীক্তক্ চেংতক্ হাইবপ্ ময়াই ওইনা য়েংবা নুংঙাইবা যুম্ ওইবম্বনি। হৌজিক্তি শেমজিন-শাজিনবীদবনা মচেৎ-মচেৎ ফক্লাংদো কিছুবে মচুসু শিথবে, শনগোলগুম্লে। ইমুংদুদি মৈ থান্দ্রবসু ময়াবে অয়ুক্-নুংথিলদনা নুমিৎকী মঙালনা অদুগা নুমিদাং-অহিংদনা থাবল মঙালনা পুমঙাল ঙাল্লি। কবিগুম্বা নোংচুবা নোংজুথাগুম্বদদি ইমুংদু ঙা যোক্পা য়াবগদৌবা পুখ্রিগসু মাল্লি। থম্বাল মৈখু ৱা-ৱা কাখে চাক্শঙদা চাক্ থোংবা হোৎনবি। মপুবোইবা বঞ্জন চহী ফানিংচৎ ফম্শেন্নবক্লবা মতুংদা ঙসিদি মশা ঙম্দবদো খঙহেন হেঞ্জিল্লক্পগুম্ তৌই। ঙসিদি মপুবোইবনা চানিংঙি হায়বা ঙাক্রা থোংবদো পিজবম্গে খন্না মথৱায় য়াওনা থম্বাল হোৎনজে। তৌফম্ থোক্পা মপুবোইবগী শেবা পেন্ননবা হোৎনববা মতুংদা থম্বাল কৈথেল থোবক্ই।

নুমিৎনা কোক্তোন লোম্লক্পা তানফম্লি। নুংশাগী মৈশা মবক্রা, হুমাংনা মশা শিনথুংনা চোৎখে, থম্বাল অচাপোৎ পেকেৎ পেকেৎশিংদু খরতা ওইববসু যোলহৌনবা হোৎনবি। পোৎনা পোৎ শিৎতবগী খোইশাওনবনে, নুংশানা মৈশা অসুম্-অসুম্ হেনগৎলক্পগী খোইবাংনবনে, পান্নবিঙেদুদা খুৎতা লীচৈ পাযবা খাকী মচু শেৎপশিংদু লম্বী মপান্দা পোৎফম থাদুনা পোৎ য়োনবগী পৈশা খাইবা লাক্ই। মপুক্লিংদদি থীনা চৈ "মীওৎপা লমগী ষণ নখোয লাক্লববা ? লাইববগী লবুক্তদা তিল তাই হাযদুনি" অদুবু থাঙ্গৈশেংবদদি মচীন্দা কবিসু হায়দোক্চবা ঙমদনা, লুপা তবা চৎপি অমা শৎতোক্লগা পীখি। চানিংঙি হায়দুনা মখুৎ ওইদুনা পেকেৎ অমসু পায়দুনা চৎখিবদো য়েংবা নত্তনা উপাই লৈতে। খলহৌই নখোয়গীদমক ফম্বিবা তাবে।

— "ইতৈমা, ইতৈমা"

নুপা মচা অমা শ্বব থবেৎ-থবেৎ তৎখে লাপ্তক্লা কৌ-কৌদুনা মাগী মায়কৈবোম্দা

চেনশিল্লক্ই। ইতৈমাবু থীবদা মাইকৈ শল্লে, য়াম্না চোক্থরে, নুপামচাদু ঙৈহাক্ চনীং তানা শ্বর হোঙ্গরদুনা হায়রক্ই -

— "ইতৈমা থুনা য়ুম্দা হল্লসি য়ুমগী ফিভম্ চাহৌদ্রে, দা রঞ্জনদো য়াহৌদ্রে" ....

ৰাদো তাবদা থাওই-ৱাওইদবগী মতৌগুম্ করিসু নাচুংদনা থম্বাল পোৎচৈশিংদু শেম্দুনা লৈ। মাগী মাইথোংদ ইহোং হোংদে অৱাবগী মমিসু মচেৎ অমত্তা পক্তে। মতৌদু উবদা পাউ পুরক্লিবা নুপামচাদু চঙক্লনা য়েংদুনা লৈ। ঙৈহাক্ মতৌ য়েংলবা মতুংদা নুপামচাদুনা হায়রক্ই-

— "ইতৈমা থুনা খোঙলৈ থুরক্লো ঐ হাল্লন্নগে" নুপামচাদু চেন্না চেন্না চৎশ্রে।

পাউদু খঙলতুংদসু থম্বাল মাগী মীৎয়েং মাংদা তাদুনা লৈরিবা পোৎতুদগী ইহোং হোংদে। পোৎ য়োন্ননবা হোৎনদুনা লৈ। ময়ুম্দা চৎননবগী মতৌ ইউ-উরক্রুবদা অমদি মহাক্কী ৱাখল ইহোং হোংদবা মতৌদুদা থংননা ফম্মিন্নরিবা নুপীশিংদুনা মাবু ময়ুম্দা হনখিনবা থৌরক্ই। থম্বাল করিসু তাদবগুম্ মাগী তৌফম্ থোক্পা মথৌদুদা মপুক্লিং লুপ্তুনা লৈ। অদুগুম্না থৌওই-ৱাওইদবা মতৌদুদা নুপীশিংদু খোইরাং খোইশাওননা শাউচৈ চৈরক্ই।

— নঙবু করিমত্তা অৱাবা হায়বদো ফাওদ্রবরা ? লৈখিদ্রিবসে কনা নত্তে, নঙগীদি নপুরোইবনে! অসুক্ চাউবা অৱাবা পাউসে খঙলা ফাওবদা নঙনা করিগীনো থৌওই-ৱাওইদনা অসুম্ লৈথোক্লিবা, পোৎ য়োন্দুনা লৈরিবা, তুক্কৎচৈকো নঙগুম্বী নুপীসিদি, নঙবু নুপীরো ? নৎত্রগা নুপীগী মীংদা অমুবা কালি (খোনথি) অমারা হায়য়ো ?

থনুংদা ওম্চাক্লরিবা থম্বাল মখোল থোরক্ই, ৱাহৈশিংদুগী য়া-কুম্বা পাউখুম্ পীগে হায়না খল্লবসু মমোন্দা,খোঞ্জেলদি থোক্পা ওল্লক্তে, মপুক্লিংদদি পেন্না হায়জে " অৱাবা হায়সিবু করিনো ? কমাইতৌজাৎনো? ইচে পীদৎপা লাইররবা ঐখোয়গী লাইবক্তা অৱাবা নত্তবা করম্বা পোৎশক্ অমা তল্লিবগে ? খ্বাইদগী তোল্লবা পুন্সিনি ঐনা ওসি হিংলিবা পুন্সি মহিংসে, মসিদগী হেন্না তোল্লবা পুন্সি মহিং অমা ঈশ্বর মঙোন্দা লৈরম্গদৌ মান্দে, তোনবদগীসু তোল্লবা জীবনি ঐ"। হায়দোক্পা ওমদ্রবা মাগী মাইথোংদুদা ইমক্ মক্শিন্না কাশিল্লরী। ইকং নংলবা লৈমাইগুম্ মাগী মীন্না অনীদুসু ফাজিল্লী, পীগী ঈরা অমাফাও চেন্দমখৈ, উৎলি অখাও কনবৈ খুদম্ থম্বাল।

খনবমখৈ খল্লুরবা মতুংদা থম্বাল, নুপীদুগী ৱাহৈদো তুম্ থিনবগুম্ চৈনা ফাওরক্ই, পোৎ-চৈ লোইশিল্লগা প্রপ্-প্রপ্ ময়ুম্ য়ৌনা চংশিল্লক্ই। লৈকাইগী মীওইশিং খরা তিল্লম্মী, ইরাং লাংদুনা লৈরম্মী। থম্বালবু উবদা মী খরদি চিবোন-চিবোন ভাংন-শক্লবা হৌরক্ই। ময়াম্ মরক্তগী ফী-ফী কামখৈ ফন্নল্লিবা মনম্মা থোক্পদুনা মত্তিং ফুদোক্খৈ থম্বালদা লাওরক্ই - "হে মহারাণী, কদাইদা কোইদুনা লৈরুই অসুক্ কুইবসে! নঙদি

লান্না ইনশিল্লি হাৎনা শুননবা, হাৎনা-শুনবনা মরৈ লেকললকই মাঙহন-তাকহন্নবা, মাঙহন তাকহনবনা শীল্লি মীওই জাতিবু লৈনুংদা চীংথনবা।

ৱারীরোইনে, শিরিবসে নৱানি হায়না খল্লবনিনা, ওক্তবী! নৱাসু নত্তবা নুপাদুগা লোয়নরবনিনা, নৱাগী য়ুমদা লৈন-লৈনা নৱাগী অধিকার পুন্নদি শিন্নরবনিনা মঙোন্দা, ইকাইখঙদবী শেকপী।

মীয়াম্ পুন্নমক্ মখোয় অনীগী মতৌদু য়েংদুনা লৈ। ঙৈহাক্কী মতুংদা তিল্লিবা মীয়ামদুনা অফবা হায়বদো লৈতমখে মাগী মাগী মচান্দগী থোরক্পা হায়নিংবদো কুম্গী নোংনা হৈথরক্পগুম্ মনীং তম্না-তম্না হৈথনরক্কই। তাহেদবা, তাবদা শিনিংবা পোক্পা ৱাহে ঙাক্তনি। খরদি মতিন শীৎপসু য়াওনরক্ই।

থম্বাল ৱা মচেং অমফাও ঙাংদে, তুমীন্না মরু লুকথদুনা খুউ খুদক্ চন্দুনা লৈ। মপুরোইবনা লৈখিব্রবা পুং ৩-৪ হৌব্রফাওবা কনামত্তনা শিরিবদুগী খনবা তৌদনা থম্বালবু চৈ থাংদুনা লৈ। থম্বাল মপুরোইবগী মফশিন্না উইশিনখ্রবা মাইথোংদু য়েংদুনা লৈ। মহাক্ ময়াম্না ঙাংলি শক্লিবদু তাখিব্রে। মশাদা ইল্লিবা ফিদুনা মপুরোইবগী মশাদু কুপ্শিল্লি। অমরোম্দদি মহাক্ অপেনবা পোক্চে, মহাক্কী মপুরোইবনা চানিংই হায়জবা ঙাক্না থোংবদু ঙসি অয়ুক্ মবুক্ থন্না পীজখিবদো, মদুনা মহাক্কী থৱায়না শান্তি ওইনা সর্গদা তিনখিবদা মতেং ওইসনু হায়না মপুক্লিংদা শোঞ্জে।

তাঞ্জা অদুদা খম্বা চংলক্ই। মতাও রঞ্জনগী অশিবা হক্চাংদো তিল্লিবা কনা অমত্তনা ফি-অতৌবা অমত্তসু পুথোক্তুনা কুপ্পীরম্দে। হয়িংনা ৱা-ৱা ইল্লম্মী। মতৌদু উবদা খম্বা মতাওবু চেংনা কোন্দুনা কপ্পি। মহাক মপুক্লিংদা তিল্লিবা মীয়ামদুবু ৱারৌই, মখোয়গী মতৌদুবু হংগোই। মপানগী মশক্না মীনুংশি খঙবদি মালহনবা থম্মোয়নুং মশক্না হু পুরিবা, মশাগী ওইজবা মরম্ অমগীতা খনবা মখোয়বু তুক্কৎচবা ফাওই। মাবুসু মীওৎপশিংদুনা লেম্না খক্ থাখিদে, থী হায়বদো হেক্ ও-খৈ চৈবীখি। মহাক্পু থম্বালগী মরোম্বা নুপানি হায়বগা লোয়ননা, মখোয় অনীগী মরিদু ৱাখলনা শাগৎপা সংসারনুংদগী কোং-কোংতুনা মপান্দা পুথোরক্ই। মহাক্ পুন্নমক্ তুমিন্না তাই, ৱাহৈ অমত্তা ঙাং-শক্তে। মহাক্কী মরুপ্কী অশিবা হক্চাংদু কোন্দুনা কপ্তুনা লৈ। করম্বা নুঙনা শাবনো মহাক্কী থম্মোয়দো থম্বাল খঙখিদে। মহাক্ পুন্নমক্না ঙাং শক্লিবদুগী ময়া কুম্হনবা ঙম্বা পাউখুম্ মঙোন্দা ৱাংতে। মদুগী খুদম্সু লৈ। মহাক্না খুম্গে হায়রবদি খুম্নসু ঙম্মী, চৈবসু ঙম্মী অদুবু মহাক্ করি অমত্তা খুম্খিদে, চৈখিদে। খরমদি মহাক্ মশক্ মুন্না খঙডি তানফমদু অৱাই-অখুম্নবগী নত্তে, থৌদাংগীনি, শিরিবা হক্চাংশে পোৎলোইবগীনি হায়বসু। তিল্লিবা কনা অমত্তনা শীনবী লাংবিরমব্রবসু অরোইবা মথৌ-মঙম্গী পোৎলম্শিংদো, খম্বা ফুক্ হৌগৎলক্ই লৌরুনবা। ৱা অমত্তা ঙাংদনা চৎপা হৌই। পুন্নমক্তো থম্বাল খঙডি, মহাক্ খম্বগী মাইথোং পাবা হৈরে, কুইনা লোয়নরক্পগী হৌনশা! মহাক্ য়াংনা খম্বগী মমাংদা চেনখৎতুনা মাবু থৎলি। মহাক্কী ফনেক্ ফীজিদা পুল্লিবা শেনবুলদো লৌথোক্লগা খম্বগী মখুত্তা খুৎশিন্নে অদুগা হায়, "ঙসিফাওবদা ঐনা

---

[illegible]

কনাগুম্বা অমত্তদগী মতেং লৌখিদ্রি অদুনা অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদসু ঐ মতেং লৌগে খন্দে, লৌসু লৌরোই।'' ব্রাহ্মেসি হায়না-হায়না মংলম্বা নোংনা হৈথরক্পগুম্ থম্বালগী মীন্না অনীদগী পীগী কল্লবা ঈচেল হৈথরক্ই। থিংবা ঙমদ্রবা নোংজুগুম্খি। অকনবা ঈচেল নংলবা তুরেল ওইখি।

খম্বা লেপ্লিবা খোঙফম্দুনা ফাজিনখ্রবগুম্ মচি লেংখিদে। মহাক্ থম্বালগী মথৌনা অমদি মরীংজেল লৈবা মতৌদু মীৎকুপ্তুনা য়েংদুনা লৈখি। অশুক তমথিগ্রবা নোংলৈ অমনা মচোই -মচোই তাখৈ নৈথাইখ্রবসু, মাং তাক্হনখ্রবসু খোঙফম্ হোংখিদবা, মশাগী ইজ্জৎপু ঙাক্তুনা থল্লিবা মরীংজেলদো, নুপী অমা ওইবগী ধর্ম্মদো খম্বা ইকাই খুম্নদবা ঙমখিদ্রে।

অশিবা হক্চাংদু পোংলোইফম্ মফম্দা পুথখিবদু নুমিদাংব্রাইরম্গী মল্লি মল্লিরে। মতমদু ফাওবা থম্বাল লুম্রা ফিজোল হোংদনা লৈরি। মহাক্ অঙৌবা ফিজোল হোংঙু হায়বদা ময়াখিদরে। ময়াম্না হন্না-হন্না হায়রফাওদা য়াদবদগী মাবু ফু চৈবসু য়াওনরক্রে। ব্রাফম্দু তারবা লৈকাই অদুগী সোসিয়েল ব্রার্কর অনিতা লাক্তুনা থম্বালবু থেম্ নৌবা ঙন্নক্তবদগী ময়ুম্দা পুখ্রে। থম্বালগী শক্ফম্ খঙলবা অনিতানা হায়

— ''থম্বাল নঙনা অদুক্ য়াম্না শাউরীবদুবু করিগীনো ? ময়াম্না হায়রিবসে সমাজসিগী চৎনবীনি। ঙসি নঙগী নপুরোইবা লৈখিদ্রে, নহাক্ লুম্রাশিংদা চপ্লে, নহাক্ মহাক্কী থব্রায়না শান্তি ফংখিনবগীদমক্ মচু-মচুগী ফীজোলশিংসে হোংদোক্লসি, অঙৌবা ফিজোলসে হোংলসি। নঙগী নুপানা লৈত্রবদা পুম্নমক্সিগী ব্রাহ্মোকপু করিনো থম্বাল''। ব্রাহ্মেশিংদু হন্না-হন্না তারবতুংদা, থম্বাল ফ্রিং লাউনা মহাক্কী মপুক্লিংদা ওম্দুনা থন্নম্বা ব্রাফম্দো ফাজিনজবা ঙমদনা হায়দোক্খি।

— ''ইচে নহাক্কী পুক্লুংদা লৈবা পুম্বা অমত্তা চীংথদনা লোইনা হায়জৌ, অদুবুনে ইচে মহাক্ করম্বা নুপা অমা ওইখি হায়বসে ঐগী থম্মোয়নুংশিদা হংজৌ''।

মহাক্ নুপা অমা ওইনা মহাক্কী নুপীবু নোংমগী চরা অনীশুনা পীজবা ঙম্দবা নুপানি। ঐবু থবক্ শুহল্লি অদুগা মানা য়ুরেম্ থক্তুনা লৈ। ঐনা ব্রানা তাল্লক্পা পৈশা মানা মুন-মুন্দুনা য়ু থক্তোক্ই। হায়রুরগনা ঐবু থীনা থীনা ফুবী। ঐনা চরা হেন্না-হেন্না হজিরা শুবা চংলি। ঐ থা শুজিল্লক্খি, অদুফাওবা মহাক্ মহাক্কী লীচংতা অহোংবা লাক্খিদে। ঐনা হক্চাং শোক্চিল্লক্খি চাদ-থক্তবনা, অব্রাবা থবক্ শুবনা। ঐ মাগী খরচ হনবা ঙন্নক্খিদে মদুগীদমক্ ঐবু মানা ব্রাখোক্লা কয়া, মৈনম্না কয়া শা-ষণগুম্ ওৎ-নৈখি। লাইবক্ থীবদগী ঐগী পীবুক্লুংগী অঙাংদুসু শিনা ফংজখি। কপ্পা নত্তনা ঐগী উপাই লৈখিদে।

অসিত্তনসু লোইদ্রি ইচে, ঐনা শুবা নোম্বা ঙম্দনা ইম্নুংদা তাদুনা লৈবদগী, মহাক্ মকোক্ ঙাউরক্খি, মীগী মরলনা ঈচাউগুম্ হেনগৎলক্খি, অফ-ফত্তগী ব্রাখল মহাক্কী

চহী কুম্থা লোইনরক্লবসু তৌবিমল খঙদবা মাদুদৈ নীনিতং লোইনবদা তৌবিমল খঙবা মাদুনা হেন্না মগুণ ব্রাংঙি।

মাঙখিদুনা শা ওল্লক্ই, শাগী লমচৎ উৎথোরক্ই। তাইবংসিদা মীওইবশিংনা তৌনদবা হীংচাবগী ৱাখলদো মঙোন্দা মোংলক্খি। মহাক্না খন্নবু পুদুনা লাক্খি, ঐবু মঙোন্দা শাগুম য়োনখি। মমল ওইনা মাগী ৱাৎতনবা খরচ লৌখি।

থিংবা ঙমদ্রবা থম্বালগী চীনবাল অনীদু মতম কুইনা ওম্শিন্দুনা থন্নম্বা মৈগী চীংগুম্ পোকখায়রকখি। মহাক্কী ৱাহৈশিং অদু সিনিমা, লীলা, ৱারী লাইরিকুম্ নীংখি। তাবদা তুজুংনিঙাই ওইবা, হংগোইবা অনিতা ফাওরক্ই। মীকুপ্ খরগী মতুংদা অনিতানা হংলকই

— "থম্বাল মখাদি কম্দৌরবা ?"

— "ইচে খন্না থম্মোয় চাউবা নুপা অমা ওইরম্মী। ঐগী ফিভম্ মহাক্না য়েংবা ঙমখিদে। ঐবু মচী ওইবা চীঙ্গাক্ পীজরক্খি, হীদাক্ লাংথক্ ৱাৎতনা য়েংশিল্লকখি, ঐগী শেন্ননবা শেবা মহাক্না নিংথিনা তৌরক্খি, মদুম্না ঐগী নুপানফাও নোংমত্তা তৌখিদ্রি। ঐগী ফিভম্ ফগৎলক্খি। ঐনা খনখি মতৌদুবু "হৌদোংমচা চাউনবা য়োক্লগা চাউরক্লকান্দা হাৎতুনা চাথোক্ই হায়বদো মতাদোইনি"। অদুবু ঐগী ৱাখল অরানবা তাখি, মহাক্না খন্দুনা লাক্খিবা থবক্তুমদি ঐগী ইফম্দা ঙসি ফাওবা তৌখিদ্রি, অদুগুম্বগী মীৎয়েংদা ঐগী ইশা ফাওবা শোক্লক্ত্রি। পুম্নমক্সে খঙনা উনা মহাক্না ঐখোয়গী ইমুংবু য়েংশিনবীখি, ৱাৎতনবা শীনবী লাংবীরি। ঐগী নুপাগী হীদাক্ লাংথক্ খরচনা ঐনা ঙম্নবা হোৎনবীরকখি।

খম্বনা ঐবু মহাক্কী নুপীতা নুপীদৌনা লোয়নৈ, ঐবু নুংঙাইনা থম্বী, ঐনা য়াদবা থবক্ অমত্তা মহাক্না ঙসিফাও তৌরক্ত্রি। ফিভম্সিদা হায়য়ু ইচে নহাক্না "কনাবুনো" ঐনা ঐগী ইপুরোইবা ওইনা ইকাই খুম্নদৌবা। ঐবু ওৎ-নৈখিবা, চরা হেলহন্দুনা থবক্ শুহনখিবা রঞ্জন নৎত্রগা ঐবু লুনা চান্না থম্বীরিবা, ঐবু পুক্ থন্না চরা পীজরিবা, ঐনা হায়বতা য়ারিবা খম্বা? ইচে মীৎয়েংগী ৱাদু ঙাক্শিরা ? পুক্নিংগী মরোলবু তাশিরা ? খঙদ্রে, ৱাফম্সে ঈশ্বর মাতনা খঙলসনু।

অনিতাগী মফমদা থম্বালগী ৱাহংদুগী পাউখুম অমত্তা ফংখিদ্রে। থম্বালগী অকিবতনা চোল্লবা তুজুংহনবা ৱারীদু তারবা মতুংদা অনিতাগী মীৎয়েংদসু অহোংবা পুরক্ই। মহাক্কী থম্মোয়দা থম্বালগী থাক্ ৱাংবা হেনগৎলক্ই। থম্বালবু ইজ্জৎ তৌদবা ঙমখিদে। থম্বালনা মপুরোইবা রঞ্জনবুসু থাদোক্খিদে অদুগা মহাক্ মশামক্সু নাছোক্তুনা চেন্নবা হোৎনখিদে।

অনিতাগী ৱাখলদা মওল-মওল খল্লক্ই, অসিগুম্বা থৌদোক্-ৱাথোক্সিবু ঐখোয়গী খুন্নাইসিদা তশেংনা অতৈদা থোক্পা ওইরম্লবদি নহান্না থাইনখিবা নৎত্রগা অতোপ্পা নুপা অমদা চেনখিবা নৎত্রগা অসিগুম্লবা অকিবা ফিভম্সি মায়োক্লবা ঙমদবদগী মশানা মশাবু শিজবা কয়া কয়া য়াওগ্নরম্ননি। অদুবু থম্বালদি খঙদে করম্বা নৈশানা শেন্নক্পা মহাক্কী হক্চাংনো ? অসিগুম্লবা সমাজসিগী শেমজিন-শাজিনবা চৎনবীসিনা পুন্দুনা থল্লিবা ৱাখল্লোন্দুবু ঙাক্তুনা মহাক্না থল্লিবা, মসিবু কয়াম্ চুন্নিবগে ?

---

[illegible]

# অতিয়া

**মীওইবগী** মপোক্কা থা-থবাম্মীচাক্কী খোঙচৎকা অনীসিগী মরক্তা মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সি খোঙলৈগা অচৌবা থানবা য়াব্রবা মরী অমা লৈনৈ। মসিনা মীওইবা মাগী মরাইবক্কী চাং লেপ্পি। অদুবু লুরিবদি পুন্সি খোঙলে মতমদু খণ্ডবদুনি। তাইবং মী কনাসু হায়রিবা তানফমসি খঙনা পোকখিবা নত্তে। মতম চানা খঙহৌদুনা লাইবক্ চাংশ্লেংহৌবা কয়াদুনি ঙসি অফাওবা, চাউখৎপা ইকাইখুম্নবা মশক্ নাইবা তাইবংগী মনি ওইরিবা। নোংমদোল অতিয়া য়ৌনা খুৎনা শোক্পা ফংখিবা অদুগুম্বা মনি অমগী বারীনি ব্রাংলেনগী পুন্সি বারী।

লমদম্ অসিগী পৈশা পায়বশিংগী মশিং খুৎ থেক্নুনা পান্নরক্পদা চিংথহনবা ঙমব্রবা মীশক্ অমনি ব্রাংলেন। ইম্ফাল ময়োলদা লৈরিবা অচৌবা করবার তৌফম্শিং ওইরিবা পোৎয়োনফম্শিং অমদি পোৎ পৈশিনফম্শিং অয়াম্বনা ব্রাংলেনগী মীংদা লৈরিবনি। নিংথিরবা মথোল মবিগী অব্রাংপা হায়বদু লৈত্রবা কোনুংগুম্লবা মহাক্কী শঙলেন্নি। বজারদা ফংনদ্রিবা আইটেম, অনৌবশিং মাগী য়ুমদা হান্না থুংঙি, মানা শীজিন্নবা হৌদোক্ই। মীগী মরাইবক্ হায়বসিসু অঙকপনি। ঙসি ঐখোয়গী মাংদা উরিবা ব্রাংলেনগী মুর্ত্তিসে চহী তরামঙাগী মমাংদা উখিবা / থেংনখিবা মীওইশিংনা থাজবা ঙমদে, মংগুম্না উরি। মীত্রং হায়বসে পুন্সিদা অনী-অছুম্নক্তি থোক্তবা নত্তে। তৌবতবু মতাং মতম্ খঙবা অদুমদি তঙাইফদে অদুগা হৈ লৈরা থাং লৈতে হায়বদুমসু তাহল্লবদি কান্নদে "হৈবু লৈরবদি থাংসু নম্ফুদা লৈহনগদবনি"। ব্রাংলেনগী পুন্সিসু মীত্রংগুম্বনি, মখুৎনা অতিয়া লাম্না ফংখি। থাজবরা ? মহাক্না হৌমিন কামিন্নরক্পা কনানদি ঙসিফাও মমীৎ-উ, মনানা-তা, মখুৎনা শোক্লবফাওবদা থাজদবা য়াওনরি। খেৎনবা হেল্লবা মতৌদুবু সিনিমাগী সিনগুম খন্নরি।

---

শকয়েং মীংশেলদা তাবা মমিদি নাক-য়েৎ ওন্নদুনসু পুন্সি মমিদদি নাক-য়েৎ কৈদৌনুং ওন্নহনফদে।

ঙসি ফাইরেনগী নীনী পানবা নুমিৎনি। নুমিৎসিবু ব্বাংলেন য়াম্না পাক্-চাউনা ডুম্-ধাম্দা চহী খুদিংগী পালন পাঙথোক্ই। মসিগী মরুওইবা মরমদি নুমিৎসিদা সনারৈগা ব্বাংলেনগগী পুক্সি লৈপুন্ শেম্খিবনি। ফাইরেন থাগী অঙাউবা নোংলৈ মরক্তা ইখঙ খঙহৌদনা গুলাপ্কুম্ লৈনম্ চাউবী সনারৈ মাগী পল্লেপ্ফম্ খঙদ্রবা পুক্সিবু মাইওল শীনবা মাগী পুক্সিদা তিল্লখিবনি। ঙসিদি মখোয় অনী য়ুম্-পানমীন্নরক্পা চহী ১০ শুরক্পগা লোয়ননা মচানুপা অমগা নুংশিরবা মচা নুপী অমগা ঈশ্বরগী খুদোল ওইনা ফংজরবনি।

ঙসিগী মাগী নিংশিং কুমওন থৌরম্সে মীয়াম্দদি অচৌবা কুম্মৈ অমদগী করিসু হন্থবা নত্তে। অচৌ-অশাং, ইনাক-কৈরাক খুনবা খক্তগীসু নত্তে তোল্ল-তারবা হোৎনবা কঙ্গবা শিন্মীশিংসু খেৎনবা লৈতনা থৌরম্ অসিদা য়াওমিন্নরি। পুন্না চামিন-থক্মিন্নবা, লাংমিন্নবা, ফম্মিন্নবা, লেংগোন্নবা অমদি ইজ্জৎ তৌনবনা থৌরমদুগী অশেংবা মশক্তি। মসিনি ব্বাংলেনগী অখন্নবা ব্বাখল্লোন অমদি পাম্জবা। মাগী পীক্রবা থম্মোয়নুংদা লেংমান্নবা, মঙোন্দগী অহেনবা খক্তা নত্তনা হোৎনবা কনবা শিন্মীশিংগীসু অচৌবা ফীদা অমা লৈ। মসিনি মাগী গুণ অমা, অচৌবা ব্বাখল্লোন অমা। কয়াদা পুক্চেল চাউবগী খুদম্নো? মীওইবা ওইনা তাইবংসিদা হীংমিন্নরিবা মীওইশিংগী মরক্তা অখুবা শন্বল খানবসে মহাক্ য়ানিংদে মদুবু শীংনদুনা লানথেংনবা মহাক্ পাম্মী। লাইরবসু মীনি, মখোয়গীসু থম্মোয় পাল্লি, ইজ্জৎ লৈনা নুংঙাইনা মখোয়সু হীংনিংঙি, মীপুম্ খুদিংমক্ নুংঙাইনা কনাসু পোক্খিদ্রি, হোৎনজদুনা নুংঙাইবা তানখিবা ঙাক্তনি, ঐসু হিংগে, নোইসু হিংঙু তৌবতবু মখোয়বুসু হিংনগী হক্ পীয়ু, হিংহল্লু, নুংঙাইহল্লু, মনিং তম্হল্লু, মী পুম্নমক্ অমত্তনি হায়বসিনা মাগী ফিলোজোফিনি। মসিগী মরম্সু য়াম্না চাউনা লৈত্তবদি নত্তে। মাগী পুক্সিগী অরোনবা কাচিন অমদা মসিগী অচৌবা মমি কয়ামরুম্ লোৎতুনা লৈরিবনি।

খুঙ্গংদগী হৌরক্খিবা ব্বাংলেন, লাইরা পীদৎনবা লুম্ব্রাবী মচা ওইরক্খিবনি। চারা নাম্মা চা, নাম্মা হেন, অনিশুনা চাবা ফংদনা অরাম্ খৌরাংবা হায়বদুনা অচেৎপা মরুপ্ ওইরকখিবনি। করি-করিগুম্বাদনা খুল্লং চত্তুনা, চীং কাদুনা, পাৎ কুম্দুনা নোংমগী খুৎশুমল তাল্লক্খিবনি। মহে মশিং মপুং ফাবা ঙমদনা হোৎনরক্খিবনি। নীনী স্কুল কাদুনা মঙানি থবক্ শুদুনা চয়োল অমগী পারা নুমিৎ নীনীদুদা মেনখৎতুনা হোৎনরক্খিবনি। লাইরিক্ লৈবা ঙমদবনা মমান্নবদগী ব্বাইদুনা হোৎনরক্খিবগী মহৈনা ক্লাস টেন য়ৌরক্খিবনি। অদুবু অকনবা লাইচৎ অমনা মমাবু পুবিশ্রবা মতুংদদি ময়ুমগী মশাগী ভার পুনবা হোৎনবদা মপুম্ থীৎখি, অব্বাবতনা মশা পুম্বা য়োম্শিল্লক্খি। মতম্ কুইনদগী মংজরক্পা মংলান্দু মচেৎ-মচেৎ নিংখায়রক্খি। হৈনিংবা পুম্বা মচেৎ-মচেৎ

কিচ্ছুরক্লবদা কপ্চখি। মেত্রিক্ ফাওবদংদি লোইশিঞ্জগে খঞ্জখিবা মহাক্কী ব্রাখলদু ফোম্-ফিল-অপ্ তৌবা ঙমদবনা পরিক্ষা থাবা ফংখিদে। লু কোক্পদা লেন তাবগুম্ মাগী পুন্সি পুম্কায় কায়খি। পুন্সিগী অসিগুম্বা তাথিবীববা মতৌসে উরগা মহাক্ পুন্সিবু শীংনবা হৌরক্খি। মাইথিবদগী পারা তম্দুনা শীংশু শীংনখি মপুং ফানা। চংশিনখিবদগী হন্দোক্খিদে খম্থেংনা চংশিনখি। ম্পুগী মহৈনি মাগী ওসিগী পুন্সি।

অহানবা পুন্সিগী লাছ্ছেং অমা ওইনা ব্রাংলেন ময়ুম থাদোক্তুনা ত্রক্ চেনবা য়াওখি। মখম অমদগী মফম অমদা, রাজ্য অমদগী রাজ্য অমদা অসুম্না চহী ১ দগী চহী ২, ৩ য়ৌখিবা খঙহৌদে। মমৈথংদদি গাড়ী মপুনা চানবীদুনা মহাক্ হেন্দলমেন ওইরম্বদগী ড্রাইভরগী প্রমোসন, মহাক্কী হৈ-শিংবা অমদি হোৎনজমন্না ফংজখি। ড্রাইভর ওইবদগীদি মাগী পুন্সিগী মচু খরা-খরা শেংলক্খি। নোংমদি মহাক্কী পুন্সিদা অরংবা মৈঙাল অমা হায়গদরা নৎত্রগা অমুবা লৈচিল মপৈ হায়গদ্রা, অদুগুম্বা মখলগী ওফর অমা পুদুনা লাক্খি দুত অমনা মাগী মফম্দা। আইন্না থিংবা পোৎ খরা মপানগী মফম্ অমদা পুথোক্কদবনি। মদুগী মমল ওইনা লুপা লাক্ষ অমা ফংগদৌরি। ব্রাফমদুদা মা ব্রা-ঙাংবা ঙমদে, ব্রাসু ঙাংদ্রি, ব্রাখল মুন্না খন্দুনা লৈ। পৈশাসু চাউরিবনিনা মদুগী দাইত্রদুসু অদুক্কী মতিক্ চাউই হায়বা মহাক খঙঙি। ফারগনা ফংগদৌবা চৈরাক্তসু মহাক্ ফজনা মমিৎতা উই। অদুবু হন্না-হন্না শীরবা পুন্সিসিদা অমুক নৌহৌননা শিরুবগী অকিবা চৈনাদুদি পোক্ত্রে মঙোন্দা। চং-শি-চং হায়দুনা লাইবক খেল য়েংনিংলে মা। করিগুম্বা হিংলগনা মঙাল অমা ফংগদৌরি। পুন্সিনা তাথিবিদুনতা লাক্লবা মঙোন্দা মতাংসিমদি লাইবক্লা থৌজানবিখি। মহাক ত্রক্ অমগী মপু ওইজবা ফংজখি।

হায়নবদুনি হোৎনজমনগী মহৈদি থুম্মী। মহাক্ খজিক্ খজিক্তগী ঈশিং, পুন থনখি, পুন্সিগী মাইওল ওনখি। শেল পায়জরক্খি। ফনা শেল পায়খৎলক্লবসু শেল পায়বগী হৌনশা ব্রাজাও ঙাংবা, মীবু হছ্না উবা, মী-উশিত্তবা মদুমদি মঙোন্দা পক্তরে, শিন্মীশিং অমদি অতৈ লৈত লাইরশিং ইকাই খুম্নে, মানা নুংশি, মীরাইবিদে হছ্না য়েংদুনা অব্রাবা মীগী মতেং পাংঙি। মহাক্ মশামক্সু শিন্মীগুম্না থবক্ শুই, শিন্মীগুম্না মখোয়গী মরক্তা চা-থক্ই, মখোইগুম্না তুম্মী। মহাক্লা মহাক্কী শিন্মী খুদিংবু নুংশি মরমদি মহাক্লা ঙসি নুংঙাইরক্লিবসি মখোয়গী মতেংননিনি , মখোয়গী হুমাং মমল য়াওরি হায়দুনসু মখোয়গী তৌবিমল মশক্ উত্তুনা তত্তনা হায়। মীয়াম্নসু মাবু নুংশি, ইকায় খুম্নে, ইজ্জৎ তৌই। মীওইবনা পাম্নরিবসিসু শেল থুম্দুখক্তা নত্তে, ইজ্জৎ অমদি ইকায় খুম্নবীবদুসু তঙাইফদনা চংঙি। লন্-থুম্দি তাল্লগা ফংঙি অদুবু ইজ্জৎতি ফংদে। অদুবু ব্রাংলেন্দি লন-থুম্ অমদি ইজ্জৎ অনীমক্ মহাক্কী ওইজবা ফংলে। পুম্নমক্সে মহাক্কী হোৎনজমন অমদি ব্রাখল্লোন্ননি হায়দবা য়ারোই।

লৈকাইগী মমান্নবশিংগা য়ুম্লে-কৈরৈ মান্নদবনা তোৎন-তিন্নবা য়াওজবা ফংজরক্তবা

ব্রাংলেন, নুংশি নুংগুলগী ফিদাদগীসু য়াম্না লাপ্না লৈরক্ই। নুংশিজবী খোইদজবী কয়া থেংনরবসু লেংথৈনদুনা হল্লক্খি। শেংননা নিংথিবা ফিজোল লৈজদবনা য়াওশঙ থাবল চোংবা ফংজরক্তে। নহা ওইবগী ইনখৎলক্পগী মথোৎ কারক্তৈ পুন্সিনা পাম্জবা কয়া মহাক্কী শরুক্ থুংবীরমদ্রবদা খা চীক্তুনা খাংখিবনি মা। লবুক্ ময়াইদা চরু মৈ থাদুনা অহীং লেনখিবনি। অসুম্-অসুম্ তৌগদবা থবক্কী মতুং ইন্নরিবৈদা য়ুম্বাল কৈবানবগী মতম্ হেন্দোরক্খি, নাইতোম্ পুক্নি হৈনরক্খি। অদুবু নোংমা ইথা থাজদনা সনারৈগা কালিমাই মন্দিরদা থেংনখি। মীকুপ্তুদগী হৌনা মখোয় অনীগী থম্মোয়দা কুপ্লখিবা নোংথাংদুনা, মখোয় অনী শক্-খঙনদুনা, নুংশিনরক্খি, য়ুম্বাল পুন্সিদা খোঙদামিন্নরক্খি। সনারৈসু মাগুম্বিনি, লাইরিক্ লাইশু নিংথিনা তম্বা ফংজরক্রুবসু মবুথি-মরৌশিং য়াম্না ফবি নুপীনি লক্ষ্মী চেনবীনি। মখোয় অনীগী কল্লবা হনবা নাইদ্রবা হোৎনজবগী লাইনিংনা মখোয়গী করবারগী মায়ওন য়াৎপা হৌরক্খি। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না অচৌবা শেনফম্ অমগী তঙাইফদবা লাক্খি। মখোয়গী অরৈবা লন-থুম্ পুম্বা বঙ্কোপ্ থমদুনা লাইবক্ খেলা শান্নখি। লাইবক্ খেলা হায়বসিমক্তবু তুরগা নরক্ য়ৌই, হিংলগনা অতিযা লাম্বা ফংঙি হায়বদুনি। মহাক্ মহাক্কী লাইবক্নে, লক্ষ্মী চেনবী সনারৈগী ময়াইনে অনীসিগী শক্তিনা হেনখিবনা বীধি মহাক্সু তাথিবা ঙমখিদে, অমম্বা অমুবা শক্তমদুনসু লাক্থুবা ঙমদা মাইথিখি। মখোয়নীগী অমত্তা ঙাইরবা চাংয়েংদুনা অচৌবা মঙাল অমা পুদুনা থুংলখি। মহাক্ নুমিৎ ১৫ নিদা ক্রোর পতি ওইখি। ইপা-ইপুনা হায়নরম্বা অহুল্লক্ হায়বদো মহাক য়ৌখিদে অদুগা অহুল্লক্ শুবা ওইনা থবক্তু অমুক্ হন্না হায়নসু মহাক্ খনখিবা তৌদে। পুম্নমক কাউথোরক্পা পাম্খি। কাউসু কাউথোকখি মীহৌববু তাথিদুনা। ঙসিদি মহাক্ করবারগী নিংথৌ হায়বদো ওইবা ফংজরে। বজারগীনা অতিয়া। পুম্নমক্সে ওইদুনসু মহাক্ সনারৈবু তরাইনা লৌদে, মাইপাক্লিবসিগী শরুক ৬০ দি সনারৈগী মতেং অমদি যৌনাদগীনি হায়বা মশানা য়াজদুনা মীয়াম্দসু খঙহল্লি। মসিসু মানা মাগী নুপীবু নুংশিজবা অমদি কয়াদা মঙোন্দা থাজবা থম্জবা হায়বদুগী ময়েক শেংলবা খুদম্ অমনি। হায়নবা লৈ। মায় পাক্পা মীওই খুদিংমক্কী মকমদা, হৈ-শিংলবা মায় পাকপ্লবগী পাউতাক্ পীবা ঙম্বতা নত্তনা পরম্সু য়াৎপা হৈবা মীওই অমদি শুংশোয় শোয়দনা লৈরিবনি। মদু তশেংনা ব্রাংলেনগীদি সনারৈনা ওইখি।

---

# লিচা অহুম

**নুংশিবা** সঙাই মচা অমা য়োক্চরম্বদো চেনগ্রে মনিং তম্না। চেন্খিনু হায়জা হায়জনা তান্নবদি ঙমদে মখোঙদু লৈমাইনা ফাজিনখিবনা। হুমাং কাংনা মীকপ্ খংথোক থোক্ই কোকিল। নিংশিংলক্ই চহী য়াওদ্রিবা নৌরিবা মচানুপীনা ঙরাং হপ্পিল্লক্তবদো। ঘড়ীদা য়েংবদা অয়ুক্কী পুং অহুম্ তাবতমক্ ঙাইরম্মি।

ফৈজোম্ শেংপা অহল অহুম্ মাঙ্গোল কারক্পদো উই। কোকিল লৈতানা ফিদাদুদা ফম্থৈ। অহল অহুম্দুনা লাইবক্ লৈমাইথক্তা শোক্ই। ফুল্লন্না নুংশা খ্বর খরদি মনিং-তম্লক্ই কোকিল। কিরুবনি লাইবক্ থিবা থোক্লিদরা খনবদা অহীং-চুপ্পা। খনফম্সু থোক্ই তম্বা ঙমদবা লমদম্নি। হায়দোক্পা লাক্পদুদদি খ্বর ইংথরক্পনি, খঙলবদা মচানুপীদু শিবফাওদি শিদ্রে।

— অদোমগী ইচানুপীদো ঙরাং ঐখোয়গী অঙাংশিংনা পুরক্লে হায়দুনা পাউহনবা লাক্চবনি। মপা-ইবুংঙোনা পুক্লিং ইংথবিদুনা অঙাংশিংসে কম্দৌ-কমদৌবিসিগে হংজবা কাজরক্পনি।

— ইচাদো অঙাংনি চহী য়াওদ্রিবনি, চহী তরাতরুক্ মপুং ফাদ্রিবীনি। অদুবু কমদৌনি মরাইবক্তা চহী নৌনা ময়ুম্ পাল্লো হায়না তম্নবনিনা হায়নিঙাই করিবু লৈ। লুহোংবিবা তাবনি।

— অদুদি মতম্ অমা লেপথোক্লদুনা অঙাংশিংগী থৌরম্সে পাঙথোক্লবদা ....

— ফগনি !

— য়াম্না নুংঙাইজরে (নুপাগী মপানা শাংনা তিংথোক্লুনা নোল্লুক্ই)

কোকিলনা মচানুপী নৌনা চেনখিবদা থোইনা শাউনিংবা পোক্তে। খঙঙি মপাগী মচানি। মহাক্সু সুনিলাবু চহী তরাতরুক্মুক শুরকপদা ফাদুনা লৌবিখিবনি। নুপীশিংনা

---

মীওইবা হায়বগী বাহছোক্তি মী ওইবশিংবু ওৎ-নৈয়ু, অবাবা পীয়ু হায়বদু নত্তে।

লৌনশ্বীরম্বগী মৈশা লাংদুনতা লাক্লবা কোকিলবু মানা হান্না কোইরম্বা লিছোহৈগী মনাওনুপীনা হেক্-হেক্ লক্লবী। মরক্-মরক্তসু ফজ-ফজনা লেনবী। মতৌদুদা শাউদুনা কোকিলনা লেনবা হৈবা লিছোহৈগী মনাওনুপী সুনিলাবু হেক-হেক চৈ। মদুদা সুনিলানা দাদানা ঐবু অঙাং মচা ওইনা উগনু ঐসে অঙাং ওইদ্রে লৈশাবী ফারে খঙঙু হায়না হঙ্গৎ-ঙ্গৎ খুম্মি। অসুম্না মতৌ মান্দ-মান্দনা কোকিলনা নক্ষুদা ফাদুনা চেনবীখিবনি। কপশিন-লাউশিন তৌশিন্নদুনা সুনিলা কোকিলগী ওইখিবনি। অসুম্না মখোয় অনীসু চহী ১৪গী মথক্তা খেংনখি। অউবশিংনা মচিন-মনাওগুম্ উরিবা মমা মচাদো, ঐবুনা মপারা হংখিবসু কোজাইনি। চহী য়াম্না খেংননা নুপী লৌবসে শাখিনা ফরক্ ফুবজাংনি। মচানা লৈশাবী ফাহ্রবসু মমানা নৌনা লৈরিবনিনা, ইচাশিংগী মাংদা চোপ্পসু মশীং খঙদ্রে।

য়াম্না পাক্থোক্ চাউথোক্তুনা ইচম্-চম্না ভমজবা মওংদা মচানুপীগী পুন্সি-লীপুন্গী থৌরমদু পাঙথোকপিশ্লে। ভমজবা অওং-অউন খরা তম্বিদুনা নুপা ময়ুম্ থিনবিশ্লে। করিসু কান্নদবা অদুনা অরেম্বদা কাচিন্দা নম্‌শিন্দুনা মাংলগদৌব্রা অউনপোৎ য়াম্না হাপ্লিদে হায়দুনা মচানুপীনা পুক্লিংদা ব্রারৌ লৈখা থাদুনা চংশ্লে। মমাদি মচাগী মতৌদুদা পেঞ্জহৌদে অদুবু কোকিলদি করিসু নাচুংবিদে।

মচানুপীনা ময়ুম্ পানগ্লবসু সুনিলা চহী য়াম্না য়ামদ্রি! কুপ্পা খরা হেনগংলক্পতা মঙাইরি। মশকসু হায়জিন্না নিংথিজরি। মচানুপী ময়ুম্ পানশ্লেকা হায়বা ব্রাসে থাজবীগদৌবা মী মশিং ব্রাংকনি। মাগুম্বা কয়াদি লৈশাবী ওইনা য়াম্না শৈরমখিগনি। মচাগী পুন্সি-লীপুন নুমিৎতুদসু মমানি হায়বদা থাজখিদবা মীওই য়াম্না য়াওগ্লবনি। সুনিলাগী হেনগংলক্লিবা ফজবদা চহী কাখৎপ্লবা কোকিল নহা ওহোরক্তুনা চহী ২০-২৫ গী নহা ওইরক্ই। মতম্‌সিদা মচানুপীসু কুম-থা শুরক্তুনা ইপু-ইবোকী ফিদা থোঙগৎপিরে মখোয়নিবু।

নিঙোল চাকৌ-থা কয়া হৌশ্লে। অমুক্তসু মশক্ থোক্পা পোৎশক্ অমত্তা পীবা তৌদে মচাদা কোকিল। য়ান-য়ানবা ইশম-শন্না অচম্বা পোৎশক্তনি পীদুনা লাক্লিবা। লৈকাই মমাংদা চাং তাই, চংহাৎ হাংলি, মাবু মখোয়না লুক্মাইদা য়োম্লিকা হায়দুনা মচানুপীনা মমা-মপা অনীদা নিংদোন্ পোম্মী। মপুরোইবগী মমাংদা মমাই থাঙ্গৎতুনা চৎচবা ভমজদ্রে, মনেম্-মকুশিংগা মায়োক্লবদা মমাই ঙাংলে উরুবদা লৈকাইগী মৌশিংনা পুনরক্পা চাকৌবগী পোৎশিংদু হায়দুনা পীরাং নৌজে মচানুপীনা মমা-মপাদা। মচাগী পংলবা মতৌদু উবদা কোকিল মাইথোং মোমোন নোক্তুনা মচাবু পীক্লিবা মহৌশাগী মতৌগুম্ মথাদা কোন্দুনা মপী তৈথোক্পী। হৌজিক্‌সু মাগী মমিৎতদি ময়ুম্ পান্দুনা মঙ্ ফংজরবসু মচানুপীবু পীক্লিবা অঙাংদৌনা উরি। কান্নদবা অরেম্বা পোৎশকশিংদুগীদমক ইচাবু ইকায়রবা মমল য়াম্লবা পীসে মাঙহল্লবা। পাম্মুই পীসে তাইনগনু লোয়না তাথোক্প্লবদি হয়েং ইপানা শিরবা মতমদা তানবা ইচাগী পী কংলগনি। অদুগী শরুকপুদি

মাইথোংদু হৡাও, মতম্‌সিগী খুদোলপোৎ পীনবগী লমজেলসিদা, ইচাদি য়াওরম্নু। ইপা কয়া য়ানিংদে চাউখৎনবা লম্বিদদি তান্নদ্রগা ঝাথী ঝারেমসিদা হিয়াং লমজেল তান্ননিংবা মী মশিং লমদমসিদা য়াম্না লৈ। মদুননি ঐখোয়না মীমান্নবা ঙমদনা লৈরিবা। মশাগী পোখোক পুথোক্তুনা পীবা ওইরবদি হৡাওগে ইপাসু, মীঙোন্দা শেন পীখোক্ পীথোক্তুনা মীরমগী পোৎ লৈদুনা পীবদুদি ইপাদি ঙন্নোই। মদুগী মহৈননি ইরমদম্‌সিনা সনাগী মরুম কোক্‌পা লৈবাক্ ওইদুনসু অৱাংপা লৈবাক্ ওইরিবা। ঐখোয়গী শেল মখেদি মীনা লোয়না লৌখ্রে। মসিদা লেংবান ফনজবা অপংবশিংদুগী মনুংদা ইপাসু মনুং চন্নিংদে, ইচাসু চনবিরম্নু। মহৈগী মঙালদি অয়াম্বনা ফংনরে হায়ববু মফম চানা শীজিন্নবা ঙমদবগী চাংদি য়াম্না লৈরি। খুন্নাই অসে ৱাখল মান্নদবগী, মীৎয়েং তেনশিনবগী, নুংশিনদবগী, থম্মোয় খুনবগী লায়নসিনা কেন্সরগুম্ নারম্বদগী ঐচ আই ভিগী এইদসতা মুক ওল্লক্লি। অদুনা ঐখোয়গী লৈবাকসিনা ঙাইবা তারি ঐখোয় মশেল নুংশিনরকপা, ৱাখল তামিন্নরক্‌পা তেংবাংনরকপা, খোঙথাং মান্নরকপা মতমদু। মতমদুদনি ঐখোয়না নুংঙাইরক্কদৌবা চাউখৎলক্কদৌবা। ইচাগীদমক্তসু ইপানা য়াম্না খল্লি। ইচাগীদমক্ ইপানা অঙকপা মপুন অমা থৌরাং তৌনবা হোৎনরি মদো মতম্ চারবা মতাংদা ইপানা শোয়দনা ইচাদা শিন্নগনি। ইচাগীসু য়াইফবা নুংঙাইবা হৡাওবা মতম্ লাকখিনি।

নোংমা নোংমগী মতম্না হৌখিবনা ঙসিদি মশু নুপাদো চহী ৬ হায়রক্রে। ময়া নুপাদো কৈথেলগী দুকান অমদা পোৎ য়োনবা য়াওরম্বনি। লম্বী পাকথোক্ চাউথোকপগী তকখায়রকপদা দুকান্দুসু য়াওখিবদগী থা তরুক শুরে শুফম নোম্ফম খঙদ্রদুনা ময়ুমদা তাদুনা লৈরক্লিবা। ৱাৎতনা হিংলম্বা ইমুং অদু ঙসিদি অৱাবনা খম্ থেংলে। ৱারবনিনা, পুক্ ইরাং হৌরবনিনা ইমুংদু মখোন্ থোক্রক্ই। নুংশি চান্নবা মাঙশিল্লক্ই, ৱাখল থোক্লরক্তে। খাম্বী মৈহৌ নংলবা মচানুপীগী পুন্সি য়ুম্ফম্বু উবদা মমা-মপা অনী লৈঙমদ্রদুনা মথম্মোয় ৱাজে।

হিয়াঙ্গে নীনি পানবনা সনারৈগী লৈনম পুদুনা থুংলরে। চক্তৌবা চৎনবগী অথেনপোৎ লাংবা ঙমদ্রদুনা মচানুপীনা লাক্লবদা মপানা চৎতুনা মচানুপীবু লৌবা লাক্ই। থেম-নৌদুনা মচানুপীবু মপানা পুদুনা লাক্ই। হাওনা লাংদুনা শেম্ শাজবা মথেল-লুকোইশিং মচা-মশুগা হৡাও-হৡাও চামিন্নে। মশু নুপাবু অনৌবা ফিজোল থোনবিদুনা চুপচে। মচানুপীবুনা ৱাংখৈগী ইন্নফি অমা থোনবিদুনা চিঠী চে অমগা লোয়ননা মকোক্ নাছবিদুনা পী ''ইপাগী লনচেনবী ঙসিদি ইপানা মতম্ কুইনদগী ইচাগীদমক হোৎনজরক্‌পা অসে ইচাদা খুৎশিন্নরবনি। মখোং পান্দুনা য়াংনা-য়াংনা চেনবা হৈবসে চেৎনা ফাজিন-পুনশিন্দুনা মফম্ খঙনা পুন্সি হিংনবগী থৌগাইদা হৈ-শিংনা শীজিন্নবা ঙম্বা ওইজৌ। ইপানা য়াইফ থৌনি পীরবনিকো ...''। মচানুপীনা চিঠী খাউদুদগী অথাবা চে মচেৎ মা য়াওরম্বদু লৌথোক্তুনা য়েংঙি, উরে মদুদা ইরী ''লিচা-অহুম্'' হায়বা ৱাহৈসে। ইঙক-ঙক্লা য়েংদুনা লনচেনবী মপাদা ওইনজরকই।

---

মীবু নঙগী মীৎয়েংফমদা থম্বা ঙম্নবা হোৎনৌ।

## ইতৈমগী ঙায়োনফম্দা :

"নোই অনীবু মখোয় অনীনা য়াম্না খঙনিংনা, কুপ্থনা হংলম্বতা মঙাইরি, খরা ঙনখৎনা লাক্লম্লবদি ইনাও অনীগা থেংনরম্না য়াবনি" ঐখোয়নিনা ঙা হেক-হেক লৈরিবা ঙায়োল্লিবা ইতৈমাদুনা নোক্মি নোক্মি তৌদুনা ঐখোয়নিবু উবদা হায়রক্খিবা ৱাহৈ খরনি। ইতৈমাদুগী ৱাদু তাবা ঐখোয়নি হায়রপ্ নুংঙাইবোই করিবোই মোমোন নোক্লুনা - "তশেংবৈরা ইতৈমা, মখোয় অনীনবু ঐখোয়নিবু"? ঐখোয়গী ইতৌ য়েংলগা ইতৈমদুনা লাক্লবা মানশিল্লক্ই। অদুবু ৱাফম্দুমদি অচুম্বা ওইরম্মি।

ঐ অমদি মকপ্ ইবোমচা কম্পনি অমদা পুন্না থবক্ তৌমিন্নে। ঐখোয়নি নুমিদাং হেক-হেক হল্লক্পদা মরক-মরক্তা ইতৈমাদুদগী ঙা হেক-হেক লৈ। অতৈদগী লৈদে, মঙোন্দগীতা লৈ মরমদি নোংমা ফাদোক্সু পৈশা পায়দবা মতাংদা ঙা চানিংবা লাক্ই, মতমদুদা মঙোন্দগী হেক্ হেক শোৎলি। ইতৈমদুনসু হরাও-হরাও পীরক্ই, নীনি ছুম্নি লৈরগা পৈশা অমুক শিংঙি। লৈকাই পুন্দ্রবসু, মরী-মতা ওইদ্রবসু, ইতৈমদুগা ঐখোয়গগী মরক্তা থাজনবগী মরী অমদি লৈনরি।

চয়োল অনী-অহুমগী মমাংদা ঐখোয়নিগা মখোয়নিগা ইতৈমাগী ঙায়োনফম্দা ঙা লৈরিঙৈদা থেংনখি। ৱারী শান্নদ্রবসু শক্-শক্তি মুন্না-মুন্না খঙনহৌই, মীৎয়েং অহুম-অহুম্না য়েংনরিবা মীৎফম্দুদা ইতৈমাদুনা লাক্লরক্ই, "মোই অনীসু নোই অনীগুম্বনে, নোই অনীগুম্না মোই অনীসু জুরানে চান্নজবা? হৌজিক্তি জুরা অনী-অনীসু চান্নরে, চান্নবা মশেল অমুক জুরা-জুরা শেম্নবা নোই মশেলসু খঙনৌদনা ?" ৱাহৈদুনা মোই অনীবু ইকায়হনখ্রমাল্লে। লৈরম্লিবা ঙাদো পায়দুনা হৌগৎখি, প্রপ-প্রপ এক্টিভাদো ষ্টার্ট তৌদুনা হাইফেৎ মীৎয়েংলম্নগা থৌগ্রে। মখোয়না চৎখ্রবা মতুংদা ইতৈমাদুনা ঐখোয়গী ঙা ওন্ন-ওন্না ৱারী শমথরক্ই, "মশক্ মতৌ হায়রে য়েংবা নুংঙাই, থবক্ হায়রে শছোক্পা অমমম মতৌরি, চহী হায়রে মপুং মরে ফারে, য়ুম পুবদা নোপ্লরোই, হায়না

তান্নবসু নুংঙাইগনি খল্লি ব্রাখল খলহৌকে নহা অনী। খুদোংচাবা নাহোকহনবা তৌহেদে, য়ুম পুবা ঙম্লোইদৌবা চহী নৌবিবুদি মখোয়না হেল্লা ফে। গাড়ী থৌখিবিদুনা লৈনা, তোংখিবিদুনা লীন্দা, পোরোম্পাংতগী ঙাক্তনি।" ইতৈমাগী ব্রাদো ফাগীদি মানবা মচংনি।

নুমিৎতুগী মতুংদা থেংনবদদি মখোয় অনীদো ইহোং হোংনা উবা হৌরক্ই, মশা নাল্লক্ই, মকে-শেল্লক্ই, ঐখোয়নিগী মাংদা য়াম্না ইকায়খিবগী মওংদা হাইফেৎ-হাইফেৎ নোক্ই। ঐখোয়নিদা ইতৈমাদুনা হায়রক্খিবা মখোয়নিগী ব্রারীগুম্না, মখোয়নিদসু ইতৈমাদুনা শোয়দনমক্কী ঐখোয়নিগী ব্রারী মখোয়নিদা শারমগনি। মচু, থুম্ মোরোক খরসু থাক্লমগনি, মদুগী ময়াইদুননি, মখোয়নিনা ইহোং হোংলক্লিবা, মখোয়নিগী মাইখোংদা তাম্লিবা মমিদু। অশেংনা ইতৈমাদুনা থম্মোয় মরীগী শমজিন্নফম মুজি নংত্রেগা ফি তুবী ওইরি, থম্মোয় মরীগী পাউ তম্ফম্ অমদি লৌফম্ ওইরি।

পুন্সি হায়বসে পোক্লরবনিনা হিংদবা য়াদে, হিংননবগীদমক্ লাহেংনদবা য়াদে। লাহেংননবগীদমক্ লানফম্দা থোক্তবা য়াদে। অব্রাবা, ইকাইবা পুম্নমক কুপশিনবা তাই। নংত্রেবদি হিংননবগী মফম্ ফংলোই খুম্নাইসিদা। অমুক্কা হেল্লা লুরিবা পুন্সি মহিংদি নোংমগী হাতে হাতে শুজ নোম্জদুনা চরা অনীশুনা চাজবা ফংজনবা হোৎনজরিবা মখোয়গী পুন্সি মহিংদুনি। নোংমা কাংদনা থোক্লিবা মীশি-মীনা, মীফা-মীপুন, বন্দ, জেনরেল স্ট্রাইক, বোম, নোংমৈ মরকসিদা লাহেংনরিবা মখোয়গী লাহেং অসিসু শীংথানিঙাইনি। মখোয়দুগী মরক্তা ইতৈমাদুসু য়াওরিবনি, শিবা চংবা খঙদনা খরদং ওইরবসু ফংহৌনবা হায়দুনা মনিং, তাখৎতুনা চেল্লিবনি ঙাশিংদু য়োলহৌনবা। বন্দ তৌরিবা, জেনরেল স্ট্রাইক কৌরিবা মখোয়না ইমুং কয়াগী লৈরং মৈ মুৎতুনা, তৎলবা চাকখাউশিংদুগী চাকলিবা অরাম খৌরাংবগী মৈশাদু উবিবা খঙবিবা ওমদ্রবসু, মমা অমা ওইনা ইতৈমদুনদি উদবা খঙদবা ওমদে। ঐ শিরবসু ইচাশিংদি মবুক তৎতুনা শিহনবা য়াদে হায়বগী মতাগুম লাহেংনরিবনি। ঙসিগী মীকুপ্ খুদিংগী লানবুং ওল্লবা লমদমসিদা। ইতৈমাদুগী থৌনাদুসু অঙকপনি, নোংমত্তসু ব্রাই মহায়দে, করিগীদি ব্রারিরোই মহাকসু লু-তোংনা শাবা তাইবং হকচংনি, রোবোৎমক্তি নত্তে। মৈতৈ নুপীগী মরীল লৈবা অমদি অশেংবা থৌনাদু চেনবা মৈতৈ নুপীনি ইতৈমাদু। নিংশিংলকই অদুঙেগী ইতিহাসতা থেংনখিবা মালেমগী শীংথানফম ওইরিবা সনা মচুনা ইদুনা লৈহৌরবা "নুপী লান"। মতমদুগী ইমা-ইবেলশিংদুগী মরীংজেল, মথৌনাদু ঙসিসু মাঙদ্রি, মৈতৈ নুপীশিংদা ঙসিসু লৈরী হায়বা উৎনবা ইতৈমাদুনা খুদম্ ওইররি। ইতৈমাগুম্বী কয়ানা ঙসিসু চাকখাউ লানথেংদা শিবা চংবা কিদনা লাহেংনরিবনি পুন্সি লানফম্সিদা।

ইতৈমাদো ইম্ফালদগী লাপথোকপ্রবা অরাপ্পা মফম্ অমদগীনি। চহী চুপ্পা মহাক্ ঙা য়োল্লি। মহাক্কী চাউরবা ঙাগী ফার্ম অনী লৈবদু চহী ওন-ওন্দুনা ঙা য়োক্ই। অদুনবু ইতৈমাদুনা চহী লীশাং শিংনা ঙা ব্রাৎতনা য়োনবা ঙম্মী। মহাক্না ফনা হোৎনদুনসু ইমুংদু ইচাউ চাউখৎপদি ঙমদে মরম্দি ইতৈমাদুগী নুপাদু ভাব তাবা ব্রাৎসি। ঙাওশিন্নে। থবক্

অচংবনা মরুওইবদুতা ঙাংঙি, মপুং ফানা চংদবশিংনা ব্রাচোই য়াওই।



শুনিংদে, যু থক্লুনা মতম্ অয়াম্বদা স্বার শান্নদুনা লৈ। স্বারগী ময়াই অমদি যুগী মৈচাক্ হায়বসে অঙক্পনি, মীবু শা ওলহনবা ঙস্মী। ইমুং-মনুংবু নুংশিবা ঙন্নক্তে, ঙৈহাক্-ঙৈহাক্কী পুক্লিং ৱাখলগী অনীংবা অপাম্বদা থুম্হৎখিদুনা মতু-মচাবু ওৎ নৈবিবা, মখোয়গী ৱাখল খনবীবা ঙম্দনা, ইমুংগী লন-থুম্, পোৎ-চৈ কাইথোক্পা, থুগায়বা মাঙ-তাক্হনবদা নাচুংলক্তে। শা ওল্লবা ময়াম্ অমা ওনশিন্নদুনা যু থক্মিন্নরগা স্বার শান্নবদা মরৈ য়েৎনরক্পদগী মখোয় মশেল অঙম্-অঙম্বা ফুগায়নরক্পদা ইহিং-নাহিং তান্নখি। ইতৈমাদুগী নুপাদুসু ফুনবদুদা ৱাখোক্লা মঙ্খাংদা কদ্রখিবদগী লেং-ওৎপা ঙমদনা লৈরক্পা, ফমুংগী নিংথৌ ওইরক্পা চহী মরী হেল্লে হায়। লাইগী চৈরাক্ ফংলবা মাবু হুন্দোক্লুবদি য়াবরা ? অতিয়াদা তিন শিংকৎলগা মাইদা তাই হায়নবগুম্, মাবু ফত্তে, ওক্তে হায়দুনা হুন্দুনা ঙাংলুবগী কান্নবা করিনো, চৈরাক্তি ঐতনা অদুম্ ফংগনি ইপুরোইবা ওইরুরবনিনা ঐগী। মাবু য়েংশিনবা, হীদাক্ লাংথক্ পীজদুনা লায়েংবা, মবুক্ থন্নবা পীজ-পীথক তৌবা হায়বসে ঐগী লেংফম্রবা ইথৌ ওইরি, ওইদুনসু চৎখিনি, হোল্লিবা শ্বরসিনা পোত্থাদ্রিকাওবা। সমাজসিগী অৱাবা মথে মনম্দা পোদুনা চৎলিবা ইতৈমাদুনা ৱাদবা শাদুনা হায়রক্ই, "ইনাওশা পুন্সি হায়বসে মসিঙাক্তনি। হয়েং নখোয় অনীদি নখোয়-নখোয়গী নুপীবু লুনা তৌবিগদৌবনি। যু থক্পা য়াদে, স্বারদা মায় ওনশিল্লুনু। যুগা স্বারগসে মহীক্লি, মসিনা কদাইফাওবা মীবু নাহল্লি, মাঙহল্লি হায়বসে ইতৈমদি ৱারীদতা নত্তনা ইশাদা থোক্লবা খুদম্ অমনি। যুমগী নুপীবু মপান থোক্হনবা হায়বসে অফবদি নত্তে, ঐখোয়গুম্বী অমদা সমাজসিনা করম্বা মীৎয়েং য়েংলি হায়বসে ইতৈমদি ময়েক্ শেংনা খঙলবনি। হয়েং নখোয়গী নুপীদুবু নখোয়না নুংশিনা অমদি স্বান তানা থম্বীরবা মতম্দতা মখোয়না মপান থোক্তনবগী মরম্লি। ইনাওশা! ইতৈমগী পুন্সি মহিংসিদগী নখোয় পরা তমহৌগদবনিকো। ঐদি ইনাও অনীবু ঐগী ইনাওতা ইনাওদৌনা য়াম্না নুংশি, ইতৈমনা হায়রিবসে ইনাও অনীবু শোয়হননিংদ্রদুনা হায়বনি।"

ইতৈমদুগী ৱাদুদা তশেং-তশেংলবা অশেংবা পুন্সিগী মশক্ য়েক্পা মমি অমা তারি। মক্লবা থম্মোয়দুগী মক্লবা ৱাহৈনি হায়বদা চিংননিংঙাই করিসু লৈতে। অর্থনা চোল্লবা ৱাহৈদুনা ঐখোয়নিগী থম্মোয়নুংদা অনৌবা অহোংবা পুন্সি অমগী ইথক্ হৌহনখি। খল্লক্খি পুলিসিদা কৈদৌনুংদা যু শুংথক্ থক্লোই, মহাও শুংতং তংলোই, স্বার শান্নরোই মরমদি মসি মীবু মাঙহনবা ঙস্বা শা ওলহনবা ঙস্বা, মীওইবগী অফ-ফত্তা খছবা ঙস্বগী পাঙ্গলবু মাঙহনবা ঙস্বা "হু" মখল অমনি। ঐনা ঐগী নুপীবু লুনা চান্না তৌবীনি, মাবু কৈদৌনুংদা অৱা-মৈশা লাংহল্লোই। থিহ্নদনা হুমজিল্লক্খি মখোয়নিগী ৱাখল। "ইনাওগীদি লৈনা ওইনা হায়বিরগে মহাক্লসু ইনাওবু খঞ্জবা মাল্লি" হায়না ইতৈমদুনা ঐঙোম্দা চীন্দমখিবদো নিংশিংলক্ই। ৱাখলনি কাউথোক্লুনা চীনবালদে হায়দোকখি "লৈনাবু ঐনা লুনা নুংশিনা তৌবীনি"। ঐগী ৱাহৈদুদা মরুপ্ ইবোমচানা করি হায়বা ভাই হায়না ঙক্লা হংলক্ই। ইকাইখাংদগী কং কোৎলি, হায়নবগুম খুমখি "ঙরাং মংগে মেৎপা চারুবদগী লৈশে নারে"।

# হৌনশারা মীৎয়েং চংবা

**সমাজ** অসিদা হিংগে হায়ববদি সমাজসিগী ফত্তবা অমোংপা লীচৎ ময়াম্ অসিগী কুয়োম্ মবক্তা ঈবোইদুনা চংপা তাবববা ? ঙম্মী হায়দুনা পাঙ্গল লৈবা, শক্তি পায়বশিংনা অশোনবশিংবু তুহৎপীবা, হন্থবা মীৎয়েংদা য়েংবিবদি সমাজ-অসিগী চৎনবোল্লা ? মীওইপোক্তা পোক্কবদি বদনাম্ ১০০-১০০ খাঙবা/মায়োক্কবা ঙমগদবনি হায়বসিনা করম্বা নিয়মনো ? পুন্নমকসে ঙমদবা কনাদি ঙসিগী সমাজ অসিদা হিংনবগী হক্/বাইট অদু লৈত্রে হায়রিবসিনা অচুম্বা ওইরদবা ? অসিগুম্বা পাউখুম্ ফংবদা ৱারবা সমাজসিনা মঙোন্দা পীরিবা ৱাংহং ১০০-১০০ নি হকথেংননা মথন্নতা অচীক্পদা হংজবিবা সুজাতাগী পুন্সিনি।

তাইবংগী নুংঙাইবা হাযবদো মশক্ খঙজবক্কবী সুজাতাগী পুন্সিনি। তাইবংসিনা ঙন্না মপাং কায়নদুনা লাইবক্তা অমুবা মচুগী চন্দন্না লৈতেং হাপ্লিববী নুজা ওইবীনি। মহাক্কী হিংনবগী লাঞ্জংদি তুজুংনিঙাইনি। ফনা শৈথাদুনসু মদুগী পোলোই য়ৌবদি কৈদৌঙৈদসু ঙম্লরোই। মপুং মরৈ ফানা লৈশাৎ তম্জরম্বদে, মৌগীশিংদা চঞ্জরকপতা ঙাইজরিবী সুজাতাগী পুন্সি ঙসিদি অমম্বা লৈচিলগী মপৈনা কুপশিনবীদুনা খাঙ-ঙম্লবোইদবা মৈরি অমনা মশকসু উদনা মাগী থম্মোয়বু তাঙ্গোই তানা মৈৱাইরি। আশাগী মঙালসু উদ্রবা পুন্সিগী লম্বীসিদা মদোম্ নাইতোম্ তানা ইন্থবীরম্লি। পামজনা হেকচখিবা কুন্দো লৈগী খুজোক্-খুজোক্ পাম্মুবা মঙোন্দা চাইদুনা কোয়খিবা কীশি তরেৎ, পুন্সিগী অৱা নুংঙাই খুদিংদা শরুক্ য়ামিন্নগনি, অমত্তা ওইনা হিংমিন্নগনি হায়দুনা তনৌরবী খুৎশাদুনা থৱায় তানা হুক্চখিবা কুন্দো লৈরাংগী পরেং, খুৎশা অনী লোন্নদুনা থাঙ্গৎমিন্নখিবা গোটে চফু পুন্সিগীনি খল্লুবনি সুজাতাগী ৱাখল্লনা অদুবু মদুনা মাবু মীরাইবিদুনা শাংগ্লবা মাগী পুন্সি লম্বীসিদা মদোম্ জুম্বা থাদোকপিরম্গনি, মপাং কায়নরবী চেক্লাগী পুন্সিগুম্ লেলহৌগনি হায়বসিমদি মাগী মংদফাও মংজবা নত্তে। ৱাদুনতা লাক্লবা

লম্বী ময়াইদা চৎকনবা মীদি গাড়ীনা তক্লুনা শিগল্লি।

সুজাতাগী পুন্সি, নুংঙাইবগী মশেক ফংজরক্পগা অমম্বসিনা কুপ্শিনবীখিবনি। মৈনা মৈরীক্ থোক্লা ব্রং-ব্রং চাক্লিবা মৈতাল মথক্তা অহাংবা খোঙখানা নেৎতুনা চৎপগা পাংখক্ ওইম্রে। .... অঙক্পা সংসারগী ঝায়েল হায়দুনি।

লুহোংবা নৌরিঙে মতমদুদদি সুজাতাগী পুন্সিসে নুংঙাইবগী নুংঙাইবতনা মাইকৈ খুদিং চোল্লম্মী। মপুরোইবা থোইববু মাগী মীংনা হেক উবা ঈশ্বরমক্তি হায়না লৌজে। থোইবনসু মাগী থবায় হক্চাংদে হেন্না সুজাতাবু নুংশিজে। থোইবা য়াম্লমক্ নংবা মীওইদুমক ওইম্রবসু চাবা শেংপদি মনিং থুংজবা, শেল তানবা য়াম্না কনবা মীতানি। মতম্ পুম্বদা শেল য়াম্না তানশিন্দুনা সুজাতাগী নীংবা থুংহনজনবা হোৎনবনা মথৌদাং ওইজে। মহাক্ ত্রক্ ড্রাইভর ওইজরবসু য়াম্না মবুক্ মপাও ফবা, পুকচেল চাউবা মীওইনি। মহাক্কী নুংশিজরবা অপোকপা অপোকপী অনিদি মহাকপু তাইবংপানসিদা নাইতোম থনম্লগা, লাইরমলেন্দা তিনম্রে। মহাক্কী মচীন মনাও অনী শুদে, নাইতোম্ শাৎচবনি। অদুগা সুজাতাগীসু অদুমঙাই পীক্লিঙেদা মমা-মপা কাইনখিবনা ওর্ফান হোমদা লৈশাং তম্জরকপীনি। চান-থক্লবা পোৎলম সপ্লাই তৌনা তৌনা সুজাতাগা খঙনরক্লুনা, নুংশিনরা মতুংদা লুহোংখিবনি।

নোংমদি থোইবা য়াম্না মরু ওইবা চৎতবা য়াদবা থবক্ অমগীদমক মতম খরগী ওইনা ময়ুম থাদোক্লুনা মপাল লম্দা গাড়ী চৎখি। মতমদু চাউরাক্লা মবানিগী অমত্তা তোমথিন ঙানজবা মচাদুনা থা মরী-মঙামুক্ হায়রকপা অদুবাইনি। অব্রাবদা অব্রাবগী মশক্তি, অব্রাবতদা অব্রাবৈ পোৎলুম্ নম্বনবা শনিনা য়েংশিল্লি হায়নবগুম্না মাগী লাইবক্কী পুন্সি ময়ীগী নোংদম্দা পুন্সি শাংনা নুংঙাইয়ু হায়না তমম্রমাল্লে, থোক্হন্নিংদবা তমথিরবা থৌদোক্ অমনা গাড়ীদু লোক্খাদা ওন্থহন্দুনা থোইবগী পুন্সি লৌশিনবীখরে। অশিবনা করম্বা শকফমদা, করম্বা মফমদা, করম্বা মতমদা মহাক্লা পান্নিবা থবায়দু লৌখিগনি হায়বা কনাসু খঙদে। "পুন্সিসে অশিবগী মীনাইনি" হায়না পুক্মেন পাউমেনবিরম্বসু কয়ানি সুজাতাগী মতৌদুদা। নুমিৎতুদৈ হৌনা কনাসু লৈজদ্রবী সুজাতাগী পুন্সি লুপ্রা শিংদা চন্দুনা ঝানা চাক্লা পুন্সি অদো ওন-থোইনা লেল্লক্লি। মহাক্ হিংবা পামদ্রবসু থোইবনা পুন্সিগী অরোইবা নুংশি খুদোল ওইনা শিন্নরল্লবা পীক্লিবা মচাদুই খনবদা লৈইদুই ঝাংমা লানঙমদা লেনবা তারি সুজাতা হৌজিক্তি মাগী পুন্সি সমাজসিগী মীৎয়েংলক্তা।

মপুরোইবগী লান্ন-থৌরমসু লোইশিনখিবা কুইরে। হৌজিক্তি মাগী মপুরোইবনা থম্বীরম্বা শেলশিংসু, নুংতিগীদি চাদ-থক্তবদি য়াদবনিনা খজিক্-খজিক্ ময়েং তারক্লুনা লোইশিল্লক্লে। চান-থক্লবা ঝাংলক্পগী অব্রাবা চৈথেংদুই চৈনা অমমুক্ সুজাতাগী কোক্থক্তা ননশিল্লক্লে। মবুক্ লাল্লবা পীক্লিবা তাইবং মীরোল তাদ্রিবা নব্রা অঙাংদুনা অরাম্ থৌরাংদুনা কপলকপগী খোঞ্জেলতনা নাকোং অমদি থম্মোইগী ফক্লাং মরীদা য়ৈরবদা থব্রায়না পেন্দবগী তাশোন্না থিনবগুম থোক্লরবসু, করিদি উপাই লৈজরি মহাক্কীদি থম্মোয় পেন্না কপচবা, তেংথাজবা নত্তনা, মীৎকী পীরাংসি নত্তনদি।

নোংমদি সুজাতা ''নহারোলগী থৌদাং'' কৌবা পাউচে অসি পারুবদগী মদুদা লৈত-লাইরবশিংগী তেংবাং লোন পীনবগী এদভর্টাইজমেন্ট অদু থেংনরুরে। মদু হেক্ থেংনবগা এড্রেস পায়দুনা অমুক থিছুবা তৌদনা ওফিস অৱারগী মতম্দা লোন লৌনবগীদমক্ মহাক বেঙ্কদুদা চংলম্মী। মাগী অৱাবগী ৱারী কয়াদো থম্মোয় শোক্লা পাউদমজদুনা বেঙ্ক মেনেজরদুদা লোন পীবনবা হায়জরকই অদুবু বেঙ্ক মেনেজরদুনা থক্তগী খা ফাওবা মুন্না য়েংলগা, মাগী নিংথিরবা ৱৌরবী হকচাং অমদি ফুগাইনা মখোং কারক্লিবা শাবালবু উরগা মহাক মতিন য়োংপা মখে খাঙলদুনা মাগী অৱাবগী ৱারীদুদা শরুক য়াম্নিবগী মতৌ উংতুনা মতেং পাংনিংবগী মতৌ উৎশিন্নে। মেনেজরনা সুজাতাগী শেল লৌদনা ফোর্ম অমা পুথোক্তুনা মমিং-মথা অমদি মরী লৈনবশিং অদু মেনশিনবীরে অদুগা মখাদা সুজাতাগী সহি তৌহল্লবা মতুংদা, নুমিৎ তরেৎনি লৈরগা লোন অদু লৌরনবা ৱারোলদো হায়। ৱাহৈশিংদু তাবমক্তদা মকশিল্লুরবা মাইথোংদো হরাও মীনোক্ অমদি নুংঙাইজবগী মঙাল মশেক অমত্তংদি তাখিবগুম্ তৌখি। মাগী অৱাববু মশক খঙবিদুনা তেংবাংবিরিবা মেনেজরবু ঙমখে লৈত্রবা ৱাহৈশিংনা থাগৎচখি। অদুবু মেনেজরদুগী অচান মীৎয়েংদুগী মরুমদা লোৎতুনা থল্লিবা মহাকী অরোনবা লাল্লোং অদুবুদি শংলবী সুজাতানা খঙজরমদে।

চয়োল অমগী মতুংদা সুজাতা অমুক বেঙ্কদুদা লাক্তুনা হায়নখিবগী মতুংইন্না লোন লৌনবগী মতম ঙায়হনবগী মওংদা মেনেজরদুনা মমাংদা নিংথিনা থারিবা চৌক্রিদুদা মাবু ফমথহল্লি। সুজাতাগী ৱাখলদা লোন ফংলগনি হায়বগী আশানা মদোম ইঙাও-ঙাওখে নুংঙাইজরম্মী। মাগী নুংঙাইবদো হেন্দোরক্তুনা মদুদগী থক্তোরকপা মঙালগী মশেক মচা অমসু মাগী নিংথিরবা মাইথোংদুগী লৈতেং ওইনা হাপকৎচরি। অদুবু অশোমদনা মেনেজরগী থৌরবা মমিৎ অনীদুনা কন্না ফাইল প্রোসেস তৌরিবা শাশিন্নদুনা, অহুমশুবা মাগী অরোনবা মীৎয়েংদুনা লোৎনা-লোৎনা হুরান্দুনা সুজাতাগী ফিভম্বু মমিৎ পেন্না য়েংজদুনা মথম্মোইনুংদা নুংঙাইজরি। অপাম্বগী মৈরিনা মশা পুম্বা প্রোক-প্রোক চাক্লি। য়ারিবমখে সুজাতাবু মাগী মিৎয়েংদুদা লেংদনা লৈহন্নবা হোৎনজে। অদুম্না মহাক্লা অরেম্বদা মতম শাংনা হৌহনখি। নুংথিলগী পুং অনী তারদুনা কাংশি খীংলকপদা মেনেজরদুনা হায়রকই,

— সুজাতা নঙগী লোনগী প্রোসেস অয়াম্বদি লোইরবনি অদুবু বোর্ডকী রাই মতুং ইন্না ইন্সপেক্সনগী রিপোৎ য়াওদনা লোন পীবা য়াদবনা, ইন্সপেক্সন রিপোৎ অমদি তঙাইফদনা দরকার ওই। অদুবু ৱারুগনু মদুগীদমক্ নঙ, ঐনা শেম্বীনিদা। অদো ঐ হয়েং লাক্কে অদুগা য়াম্না থুনা রিপোৎতো ইখৎতুনা থাগৎখিসি। নঙগী লোনসে শোয়দ্রবনি হায়না খল্লু মরমদি ঐনা মদু য়ারিবমখে থুনা ফংনবা শীনবিগনিদা!

— শোয়দনা লাকপিয়ুকো! মেনেজরবু ঙাইজরমগে!

ইরোল-ইনাৎতি নত্তে মীগী লৈতেং, মানি ঐখোয়গী শক্তম।

সুজাতা ময়ুম্বু নিংথিজনা তরু তনাম্না লোইশিন্নবগীদমক্ রাই শিংতুনা যণথী লৈঙোই তৈদুনা, তক্কুনা নান্দুনা ময়ুমগী কাশিংদো লংহল্লম্মি। মসিমসু মহাক্না খঙ্খি " বেঙ্ককী মেনেজর অমা লাক্লগা, ঐগী লাইরা শঙসিদা অতিথি ওইনা খোঙদোইরক্লগা করিসু পীজ-পীথক তৌদনা হলহনখিবা ইকায়নিঙাইগী মশক্তি নীংজদুনা ঙম্নমক পু-হন্দুনা চান-থক্লবা খরসু থৌরাং তৌনবা হোৎনজগে খল্লি।"

জুন থাগী শারবা নুংশাগী মৈশা মরক্তা মেনেজর বাবুদো সুজাতাগী শঙলেন্দা থুংলরে। মতমদো নুমিৎ যুংবা মতুং পুং অমা তাবদা মঙাইরি। সুজাতানা মাবু তরাম্না ওক্লদুনা ইমুংগী শোফা অমদা ফমথহল্লি। নুমিৎতো সুজাতা মশা তনান তনানবা অরন্বা ফিজোল শেংতুনা কেরম্মী। কেবদুগা পান্নখিদুনা মশাগী হান্নগীসু ফজদুনা লৈজরিবদুগী হেন্দোরক্তুনা য়াম্না নিংথিজনা রাশী লৈনা ফজথোক্লম্মী। অঙৌবা ফিজোল শেংপীদুগী ফজবদুদা মেনেজরদো ঙাউরম্মী। হমাং অনম্মী কারদুনা রা ঙাংগনি হায়বফাও কাওরদুনা মখোল নিক্লম্মী। রুমাল পুথোক্তুনা মমাইবু তৈথোকচৈ, তশেংবদি মেনেজরদো রা ঙাংগনি হায়বফাও কাউথোকপ্পবগুম তৌই।

— "ফম্বীয়ু সার, ঐ চা শেম্জরুখিগে" সুজাতানা তপ্পগা মোমোন নোক্না হায়রক্ই।

— "য়ারেদা চা থক্লবসু, নঙনা ঐগীদমক্ পাংবা রাবিরে" মেনেজরদুনা খুম্মী।

— মসিদা রাবা-রাদবগী রাফম্ থোইদোক্তে, ইমুং অমগী তৌফম্ থোক্পা মচৎনি, কুইরোই ঙৈহাক্তনি, সৎ লাউনা পুথোরক্লগে!

সুজাতা নম্ফুদা চাকখুম চংশ্রে চা শেম্নবা। হৌজিক্তি মেনেজরদু থরায় চংলক্তুনা থৌনা য়াওরক্পগুম্ মশা খিংলক্ই।

মহাক্ অফ-ফত্তগী রাখল অমত্তা খল্লবা ঙমখিদ্রে, মশা পুম্না অপাম্বগী মৈরিনা চাকহৎতুনা শা ওল্লক্লে, শাগী রাখল খল্লক্লে। মাগী রাখল মওল-মওল খনবা হৌরক্লে। মতৌ করম্ হায়না সুজাতাবু মাগী মথানুংদা কোনশিন্দুনা মাগী নিংজরিবা অপাম্বসে ফংগদগে / কোক্কদগে খনবা হৌরক্লে। মহাক্ থিল্লবা তৌদনা হৌগৎশ্রে অদুগা কাদুগী থোঙ-থোঙনাওশিং অমত্তা ওইনা ঙাশিনবা হৌশ্রে।

হাথু-হাথু য়াম্না য়াংনা চা শেম্দুনা সুজাতানা পুথোরক্পদা, ওইরল্লিবা ফিভমশিং অদু উবমক্তদা অকিবা অমা মশাদা ফাওবগা লোয়ননা চীনবালনা রাহে খরা হায়গে তৌরিঙে, মেনেজরদুনা মাগী মখুৎতে চাদো লৌশিল্লগা তেবল মথক্তা থল্লগা মখুদাং পায়দুনা মাবু মথানুংদা খংচিং-চিংশিন্দুনা কোনশিনশ্রে। অদুগা থোৎ নৌরবা মচীনবাল অনীবু নুংশিহৈতনা মখুবাক্না মেনশিনবীদুনা হায়রক্ই -

— "সুজাতা ঐনা পাল্লিবসে চা থকপদো নত্তে, নঙগী খোইথুম্নরবা লৈহিদুনি ইবুক্ পেন্না থক্লিংবনা ইথৌলাংলিবা, নঙনা ঐগী অনিংবা অপাম্বশিমদি কোক্হনবিয়ু, ঐসু নঙগী ফজবদা ঙাওজরিবা অমনিনে অমা!"

অদুবু অসিগুম্লবা থাজদনা থোক্পা থৌদোক অসিদা সুজাতা করিসু পাউখুম পীদনা মঙোন্দগী নাহ্লোক্লবা ফনা কন্না হোৎনজবনি অদুবু মগাঙ্গল ঈরোইগুম্না কল্লবা খুদাং অনীদুগী কীশিদগী নাহ্লোক্পদি অরাইবা ওইদবনা অদুমক্ সুজাতা মখুৎ চনবদা মতাবনি। মেনেজরদুনা সুজাতাগী মোল্লবা মশমশিংদু নাল্ল-নাল্লদুনা হায়রক্ই,

— য়েংঙুনে সুজাতা, হৌগ্রবদি হৌগ্রসনু মদু নিংশিংলুবগী থোইদোকপা কান্নবা লৈররোই অদুনা ঐনা হায়রিবসে নঙ য়াও মদুনা নঙগী য়াইফবনি নৎত্রবদি নঙতনি মাঙজগদবা। মীয়াম্নসু নঙবু তৌ ঙম্বী ওক্তবী লুখ্রানি হায়দুনা থীনা-থীনা ঙাংনবীদোইবা, ঐগীদি মাঙজবা লৈতে করিসু অমা হেক্তা হায়জিনবদা ইপক্তা পকচদোইনি অদুনা নঙ ঐনা হায়রিবসে নশানা য়াজৌ, হায়বা ইল্লবদি নঙবু ঐনা মহারানিদৈ হেন্না নুংঙাইহনগনি। অদুগা অমুকসু খনথৌ নঙ, নশা নহানি, হিংগদৌরিবা নঙগী পুন্সিদো য়াম্না শাংনা ৱাংলি। নঙগী অপিকপা নচাসিগীসু নঙ ৱাখল খন্দবা য়াদবনি অদুনা তুমিন্না লৈয়ু কনাদসু হায়দোক্লগনু, নচীন ফোংচিল্লু নঙ। অদুগনে হয়েং নঙগী লোন্দুসু ঐনা ফাওবীরম্লগনি, নৎত্রবদি পুম্নমক অরেম্বা ঙাক্তনি, নঙ খল্লু।

সুজাতা হৌজিক্তি করিসু মুক্লরুবা তৌরুদনা তুমিন্না মশা তেরবা কৈ অমোমগুম মাগী ৱাহৈশিংদু তারী লোয়না লোয়ননা মাগী লীচৎ পুম্নমক মখয়াৎ চীক্লা খাঙজবা নত্তনা উপাই লৈজদে। মেনেজরদুনা মফী শেম্না শেম্না করেম্নবা মতৌদু উবদা সুজাতা খাঙবা ঙম্লক্ত্রদুনা মেনেজরদুগী মমাইদা মতিন শিৎতুনা হায়রক্ই -

— পেল্লরবরা ? মসিরা নঙগী থৌজাল মীৎয়েংদুগী মমল ? মসিরা নঙগী লোন্দুগী মমল ? নহাক্ মফম অসিদগী থুনা লেংবীখ্রো, চৎপিখ্রো ? নশক্ উহল্লগনু!

মেনেজরদুনা চৎখ্রবা মতুংদা মতোমতা খঞ্জহৌই চাইরবা কাদুগী মনুংদা মথম্মোয় প্রোক-প্রোক্ চাক্পা মখৈ, "মসিবুরা ইন্সপেক্সন রিপোর্ট ওইদৌরিবসে? মসিবু মতমসিগী চৎনবিরা ? হৌনশারা মীৎয়েং চংবা লুখ্রাশিংদা ?" মহাক্ ঙসিদি ফজনা মশক খঙলে সমাজসিগী লোনচৎ। কোইনা য়েংলকপদা পীক্লিবা মচানা নিংঙাইদনা তুমখুল তাল্লিবদো উরক্ই, চেনশিন্দুনা মচাবু মতম্বাক্তা কোনখৎলগা মখোন থোক্লা তেংথরক্ই লৈখিদ্রবা মপুরোইবগী মফমদা। নোংঙাল্লগা লোন ফাওবগী চে অদু পোষ্ট মেন অমনা থিল্লকই।

---

নঙনা মীঙোন্দা তৌরুবদো, মীদুনসু নঙোন্দা তৌরকপদা ঙকলুনু।

# মৈ ইরুবা মীৎ

**য়োৎনা** চেক্‌শিন্না পাল্লবা খোঙমাইদা ডোং-ডোং-ডোং লাউনা কনানোমনা কন্না থিল্লিবা তান্‌ফমদু অহী নোংয়াই চবুক্‌মত্তদনি। মীচিক-মীরাওখোল তাব্রবা ইংনা থেংলা মতমদুদা ঙাইঙম শাঙম্‌দবা অৱা তেংথা পোলোইনরবা অহীক্না খোঞ্জেন্দুনা তপ্‌থবা ঙমদনা "ডোক্তর, ডোক্তর" পল্লদুনা লাউরীবদু কনখৎলক্‌ই। শক্তম্‌দুদা ময়া-থৌরবা য়ুম্ শঙলিবা মপু নিংবা হুইদো খোঙবা হৌগৎলক্‌ই। তপ্‌থবা ঙমদ্রবা নুপাদু কোছোং কাখৎতুনা মনুংদা চোংশিল্লক্‌পগা মাবু ঙাইরল্লিবা ময়া থৌরবা য়ুমহুইদু খংচোং মঙোন্দা চোংশিল্লক্তুনা নমলৈ, মখোয় অনী কোনশিন্নদুনা অমনা মবু জয় তৌনবা অঙম্ তান্নে। চরাংনরবা খোনজেলদুদা হৌনিংবোই-হৌনিংদবোই তুমশিং ফাদবগী হকাম্ চন-চন্দুনা ডাক্তর জাদু হৌরক্‌ই। য়ুমখোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোরক্‌পমক্তদা উরে কনানো শক চু খঙদবা নুপা অমবু মাগী হুইনমুক নম নুপাদুনমুক নম তৌনরিবদু। ডাক্তর জাদু চীংননা মশা নান্দবা, মকোই ইচোম-চোম্না মশম-মনা ইফা ফাবা ফিমোৎ শেৎপা থবাক ময়াগী ফুরিৎখাও ইশে শেগাইবা নুপাদুগী মতৌদু মৈঙাল্লক্তা য়েংঙি। মথম্মোয়দা ফাঙমদনা খংশাও শাওনা লাওচৈ চৈরক্‌ই -

— হৈ ! কনানো ? নঙবু হুরানবরো ? হুইদু থুনা থাদোক্‌উ।

— ঐ মঙালনি, হুরানবা নৎচদে, ঐ থংনবা খুল অসিদগীনি।

— অহিং অথেংবসিদা মীগী কোছোং লানশিল্লক্তুনা য়ুম শঙলিবা হুইবু হাৎনবা থৌরাংলল্লিবা নঙবু হুরানবা নত্তে হায়গেরো ?

— নত্তে, নত্তে খল্লিবা ৱাখলদু তাইওন্নরে ডাক্তর বাবু, ঐ হুরান্নবগী ৱাখল্লোন্দা কোছোংসে লানশিল্লকপসু নত্তে, হুইসিসু হাৎননবা থৌরাংবা নত্তে, ইশাবু ঙাকথোকচনবা লাক্লজবনি। ঐসে ডাক্তরবু উন্নদবা য়াদদুনা পুম্নমকসে ...

য়ারৌবিরোই ডাক্তরনা ঙাকপিগনি। ঐগী ইপাদো অনাবা হেল্লিম্লে, ঐ ডাক্তরবু লৌবা লাক্লিবনি ...।

— পুলিসকী লীচৈদো ননমদা অনীরক-অহুম্লক শাম্বুরবদি নঙ শোয়দনা নরোন চুমগনি। হুরানবা নঙবু ঐগী ইখুৎমকসিনা অহিং চবুক্সিদা ঐগী শুমাংমক্তদা ফারমক্তদা হুরানবগসু অমুক ওইনিংদা-শা, হে! ঐশে অপংবা মী নত্তেনে, ডাক্তর জাদুনি ডাক্তর জাদু হুরানবগী মকোক্, হে হে! হুরানবা কাননবু মশানা মশাবু ঐ হুরানবনি হায়বা য়াওগ্রবগে ? উলৎ পালৎ তৌগনু নথম্মোয় শেংনা হুরানবনি হায়য়ু নথরায় মচাদু হিংনবা, নৎত্রবদি ভৌদুনা হাৎকদৌরিবনি, নকোক্তা নাপী পক্পা নঙ চেনখিনু ঐ পুলিস কৌগে !

— অমুক্তং পুক্লিং লাংবিখিনু ডাক্তর, তপথবিয়ু য়াফম্ পুম্নমক কোন্না খঙনরসি তঙাইফদনা হৌজিক্কী ওইনদি ডাক্তর ঐগা লোয়ননা ঐগী য়ুমদা চৎসি, ঐগী ইপাদো অনাবা খরা লুশিলহৌরে, খোঙজেল য়াংনা খোঙদোইবীসি নৎত্রবদি নীংঙমহৌদবা অমা ফংহৌরগনি, লাইবক থীরগদবা ঐগী ইপাগী পুক্নি ডাক্তরগী খুৎতা লৈরে, ঐবু নুংশিবীয়ু নখোঙ কোন্দুনা ঐনা হায়জরি (মঙালবু কোল্লিবা মখোঙদু শৎতোরক্তুনা অশাওবনা মিৎ তাংলবা, মশোং ফল্লবা ডাক্তরনা মনাগন্দা খংকাউ কাউরক্ই, মঙাল উপ্পা লৈমাইদা য়েশিল্লি, শাউনা ডাক্তরনা হায়রক্ই)

— হে! লীলা য়াওবরা নঙ ? হৈরেনেহে লীলা শান্নবগদি অদুবু খঙজিল্লু নঙ ঐসুনে লীলাগী গুরুগী গুরুনি, ডাক্তর জাদু হায়দুনা ইমিং চৎলিবা, মীনা হেনজিনবা য়াদবা, অপংবা শীবা ভমদবা মোবাইল ফোন পায়খৎতুনা পুলিস্তা পাউ পীখি অদুগা হায়রকই। খঙগনিদনা হৌজিক্তি নঙ ঐ কনানো হায়বা ময়েক শেংনা খঙহনতারে। নতিক থোকচঙে লাক্রগে। হেরা ! অঙাও-অফৈরা খঙদবা নঙগুম্বনা ঐবু শীংনদুনা ঐগী মীকপ্ থুগায়বা য়াবরা ? মসিদি ঐবু উশিৎতবনি। নঙগীদুনা করিগুম্বা অশেংবা ওইরম্বা থোক্লবসু ঐবু নখোয়গুম্বা লায়রা চুদৎনবগী অনাবা লায়েংবিনবা ওইনা উরুববরা ? মথোং, মরম খঙদবা .... হে! হুই ঐগী মীকপ অমগী মমল কয়ানো হায়বা নঙ খঙবরা ? নঙনা শীবা ভমগদবা মদুগী মমলদুদি নত্তে! নন্ ... সেন্জ .... পীদৎ পাদৎপা ....॥

(মওংদুদা খাঙবগী পল্লোন লোমখ্রবা মঙাল লাউরকই)

— ডাক্তর ! নহাক্ কাউবীগনু নহাক্ অনা-অয়েক্, অশোক-অপন লায়েংনবা সরকারনা তলব পীদুনা থল্লিবা কর্ম্মচারিনি। নঙনা ঙসি পায়রিবা ডীগ্রিদো ফংবা মতম্দা নহাক্না করি হায়না য়াশকখি নহাক্ নিংশিংবা ঙম্বরা ? (ডাক্তর জাদু শাউরক্ই)

— মদো ভৈহাক্ ভৈহাক্কী ওইবা তাৎ হায়বদুনি। ঐনা ঙসি ফংলিবা মীংচৎ, ঐনা ঙসি তাল্লিবা পৈশা, ঐনা ঙসি পৈশিল্লিবা লন-থুম ফুরা দলাল নমিৎ থিৎনা য়েংঙু

সরকারগী তলবসিনা ওইথোক্কদরা ? নখোয়গুম্বা কয়া য়েংদুনা লৈরগদি ঐদি করম্বা কান্দা চাউখৎকনি। ঐনা ডাক্তর তম্বা মতমদা লুপা লাক্ষ-লাক্ষ চংখি, ঐনা ঐগী ক্লিনিক লীংখৎপা মতমদা লুপা ক্রোর-ক্রোর চংখি, কনানসু ঐগী মতেং পাংখিবা নত্তে। অদুনা ঐনা কনাগীসু মতেং পাংলোই। ঐনা অহায়বা অপাম্বা পৈশা পীবা গুম্বা মখোয়দুমক্তনি ঐনা লায়েংগদৌরিবা, খঙলবরা ?

— (মঙাল মতিল শিংলী) থুই! ডাক্তর অমগী থম্মোয়দসু অদুক তুক্কৎচবা, অদুক থুক্ লাওবা অদুক খুবা, নহাক্কী হ চেনবা মীৎয়েং, ব্রাখল, হকচাংদুনা মতৌ করম্বা অনাবশিংবু লায়েংবিবগে, লাইজৌবা, হেনজিনবা, শিখিবগদি য়াম্না য়াওবিদবরো ? (নোক্লগা) পাখৎখিনু ডাক্তর নহাক্না ফনা পুলিস কৌদুনসু চেনবিগদবা ঐ নত্তে। ঐসু মঙালনি মঙাল, নঙোন্দা মঙাল অমা পীরমদ্রিফাও ঐ সুংচৎ চৎলোই, নহাক্পু পুদনা হনবসু হল্লোই। অতোনবনি অশোনবনি হায়দুনা অদুক্ শোন্নসু উবিগনুদা ডাক্তর, ঐখোয়সু মীওইবনি, মী ওইনা ঐখোয়বুসু উবীয়ু কৈদৌবগে ? মী ওইনবগী ব্রাখল্লোন্দা, মীনুংশিদা চৎতদি অমুক্তং চৎসি, ডাক্তরগী অহায়বা ফি ঐ শোয়দনা পীজগনি, ইপাগীদমক্তদি য়ুম ইংখোলতা নত্তে ইশা ফাওবা য়োনবা গুম্বা মঙালনি ডাক্তর। অদুবু তানফমসিদি ডাক্তরগী ইথৌদাংগীনি। ডাক্তরগী তৌফম থোকপা ইথৌদাং নত্তবরা ? শিগদৌববু হান্না কনবিবা'' (ডাক্তরগী থৌশা-ব্রাশাদবা মতৌদুদা মমিৎ ঙাংশং ঙাংলবা মৈ ইক্লবা মঙালনা ডাক্তরদু মখুদাং পায়দুনা চীংবা হৌই) ডাক্তর চৎসি ...

থোঙ্গাল লাছোরকপদা ওইরম্লিবা মতৌদুদা থুংলরিবা পুলিস জীপ অদুনা মঙালবু ফাই, ফুবা হৌই। ডাক্তরগী শেমজিন-শাজিনবা কল্লবা ব্রাহে খরাদুদা পুলিসশিংদুনা কাউ-নেৎ তৌদুনা জীপ মনুংদা হুনজিন্দুনা পুখ্রে। মঙালগী ব্রাহে মচেৎ অমত্তা পুলিসশিং অদুনা তাখিদ্রে, পাউখুম ওইনা কাউবা-নেৎপতনি। অহিং অদুমা মঙাল লোক-অপতা তৌফম খঙদনা খোইরাং খোইশাওননা লেনবা তাখি। মমিৎতা উরক্ই মমা-মপাগী শংশংবা মুর্তিদো। ওইজখিবনি মখোয় অনীগী লাংলেন থোইবা, য়াইথোইবা মঙাল। মখোয়গী পুন্সিগী মৈঙালনি হায়দুনা নুংশিনা থোনখিবনি মহাক্কী মীংলেনবু ''মঙাল'' হায়না। খুৎশা পায়দুনা মীথোই মীহেন্নবা হোৎনজখিবনি। মহাক্না পাখং পুংকক্ ফারকপা মতমদা মমাসু লৈখিদ্রবনি। মমা-মপা অনীমক্ ওইদুনা অনীগী থৌদা য়ারক্লবা মপাবুংনা মাবু শেম্বী শাবীরক্পনি , ঙসিগী ফিভমসে য়ৌহনবীরকপনি। এম: এ: পাস তৌরবা মতুংদা থবক ফংদবগী সমস্যা মায়োক্লবা ঙমদবদগী মতম খরদি মহাক ঙাউচৎনরুরবসু প্রাইভেট স্কুলগী ওঝা মচা অমদি ওইবা ফংজখি। অয়ুক-নুংথিল-নুমিদাং নাইদনা ব্রানা অঙাংশিংবু ত্যুইসন লৌদুনা হোৎনজখিবনি। অহাংবা মতম্দনা য়ুম্ ইংখোলগী শম্বল শেম্-শাদুনা মনা-মশিং মরাং কায়না থাদুনা শেছোক লম্বী মচা-মচা হেনগৎচনবা

হোৎনজখিবনি। অদুবু বিথিনা চানবীদবনা মহাক্ মপাবুংদু চহী অমা ফানিংচিং ফমুংদা ফম্‌শেন্নদুনা লৈরকখিবনা মহাক্কী ঙসিগী শক্তমসে ওইরকখিবনি। চান্ন-থক্লনবসু হোৎনগদরা ? মপাবুংগী হীদাক লাংথকপু লাংগদ্রা ? লায়েংশেনবু শিন্নগদ্রা ? মদুতা মায়োক্লবদা অঙাওবগুম্লবনি পাখং-পুন্সি কাওখ্রবনি। ইকাই-ইকি থাদোক্লবনি, মমান্নবগা চৎমিন্নবা, কোইমিন্নবা করিগুম্বা অমা চামিন থকমিন্নবা ফংজম্লবনি। অসুম্ অসুম খনখিবনা নিংশিংলক্কই ঙসাই ময়ুমদগী থোরককপা মতমদা মবুক চাক্কই, মৈদৌনা শাই হায়দুনা মপাবুংনা থরো-থরো ওন্দুনা হায়হৌবদো " ইপাগী ইবুংঙো লাংলেন থোইবা, ইপাদি ব্রারেনহে হন্দক্তি ইপাসে য়ারোইদৌরিনে, ইচাবু থাদোক্লুনা চৎতি চৎনিংখিদ্রেদা, ইচাগী তং তাবা শক্তম অমত্তংদি উরম্লগা খনবনি অদুবু নংলোইদৌরিনে, ইচাদি ব্রাগদৌরিদা" অদুগুম্বা অব্রা-পোলোইনরিবা চৈনা খাঙঙমদবা মাইথোংদু নিংশিং নিংশিং পীরাং শীচ্ছু-শীচ্ছু মখয়াৎ চিক-চিক্লুনা মঙাল খঙহৌদে নোংঙানখিবা।

নোংঙাল্লবদুদদি পুলিসকী তৌফম থোকপা চেনেলশিংদু তৌরবা মতুংদা মঙালবু থাদোরক্কে। ফাথবা ঙমদ্রবা তপ্‌থদ্রবা থম্মোয় মীহুলদো কন্না লাকশিন্দুনা ময়ুম্ মাইকৈ য়ৌরকপদদি উরে থোঙ্গালদগী অঙৌবা ফিজোল অমনা মশা কুপ্তুনা য়াতারিবা থব্রায় খায়নরবা মপাবুংগী হকচাংদু। মদু উবমক্তদা নোংথাংনা পুম্কা কাম্লবগুম মশা পুম্বা, চপ্ লেপ্লী। খোঙথাংদু চংসি কদাই হনসি কদোম্ নুংনাংনৈ, নুঙগী মুর্তিগুম মচী লেংদনা লৈখ্রে। খোঙফমদু ফেভিক্লিক্লা নপশিনগ্লবগুম্ নৎত্রেগা সিমেন্টনা ফাজিনগ্লবগুম লৈমাইদুদা নপ্লি। মাগী মতৌদু উবদা তুফক্-তুফাই মীয়ামদো ব্রা-লাংগা ঙাংনবা ঙমদনা কপ্লবসু য়াওনরক্কে। তপ্লি তপ্লি মপাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অঙৌবা ফিজোলনা কুপশিল্লিবা মাইথোংদু পেন্না য়েংজরুই। থংনবা মীকুপ্তা খীকথরকই পীরাংনা নোংহৌগুম "পাবুং নচা মাইথিহৌরে, নচানা লাইরবা ওইরুবনা পাবুংগী থব্রায়বু কনবা ঙমহৌদ্রে, ডাক্তরনা লায়েংহনদুনা,পাবুংগী অব্রাবা চৈনাদু / মৈচাক্তু কোকহনবা ঙমহৌদ্রে, হিংনিংনা কয়াদা ব্রানা পাবুংনা য়াতপ্লবা, খঙঙি নচাবু শোয়দনা থম্মোয় য়ুনা ব্রাহৌরম্‌গনি হায়বা। নচাসু পাবুংবু অরোইবা মীকুপ্তু উন্নবা ফংহৌদবগী নিংঙমদ মৈরিসিনা চক্লিবনি। নচাবু ব্রারৌগনু পাবুং, ঐসে নচা ওইবদা মতিক চাখিদ্রে, পাবুংবু কনবা ঙম্‌হৌদ্রে। সমাজ অসিদা খ্বাইদগী তুক্কৎচরবা "লাইরবা" হায়বা লায়নাদো নচা নারে। ঐ হিংনিংদে অসিগুম্বা মীনা শম্বা শক্তমশিংসে উদুনা সমাজসিদা মীদি মানবা ব্রাখল / লীচৎনা শাগী ঙাক্তা চৎপা মীনা শেমজবা অসিগুম্লবা মীওইবগী খুৎশেমগী তাইবং অসিদা। প্রকৃতিগী খুৎশেমবু থুগায়দুনা, প্রকৃতিগী খলবু কায়হল্লিবা অসিগুম্বা তাইবং মচৎ অসিদা শাংথনা হিংদুনা লৈজনিংদ্রে"।

নুমিদাংব্রাইরমগী মল্লি মল্লিরবা মতম্‌দুদা মপাবুংগী তৌফম্ থোকপা মথৌ মঙমসু পাঙথোকপা লোইখ্রে। মঙাল কাদুগী কোনা অমদা ফমঙা-ঙাদুনা মপাবুংগী সৈজাথক্তা

তরেৎ/তরা থোক্লা খন্দুনা মৈনৌ অদুগা অচেৎপা ব্রারেপ্তু তাও।

থল্লিবা ফোটোদুদা পীরাং ইহৌননা য়েংদুনা লৈ। মৈঙাল ফনা চাক্লবা থাওমৈ পুদোল মৈঙালদুদা মাগী ৱাখল ইরোইনখি। অচাক্পা মৈরিদুদা উরক্ই মপাবুংনা মাবু কয়াদা লুনা তৌজখিবগী শক্তমশিং, ইপাগীদি মনি-মতুম্নি হায়না মপুক্লিং থৌগৎখিবা ৱাহৈশিং ঙসিসু হায়বগুম্না খোঙ্গাংনরক্ই। মহাক্না এম: এ: পাস তৌরক্পদা কয়াদা চাওথোক্চখিবা, মীমাংদা মকা লামজদুনা নোকচখিবনি। অদুগুম্নবা মতিক্ মঙাল চাউবা মচা অমা ফংজবগী নুংঙাইজখিবা অদো ঙসিদি কয়াদা মমল হঙ্গরবা, কান্নফম্ খঙহৌদ্রবা, লাইবক্না তাথিবীরবা মচা অমা ওইহৌরবা। ঐ অমা ইচাও চাওনা লৈনা লৈনা পুন্সি লেপ্লিবা পাবুংবু মরাইবক থিহনগ্নবা। খল্লক্ই থংনবা মীকুপ্তা, তুজুংলবা মপাবুংগী অরোয়বা শক্তমদু উরক্ই। হন্না-হন্না পীরোইনরিবা মীৎয়েংদুদা অৱা-পোলোইনখিবা মাইথোংদু, খাঙঙমখিদ্রবা চৈফমদু তাহৌরি। মদু খল্লুবদা ৱং লাউবমখৈ শাউরকই, পোখায়গদৌবগী ঙাইদুনা লৈরবা মৈগী চীংগুম্ ''মান্নি মসি পুম্নমক্কী দাইত্বদি মীওইবগী ৱাখল খনবা ঙমদবা মীদি মানবা মীদি নত্তবা শা নঙনি। নঙননি ঐবু ঙসি কিছুহল্লিবা। শাদি মীরক্তা লৈবা য়াদে, শাদি আ-জঙ্গলদা শা মরক্তা লৈগদবনি নৎত্রগা লানবীগদৌবনি''। অমুবা লৈচিল থাংলবা অখাক-অরাও পুরিবা মাইথোংদুগী ঙাশং ঙাংনা মৈ ইক্লবা মীৎ অনিদুনা ফক্লাংদা য়াল্লিবা থাংপাক্তদা খানা য়েংলদুনা মখুৎ নিক্লদুনা মপুক্লিংদা মদোম্ খঞ্জখি ''নরালনা ঈরাল ওইনরসু ডাক্তর নঙ হয়েংগী কোরৌ মশক্ উবা ফংলরোই, মসে ঐগী লাইফাওনি''।

---

# ৱাহংদুগী পাউখুম

**লৈকাইগী** কোছোং-কোছোং খুদিংদা, মীপুম্ খুদিংগী লৈতোনদগী ৱা-ৱা লাউনরক্‌ই।

"ইবোচৌবগী মচা অতোনবী রেনুদো জাৎ তিন্নদবা মুসলমান মচা অমদা নুপা লৈতবদৌনা ঙরাং চেনখ্রে"

পাউদো তাবদা ইবোচৌবা, মৈরিকপিদগী মৈজাওবী হৌখ্রে, মৈরি ফনা, মৈরিক্ থোক্লা চাক্লিবা মৈগুম্ লৱাইদা মখুৎ থম্না য়াদবমখৈ, শাউবগী পন্দোন লোমখ্রে, অফ-ফত্ত অমত্তা খঙ্বা ঙমদনা অশাউবা হায়বদুনা মমিৎ তাংহনখ্রে মহাক কনাম্নত্তনা ঙাংবা শকপা তাখিদ্রে, ঙাংনবসু ঙমদ্রে, থেংনা-থেংনবা, অফং-ফংবা য়ুম্‌গী পোৎচৈশিং লং-লংদুনা থুগায়বা হৌরক্‌ই। মচানুপীগী কাদা চংদুনা, মাগী টেবল মথক্তা থম্লিবা ফোটোদো লংথদুনা থুগায়। মচেৎ তরা থোক্লা শেগাই। টেবল, চৌক্রি, উপু, কাংথোল অমমম্‌তা ওইনা শিংজংনা য়াঙ্‌ৎতুনা মাঙহন তাকহনবা হৌরক্‌ই রেনুনা শেৎলম্ চারম্না মফি-মরোলশিং অমদি অকে-অমৌ লৈতেংগী পোৎলম্‌শিং মপান্দা হোন্দোক্লুনা কেরোসিন হৈজিন্দুনা মৈ থাবা হৌরক্‌ই। মাবু মাগী নুপী অমদি মচানা থিংলুবদা -

"মহাক্ ইমুং ইমুংসিগা, ইমুংসিদা লৈরিবা মীওই অমত্তগা ঙসি কৌবা নুমিৎসিদগী, পুংজাসিদগী, মীকুপসিদগী, করিগুম্বা মরি অমত্তা লৈনদ্রবনি, ঐখোয় মাগীদমক্তা শিখ্রে অদুগা মহাক্ ঐখোয়গীদমক্তা শিখ্রবনি, অদুননি ঐনা ঙসি মাবু পোৎলোইরিবসে-"ইবোচৌবনা ফী-ফী কান্না মৈ থারিবা অদোম্‌দা খুদোল্লী থিন্দুনা মাগী নুপী ইবেতোন অমদি মচা নুপা অহন কামলদা হায়খি। ৱাহৈদু তাবদা ইবেতানদি ঈশিং থানখি। অকিবা ফংলবা থৌদোক অদু মীপুম্ খুদিংনা পাক কাউবা ঙম্লখিদে।

থা খরগী মমাংদগী রেনুগা মুসলমান্ মচা নৱাজ খানগা মরী লৈনৈ হায়বসে নিনফুং-নিনফুং ঙাংনবা হৌরক্লবনি। ৱাফম অসে ইবেতোনসু তাবা কুইরে। মচানুপীবু ফনা-

---

নুংঙাইবা ইমুং হায়বসি নুপাদুনা ওক্লবা, নুপীদুনা চেৎলবদতা ওই।

ফজনা থেমখিবনি। যুরুপ খেৎনৈ, চৎনলোনচৎ মান্নদে, ধর্ম্ম তিন্নদে, অমদি ফিজেৎ-চাকচা, নাৎ তোখাই-তোখাইবনি হায়দুনা ফনা ফজনা থেম্ নৌখিবনি অদুবু তাবিগদবা মাদি তারমদ্রে। নুংশি মাতনা হেল্লি, নুংশিবগীদমক মৈগী কোমসু কীদে মাতগুম্, মমা-মপাগী অনীংবা অপাম্বগী ৱাংমদা চংখি, খোঙকম লানখি। মচানুপীগী হোংলক্লিবা মতৌ অমদি হায়না তান্নবা য়াদ্রবা মওংসিদা ইবেতোন য়াম্না মীপাইখিবনি, মরমদি ইবোচৌবনা ৱাফমসে খংগ্লবদি শা-লান শারনি হায়বসে মহাক খঙঙি। মহৌশানসু ইবোচৌবা য়াম্না শাউগনবা, খাঙবা ঙমদবা অমদি য়াম্নসু শাথিবা মীতানি। য়ুমসিদা মৈগী শিংজংদো নোংমদি শোয়দনা তাররনি হায়বসিগী সিগনেল অমদি ইবেতোন মাংজৌননা উষ্লবনি।

মতমগী মতুং ইন্না হোংলক্ই, হোংলক্পগী তুংইন্না হৈনরক্ই, হৈনরকপৈ মতিক চুনারক্ই। ঙসিদি রেনু চপ চাবী মুসলমান নুপী অমা হায়বদো ওনগ্রে। নাৎকী ওইবা ফিজেৎ লৈতেং অমদি চংন-লোনচৎ ওনখিবনা, খঙদবনা মহাকপু মৈতৈ নুপীনি হায়বা ৱারনি। মহাক মহাক্কী হৌরক্ফম ওইরিবা মৈতৈগী চংন-লোনচৎ অমদি ফিজেৎ চাকচাদগী নোংম-নোংমগী অসুম লাপথোরকপগী মমি উই। মীরাইরকপগুম, নাথৈরকপগুম,

মতমগী ঈচেলনা ফনা অহোংবা পুরক্লবসু, মচানুপীনা নোংমত্তা মখোয়বু নিংশিংলদ্রবসু, ইবেতোন্দি ঙসি ফাওবা মচানুপীবু কাউবা ঙমদ্রি, মীরাইবসু ঙমদ্রি, লাপথোকপসু ঙমদ্রি। করম্নসু ঙমগনি, ফনা থিনরবসু, ফনা তাথিনরবসু, ফনা ফত্তে, ওক্তে হায়জরবসু থাবুম তরা খোইজিখাদা নাউপুদুনা ঈ মতুমদগী তাইবং মংফাওহনখিবনি। অদুগীসু মথক্তা খুৎ শমদুনা, মথাদা কোন্দুনা চহী ১৮ লোম্ কে-না মৌনা থাজগুম য়েংজদুনা খোংন-নৌনা য়োক্চরকখিবী মচানি। থাজগুম্লবী মচাগী শক্তম কুইনা উরক্লবদা, অদুঙৈগী হৌগ্লবা ৱারীতনা হন্না-হন্না ইবেতোনবু নিংশিংহন্নবৈ মথৌ হাপ্পরে। মসিতনা মাবু অৱাবৈ কোমদা লংথদুনা, লুরবা মাগী থম্মোয়গী ইরোম্নুংগী তোবর্বান্নুংদা লেপ্পা লৈতনা য়ৈহন্দুনা নোংমা-নোংমগী মৈরি চুবা হেনগৎহল্লরি।

নোংমা কমল মমান্নবশিংগা ৱারী শান্নরিঙৈ, কদোম্দগী ফৈজিল্লকখিবনো খঙহৌদে, ইখং খঙহৌদনা মমান্নবা অবুংনা হংলকই,

— ভাই, ইচনগী পাউ তাদরো ? নঙবু নোংমত্তা চংলুদ্রো মাগী নাত্তা ?

— মাদি পুরা ওনগ্রে হায়রিনে জাৎতুদা, চুসু চুমব্রো ভাই ? উনিংগ্রেদা !

মমান্নবা অমনা নপশিল্লকপা ৱাহৈনি, ৱাহৈদুনা কমলবু থৌনা হন্থহল্লি, মদু তাবদা কমল কয়া নুংঙাইতে অমদি পাউখুমসু পীদে। মাগী মাইথোংদা করিগুম্বা মমি অমা ৱাহৈদুনা তাহনখিবগুম্বগী মওং অমা মমান্নবশিংদুনা উখি। মমান্নবদুনা মখা শমথরকই :-

— মাবু লৌখৎপীররোইদ্রো ? ফরসু ফৎত্রসু, ফনা শাউনিংবা লৈদুনসু মহাক্ ঐখোয়গী ইচন নত্তে হায়বদি য়ারোই!

— "ভাই" "মদু কোন্না শান্নসি, ঐ অচিনবা অমা লৈরে, ঐ চৎলগে" কমল মখোয়না ঙাংলিবশিংদু লাইথোক্লদুনা হায়রক্ই অমদি চৎখি। মমান্নবদু ঙক্লুনা উংদুনা লৈহৌই।

কমল মতম খরা মহৌশাগা ইমান মান্নরক্লে, মওং মতৌ অমা ইহোং হোংবা উরে। মমান্নবশিংদগীসু লাপথোরক্লুনা মীরাইরকপগুম তৌই, মাগা চেৎনা নুংশিনজবী থোইবীসু মীরাইবিবগী মমি খর-খরা তারকপা উই। মদুগী ব্রাহ্মৌদগী থোইবী অমদি কমলগী মরক্তা উংখৎনবা অমদি মোৎ চান্নরক্লবগী মমি অমা ইচাউ চাউনা তাবা উই। মীপুম্ পুম্নমক্না কমলবু পেন্নদে। কমল চাক্লুনা মৈরি ওন্নি। অদুবু কনানসু কমলগী পুক্লুংগী ব্রাফমদো খঙবা ঙমদে, মানা করি খল্লিবনো হায়বদু উবা ঙমদে, সুপ্নতগী কমলখক নত্তনা।

কমলনা লোৎনা চল্লম্না পাউখোংদো ঙসিদি মতমগী ঈচেলসিনা ফোংলক্লে। কমল নব্রাজ খানগী মচন্নুপী রাজিয়াবু পুদুনা লাক্লে। অমুকসু হন্না লৈকাই ব্রা-ব্রা লাউনরক্লে, কমল মুসলমান নিঙোল রাজিয়াবু পুদুনা লাক্পদা। ময়াম ঙাংনখি, চিবোন-চিবোন ঙাংনখি, কমলগী ইমুংগী মতাংদা। ইবোচৌবা হন্দক্তি ব্রা-লাং কয়া ইঙাং ঙাংদে অমদি শাউবসু উদে। অদুবু ইবেতোম্দি লব্রাইদা ঈশিং হৈনস্লে।

— ঐগী ইচা অনীখক্তা য়াওজবসে, নরক্তা চপ মান্নস্লে। করিনো মখোয়না তৌরিসিবু, অমনা নুপা ফংদবদৌনা মুসলমান মচা মদা চেনস্লে অদুগা অমনা নুপী লৈতবদৌনা মুসলমান নিঙোল অমা অমুক পুদুনা লাকইসিবু। ঐগী ইরাইবকসে ওহ্নোক্লা তাথিস্লেদকো! মমাংগী মপোক্তা ঐনা করন্না পাপ তৌরুবগী মহেনো ? অসিগুম্বসে ঐতগী ইরাইবকসিদা তন্নরিবা , হে! ঈশ্বর অসিগুম্বা দৃশ্যসে উহনদ্রিঙেদা ঐবু কৈদৌবগী হান্না লৌখৎপিদ্রিবনো ?

ইবেতোম্না তেংথা-তেংথা কগুনা মথন্তা শোক্লে, মদু তাবদা কমল পীং লাউই, মমাদা ওনশিল্লক্ই,

"ইমা নঙসিসু, মুসলমান মচানা মৈতে নিঙোল লৌবদদি মুসলমানশিংনা কৈসু হায়নদে অদুগা মৈতে মচা ঐনা মুসলমান নিঙোল লৌবদদি করিগীনো অসুক নখোয়না খোইরাংঙিসিবু। মুসলমান্না মৈতে লৌবা য়ারবদি, মৈতৈনসু মুসলমান লৌবা য়াইনা। ঐনা তৌরিবসে ইর্ন্টিগ্রীসেনগী শরুক অমনি, অদুগা পাখৎকনু ইমা, নচানা চেল্লক্লিবা মহাকসে মশানা য়াননি। রাজিয়াদা ওনশিন্দুনা, "নৎত্রা রাজিয়া" কাচিন্দা লেপ্লিবা রাজিয়ানা য়াই হায়বগী ইঙ্গিৎ পীরকখি।"

থৌদোক অদুগী মতাংদা নুপী মহ্মমগী অহল-লমনশিং অমদি মরি-মতাশিংগা কমলগী ইমুং-মনুং অমদি কৈরোই লৈকাইগা ফনা ফজনা শা-লান শান্নখি। কাং-খোং

কনাগুম্বনা মমলগীদমক থবক তৌই, কনাগুম্বনা পুক্লিগীদমক।

চায়নখি। ইবোচৌবসু মচাগীদমক্ চেকপলগুম মশোং ফন্না লেপখি। হৌরক্লিবা ৱাহৌ অদুগী ৱারোইশিন ওইনা কমলবু শেনফম খরা কোংবা অদুগা লোয়ননা য়াওং ইন্দুনা মুসলমান লাইনিং চৎপা হায়বা ৱাফম লাকখি। ৱাফম অদুদনি কমল মপা-মচাগা নুপী ময়ুমগা ৱাহৈগী কাংজে শান্নখিবদু। পুম্নমক্না তারবা মতুংদা রাজিয়া খাঙবা ঙন্লক্লে, মহাক্ ইমুং অনীগী মীওইশিংদা মতমগী হোংলক্লিবা ঈচেলসিবু ইকায় খুম্নবা হায়জে। মাগী অনীংবা অপাম্বা মমা মপাদা ফোঙদোবকই-

"নুংশিবা হায়বা পোৎশকসে- জাৎ-বীজাৎ, অচৌ-পীশক, অকন-অশোন, ধর্ম্ম-লাইনিং, খাইদবনি। মর্সিদি থম্মোয়দগী ওইবা অচেৎপা থাজবদুনি। মসিবু খাইরিবদি ঐখোয় মীওইবনতনি। নুপীগী মপোক্ হায়বসিদি, মচু লৈতে, শকওং লৈতে, ঈশিংগুম্বনি তিল্লু-তিল্লুবা মদুদদা হেক্তমক ওনখিদৌবা। মুসলমান মচা অমনা মৈতৈ চনু অমা লৌবদা, মুসলমান মচাদু মৈতৈদা ওনখিদে, মুসলমান মচাদুম ওই। চীংমী নিঙোলসু মৈতৈদা ওংবদা, মৈতৈদু চীংমী ওনদে। চীংমী নুপানা মৈতৈ লৌববসু চীংমীদু মৈতৈ ওনদে। ময়াং নুপীসু মৈতৈদা পাল্লি, মৈতৈ নুপীসু ময়াংদা পাল্লি অদুবু অমত্তা ওন্নদে। অদুগা করিগী মৈতৈ মানা ঐবু লৌবদা মা মুসলমান ওনদৌরিবা৷ ঐনা মাবু নুংশি, অদুনা ঐনা মঙোন্দা লৈরিবনি। ঐনা মাগী লাইনিংবু ইকায় খুম্নে, মাগী লোইনবী অমা ওইনা ঐসু মাগী লাইনিংসে পামজে অদুনা কনানসু ঐঙোন্দা অয়েৎপা পীবীগনু, ইমা বাবা নোইসু ..."। ৱাফম অদু লাক্লিবা মখোয়না কয়া য়ানিংদে। অদুবু ফনা য়ানিংদ্রবসু করিদি উপাই লৈরি রাজিয়ানা নুপা ময়ুমগীদমক চীংজাউগুম লেপখ্রবদা। রাজিয়াগী মতৌদুদা কমল রাজিয়াগী থৌনা হাপ্লক্ই। অসুম্না রাজিয়া অমদি কমলগী শেংলবা থম্মোয়গী মরিবু জাৎ-বীজাৎকী থৌরবা পলনা খাইদোকপা ঙমখিদে। কমলনা রাজিয়াগা লোয়ননা মৈতৈগী চৎনবিদা চাউনা লুহোংখি। মৈতৈ নুপী অমগুম রাজিয়া কমলগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইখি। পুন্সি লৈপুন অদু মীপুম্ থিৎনা য়েংনখি। ৱারীনখি। কমলগী মরুপশিংনা কমলগী মাইথোংদা তাখিবা মতম অমগী মমিদুগী অর্থ ঙসিদা ময়েক শেংনা খংলকই।

---

# তস কমদৌই

**লৈকাইসিদা** হাইফেং নুংঙাইরম্বা ইমুং অমা ওইরম্বনি সনায়াইগী ইমুং। ঙসিদি অৱাংপতনা মখোঙ মরী পুখরবা ইমুং হায়বদো অদুমক্লি। মপান ফরিঙৈ মপানা হিংলিঙৈ মতম্‌দদি লন্-থুমগী অৱাংপা হায়বদো মশক্ খঙলমদে। পৈ-পৈদুনা চানিং-চানিংবা চারম্বনি, শেংনিং-শেংনিংবা শেংলম্বনি ফজরবা দলান অদুমসু শাজরম্বনি। অদুবু মফম্-মরাং, খঙদ্রবা লৈবাক্সিদা মীচম্‌শিংবু কিহন্দুনা থক্কংপা মীপাইবা পীরিবা লালহৌলুপ্ শাবা কাংবু অমনা নুংশি হৈতনা পৈশা পীদে হায়বগী হাংপিখিবনি। নুংঙাই-য়াইফ পুন্সিদো মতম্ শাংনা হিংলকপনা ফজবা ফিজোল শেং-চাবা, অহাওবা চাবা, খুং চাউবদুমদি মতাং চানা থৈদোক্পা ঙমহৌদবদগী লৈরম্বা লন-থুম্ পুন্বা ময়েং তারক্ই। শুদনা হোংনদনা লন-থুম্ শিজিন্নরবদি কদাইদগী হেনগংলক্কনি, ময়েং তারক্পা নত্তনা। মৈখু থোকপা মচা অমা তোংলিবদো মদুগী মচীঙ্গাক হুনবতদা তুম্লবনি। মখোয়গী ঙসিগী ফিভমসে অসুম্না ওইরকখিবনি। মচননুপী অমখক্ য়াওজবিদুসু ইংগ্রেজি স্কুলদা তমজরম্বদগী থৌওই-ৱাওইবিদ্রবা, শেল তিংদবা সরকারগী স্কুলদা নমশিনবীদুনা হৈ-শিংজরম্বা মবুখি মরৌশিং পুম্বা তিল চাহনবা হৌরে। পুম্নমক খঙল-উরা সনায়াই ওইদুনসু মহৌশাগী গপথি তৌবা শুদনা অহাওবা চাবা নুংঙাইবা, লৈত-লাইরগী ৱা-তানবগী না পাঞ্জদবা অদুম ওইরি। মাগী লৌফম থোক্পা মথৌদাংবু মখোঙনা নেংথদুনা থল্লি। ফিভম অসি য়ৌরফাওবা মকোক্ লৈত্রবা মচাগী মতৌদুদা মমাদি কপ্‌চবা নত্তনা উপাই লৈজদে।

ৱাখল অচৌ-অচৌবা খনবা পাম্বা সনায়াইনি। মখুংতা লুপা মঙা চংপী অমা পায়রবসু ৱাদি লাক্ষ-লাক্ষকী ঙাং-শক্ই। মরল পায়বী নুপী অমা লৌখাইরবদি মা অমুক হন্না নুংঙাই-য়াইফবা হায়বদু শোয়দনা ওইগনি হায়না খঞ্জে। ৱাখলদুদা ভাবনা দলান মথোন মথোন শাগংখি। মতম্ পুম্বদা শেম শাদুনা তাঞ্জা ঙাইজবনা মথৌদাং ওইজরি। অয়ুক-নুংথিল হায়বা নাইদনা মশা তরু-তনান্না পৈশা পৃদুনা লৌদুনা গাড়ীদু মৈখু হৌনা-হৌনা

---

ফিদা চুখিবা মচুদি শুবদা কোকই নংত্রগা শিন্দোকপা য়াই, পুন্সিদা চুখিবদি পুন্সিদুগীনি।

থোকহন্দুনা লৈরক-লৈকাই শীন-থুংনা মরল পায়বী লৈশাবী থী-হুম্বগী থবক্ চখরি। নোংমা মমানা লুহোংবা অমা য়াওরুবদা ময়াম চিবোন চিবোন ৱাফমদু ঙাংন-শক্করদুনা লক্করকই। মমান্নবীশিংনসু হায়রকই, নচানুপাদো মরল পায়বী থিবদা ওহ্লোক্লা ৱাজরে হায়না তাই, চেকশিন্নু মরল পায়বী থিবদা ফবৌঙা ওইনা পুজরকচনি। মচাগী অদুগুম্বা পাউদুদা মমা মরোমদোম নিংজে পংঙিদকো, ৱাখল ঙাউইদা ঐগী সনায়াইসে।

উজাউমুক চাউদুনসু, শমুমুক মপাঙ্গল লৈদুনসু মচানা, মমাদি থবক শু-নোম্বা লেপ্পা য়াদে। চাক্খুম মৈ মুৎতনবা, মচাগী খরচ হুম্ননবা মচানুপীগা লোয়ননা অহিং-নুংথিল নাইদনা কাংখল তুবা লেপতে। নোংমদা কাংখল অনী-অহুমদি ঙম্ননবা তুনবা হোৎনদবা য়াদে। নৎত্রগদি নোংমগী ইমুংগী শীল-লাংবা কোন্নদে। মরক্ মরক্তা মচাগী খুৎপাই শেল নিরকপদা লানফম মচা-মচা থোক্কুনা চরা নাম্মা হেনবসু কোঙ্গাইনি। ঙসিসু সনায়াই মমাগী মনাক্তা চংলক্ই, মমা খঙঙি মচাগী মাইথোংগী মরোল, ওইনদুনা মমাদা হায়রক্ই -

— ইমা নঙ পৈশাগা লৈজবরা, লুপা য়াংখৈতং পীয়ো ?

— কদাইদগী পৈশানো ইমাদি, লৈতে লৈতে পৈশাগা অমত্তা। নঙগী ঙাউ-শেল শেলদি লাইবু লাইরি, নুমিদাংগী পুক্ মেন্ননবা চেং লৈত্রি। শুনিংদবা, শেল তান্নিংদবা নঙবু করিগী শেল মথৌ ওইরিবনো। শেলগী মথৌ অদুক য়াম্না ওইরগা করিগী শু-নোমদুনা শেল তান্নিংদ্রিবনো? হনুবী ঐবুতা ঙাইদুনা চু শুম্বদৌনা ইরু-ইয়াং হীকথবমখৈ করিগী উকাই তকহল্লিবনো ? ইচা চাউরগা নুংঙাইগদ্রা হায়বু ইচানা ওইনা ওনশিন্দুনা মমাবু ওৎলিবসিবু করিনো ? মসিবু ইচা হায়বদো পোকচরুবগী মহৈ হায়বদুরা ? (মথৱায় য়াম্না নুংঙাইতনা অশাউ-নুংশি য়ান্না ৱাহৈশিংসে হায়দুনা মমিংকী পীরাং তৈথোকই)।

— ইমা নুংঙাইতবা তৌরনু, ৱারুরনু কুইররোই নচানা শোয়দনা ইমাবু নুংঙাইহল্লগদৌবনি, নচা থীকা অমা কন্না তান্নরি, ইচনসু ৱাহল্লরোই (মচনলোমদা ওনশিল্লি, মচন মরু লুকখৈ) ঐসে কোয়বা লাংবা চৎপা নত্তেনে, শেলগী সনাবুল অমা থীবা চৎলিবনি। অদুদগীদি বীল কায়থরদবা। অদুগীনে লুপা য়াংখৈতা পীয়ো হায়রিসে (সনায়াই মংলান মচা অমা উত্তুনা মমাগা মচনগদা খোইচাক থাক্কুকই)

— (মচাগী মাইথোংদু উবদা নোক্লিংবা ফাওরক্তুনা, মথম্মোয় ফাঙমদনা) ইচাবু শেলগী সনাবুল অমা থীবা চৎলিনি হায়বা, নঙগী থীকাদুবু মফম্ খঙলবরো ? ইচাসিদি ৱাখলনা ৱাতোন পংলামসু লান্নুনুদা নুপীগী মরলবু করিগী মীহৌরিবনো ? ফনা ৱাংনা কাখৎলবসু ৱাতোন য়ৌরমদাইদদি অমুক লৈমাইদা কোচ্ছরক্তুনা তারকপনি। নুপীগী মরল হায়বসিদি নুংশিৎনি। নুংশিৎপু ফাদুনা থম্বা ঙম্বা নত্তে। ইমুং মনুংবু নুংঙাইহনবা ঙম্বদি ইচানা হুমাং থোক্লা তাঞ্জবা লুপা ১০০ দো অদুনি। ইমাগী

মফমদদি মদো নুপীগী মরল লুপা লাক্ক-লাক্কতগীসু শরুক য়াম্না হেল্লি। মসে পুল্সিচুপ্পা কাউগনুকো নীপামচা, পুল্সিগী শিদ-হীদাক্লি।

কুমগী অমুক্তং লাকপা য়াওশং থাবল চোংমিন্নবদা খঙনরকই মশক-মতৌ নিংথিবী তানথোইবীগা। সনায়াইগী মওং-মতৌ অমদি মরন পৈবা মানবা মচৎ-মওংদুনা তানথোইবীসু খোইজংলকই। সনাইয়াইনা গপ্ উৎতুনা অচাপোৎ মপৈ-মপৈ লৈখায়দুনা তক্খাইরকপা মতৌদুদা তানথোইবীগী পুক্লিং চিংশিন্দবা ঙম্লক্তে। তানথোইবীসু অদুমঙাই পৈশা পায়বা পাখং অমা ফারবদি লেমলিবা পুল্সিসিগী মরেলসে নুংঙাই য়াইফনা হিংজবা ঙমগনি হায়বগী মং-বাখলদা দলান শাগৎতুনা ঙাইজরকপা তাঙ্গাদু কুইরবনি। অদুনা মাসু শেঙ্গাও পায়বগী মচা মান্নবা ৱাঙাং শাঙাং শিজিন্নদুনা, ফিজেৎ লৈতেং থোঙদুনা পৈশা পায়বা শাবা সনায়াইবু তশেংতা তশেংনা পৈশা পায়বা পাখংনি নিংদুনা মনাক নকশিন্দুনা মপুক্লিং শুম্নবা হোৎনরি। খুদোংচাবসে নাহোকহনবা য়াদে মতাগুম্ পৈশা পায়বী নুপীতগী ৱাঙাং ঙাংবা সনায়াইগী বাখলবু মঙোনলোমদা মকোক লৈশিন্দুনা চিংশিন্নবা পৈশা পায়বী নুপী অমগী ৱাঙাং ঙাংলদুনা ফজবী মাইথোংদুনা ইরাং তৌশিল্লি। থাবল মতুং শীংজু বোরা কয়া চামিন্নখ্রে, সিনিমা হোল থুংনা ফিল্ম কয়া মিৎয়েং তামিন্নখ্রে। চৌচৌ, মোমো, কোফি মশিং থিঙম্দনা চামিন-থকমিন্নখ্রে। অরাপ-অরাপ্পা মফমশিংদা কোয়বা কয়া চৎমিন্নখ্রে। অমনা অমগী মওং-মতৌসু নোংম-নোংমগী নকশিন্নবা হেল্লক্লিবনা খঙনবসু হেনগৎলক্লে। মখোয় অনিগী শেমজিন শাজিন্নবা মওং-মতৌশিং নোংম-নোংমগী মশক খঙনবা হেনগৎলকই। সনায়াইনা মাবু লাইথোরকপা মতৌদু তানথোইবী পেনদে। লৌশিং চাউবা নুপাসে লৌশিংগী থৌরি অমনা চেংনা কিদবা য়াদে হায়দুনা মমোন্দা মদোম চপ চুংনা লেপ্লরে। তানথোইবী খুৎলাইদুসু শেম-শারে।

— ঙসিদি বা অমত্তং হৌদোকচগে (হাইরপ শুমহৎ মীনোক্ মচা অমা উৎতুনা)

— দোং দোং হেক্তা হায়দরকউ, কনানা থিংলিগে (তানথোইদা ওনশিন্দুনা চীনবাল নাচেক্লনা হায়রকই)

— ৱাবুদি দোং দোংগীনে ... ঐনা কুইরবনে য়াওরক্পা, মথং থাদদি ফংলনি ... লাক্ক অমা তাবনে ... মদো হেক ফংবগা ঐখোয়নিগী দোং-দোং তৌনবা ঐবু ঐগী য়ুমদগী নঙগী নয়ুমদা পুনবা হুবা লাক-ও, নুমিদাংৱাইরম্ ঙম্গনিকো ? (ওইবতনা থল্লবা হায়জিন ৱাহৈশিংদুগী মচিন থৌরবা তেঞ্জিন্দুনা লোকমি-নোকমি লেন্ননা সনায়াইগী থম্মোয়দা কাপ্লকই)

— লাক্ক অমা ... তানথোইবী শেংলেকো নঙগীদো! (ঙৈহাক মং-লৈবাক্তা তাউরুই) অফবা থবক্তি থিজুবা য়াদে, ফত্তবনে। শেন্দুবু নখুৎ চল্লবদি করি অমুক খন্ননিংঙাই লৈরি তানথোইবী, ঐখোয়নিনা পাল্লিবদুসু থুংনবদুনি।

— (মঙুক্ নোম্‌দুনা মমোন্দা নোক্লকই, তেনঞ্জিনসে মফম চানা পাল্লেদনা, খদ্রক্ হৈবা পাখং নঙ ঐগী খদ্রক্কী লাংসিদা মপুং ফানা থুরে নৎত্রা ? খঙগনি হায়বা শেন পায়বা নখোয়না শেন পায়বিতা পাম্বরাবু!)

— (মতৌদুদা হায়রক্‌ই খনজান্নবা) কৈদৌরগে তানখোইবী কদাইদনো ঝাখল লংফে-চৎলিদুনা ?

— উম! কৈনোমা খল্লম্বনে, ঐখোয়সে হেক্- হেক খোঙশিনা লৈমাইথকসিদা নেৎতুনা চৎলি হায়বসে কাউথোকপগুম তৌই। উচেককুম্না মশা পাল্লে খন্নদুনা নুংশিৎ মরক্তা হেক-হেক চোংখৎতুনা পাইনবা হোৎনৈ। অব্রাংবদৈ চোংথদুনা পাইবা য়াগদৌবগুম খল্লি, অদুবু পাইয়বদি য়াদবনিনা পাইনবা হোৎনরুবা কয়াদি লৈমাইথক্তা তাশিন্দুনা মকোক্ কায়বা মখোঙ-মখুৎ তেকপা কয়া কয়ানে, (করেম্নবা হায়রকই)

— অদুদি করি ঝাতানো তানখোইবী ?

— মতম্ হায়বসে খঙদবা পুম্নমক্কী পাউখুমলোইনে। পুম্নমক্‌পু চপ মান্ননা খল ওনবা ঙম্বা ফেরনে! পাউখুমসিসু মতম্না অদুম্ পুরকচসনু, ঝাহছোকতো ঙাইবতা কল্লো ফংগনি, ঙাইবগী মহৈদি থুম্বনে (মোমোন নোক্লা করেমনৈ)।

হায়নদুনা, য়াৎনথুবা পুংফম্নি। নুমিদাংঝাইরম্‌গী পুং মরিমখাই চল্লকপা তানফম্নি। সনায়াই মৈখু-থোকপীদু মখোল হৌনা-হৌনা লৈখৎতুনা থোঙ্গাল ময়াদা হঙ্গৎ-হন্দা থৌদুনা শান্নরি। ঙসিনি চেনবগী নুমিৎ। তানখোইবী থোঙনাওদগী লোৎনা-লোৎনা সনায়াইগী মতৌদু য়েংলদুনা ইখৌলাংবা হেনগৎহল্লি। মমোন্দা নুংঙাইবা হেনগৎলক্‌ই। নুপাবু ইখৌ লাংহন্দুনা খঙহনবা পাম্মী নুপী হায়বসে লাইনা ফংদে হায়বা। সনায়াইগী লৈতদবা মতৌদুদা খঞ্জে ফজনা পাল্লে ঐগী শিদ-ইদাকসে। থোরকপা য়াদবা শাশিন্নদুনা মতমসু অসুম-অসুম য়ৈথরি। উচিন-নাচিন্না মন্নবা মতমদুদা নাছোরকপা মালহন্দুনা তানখোইবী লাইরিক অমা ফিনা য়োমশিল্লগা পায়দুনা চেছোরক্‌ই। মাগী মাইথোংদুদা সনায়াইবু পনখৈ নাইদনা নুংশিবগী মতৌ উৎতুনা, মাগীদমক ময়ুম থাদোক্তুনা চেছোরকপনি হায়বা উৎনবা হোৎনরি। গাড়ীদা ফম্নল্লিবা সনায়াইগী মনিংদা কাখৎতুনা ফমথৈ।

— চৎলো খরা থুনা নৎত্রবদি শোয়নরনি ...

— করিগীনো অদুক্ চোম্বরক্লিদি, কয়াম কুইরে ঐনা ঙাইরিসে!

— য়াদ-তৌরিনে, অদো চৎলোবা, ইমানা য়ুমদগী চখোক্তনবা শেন্নদুনা লৈরিবনে, ঐসু ঙম্বা চেছোরক্লিসিদি, য়াম্না ঝারবরানে ? মীনা উপ্পবদি খুদোং চারবোই, চৎলো, মতম্‌সে নোং মংবগা চুই হায়নবা তাঞ্জাদুনি।

— শেলদুদি লোইনরক্লবরা ?

— (ফি লাইরিক য়োম্বদু উৎতুনা) শে উরবরা পৈশাতা নত্তে, সনানা শাবা লীক-লৈ কয়াসু য়াওরি (ময়োমদো বেক্তা নমশিনখি)

— পৈশাদুফাওদি ঐ শেন্নবিগেদনা ?

— নঙগীসে ঐ নৎতমাল্লে পৈশা লৌবা লাকপা মানশিল্লকইকো!

— অদুগী নত্তেদা ঐগীদি নঙনা হেল্লি!

— অশেংবগীনিকো, অদো লিশিং চৎপী মপুলনি, ঐগী বেগসিদা অদুম য়াওজরসনু, হোরেন য়েংজৌ-ও, অদো মফমসিদগী থুনা চৎপিরো নৎত্রবদি ঐসু পৈশাসু কাং-কোক ওইজনিকো!

— অদুদি কদাইদে য়ারনেগে (গাড়ী থৌদুনা চৎমিন্নখ্রে).

চান্নজবা তোমচৌগী শঙলেন্দা থুংলরবা মতমদু নুমিদাং পুং তরেৎ হেন্নগৎলে। হান্ননা পাউ ফাওনদুনা য়াৎনবা ওইবনা তোমচৌসু থৌরাং মতিক চানা হোৎনরি। ঙৈহাক্ পোখাদুনা লৈথোক্লা মতুংদা তাউথোং থোংবা রৌ মতুম অচৌ-অচৌবশিংদু লৌখৎমিন্নরে। মখোয় অনীগী অহিং লেনফম কাদুদা শেৎনা ইন্নবা মফি-মরোল খরসু থল্লিবদু হোংদোক্লদুনা ঙৈহাক তোমচৌগা ৱারী-ৱাতাই ফুগায়নে। মতোং মরক্তা মরু ওইরবা তোমচৌ ইকায়রক্তুনা তাঞ্জা খঙনা হাইফেৎ নোকমিনা "অদুদি নুংঙাইনা পোখাজরো ঐ চৎলে, অপাম্বা লৈরবসু ইকায়বা ইকায়দবা হংলক্লনু করিসু ফংলরোই, বাই" হায়রদুনা কাদুদগী মপান থোকখ্রে। অফুইবা খোর হোন্দোক্লদুনা সনায়াই য়াম্না নুংশিবা মওংদা তাছোইবীবু য়েংলদুনা লৈ, মাগী ৱাখলদা প্রেক-প্রেক লাওবা ঙাংলৈনবা লিশিং চৎপিগী মপুল অদু উনিংবনা মাগী মমিং অনিদু মথুম-মরাং হৌনা ঙাউরক্ই ...

— তাছোইবী নঙগী ফিনা য়োম্বা ময়োম্দো লৌথোরক্লোদনা! মশিং শুবরা থিমিন্নসি লিশিং চৎপিশিংদু (ফিনা য়োম্বা ময়োমদু পুথোরক্তুনা পী, সনায়াইনা হাইদোক্তুনা য়েংঙি পৈশাদি নত্তদনা লাইরিক ওইরল্লবদা ময়োম্দু, খোইশাওনরক্ই)

— তাছোইবী শিদি পৈশা নত্তে লাইরিক্লে ?

— ঐসু খঙঙে মদো লাইরিক্লে, অদুবু মদো লুপা লিশিং চৎপী মপুনদগীসু শরুক চাম্মা হেন্নবনি, য়েংঙুনে লাইরিক্তুগী মমিংদু "লল-থুমগী অথুপ্পা লীথুনশিং" লাইরিকসি ঐখোয় অনী পামিন্নদুনা লন-থুম্ মপৈ-মপৈ তানশিনমিন্নরদৌবনে। মসে য়াম্না কান্নবা লাইরিক্লে।

— অদো করিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌরিদি,

— কৈনো নঙনা হায়রিদুবু, ঐদি কদাইদগী লিশিং চৎপী মপুন্নো? মরুপকা অমত্তা য়াওদে। নঙগী কদরদো ঐসু খঙডি, নঙনা ঐঙোম্দগী লৈথোকখিনবা হোৎনবদো

---

মীগী মাঙনবা তৌরগা তোংজে নীংলিবরা ? বুদু! মাঙলিবদু মাগীতা নত্তে নঙগীসুনি।

উবদা ঐসু ইশা হিংজনবা উপাই তৌজবনি। পৈশাগী মপু নঙ অমা লৈন-লৈনা পৈশা পায়জদবী ঐগুম্বী অমদগী পৈশা অমুক মীহৌরিরো। ঐখোয়দি পৈশা ৱাজবা ইমুংনে!

— (মাইথোং মচু ওল্লবা সনায়াই মংলানগী চুহি চফু কায়থরক্‌ই) করি নঙসু পৈশা ৱাজবীনে হায়বা, ঐদি লোইরেদনা, অদুদি কম্‌দৌদৌরিবা, নঙগীদো ফাগী ওইরবদি মতাং চাদবা ফাগীনি তাম্বোইবী, মী শিবা য়াবা ৱানি। ঙৈহাক্ লৈরগদি শিরিবা লীক্ লৈদুসু সনা নত্তে অমানবীনি হায়রক্তৌরি নঙ!

— ঐগুম্বীনসু কদাইদগী সনা লুপা অশেংবা শী ঙমদৌরিনো ? অমানবীসি নৎতনা। অশেংবদি নহাক্না শাবীগদৌবনি। শাবীয়ুকো!

— শানি শানি, ঐসিনা ওইনা শাদোক্লুরো ? মীবু অদুম্না হিংথৎ-থৎপা।

— নত্তে, নত্তে অমুক্তা ঙাইবীখো, নহাক্কী ৱাফমসিদি নহানখে ওইরম্মিসিদি নঙনা ঐবু নুংশিবীবা নত্তবা ওইরবোইরে, ঐগী ঈরল-ইথুমদা লুমদুনা হিংলল্লিবরা নঙবো ?

— লোইরেদনা ইমা নচা পুম্লোই লোইরে। তাম্বোইবী নঙগীসে চুম্‌দবনে ঐ য়াম্না ও-খোঙনা কপনিংলক্তৌরি। কল্লকচাউবা য়োংমানবা থুংঙি, শরেপ তাল্লবা ৱাখল নিংখায় হায়বদো, হো ইমা চুমগ্রেদা!

— করি ! ঐবু য়োংমানবী কাইনা, কপশিন্নরদনা, হো ইবুংঙো পক্‌চদ্রে শকতাথি য়োংমানবা নঙগী লৌনম লাংদা ঐবু থুহন্দুনা নঙনা ঐবু মাঙহনবিরে, অদুগা কপকদৌবা ঐশে কপ ঙমদ্রে নঙনা কপশিন্নবদো উবদা, দোষাদি ইবুংঙো নত্তে নবেম্মানে নবেম্মা তারিসে! শে ... নথৱায় অদুক্ নুংঙাইত্রগা ঐবু য়ুমদা অমুক হীনজিনবীবমলোদনা! ঙমনি হায়রদি। ঐশে নুপীনে নুপী, নুপী ঐনা ৱাদদনা নুপা নঙনা ৱাশিন্নবা নতৌদো ঐ য়েংঙমদ্রে। নতাংতো তৌরনো ঐসু নঙোন্দা লৈজনিংদিয়ে তাং তৌবো!

— থৱায় মচা অমা য়াওরিবসে শংহনবীগে হায়রিরো ? ঙম্লোই নয়ুম্‌দা অমুক থিনবকা!

— অদুনবু হায়জরিসিনে পুম্নমক ঐখোয়নিগী লাইবক্তা তল্লহ্নবনি থন্দোক্লসে। কনানা তম্বা ঙল্লি, পৈশা পায়বা-পাইবী থিবদা ঐখোয়নি দোষাসে নঙলে। মসিসু পারা অমনি শুদনা নুংঙাইনিংবগী। পারা অসিদগী ঐখোয়নি তমহৌরসি শুদনা নুংঙাইবা হৌনদে অদুনা কন্না শু-নোম্‌দুনা ঐখোয়নি ঙসিদগীদি ঐখোয়নিগী নুংঙাইবা পুন্সি অমা ঐখোয়নিগী হোৎনজমন্না শেমগৎলসে। য়াম্না খল্লরোইসি থেংলে পোখারসি।

ফমুংথক্তা লোংনা হিপ্লিবা সনায়াইগী মথাদা তাম্বোইবী হিপথরকই, উপাই লৈত্রবা ৱাখল থোক্লবা সনায়াই তাম্বোইবীবু কোনশিল্লি। তাম্বোইবীগী মপুক্লিংদা মদোম মখনজে

"তস কমদৌই, খদ্রক্তি খদ্রক্তনা লোকলেদনা নওতনদি ওমদ্রে হায়বা, হে অশিংবা শাবা নুপা খওলবরা ঐগী ইগুন"। সনায়াইসু মরোমদোম নিংজে "ঝাহ্হহ্হ! তাছোইবী লাইনা শান্নখিদা লাকচনা গোল চনখি। অদুবু নওদি খওদ্রি উখোঙ শুম চাবা, চফু মিরাং থুবা ঐগী য়ুম্নি হায়বা। নওসু ঐগী অৱা শওসিদা পুল্লরনি হয়েংদৈদি" অসুম্না তুম্বা য়াদ্রবা অমংবা ৱাখলগী ঈরৈলক্তা অহিংসু মওাল ফংলক্‌ই।

তাছোইবীবু থিল্লমদাইদা সনায়াইগী মমানা সনায়াইদা য়েংদুনা লেন্নরক্‌ই "ইচাগী পৈশা পায়বী থীকাগী বিলসিদি মশক্‌পু ওছোক্লা ফজেদা" ৱাহৈদুদা মীৎচান্নরম্বা সনায়াই অমদি তাছোইবী অনীগী মীৎয়েং ইকায়-মপৈনা লৈমাইদা তাইনখি।

---

# ব্রারক্লুবরা হায়ববু ব্রারক্শল্লকই

"ঐসিবু নখোয় ইমুংগী থবক শুননাবা লৈরকপা মীনাই ওইনা উরুরবরো ? য়াহৌ ঙল্লুগা, ব্রাই শিংলু, শেংঙু তৈয়ুগা .... ঙৈহাক্তা কাংদে চা থককেগা চাক থোঙঙুগা, ঐসে মেচিন নত্তে মীনি মী খঙলবরা? ঐনা নঙোন্দা লৈরক্লিবসে নখোয় ইমুংগী থবক্ শুগে হায়দুনা লৈরকপা নত্তে, ঈনিং তম্না শেৎ চাদুনা নুংঙাই য়াইফনা নঙগী নুপী ওইগে হায়দুনা লাকপনি। অদুবু নঙদি নুপা ওইরমদ্রে, নঙগী ইমুংবু ব্রারক্পা ঙমদ্রে (খুজিদু মখুৎতগী লৌথোক্তুনা হুনজিল্লি) সে খুজিসে ওইনা শীয়ু নঙদি। "ঈশৌ লাংগনবী লাংলেন্না মাগী নুপা অহেনবদা শাউচৈ চৈরক্ই। অহিংদুমসু ইনথদুনা ফম্মুংগী মখাদা তুমহল্লি। লাংলেন্না পুমশুম শুন্নবা অহেনবা লাংলেনগী মায়োক্তা মরৈ খৎপা ঙমদে। লৈমায়থক্তা অহিংদুমদি হৌদোং মচাগুম তাশিন্দুনা নোংঙানবা ঙাইবা তাখি অহেনবা। অসুম্না মাগী নুপীনবু শাউরক্লুবদি লৈমাইদা তুম্বদি শোয়দ্রে হায়বসে অহেনবা ফজনা খঙজে মরমদি অসুম্না তুমখিবা খুৎশা মশীং থেকপা ব্রারক্লে।

লাংলেননা ঙরাং অহিং শাউখিবগী অশাউবা থেম্নবা অহেনবা য়াহৌ ঙন্না হৌগৎলি। মচীন ময়া শেংদুনা নুপা অমা ওইবগী তৌফম থোকপা কোন-লীকশিংদু ফেংদোক চামথোকই, চাকখুমদা চংদুনা চা লোনখৎলি, তল হৌজিল্লি। মতৌদুদা মমিং নারবা মমানা চৈগে তৌরকপগা চৈশিনখি মমাদা "ইমাহোইসু মপান্দা চাইরিবশিংসে শেংদোক্তুনা ব্রাই-লাং খরসু তৈথোকপিবা য়াবনি। মাতবু অদুম্ অদুম ঙাইদুনা লৈ। মচনুপীদু খোন কল্লপ্না কৌরদুনা হায়খি থাজনা হৌগৎলু ঙসিগী চাক এঙ্খাংদি নঙনা থোংগদৌবনি। ঙসিদি ননম্মসে পোখাহল্লু।

চল্লি লৈখৎ-লৈখৎতুনা মী শীজিন্নবী হৈবী লাংলেননা অহেনববু খুদোম্বীদুদা উং-উংদুনা মনিং তম্না শান্নরি। নানিংবা মতমদা হেক্তা নাবা ঙম্বা, ফনিংবা মতমদা হেক্তা ফবা ঙম্বা অদুগুম্বা লায়নদু লাংলেনদা নারি। মসিগুম্বা লায়নাসি য়ুম্বাল্লবী মৌশিংগী

অনৌবা ফেসন অমগুম্ য়ুম্থোঙ খুদিংদা উনরক্লি। ইমুংগী থবক্ চীনতা চিনশিন্নরুবদি লাংলেন হেক্তা নাগল্লি। ফনা মশা নুংঙাইনা নুমিদাং তুমস্ত্রবসু নোংঙাল্লগদি ফম্মুংদে হৌগৎপা ঙমদমখে নারক্ই। নোংমা নীনীদি ফম্মুংদে মপান হেন্দোরক্তে। মাগী নুপানা পুম্নমক শেবা তৌদুনা লৈহল্লি। করিগুম্না মপাম্দগী মী লাক্রবদি নাবা ফগৎলক্তুনা খুদক্তা মফি নান্না শেৎ-চাদুনা কোয়বা চৎপদি ঙম্মী। মমিৎ নানরবা মীওই খরদি অসিগুম্না অনৌবা দিজাইন তৌরিবা ফেসনসে উদুনা লৈবা পান্নরক্তবনা দিবেট তৌনদুনা লৈপুং ফম্বদা ঙাংনা শক্লবসু য়াওনরক্ই।

নোংমা অয়ুক অমনি, অহেনবা নাশিন্নরিবা লাংলেনগী মনাক্তা ফমদুনা চা-তল পিজরি। মশাদু নুংঙাইনবা হায়দুনা তক্পী নানবীরি। মোবাইলদা রিংতোন খীংলক্ই, লাংলেন লৌখৎতুনা য়েংঙি, মমাগী ওইবদুদা হরাওনা ওক্ই।

— হল্লো ইবেম্মারা ?

— মান্নি ইমা, কৈ লৈরগে ?

— ইবুংঙোদি লৈবা নৎত্রো ?

— ইনাক্তা ফল্লি, কৈগীনো ?

— পাইহল্লক-উ, ৱা অমত্তা হায়গে (লাংলেন ফোন্দু অহেনবদা পীদুনা) শে ইমাগীনি, পায়রক-ও য়ে! (অহেনবা ফোন্দুনা লৌদুনা খুম্মী)

— ইমাবু করি তাকপীগদবা ?

— ঙসি নীনী হুম্নি শুরেনে, ইচীন্দা অহাওবা মহাও তংলক্তবা, শৌগ্রী, কাংশোই ইরোনবা ঙাক্তা, ঙসি ইমা অহাওবা অমা চানিংঙিনে!

— ইমাসিদি হাইদে হায়রিমী, নয়া ঐ লৈরিসিদি, করি চাবীনিংবনো ?

— ইমা হৌজিক নহা ওইরিনে, নহা ওইরিঙৈদা চাবা য়াবদো, নখোয়গী, চিককন্দু চানিংঙি, খরা পুরক্কে হায়বরো ?

— পুরক্কে নত্তে পুরক্লবনি ইমা।

— অদুদি ইমাহোই ঙাইরবনি থেংথরক্লনু!

ৱারীশিংদুদা লাংলেন হাইফেৎ নোকফেৎ তৌনা হায়রক্ই, ঐখোয় ইমাসে য়ো য়াম্না তাবনে। ঐখোয় ইমুংদদি অসি ঙাক্তনি। চীককন্দু পুনেনা পুরদি খরা য়াম্না পুসি, কোম্নদ্রদি ঐ ইকাইজেকো। ঐ লোইশন্নবা ইরুজরুরগে। নঙ চীককন্দু লৌবিনবা থৌরাং তৌবিরুরো। ফুরিৎখাউদা য়াওরিবা পৈশাদুদি লুপা ১৫০ খক্তা ওইন্নমলে। হায়দি হায়দোক্লুরবনিনা ৱাদি ঙাক্তবা য়াররোই খন্দুনা মমান্নবশিংদগী হান্নজদুনা লুপা ৫০০ অমগা পুরুরে। অশেম্বা কেজি মরী পুদুনা মতৈ-মনাও মশা নান্না গাড়ী মচাদু তোংদুনা মপাম্ চৎখিবদু উবদা অহেনবৈ মমাগা মচনগা হায়নহৌই।

— ইমা! ঐখোয় ইনম্মাসিবু মশা ওমদেনা ফম্মুংদগী মচীনফাও শেংবা থোরক্তদাইনে ঙসাইবু!

— ময়ুমদগী ফোন লাকপদগী অনাবদু লৈচিনগুম্না ফ্রং লাওনা পাইথোকপ্রেদনা! ননম্মগী মতৌসে নঙসু উরেদনা হয়েং নঙসু অসুম্না তৌগে খনগনুকো! অপংবা ইচাসে পুম্না চেনখিদৌরে মসিগী তৌওখীসিনা, মসি খনবদা ইমা অহিং তুম্বা ওমদে।

— ইমা! ঐখোয় দাদাসে ইনম্মসিনা পুম্না শুমপ্রেকো! ইনম্মানবু হায়রদি মাগীদি লোইরে, কনাসু উদ্রে!

— মঙোন্দা খরা ঙাং শক্লুবরা হায়ববু মানা ওইনা মমা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা ব্লারকশল্লকইনে!

অয়ুক নুমিদাং নাইদনা য়াম্না তোয়না মতৈ-মনাও অনীদু নুপী মপাম্দতা উরবনা অউবশিংনা নিন্নরক্ই ''মাগী অহেনবা হায়বদুবু নুপী মপামদা লৈরবরা হাইমী। নুপী মপামদা করম্বা জাদু মন্ত্র লৈবনো নৎত্রগা করম্বা অতাংবা মনি-মুক্তা হীরাবু লৈবনো, মানা শ্রু-শ্রু নৈদুনা অদুক্ য়াম্না লৈনিংলিদুবু''। ময়ামদুনা ঙাংনরিবা ব্রাহ্মেশিংদু অহেনবগী মমাসু তারে। মমাইদু থাঙ্গৎতুনা চৎচবা ওমশিল্লক্লে। মমান্নবী কয়ানা হংনরক্পা মতাংদা মমাই ঙাংজবা নত্তবা পাউখুম লৈজদে। অয়ুক্ অমদি মমা মচা অনীগী মরক্তা লান অমা হৌরক্ই। মমানা ফনা ফজনা থীন-থীন্দুনা তাক্লক্লিবা ব্রাহ্মেশিংদু খোঙক্রম ককথৎপদৌনা থবৎ-থবৎ ককথৎতুনা ব্লারক্শল্লকই,

— ইমা নোই থাইনগী মীগী হৌনবী খুনুংগী ব্রাখল খনবীদো, মতম্সিদদি চৎনদ্রবনি। মতম্সে ওল্লবনে, অওনবসে ইমাহোইনা ইনবা ব্লারনি। অদুগী শরুকপুদি তুমিন্না লৈদুনা তৌনরিবশিংসে খঙনবা হোৎনৌ। হোৎনবা ওমদ্রগা তুমিন্না লৈয়ু, মীবুসু অয়েৎপা পীগনু। মতমসে ওল্লবনিনা অওনবসিদা ঐখোয়সু চৎতবা, ইন্দবা য়াদে। ইমাহোইগা লাংলেনগী মমাহোইগা শাথিনা খেৎনৈ। লাংলেনগী মমাহোইদি থীনা মোর্দন-নাইজ ওই, চৎনবী ইন্দুনা চৎপা ওম্মী। মোইগী মমাংদা ইমা নঙ থোরক্কনু ঐ থীনা ইকাইকো। অদুগা তাও, মীব্রা ঙাংনরিবশিংদু মথৌ লৈতবা ঙাক্তনি, চাউখৎপা ওমদবা ব্রাখল হোংবা ওমদবা, মীরেমশিংদুগী ব্রাঙাংশিং অদো থাওইনা তাবিরুনু।

গাড়ী মখোল অমা তারক্পদুদা লাংলেন্ থোংনাউদৈ য়েংথোরক্ই, মমাগা মচেগা লাক্লিবদু উই। ইমুংদুগী ব্লারী পুম্বা চপ্ লেপ্তুনা মপান্দা ওক্পা চেম্হোরক্ই। মখোয়গী কাদা পুশিল্লক্তুনা ফমহল্লি। মমাগা মচনগদা ইঙ্গিৎ তৌরদুনা হায়রক্ই অহেনবা!

— ইমা! ইমাহোই লাক্ইসে চা গ্লাস অহাওবা অমমমতা পীথক্লবা হোৎনবিরুরো, চৎলো নঙসু থাসনা, ঐখোয় ব্লারী খিৎতা শান্নহৌগে। (মমা মচা মপান্দা থোকখিবগা

থোঙ ঙাশিন্দুনা মনুংদা মখোয়তা ম্নারী শান্নহৌই। করি ম্নারীবু শান্নরিবা)।

ঙৈহাক্ লৈরগা অহেনবা থোরক্ই, থাসনাবু কৌদুনা হায়রক্ই, "ননম্মা মশা ঙমদে অদুনা ঙসিগী চাক নঙনা থোঙনবা হোৎনরো, ঐ য়েন অশেম্বা খরা লৌরুখিগে"। গাড়ী থৌদুনা চৎখি। মমাগী মমোন্দা নুংবংনরক্ই, "পংইদকো ঐগী ইচাশে, লাইনা শেৎতুনা লৌখিদা ইথাদগী, মমা ঐ তাহন্নিংদবা করম্বা ম্নারীনো মখোয়না শান্নরিবা। মচানুপীগী ময়ুমদা য়েন চানেনা লাক্লিবা মমাসিনা করম্বা মমানো ? মসিবুরা মোর্দন-নাইজ হায়বদো।

---

# ভুৎ অনী

**মন্নবা** থাশিগী অহীং চবুক্তি। মঙ্গে পান্থী হনুবীদো মদুগী মখোঙদা ভুৎ অমা তেংথা-তেংথা মখোঙ-মখুৎ থীন্দুনা লৈমাইদা কপ্লিবদো ঙসিগা নুমিৎ হুম্নি শুরে। মহাক্কী মওং মতৌদুদা খঙঙি লাপতক্লা য়েংলিবা ভুৎতুনা কপ্লিবা ভুৎসে ভুৎ অনৌবনি হায়বা। ভুৎ অরিবদুনা থৈহাক লেপ্তুনা ভুৎনৌদুগী মতৌ য়েংলগা লৈ। মহাক্কীসে য়েংগে য়াওনা য়েংগী মতৌনি। মমৈদদি মহাক য়েংবা ঙম্লক্লদুনা মমাংদা চংশিন্দুনা লেপ্লুরে। ভুৎলিদুগী শক্তমদুবু উবদা ভুৎনৌদু কিবনা মশা পুম্বা মথন্নতা থক-থক নিক্লদুনা লাউরক্ই "ভুৎ-ভুৎ-ভুৎ"। মতৌদু উবদা নোক্ল-নোক্লদুনা ভুৎলিদুনা হায়রক্ই "কিগনু অহানবদদি অসিঙাক্তনি, মমৈদা হৈনখিবা ঙাক্তনি, অদো ফরেনে ঐবুদি ভুৎনি, নঙদি করি"। "ঐদি মীনি মী" ভুৎনৌদুনা কিনা-কিনা খুম্মী। ভুৎলীদুনা পুক্তি পায়বমখৈ নোক্লদুনা "নঙবো মী কদাইদগী মী, নঙ নশানা নশাফাও ভুৎ ওল্লবনি হায়বা খঙদ্রি হৌজিক্‌ফাও, হে! অপাংবা নঙসে শিরবনিনে অশিবা, অশিবা মীদিনে মী ওইদ্রবনি ভুৎ ওল্লবনি ভুৎ, থাজদ্রগা য়ুংঙুসে নশাগী শক্তমদো মীংশেল মচেৎ অসিদা। মীংশেল মচেৎ অকাইবদো ভুৎনৌদুদা পী। মীংশেল অকায়বা মচেৎতুদা তারবীবা মশাগী শকওংদু উবদা খংচোং চোংখৎলি, ইখং খংনা লাউরকই "মসিবু ঐরো ?"। "নঙ নৎত্রবদি কনাবু ওইরুনি, নঙনিনে নঙ, নঙগী ওইরক্লিবা হৌজিক্কী শক্তমদু মদুনি, নশক্‌সু উরবনিনা হায়যু ঐগী থিরবা শকসিগা মান্নরবরা ?" ভুৎলিদুগী ৱাদু তাবদা ভুৎনৌদু মঙক্ হায়দুনা কপ্লি "নত্তে মসি ঐগী শক্তম নত্তে, ... ঐবু ভুৎ ওল্লবা, ভুৎ হায়দো ঐসু ওইরবা, ঐবু শীরবা, ঐশে অশিবা"। ভুৎনৌদু কপ্লা ঙমজবমখৈ লাও-খোংদুনা কপচৈ। মতৌদু উবদা ভুৎলিদু তৌফম্ খঙদ্রদুনা চপ য়েংদুনা লৈ, মীকুপ খরদি ৱারী শান্নবসু লেপ্তুনা লৈ।

"ওইথ্রবদি ওইখরে অদুক খেকথখৈ কপ্লদুনসু নঙবু মী ওইবসু য়ারোইদবা অদুই শরুকপুদি হৌজিক নঙবু করম্বা লাইন্দা চংকে হায়বনো ? মদু ওইনা তান্নবনা নঙগীদি অফবা ওইনি। ৱাগনুদা ঐনা ঙম্বা মতেংসু পাংলমগনি" ভুৎলিদুনা পুক্লিং থৌগৎপা

মওংদা ভুৎনৌদুদা হায়রকই। " ঐনা তেংথারিবসে ঐসে ভুৎ ওল্লে, ঐশে শিরে হায়বগী মরমগী নত্তে। শিরবসু ঐগী ৱারীসিদা মরুনা য়ুহনবসিনি ঐনা পেন্দ্রিবা। অমুক হন্না মী ওইবা য়াররোইদৌবা ঐঙোন্দা, ওনশিন্নদুনা চপ চাবা পাউখুম্ পীবা ঙন্নরোইদৌবা ঐঙোন্দা, অশেংবদু করিনো হায়বা তাকথোক্পা ঙন্নরোইদৌবা ঐঙোন্দা করিগীনো মখোয়না অসুক তুক্কচরবা, হংগোইরবা, অমোৎপা ঈরালশিং মশিং খণ্ডদঙে হৈজিনবীরিবা। ঐ খাংঙবা ঙমদেনে ইতাও। মী হায়বসে ফংখিদ্রেদা মশাগী মরালশিংবু কুপশিন্নবা মখোয়গী মরালশিং অদো ঐঙোন্দা লোয়না হৈজিনবা য়ানবা ঐবুসু মখোয়না ভুৎ ওলহনবীরে অদুগা ভুৎ ওল্লবা মতমসিদসু পেন্দ্রদুনা অমুকসু অমুবা কালি কয়া তৈশিন্নবা লাক্লরি ঐগী ৱারীবু মশক্ থিননবা" তাইবং মীওইবসে য়াম্না তুকৎচবা সোসিয়েল এনিমেলনি। মী ওইরিঙৈদসু ঐবু মী অমা ওইনা হিংহনখিদে মখোয়না, ভুৎ ওল্লবা মতমসিদনা তা পায়দুনা ঐবু কোইতান তান্নবগুম বদনামগী লৈ পরেংনা ঐগী ঙকতা হুক্র বা হোৎনরি। অসিগুম্বা তাইবং মীগী মচৎ অসে ঐ থীনা ইকাই, ঐসু মী ওইরম্মী হায়বফাও ইশা ইথন্তা খল্লুবদা শাথিনা ইকায়রক্ই।

"অচুম্বনি, মরাল লৈজদবা কয়াবুদি নমদুনা মবাল লৈহল্লি, সমাজসিনা তুকৎচনহল্লি, মপুক্তি অরেম্বদা মাঙহল্লি। মরাল লৈরবশিংবুনা মরালদু অতোপ্পদা থৈজিন্দুনা মরাল লৈতবগুম নিং-তম্না হিংঙি। অসিগুম্বা সমাজসিগী মচৎসে খল কায়রবনি বাচার অমদি মতাং চানা তৌহৌবা দরকাব ওইরি। হায়য়ু ইতাওগী ঈরালদু করিনো ?" ভুৎলিদুনা ঙাইঙমদনা হংলক্ই। ভুৎনৌদু শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোক্নুনা হায়রক্ই - " ঐগী ঈরাল হায়ববু "অচুম্বগী মনাই ওইরুবসিনি, অচুম্ববু ঐগী ঈশ্বরক্লি খনজখিবসিনি ইতাও"। তৌহৈদববু কুম্মেগুম্ য়েংদুনা, উশিন্নদনা লৈবা ঙম্বা থম্মোইদো ঐগী ওইখিদে। অমোৎপা থবক্লা ঐগী য়েক্রবনি। নিয়ম কায়বা থৌওংশিলগী মাইকৈদা ঐগী থম্মোয়না মতমচুপ্পদা লেপখি। কয়ারক্লি ঐগী খা-চিক্নুনা খাঙখিবা। ঐনা এল: দি: সি: মচা অমা ওইনা থবক তৌখিবা দিপার্টমেন্টদো দিপার্টমেন্ট অফবা, অচুম্বা, চাউখৎনবৈ নত্তে নরক্লি নরক ইতাও। নরক্কী কোমদুদা শানৈ-য়ুনৈফম্লি, ইজ্জৎ কাইথফম্লি, করপসনগী অচৌবা ডিল তৌফম্লি, থবক হাপ্লিবা, প্রমোসন পীবগী মীংদা শেংলবসু শেংদ্রবসু অপা-অথাবা শেনবুল মপুন-মপুন পীনদবা য়াদে নরক্কী অচৌবা কৈথেলদুদা। থবক ওইবা ওইদবা থীদনা লাইবক্কী লোটরি কক্লরিবনি। অতোপ্পা মশক অমনা শানৈ-য়ুনৈদুনা ঙাওনরিবনি। নিষা অমদি নুপী থান্নবা য়াবা নত্তে। মতু মচা লৈরবা ফম্নাইবশিংদুনা চমজরবি করিসু খণ্ডজদবী লৈশাবিতা নত্তে মৌ অনৌবী থবক তৌজনিংবী কয়াগী ইজ্জৎফাওবা লেম্না থাবিদে, লৈরাং লৈকা চোইজাইনদ্রিফাও শান্নবীরিবনি করিগুম্বদনা অনেকপীসু। শেলনা মচীন মেনখিবা কয়ানি, প্রমোসন, থবক হাপ্লিবনা ফাথখিবা কয়ানি, মশাগী ইজ্জৎ কিজদুনা ইংথখিবা লোৎশিনখিবসু কয়ানি। অসিগুম্বগী মশিং থিবা ঙমলোই ইতাও মালেমসিদা।

অসিগুম্বা শক্তমশিং অসে য়েংদুনা ঐ মীৎতাংবগুম থম্মোয় নুঙ পান্দুনা লৈশিনবা

ঙমখিদে। ঐগী অত্মানা য়াথং তাওথরক্ই "মখোয়শিং অসিবু নঙ লেম্না থাগনু ব্বারক্উ মখোয়সে",। ঐনা আইনগী মীংশেল ওইননবা মখোয়গী অমোংপা থবকশিংগী মচাক-মথুমশিং খোমজিনবা হৌরকখি। মাইখুম হাইদোক্তুনা মখোয়গী অনীশুবা মশক অদু উৎথোক্লবা ঐগী থৌরাংদু মখোয়না মতম চানা খঙদোক্খি। ঐবু থিংনবা মখোয় পোলিসি য়াৎখি। মখোয়না ঐবু মীহৌহন্দুনা ঐগী চীন মেন্ননবা মশক মতৌ লময়ৌবী শকহেনবী অনেকপী অনীগা শেলবুল খরগা ঐগী মাংদা থারিবা মোল্লবা ফমুংথক অদুদা মীতাহল্লি। অঙাংবা চেমপেন অমগা শা অতাওবা খরগসু পুশিল্লক্তুনা ইনজোই তৌনবা হায়রক্ই। ঐঙোন্দা পোক্লক্লিবা অনৌবা মীহৌবদু ঐগী অত্মানা থেমজিনখি। মখোয়গী ওফরদু ঐনা মচোই তাহনখি। ঐগী ইতৌদো মখোয়না পামখিদে, শেমজিন-শাজিন্নবা ইরাল ময়াম্ অমা য়াওরবা ফাইল অমা পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা উৎলকই "মসে নঙবু লানবীনবা পাৎত্রনে" মদু তাবদা ঐগী অশাউবসে ফাথবা ঙমদখৈ মখোয়শিংগী মমাইদা খুতুমসিনা মশিং খঙদা থিনখি। ঈ তারবা মখোয়না ঐবু খংলাক লাক্তুনা ঐগী চীন্দা য়ু লীক্লিদুম হৈজিনখি। অদুদগীদি ঐ ভাব তাদঙে লৈরিঙৈদুদা, উবদা হঙ্গোইবা ফিভমদা ঐ অমদি শকহেনবী অনীদুগা হীপমিন্নহনখি। ঐবু মীয়াম মাংদা শেনজাবা, শানৈ-য়ুনৈবা, লমচৎ ব্বারকপা ঙমদবা অমোংপা মী অমগুম উহন্নবা অনেকপা খুৎপু অমদা ঐখোয় অহুম্নু কাপ্তুনা হাৎহনখিবনি। মদুগী প্রমান ওইনবা মখোয়না ফজনা শেম-শারন্নবা শক্তমশিংদুনা শাক্ষি ওইখি। ফিভম অদুদা কনানসু ঐবু লান্দে হায়বা ঙমখিদে, ঐবু তিন শিৎতুনা তাথিখি, ঐসে মীচৈ অমা ওইহৌরবনি ইতাও। ঐবু মশক্ খঙবীবশিংনদি থৌদোক অদু ঙসিফাও থাজবা ঙমহৌদ্রি। ঐনা পেনদ্রিবসিসু মখোয়দা ঐনা ঐ লান্দে হায়বসিগী খুদম অমত্তা পীবা ঙমদবসিগীনি ঐনা থব্বায় নুংঙাইতনা পেন্দনা কপ্লিবসে ইতাও"।

ভুৎলিদুগী মাইথোংদা অব্বাবগী মমি অমা তারি ব্বারীদু তাবদা, ঙৈহাক চনীং তানা শ্বর অমা-অনী হোন্দোক্লগা হায়রক্ই "ইতাও মতমসে য়াম্না শাথিনা লুরে। অহিংবা মখোয়তনা অচুম্বতা ওইবা ঙম্বা য়ুগনি, মসে কলি য়ুগ হায়বদুই মচৎ ওইবা তাই। য়েংঙু ভুৎ ঐখোয়দফাও লৈতনা হিংবা ঙমদ্রে ব্বারে, অব্বাবা খাঙবা ঙমদ্রে, মীংচৎ থীরে, হৌদুনা পৃথিবীসে থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফম অমদা চেনশিল্লক্লে, খল্লু অচুম্বা পামজবা মী মখোয়দদি করম ওইরম্লনি, হিংলম্লগনি ঐগী কোক অসিদি খনবদা য়াম্না ব্বাই লান্বা ফংদে ইতাও। মতমসিগী মীশিংসে অয়াম্বনদি মীদি মানবা-কৈগী, শওমগী, হুইগী, হৌদোংগী, লমহুইগী, কৈশালগী, লীনগী, শামুগী মকোক্ পানবা ঙাক্তা নোংশাগুম্বগী লীচৎ চৎপদি অমত্তা য়াওদে। তশেংনা মী ওইবা, মী অমা ওইবগী লীচৎ চৎপা মীগী মশিংদি তাকশিল্লক্লি, ব্বাৎশিল্লক্লি। কান্নদোদা মসি পুম্বসে মী মখোয়না ওইনা খনজসনু, ভুৎ ঐখোয়না খল্লুদুনা কান্নদে কোক চিক্লুবগী, ঐখোয়দিনে ভুৎ অমা ওইবগী কোইপাই পাইদুনা নুংঙাইবা মফম্ থিদুনা নুংঙাইবা ব্বাখল খন্নবা, নুংঙাইবা মীশিংগা উন্নরুসি ... য়া হি-হি-হি-॥

# চৈখৈ

**ওসি** এম পি এস সিনা লৌবা এম সি এস (মেন) এগজামগী ফল হায়দোকপা নুমিৎনি। তাইবংঙানবা ফল চেদুদা অহুমশুবদা মমিং য়াওরক্লবদা হরাওবগী ওমখৈ লৈত্রে। মমা অমদি মচননুপী হৈথোইসু পাউসে তাবদা মথুম-মরাং হৌরি। ওসি উন্নবগী পুংফম পীনখিবা নিরুপামাগী মনাক্তা ইপাও-ভাওনা চেল্লকই অসোমদনা নিরুপামানা খোইরাংননা ঙাইরি। হৌখিবা থৌদোক মচা-মচা শোয়নখিবা খরসু খল্লি, মচিন্দনা মুরুম-মুরুম শৌরি। তাইবংঙানবগী মাইথোং উবদা শাউবা উংলি, ওইনে। অদুবু পাউদুনা মীকুপদুমক্তদা পুম্নমক কাউহন্দুনা চোংখৎলি, হরাওমন্দুনা কোনশিন্দুনা নুংশিনা খজাইদুনা চুম্মী। ওফিসার ওইগদৌরবনিনা পচুংগী লম্বী য়ৌরে খনবদা নুংঙাইজে।

থা অমা-অনী তলব চারবা মতুংদা তাইবংঙানবা অমদি নিরুপামা য়ুম পানমীন্নরে। তাইবংঙানবগী খুৎ ওই ওইরিবা মরুপ বিমোলসু নুংঙাইবা অদুদা শরুক য়ারী। অশেংবা মরুপ ওইবগী মচং, অন্না-নুংঙাই মতমদা লাপথোক্তে। মতমগী মতুং ইন্না তাইবংঙানবা মচা-নুপা অমা ফংজরে। সরকারগী থবক তৌরবদি লমকোয়বা মহৌশানি, মহাক্কী থবক মফম উখ্রুলদা অমুক তারে। উখ্রুলদা থবক পুরুনবা মহাক উখ্রুল চৎখ্রে।

তাইবংঙানবা মথৌ-মশক খঙবা, থম্মোয় শেংবা, অচুম্বা তৌজনিংবা, ওফিসারনি। নোংমা মহাক্না চয়েৎনবা, শেংদবা খাজ-লেন্দ অমবু পাটা পানবিনবা থিনগৎলকখিবা ফাইল অদুবু রিজেক্ট তৌখি। মদু লম খোপচিনবদা হাল্লেংদ্রবা শেনজাও অমদি শঙ্গা চাউবা অরানবা অমদি অরোনবা লম্বীদগী শেল তানবা, মশিংখা খাবা ডারগুমগীনি। মখোয় অনী অনীরক নিঙাই-শংদনরকপদগী, অচেংবা তাঙ্গা ঙাইদুনা ওফিসতগী ক্যাটর তম্না হল্লকপা তাইবংঙানববু থাওনা থীন্দুনা হাৎনবা হোৎনরকখি। তাঙ্গাদুমক্তদা ওঝা ওইদুনা লৈবা অখম্না থেংনরম্বদগী মাবু কনবীরকখি। শাথিনা শোক্লবা তাইবং ঙানববু

---

লাইনা করিসু পীরকলোই নিরুন্নু, উরক্লিবা লম্বীদুদা তৌগদৌবদু নওতনা তৌগদৌবনি।

মাগী ময়ুমদা পুদুনা লায়েংবীখি। তাইবং ঙানবা মীৎ পাংলকপদা অখমগী লোইনবী অনীমনা শেবা তৌবীরম্মী। নুমিৎতুদগী অখম অমদি তাইবংঙানবা অচেংপা মরুপ ওইমিন্নখি। অনীমবুনা নুংশিবা মচন্নি হায়না তাইবংঙানবনা নীংজখি। লোইনরকপগী মতুংইন্না মখোয়নি অমনা অমগী মরমদা খঙনরকই।

মহাকপু অশিবগী খানুংদগী চীংখৎপিরকখিবা অখমগী পুন্সি হৌরক ব্বারীদু তাবদা তশেংনা তাইবংঙানবা তুজুংদবা ঙমদে। মখোয়গীনি হায়বদা কনাসু হিংলমদ্রে। মরি-মতা শাগে-নাতে পুম্নমক কুকি-নাগাগী কল্লবা কাণ্ডলুপ মশেনগী ঈরাংগী মমল ওইখ্রে। মদুগী ব্বারীদুনা মথম্মোয়নুং ব্বারৌজরক্‌ই মীওইবা খুন্নাইগী অপিক্লরবা ব্বাখলবু। তুকৎচরক্‌ই, হন্জোইরক্‌ই মীনা মীগী থব্বায় লৌনরিবা লানবু, ইরাংবু, শক্তমসে ওইহল্লিবা মহাকপু ব্বারৌদবা ঙমদে, চৈনিংলকই।

অনীম অমদি অখম ইস্ফালদা লাইরিক তম্মিন্নবদগী খঙনরকপনি, নুংশিনরকপনি। অদুবু লাইবক থিবা থৌদোক অদুনা মখোয় অনীবু লাইবক থিনহনবীগ্রবা মতুংদা উপাই লৈত্রবা মখোয়নি ব্বানা শু নোমদুনা মহৈ মখা তমথনবা হোৎনজরি। অনীমদি টুয়েল্ভ পাস তৌরবা মতুংদা মখা তমথখিদ্রে, অখমবুনা বি: এ: লোইশিনহন্ননবা হোৎনবরোমদা মতেং পাংলি। উচিন-নাচিন অখমনা বি: এ: লোইশিল্লবা মতুংদা প্রাইভেট স্কুল অমগী ওঝা মচা অমা ওইবা ফংজরে। মতাং চারে খন্দুনা মখোয়নি লৌনা লৈনরে, লুহোংদুনা। নুংশিজরবা মচা নুপা অমসু মমিৎতা উজবা ফংজরে ঙসিদি। ব্বারীদুনা তাইবংঙানগী থম্মোয়নুংদসু মাগী তাম্না লৈহৌরিবা নিরুপামাবু নিংশিংদনা লৈবা ঙমলক্তে। মতমগী থারবা কুয়োম্না য়োমশিনগ্রবা অদুঙেগী থৌদোকশিং শং-শং ময়েক শেংলকই। হায়স্কুল মতমদগী খঙনরকখিবা, চান্নরকখিবনি মখোয়নি। মেত্রিক থারমদাই মতমদা লাইরিক পারম্বদৈ নুমিদাং পুং তরামখোই হেল্লকপদা তুমিন্না মাগী মনাক্তা চৎতুনা মাগী থোঙ হাংদোকহন্দুনা মাগী কাদা চংলগা মাগী ফমুংদা মীকুপ খরা হিগুনা থাদখিবা লেকচরশিং নৌথোরকই। কয়াদা মঙাও থিরকগ্রবনো পুন্সিসে। কয়াদা খেৎনরবা মওংনো মাগী ব্বারীগা মাগী মরুপকীগা অনীগী মরক্তা ...।।

মতমগী ব্বায়েলবু কনানা শীংনবা ঙমগনি। পুন্সি চৈশিং শুরক্তুনা তাইবং চেং লৈরক্তবদা মতম কুইনদগী মশাদা লোৎতুনা লৈরকপা কেন্সর লায়নানা মথি ফোংলক্তুনা অখমবু পুবীগ্রে। তাইবংঙানববু অশিবৈ খানুংদৈ অখমনা কনবীগ্রবসু, অখমবুদি তাইবংঙানবনা ফনা হোৎনদুনসু কনবা ঙমখিদ্রে। অশিবগী লমন তোল্লিবা ঐখোয়নি, অখম অশিবগী লমন শিংঙমগ্রে। পুন্সি হায়বসে অসি ঙাক্তনি, মতমগী ব্বায়েল ঙাইবতনি তাইবং চেং লোইদ্রিফাও লমনসে নম্বো পোদুনা হিংজবনি মীরক্তা। চেংলবা মরুপকী মরিবু অদুক তেন্না তম্নম্বা তাইবং ঙানবা পেলহৌদে। পুন্সিগী ওইনা অরোইবা মমিৎ অনীদুনা উইশিন্দ্রিঙে মীকুপ্তুদা মরুপতুগী অরোই ব্বাহৈশিংদো নিল্লরি নাকোংদা

তাইবংঙানবগী - ''মরুপ কুইনা লোইনৌ তন্নমদ্রমাল্লে! ৱানা হৌরক্কবা পুন্সিসে ৱানা অদুম লোইখিবদা তারমাল্লে। অদুবু মরুপ নুংঙাইবা মশক খঙজরক্রবা ঐগী লাইবক থিহৌরগদৌবা অনীমসে ইচাশে, মখোয়গী খনবদা ঐ শিবা ওমদরে।'' ৱাহৈদুদা তাইবংঙানবনা ৱাশকখিবনি, ''মরুপ নঙ মদুগীদমক ৱাগনু ঐ লৈরিসিদি অনীম্ ঐগী ইচন্নি, ঐনা মমা মচাবু হিংলিবমখে য়েংশিনগনিয়ে, কৈদৌনুংদসু থাদোক্লোই... মরুপকী লমন শিংবা ঙম্বা ওইজগে মসিনা''। মাগী অদুগুন্নবা ফিরেপ অদুনা মাগী ইমুং-মনুংনা মরুওইনা নিরুপামানা মাবু চিংনদুনা ৱারৌগনি হায়বা মহাক খঙদবা নত্তে। অদুবু চিংনবা হায়বদুদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা অশেংবনা চামথোরকখিনি অশাদা খুদোং চাদবা কয়া থেংনবা ঙম্নবা মহাক মপুদগী পাঙ্গল থৌনিজে।

সরকারগী ওর্দর মতুংইন্না মহাক অমুক ইম্ফালদা থবক তারে। মহাক্না থোরকপদা মমা-মচাবুসু পুদুনা হল্লক্লে।

মতম কুইনদৈ উবা ফংজকদ্রবা মপুরোইবগী উজনিংবনা ঙাওরবা শক্তমদো উজবা ফংবগী নুংঙাইবদো মপুং ফাদ্রিঙে, মৈগী চীংজাউ অমনা পোখায়রকই। মপুরোইবগা লোয়ননা লাক্লিবা অপিকপা মচা অমা পল্লিবা তাম্বুল নিংঙোলদো উবদা মথম্মোয়দা মপুরোইবনা তাশোন্না থীল্লকপগুম ফাওরকই। ইচম-চম্না মচনগুম লাক্লিবা অনীমবু নিরুপামানা মাগী হক মুনবা লাকপা কৈগুম উরকই। মচৎতুদা শাথিনা শাউনিংই, তুক্কৎচরক্ই। তাইবংগী চৎনবী মতুং ইন্না লুহোংদুনা লৌরবী নুপী অমদি পীক্লিবা মচাগী হকচিনবা ৱাখল শুংখন-খন্দবা মতৌদা মচা পল্লিবী তাম্বুল নুপী অমবু মপুরোইবনা পুদুনা লাকপা হায়বসে থম্মোয় কায়নিংঙাই মশক্লি। নিরুপামাগী থম্মোয়সু মীকুপ্পুমক্তদা মচেৎ মশীং খঙদনা কায়দুনা চাইথোকখি। করম্বা নুপীনা মখোয়বু হরাও-হরাও ওক্লিংগনি, পেন্দবগী পেন্দবতনি পুম্বা।

নিরুপামা খাঙবা ঙম্লক্রদুনা মাগী কাদা চংখি। মাগী মতৌদু উবদা তাইবংঙানবা খঙঙি, অরানবা মীৎয়েংগী লাংদা থুরে হায়বা নুপীসে। মখোয়নি নিংঙাই শংদান্নদুনা খৎনৈ, চৈনৈ, পেন্নদবা কোৎথোক্লদুনা কোচি চীংনৈ। কপ্পা কপ্পা মপুরোইবদা হংজে ''নখোয় নুপা হায়বা জাৎসে নশা-নশাগীতা খনবা কাঙলুপনি হায়বদা করি লাল্লি। লৈরু লৈরুবা মফমদৈ লৈরাং অমমম হেকলক্তবা য়াদে হায়বা চৎনবীকা লৈনবরো ? ঐনা নঙোন্দা কয়াগী মতিক থাজবা থমদুনা থৱায়-হকচাং য়াওনা নুংশিজবা অদুনবু ঐনা যুমসিদা লাকখিবা নৎত্রো ? ঙসিনা করিগী নঙনা ঐবু অসুক ৱাবা খাঙ-ঙমদবা মৈচাকসে পীবিরিবনো ? নঙনা ঐবু হিংহাৎ হাৎলে, হিংনিংদ্রে ঐ অমুক ''মখোল হৌনা কপ্লকই। মতৌদুদা তাইবংঙানবা নুপীবু থেম্নবা হোৎনজে, অশেংবা ৱারীশিংদু লীজদুনা খঙহনজে অদুবু তাবিগদৌবা মানদি তাবিদ্রবদা অরেম্বনি পুম্নমক। চীংনবগী লৈচিলনা কুপশিল্লিবা নিরুপামা মৈরিথক্তা খোঙনেৎনরিবনা ওন্না তৈননা হেন্নদুম

নুংশিবদা ঙাওবদি মরাল ঙাকপী, ফত্তবদা ঙাওবদি মরাল ঙাকপীদে।

ব্রাহৈশিংদুনা মৈরি চুরি। মরাল লৈজদ্রবী, মপাং কায়নরবী অনীমবু নিরুপামানা চৈ-থাংদুনা ঙাংঙি। অনীমসু মীওইবনি, নুপীনি, নুপীগী অৱাবা অমদি চীংনগনবা মতৌদু মাসু মশক খণ্ডঙি। পুম্নমক্কী মরমসু মহাক খণ্ডঙি, উপাইদি লৈতবনিনা কল্লি। চৎলবসু কদাইদা চৎকনি, মহাক্তি শিল্লবসু য়ারে অদুবু পীক্লিবা তাইবং মশক খণ্ডম্রিবা মচাদি কমদৌহৌনি খনবদা মখোঙ-মখুৎ পুনশিল্লি, খাং-দা ঙৌরবসু মৈশা খাণ্ডবা মতারক্ই। অনীমবু হুন্দুনা ঙাংলকপা মীকুপতদি তাইবংঙানবা তুমিন্না খাণ্ডদুনা লৈবা ঙম্লক্রে। কা-হেনবা ৱা ঙাংগনু য়ারক্তবদে, মপুল্লিগী অমুক্তংসু খুৎনা থারক্লিবা নুপীদা খুবাক্লা চেনশিন্দুনা থাই। অচৌবা লাঞ্জাওনি ইমুংদুদা হৌশ্লিবদু। থৌদোক অদুবু মাগী নুপীতা নত্তনা অপোকপী মমানফাও ৱারৌখি। মচানুপাগী লমচৎতা চীংনখি। মচাবু লান্না উরদুনা চৈ-ঙাংলকখি। করিমত্তা খুমখিদে তাইবংঙানবা মমাদদি। তুমিন্না খুমদনা লৈখিবা ফিভমদুনা মাবু মরাল লৈরবা মীশক অমগুম উহনখি। মচননুপী হৈথোই খক্তনা মবুংগী থম্মোয় মশক্ খণ্ডবিখি। মাদি মবুংগীদমক্ লেপখি। থাজদবা থৌদোক অমনা হৌরকফম ওইদুনা ময়ি চৎপা হৌরক্লিবা ইমুংদা অনীমনা মচাদুগা করম্না লৈবা ঙমগদৌরিবা, মীয়াম্না য়াম্না খৌরাংনা ঙাইনখিবা পাউখুম্নি ৱাহংদুগী ...॥

লেপ্তুনা চৎলিবা মতমগী খোঙজেলসু উনা-উনা চেনখিবা খণ্ডহৌদে। নোংমদগী চয়োল, থা, চহী মরোল নাইনা ওনখি। লন্নাই মহৈ-লোইশঙ অমগী ওঝা মচা অমা ওইজদুনা অনীম শেছোক লৈজরে। তাইবংঙানবগী মরুপ বীমোলনা নোংমা অনীমগা ৱারী শান্নবদা, অনীম মবুংদা তাংদুনা হিংবসে ইকায়জরে, করিনো শেল থোকপা য়াবা উপাই অমা থিবা পান্মী হায়বা ৱাহৈদু তাবদা, বীমোলনা ইচনগীবু হায়দুনা চেন্দুনা হায়নদুনা ওঝা অদু হাপ্লিখিবনি। অনীম পীক্লিবা মচাগী মাইথোং উবা খুদিং নিংশিংঙি লৈখিদ্রবা মপুরোইবনা মচাবু উকিল ওইহনগনি হায়দুনা তত্তনা হায়জখিবা। অনীমসু চপ-যুংনা লেপ্লবনি চারা চাদ্রবসু ফিজোল হোংদ্রবসু মচাবুদি উকিল অমা ওইহনগনি, মপুরোইবগী নিংজরম্বা লেম্না মাঙহল্লোই হায়না। অয়ুক-নুংথিল নাইদনা শেল তানশিঞ্জে অনীম মচাগীদমক্ মরক মরক্তা মহাকথক্কীদমক করিসু থোক্লদ্রবা মবুং শক্লবা তাইবংঙানবনা মাগী নুপীগা পুনশিন্নবা য়াদনা লৈরিবদু খল্লুবদা থম্মোয় শোক্লা কপচবা নত্তনা মহাক্কী উপাই অমত্তা লৈতে। অদুবু অশেংবনা অশেংবা ওইরকপা মীকুপ অদুগীদমক্তা তাইবংমপু মহাকপু খুরুমজবদি লেপ্তে। মতমদুতবুনি মহাক্লা ঙায়দুনা মফমদুদা লৈরিবা।

ঈচেল কল্লবা ঈশিংগী শাফুনা তত্তনা লৈরাইদা ফুজিল্লক্পগুম নিরুপামাগী থম্মোয় লৈরাইদসু হায়ফম খণ্ডদনা চৈনা কয়ানা য়ৈদুনা লাক্লি। হেক্-হেক্ নিংশিংলকই মপুরোইবনা মহাক্কীদমক লেপ্লিখিবা তাংলবা মীকুপশিং। খল্লকই, অনীমসে মহাক্কী কনানো ? অঙাংসিনা কনাগী মচা ? চিংনদবা ঙমদে মপুরোইবগী লমচৎতা। চীংনবনা মশা পুম্বা

য়োমশিল্লকই। অদুবু নোংমত্তসু মহাক অনীম্গী কাদা চংলুবা ওমদ্রি, চংগেনসু খন্দে, মপুরোইবনা চংবসু উদে, মসিনা করি তাক্লিবা! ব্রাহংগী মহুমদা মশা মথন্তা থুজিনজে। মহাক মপুরোইববু থাজবা শুকওম ওমদ্রি। মপামদা হল্লগে হায়না কয়ারক লেপ্পুরে অদুবু পীক্লিবা মচাগী ব্রাখল শেরান্নখিনি খনবতনা খোঙ থাংদোক্পা ওমদনা খা-চিক্নুনা লেল্লিবা পুন্সিনি নিরুপামা।

তাইবংঙানবসু তৌফম খঙদনা, খোইরাং খোইশাউনৈ, তশেংনা মহাক করি তৌগদৌবনো খনবা ওমদে। থেংনঔদগী থম্মোয়-থম্মোয় মশক খঙনরক্লবা নিরু-মক্লা মাবু থাজবিদবসে হকচাং তম্ব্লাই শিরবগুম মখঞ্জে। মদু ফনা ওইদুনসু মহাক্কী নুপীনা লান্না লৌরবসু মাবু হঙ্গোইরবসু মাবুদি মীৎয়েং ব্রাংমদা থমদুনা মীনশ্লীগে খক খনদে। নিরুনা মিৎ পাংলক্লুনা মাবু নুংশিরকপা মীৎকুপতুনি খৌরাংনা ঙাইজরিবা। ইনৌতা নৌজবী নিরুনা খঙহৌদনা নুঙগুম কনশিনখিবা মতমদুদে হায়না-ঙাংনা য়াদনা চৈখৈ অমনা মখোয়নিগী মরক্তা খাদুনা লৈরক্লিবসি খল্লুবদা মশা মথন্তা হায়ফম তৌফম খঙজদে। মতমগী ঈচেলনা পুরকপা থাজবনা মাগী নুপীগী ব্রাখলদা চুদুনা লৈরিবা চীংনবৈ মচুদুবু মুথৎতুনা মখোয়নিগী মরক্তা চিংলিবা চৈখৈ অশে মুখৎতুনা, শকউদ্রবা চেক্পল অসে থুগায়রকপদুনি ঙাইজরিবা। অদুবু কৈদৌঙেনো ?

নুংথিলগী পুং অমা তাবা মতমনি। নুপী অমা অনীমগী লৈফম থিদুনা চংলকপদা নিরুপামাগা থেংনররে। নুপীদুগী ব্রারীদুদগী মহাক অনীমগী অঙাং ওইরিঙেগী চান্না মরুপ্নি হায়বা খঙলে। দেল্লিদা কম্পনি অমদা থবক তৌদুনা লৈখিবদগী পাউদু তারুদ্রে, হল্লকপদা অনীমগী নুংঙাইতবা ব্রারী পুম্বা তারবা মতুংদা মাবু উনিংদুনা থিরক্লিবনি হায়বসু খঙলে। মতাবু অসুম্না য়েংশিনবীদুনা মচন-শক্লা কোনশিনবিদুনা থন্বীরম্বা মবুংবু মহাকসু উনিংই। মপুরোইববু অব্রাংবা থাক্তা পুখৎলক্লিবা নুপীদুগী ব্রাহেশিং অদুনা নিরুপামাবু হেন্না-হেন্না নিংঙমজদবা পীরক্লি। মপুরোইবনা হায়জখিবা ব্রাহেশিংদু নুপীদুনসু হায়ররবদা মহাক মথন্তা ইকায়জরকই। মপুরোইবগী পুন্সিবু কনবীরকখিবা মরুপ্তুগী নুপীদুবু, মচনদুবু মহাক্লা তৌবিমল খঙবা উৎপিবগী মহুম্রা অকনবা ব্রাহৈনা চৈ-থাংবিখিবা পেঞ্জরক্তে। চীংনবা হায়বসিনা মীওইববু কদাইফাও লৈখা অহল্লি হায়বা মহাক খঙজরকই। নুপীদুবু অনীমগী মনাক্তা পুশিন্দুনা অনীমবু চেৎনা কোন্দুনা মরাল ঙাকপিনবা হায়জরুই। মতৌদুদা অনীম ইঙক্-ঙক্লা মনম্মদা ওইনরক্ই।

নহানমখৈ মাগী থম্মোয়দা পৈখৎতুনা লৈরম্বা চীংনবৈ মৈখু পুম্বা মখুম হাংদুনা পাইথোকপ্রে। থম্মোয় অতিয়া তশেং-তশেংলে। মীকুপ অমগী চীংনা লাংদা হোংহনখিবা মাগী পুকচেল ঙসিদি অমুক মীকুপ অমগী শেংলা নোংজুনা চামথোকখিদুনা মহৌশাগী নিরুপামাদো ওইরক্লে। কপ্পমখৈ কপ্পুরগা থোরকপদা মপুরোইবগা থেংনৈ। মপুরোইববু উবদা স্বাই লাউই মশা পুম্বা, ইকাই নুংশি য়ান্ননা নিংঙমদবগী মমি তল্লিবা মাইথোঙদুনা

মাই পাকপনা পুন্সিগী খোঙথাং ওইবগুম মাইথিবনা লৌশিং ওই।

ঐ লানস্ত্রে, ঐবু নগুনা ঙাকপিয়ু হায়বগী মতৌদা মখুৎ অনিনা মখোঙ শোক্তুনা লাইবক্লা খোঙয়াদা তুথরকই। মতৌদুদা তাইবং ঙানবা ঙক্লা মতৌ য়েংদুনা লৈ। "নহাক্তি মীওইলক্তগী অথোইবনিনা লান্দবনি, ঐদি মীওইবা ওইরুবনা ইরাল লংশিল্লুরে নফমদা ঐবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু নহাক্লা" নিরুগী বাহৈদুদা হায়রকই তাইবংঙানবা "নঙগী মফম অদুদা নত্তে নিরু অসিদনি" তাইবংঙানবা নিরুবু হৌগৎতুনা চেজেৎ মথাদা কোনশিল্লে। অমম্বা অহিং লোইখিদুনা নোংঙাল্লকপগী মঙাল মায়কৈ মরীদা তল্লরি।

---

# ননিং নমাং হোত্রোং হো

**টেবল** মথক্তা তাদুনা লৈরিবা অয়ুক্কী পাউচে অদুদা মকোক্কী পাউ ওইনা অচৌবা ময়েক্তা চাউনা ইরি ''মতম অমগী খুৎলিংলম্বা থিকাদার অমুথোইগী লোইনবী য়াইসনা মতম অমগী মাগী পং তংনা নুংশিনজরম্বা থৌওম্বনা হৃদুনা পুখ্রে। পাউ অদুনা অমুথোইগী খোইদৌ প্রোক-প্রোক চাকহল্লরি। মহাক অতে করিসু তৌবা ঙমদে, মপোৎ-মচৈ চৈখাইজ-থুগায়জবা নত্তনা। মহাক্কী য়েৎকী মখুৎ, ওইগী মখোঙ মীনা ককথৎপীরম্বদগী য়াওদ্রবনি। মতম অমদা মাগী খুদোম্বীদা উংদুনা পুনিংবা মাইকৈদা পুবা য়ারম্বা তৌ-হায়বতা তৌরম্বা মখোয়শিং অদুসু ঙসিদি মতমগী মতুংইন্না লুমথখরে। খোইহী চেনদ্রবা মাগী মহিংবু উরগা করেম্মরি'' তোসতা তৈদুনা চানবা খোইহী চেন্দ্রবা নওগী ব্রা তারবদি ঐখোয় চরা হেন্দুনা শিবা তারিবরো ? মমল য়াওদ্রবা, কাংখোং নাম্মা নাঙ্ছরবা পোৎলুম্ চিংলিবা ষণ গাড়ীগা করিসু খেৎনদ্রবা অমুথোইগী পুন্সিনি। মতম অমদা মহাক্কী মতম ওইরিঙৈ ওৎখিবা, নৈখিবা, লাক্লখিবা থব্রায় কয়াদুগী পোৎলুম্না মহাক্কী কোকথক্তা অতিয়ানা নঙ্ছরকপগুম লুমথরক্লি, মখ্বাং কোঙ্ছরক্লি। ঙসিদি মহাক কপ্লা, নিজবা নোঞ্জবা নত্তবা অনীশুবা লম্বী অমত্তা উদ্রে।

থোঙ্গালদগী ফিংনা নুপা অমা প্রপ-প্রপ মনাক তম্লা চংশিল্লক্লি। মমাংদা ফক্লাংগুম লেপ্তুনা মখুৎনা পায়রক্লিবা পাউচেদো মমায়দা মতিন শিংতুনা হনজিল্লি। ''মসিনি নহাক্কী মোংফমগী লম্বেল, য়েংঙু ঐগী য়ামাং অহুম হোরিবসে! মশে নওনা তমথিনা নুঙনা থোমদুনা থুদেকখিবনি। ঙসিদি ঐগী মতম্লি। য়েংঙু নওসু ঙসিদি মীওইবগী হকচাংগী চৈনাসে'' মনাক্তা তারম্বা নুংদুম অচৌবা অমা লৌখৎতুনা নুপাদুনা অমুথোইগী য়ামাংদা শাফু কন্না হন্ন-হন্না থোমজিল্লি। ঈগা তিনগা লোয়ননা তেক্লবা য়ামাং অহুমদু লৈমাইদা তাবদু উবদা অমুথোই মখোল থোক্লা কপ্লকই। ''কমদৌই চৈনা খাঙবা ঙমদবরা ? মতমদুদা ঐনা কয়াম ঘানা খাংখি। নহাক নিংশিংবা ঙল্লিবরা ? চৈনা পীবদি য়াম্লা লাইবনি

---

শেন্দোংবু লৈরবদি শেনমাংসু শোইদরে।

অদুক্কী মতিক ৱাবদি চৈনা খাণ্ডবদুনি। খাণ্ডবা ৱাবা চৈনাদুদি মীওোন্দসু পীরোইদবনি। চৈনা পীবতা হৈখিবা নহাক ওসিদি নওনা পীখিবা চৈনাশিংদু নওোন্দা অমুক হন্না ফংলরেদনা। মীওইবগী পুন্সিসে খুবাক খুনম্লি, মরমদি পৃথিবীসে মতুম তাবনি। নুপাদুনা শাউনা লাউরক্ই "মদুনা লোইদ্রি তৌশিন্নখিনু, লমন অমগা ঐগী ৱাংলি নওোন্দা, থম্মোয়নুংশিদা অচাকপা মৈদৌনা ফুমদুনা তাঞ্জাসে! ওসিদি চাক্লিবা মৈশে মনীং তন্নসনু" অমুথোইবু কাউবা নেৎপা য়াবমখৈ নৈখায়রবা মতুংদা য়োমদুনা পুরকপা ষণথিদু খুবাম অমা পায়খৎলগা মমাইদা তৈশিল্লি। নুপাদুনা চৎপ্লবা মতুংদা অমুথোই ৱানা চৌক্রি অমদা ফমথদুনা কপ্পা কপ্পা উইথখি। মমিংতা উরকই, মশেং মরাংনরবা ষণ মমৈ মানবা জোম-জোম লাউবা মশক্তি উবা ফংদবা অমুবা অমম্বা মপৈ অমনা মাগী মাইকৈরোমদা হোৎচিল্লক্লুনা মখৌরী মেৎপা য়াও, মশাবু মচেৎ-মচেৎ শেৎতুনা চাবা য়াও, মশম চিংবা য়াও, লাক্লা ফানা তৌরিবা ময়ামদো, মহাক নাছোক্লুনা চেনগে খনবসু মখোওদো য়োৎলি থাংলি। খংবোই করিবোই খংলাউ লাউরকই কনা-কনানো নখোয়বু ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো? থৱায়সে অমুক্তা হিংহনবীয়ো ? ঐ শিরে ঐ শিরে, ঐবু অমুক্তা কনবীয়ো! মমিং পাওথোরকপদদি নুমিৎয়ুংবদা মংবা মং ওইরল্লবদা নাহে... নাহেনা মশা মথন্তা নিংশিংলকই হৌখ্রবা মতমগী চৎখিবা মচৎ খরাগী লমায় লাতমশিং মশক মরাংননা ....

মতমদো ওসিদগী চহী তরামুক্কী মমাংনি। অমুথোই মউ লীংবা মশা খীংবা উজাওগুম মশা মরেং ফন্না হিংলম্মী। থবক্তি ইতৌ তৌদনা থীকাগী বিল কাইথোকপা হৈবদা মমিং হাইফেৎ চৎপা মীতানি। শেল লৌথোকপ্লবা মতুংদা মানা তৌপ্রে হায়দুনা থাগৎলকপা থবকশিংদুগী মফমদা চত্তুনা য়েংশিল্লুবদা নাপী হৌদুনা, ঈশিং তুংদুনা লৈরম্বদগী ৱাথোক কয়াদা চেন্নপ্লবা মীওইনি। পৈশা হায়বসিনবু পায়খৎলক্লবদি মীসে অতিয়াদা মশা পাল্লগা পাইরকই হায়দুনি। শাগী ৱাখল খন্দুনা শারমচৎ চৎলকই, মীনুংশি য়াওরক্তে, মীবু ওৎ-নৈরগা অপেনবা ওইরকই। আইনবু কন্নবা, আইনবু ওাক্লবা, আইনবু শেন্নিবা মখোয়শিং অদুসু খোইহী চেনবা খোইদুগী খুবামনুংদা শ্বর হোঞ্জরিবনি। মসিনা মাবু মরাল হেন্না-হেন্না লংশিনহনবদা মখৌনা হাপ্লকই। নোংমদি খুঙ্গং অমদা থিকাগী নামাদা মফম য়েংবা চৎপদা খুঙ্গং চনুরা থরিকথাবু খুঙ্গংগী ঈশিং শোকফম পুখ্রিদগী ঈশিং শোক্লগা কাখৎলকপদা থেংনরুরে। থারিকথাবু উবমক্তা অমুথোই কল্লক মীহৌবনা লাঙ্গোই চনশিল্লকই, মহাক্কী ৱাখল অমুবা লৈচিল মপৈগী নোংলৈগুমম্রে। খুঙ্গংগী লৈপুং ফম্বা, নিষা চাবা কাওবুশিংবু নিষা পীজা-পীথক তৌদুনা হংদোকপদগী থারিকথাগী মরমদা ফনা য়াম্না খওজিল্লে। নোংয়াই কৌবা মবুং অমখক্কা লৈমিন্নবনি, মমা মপাদি তাইবং চেং লোইদুনা লাইগী চেং চাবা চৎপ্রে হায়বসু খওলে। মরক মরক্তা মবুংদো লাপ্পা লাপ্পা চীংদা শীংজনবা চৎলি, করিগুম্বদনা পুন্সি শিছাগীদমক নোংমা-নীনীসু ময়ুম্ থাদোক্পসু য়াওই হায়বগী অকুপ্পা লীখুনসু মহাক খওলে। করিদি হায়রুনি হুরানবদা

উপুগী শো লৈফম তাকপিবদা হৱাওজবগুম অমুথোই ফন লাওনা চেংখৎতুনা অতিয়াদা মোমোন নোক্লুনা লাউই! মপু মহাক্না ঐগী পুক্লিং ৱাশে চানবীবা ওইসনু"!

তারমদাইগী নুমিৎকী ঙংঙ্লান্নরবা মশেক মঙানগুম, ফুগাইনা শাংলক্লিবা গুলাপকুম নিংথিজরবী থারীকথাগী লৈশাংনি। মঙালনা লৈমায়বু সনাগুম তনিকহনবা ওম্বা, খোইথুম্ন রবা লৈরাং লৈনম্না খোইমু ওইবশিংবু উরু-উরু লৈবমখৈ ঙাওহনবা ওম্বা মগুন্নি থারিকথাগী শক্তম্নি। থারিকথাদা খোইদাজবা, ঙাওজবা, নুংশিজবা খুঙ্গংগী মাঙ্গশিংগী মশীং য়াম্নবসু থিকাদার অমুনা মহাকপু কল্লকচবা, মীহৌজবনা খ্বাইদগী হেন্নি। নুংশিবদগী মীহৌবনা হেল্লবা অমুথোইগী অহিংগী মঙলান হুরিবা থারিকথাদি অমুথোইবু নুংশিবা ঙমদে, মঙোন্দা মশিং থীঙমদনা চান্নবা হৌরক্লবসু মহাক য়াবা ঙমদে। চৈ চারবসু চৈ কারমগে হায়বা ৱাখলসিতনা উচুপ উয়ুং ওইদুনা লৈত্রবা অমুথোইগী অনিংবনি। শেলনা লন-থুম্না মীহৌ লাংদা থুনবা হোৎনরবসু অমুথোই, মীহৌ লাংদুদা তাদ্রবা থারিকথাগী মফমদগী ইকাইবা মশিং খঙদনা নংলি। নাপলগী মপাল তাংলিবা অমুথোই হৌজিক্তি থারিকথাবু খুদুম চনবা হায়সে লুশিনবা হেনজিল্লকই। ৱাফমসে হেন্না হেন্না চাউখৎলক্লবদা মতম খরদি অমুথোই, ৱাফমদুদগী ৱাখলদুদগী, মফমদুদগী থৈদোরকই। থা খরগী মতুংদা মবুংনা শীংজনবা নুমিৎ নীনিগী ওইনা লাপ্না চৎখিবা নুমিৎতুমক্তী নুমিদাং পুং ১০ মুক তারকপা অদুৱাইদা অমুথোই মাগী খোঙবুশিংগা থারিকথাগী য়ুমদা চংশিল্লকখি। থোঙ কাউখাইদুনা মঙক কনবী থারিকথাবু মশক পায়দুনা ফমুংদগী চীংখৎলি। থারিকথা অমুথোইগী মচৎতু খাঙঙমদ্রদুনা মমাইদা মতিন শিংলী। কৈ ওল্লবা অমুথোই মতম কুইনদগী মথম্মোইনুংদা ওমশিন্দুনা থল্লকপা অপাম্বগী মৈরিদু হন্না হন্না থারিকথাগী লৈশা পুন্সিদা ইংথহল্লরি। মতৌদু তমথিবা শক্তম অমনি।

চনুরা ওইবীগী ইকাই-খুম্নবা মাঙলবা থারিকথা মথৱায় চাকমন্দুনা চাকশঙ ছুরীনা মথন্তা থীন্দুনা শিজবদু উবদা অমুথোই অমদি কাঙবুনা মফমদুদগী নাহোক্লবা হোৎনবিঙে হৌরক্লিবা খুঙ্গংগী মীয়ামদু উবদা য়ুমদু মৈ থারল্লগা গাড়ীদা চেনখি। তাঙ্গোই তানা চাকথ্রবা য়ুমদুনা থারিকথাগী হকচাংবুসু তাঙ্গোই ওইহনখি। থারিকথাগী থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা লৈরম্বা অবোনবা লীখুন অদুসু অরোনবা অদুম ওনখ্রে। নোংয়াই অহিং কয়া চাদ-থক্তনা কপখি। থৌদোক্তুগী লীখুন ফংদ্রবসু মহাক্ মথম্মোয়দা চিংনখি, থৌদৌদো অমুথোইগীনি হায়বদা নীংহন্নদে। অমুথোইগী য়ুমদা লাক্লুনা অমুথোইগা অৱাই-অখুমনদুনা মাবু ফু-চৈবগী অমদি অদুগুম্বা মরালদু শীবগী মহাকপু চষী মঙা জেলদা থাজিনখিবনি। নোংয়াই জেলগী য়োৎনা থীংদুনা থল্লবসু অমুথোইগী মফমদা মচনগী লমন খুম্ননবা তাঞ্জাদু ঙাইবদি লেপ্পে।

অহানবা তাঙ্ককী ৱারীদু নিংশিংলুরা মতুংদা অমুথোই মশা মথন্তা মচিনদৈ হায়দোকখি "ঐসে কয়াদা তমথিখ্রবনো ? ঐনা চৎখিবা লীচৎতুমক্লা ঙসিদি কয়াদা ঐগী

ফংনিংলিবদু ফংনবগী উপাইদি থম্মোয় শেংনা কন্না হোৎনবতনা ওই।

থম্মোয়নুংসিদা নিংঙমদবা ফাওহল্লিবা'' থিংঙমদনা হৌরিবা ইফুৎকুল্লবা পীরাংদু মখুৎ ওইনা তৈথোকই, মখোঙ য়েংত্তুনা চোং-চোংদুনা উখোঙ অমদমুক পাইদুনা য়েংখিবদা উরকই মচং অমমুক শংশং ....

শেলগী লীখুন খঙদনা লেপশিল্লক্লিবা ময়ল-মথুম, মপোৎ-মচৈ, শাগৎলিবা নুং-লৈঙোইগী ফুরা-দলালশিং, উবদা মনুংগী অনীশুবা লৈবাক মপুনা অমুথোইগী মথক্তা মীৎয়েং চংবা হৌরকখি। শেঙ্গাও পায়রবা অমদি মউলিংলিবা অমুথোইগী মথক্তা থীজিন-হুমজিনবা হায়বসিমক্তবু অরাইবদি ওইদে। মহাক খোইহীনা য়োল্লিবা খোইগী নিংথৌনি। তোসত্তা তৈদুনা চানবা খোইহী খর-খরা মঙোন্দা কান্নগদৌবা মীওই খুদিংদা য়েনথোক্লি। মদুনা মহাক খুৎলিংলি, পাজল্লি। অচৌ-অচৌবা শেনফম কয়াসু মনুংগী অনীঁসু লৈবাক্কী মপুদা মতেং পীশিন্দুনা মখোয়গী খুৎ তেনশিনহন্দুনা লাক্লি। মহাক শিগ্গবশিংগী অহল-ওইরবশিংগী, থবক্তগী পোখারবশিংগী ফংগদৌবা শেলশিং, মানা ফংননবা, অহাংবা থবক শুনা-চে শাদুনা শেল লৌথোকপদা হৈথোই শিংথোইরবা শেগ্রাক কায়না মমিং চৎলিবা মীওইনি। তশেংনা হায়রবদা শেলনা থোং শাদুনা লান্নিংবা মফমদা চৎপা ওস্না অমুথোইনি। ৱাথোক কয়াবু থৌদোক কয়াবু নমথদুনা শেল তান্দুনতা লাকখিবনি অদুবু ওসিদি মদুগী মহৈনা .....।

অমুথোইগী লোইনবী ওইরম্বী য়াইসনাসু অঙকপা মওং অমদনি মানা লৌখ্রিবা। নমদুনা ফারগা লৌবিখিবনি মাবু। য়াইসনাবু য়োকপী থাকপীরকপা মনেগা মাম্মগদা পংথনবা শেনগী নোং হৈথদুনা শুমখিবনি। মমা মপানা নৌনা হুন্দোকপীরল্লবা য়াইসনা মাগী মাম্মনা য়োক্লকখিবনি। তশেং তশেংলবদা য়াইসনাগী মাম্মা মনেনা শেলগীদমক অমুথোইদা য়োছোরকপদি নত্তে, ৱাদুনতা লাক্লবা মরাইবক থীজরবী য়াইসনাবু নুংঙাইনা হিংজবা ফংজনবৈদমক্ অমুথোইদা হোংবীখিবনি। মদুগী মরমদি য়াইসনাগা চহী মরী হেন্না পৎ-তৎনা নুংশিনজবা থৌওম্না লাইরবগী পনখৈথোদা হিংলিবনা, য়াইসনাবু মঙোন্দা লৈহন্নিংদে। য়াইসনা থম্মোয় মৈচাক পুদুনা ৱানা চাক্লা মশানা য়ানিংদনা থৱায়দগীসু হেল্লি খঞ্জবা থৌওম্বগী থম্মোয়দা ছুরীনা হন্দুনা অমুথোইগী ওইখিবনি। থৌওম্না থৌনা মরীংজেল পানবা, হোৎনবা কনবা মীশক্লি। লাইবক্লা চানবীদবদগী হোৎনজমন ফংবা ওমজদনা লাকখিবনি। মহাক য়াইসনাবু মীগী ওইপ্রে হায়বফাও নুংশিবদুনা হেনমনখিবনা খনবা পামদে। মাবুতা ঙাইদুনা লৈখি। মখোয়নিগী উন্নফম মফমদুদা ঙাইবা নোংমত্তা লেপ্তে। মহাক অঙাওবা অমগুমখি। য়াইসনাবু ফিভম অমদা হেক্তা লৌগনি হায়দুনা শীংদুনা লৈরকপা থৌওম্বনি। য়াইসনাসু মদু মঙাই মহাক অমুথোইবু শুক্লুং নুংশিবা ওমদে। মাগী মচৎতুদা খোইরাং শোইশাওনখি। কৈদৌঙৈদসু মহাক চহী মরী হেন্না নুংশিনরক্লবা থৌওম্ববু মাগী থম্মোয়নুংদগী মুখৎপা শুকওম ওমদে।

হিংচাবগী পুকচেল পানখিবা মশামক্কী শক্তম অমমুক মহাক্কী মীৎতা কুফেৎ-কাফেৎ

ঙাল্লকই, নোংমা মহাক্লা মহাক্কী মোহোরী লোইয়াবু থম্মোয় শেংদে, মঙোন্দগী লৌনম তৌদুনা শেল হাইহৎলি হায়বগী ব্রাফম্না মরাল ওইদুনা তমথিনা ফুথখি। লোইয়া হায়রিবা মোহোরিসিনা অমুথোইগী ফৎত্রবা থৌদা কয়াবু মায়পুনরকখিবনি, শেলগী কৈরাক থাবদা চাউনা মতেং পীদুনা লাকখিবনি। অদুবু মীগী তৌবিমল মশক খঙদবা, মাগীদমক থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা লাছেংনরিবা লোইয়াবু করিসু লৈত্রবা শেংদ্রিবা ব্রাফমদুগীদমক মচিন থী হায়দুনা হুই-হৌদোংগুম ফুবতা নত্তনা নুংদুম্না থোমদুনা য়ামাং অহুম হিংশৎ শৎখিবনি। অব্রা-চৈনা খাঙলিবা মঙোন্দা ময়াংলেন্দা সউন্না শাবা খোঙউপ্তুনা হন্না-হন্না নেৎতুনা ঈশিং হালহনখিবনি। মদুনসু পেল্লক্রুদুনা মশক্তু উনিংদে হায়দুনা মছিনা মমাইদা থোমজিন্দুনা তাছোকখিবনি। মহাক ঙসিতা লোইয়াদা পীখিবা চৈনাদো মঙোন্দা ফংলবা মতমদতা মমিৎ পাংলকই।

হৌপ্রবা মাগী তুক্কৎচরবা মচৎশিংদু নিংশিং-নিংশিংনা অখাকপা মৈঙালগুম তমথিরবা খুদোংথিবশিং অদু মরী নাইনা মীৎমাংদা অমুক ফন-ফন চোংথোরকই। কলিদা খুদৈ কংদেবু হায়নৈদো, অরানবা তৌবগী নুমিৎ তরানি ওইদুনসু অচুম্বা নিংজবগী নোংমদি খাল্লি। নোংমদুনা পীরকপা চৈফুদি পুন্সি চুপ্পগীবু ওইনৈদো। অমুথোইগী মফম্ খঙদখৈ পৈখৎলম্বা মরন-মথুম পুম্বগী লীখুন মনুংদা চলাইবা লৈঙাকপনা হাংদোরক্লবদা মহাক মমৈ চপখি। ব্রায়েলশঙগী য়াথং তুংইন্না অফোংবা মরন-মথুমশিং লৈঙাক্লোইশিংনা লৌশিনখি। অরোনবা মরন-মথুম্ পুম্বনা মনুং লৈঙাকলোইশিংনা অমত্তা খাক্তনা খুদুম চনশিনখি। মহাক থা অহুম মরাল লোইশঙদা লৈরুরবা মতুংদা ব্রায়েল লোইদনা মশা কোমথোকহন্দুনা মপান থোরকপদদি মহাক্কীনি হায়বদা করিসু লৈরমদ্রে। মহাক-মহাক্কী লৈনরিবা ময়ুমদু নত্তনা অতৈ করিসু উখিদ্রে, পুমতাক তাকখ্রে। মশে লাইগী ব্রারক হায়দুনি। অদুবু মাগীদি মদুনসু লোইদ্রি। পাঙ্গলম্বা শক্তি মরক্তা হীংলম্বা অচৌ-অচৌবা শঙ্গা তৌরম্বা মহাক ঙসিদি খোইহী চেন্দ্রবদা ফিরাল মাইকৈ হোংগনবা শঙ্গশিংদুনসু থৌওই-ব্রাওইবিদ্রে। তৌফম খঙদখৈ খাইশাওনরিঙৈ তাল্লক্তুদা মরাল লোইশঙদগী থোরকপদা ঙাইরিবা নোংয়াই মচনগী লমন শীংনবা মাগী মরানয়াইদা লানশিল্লকখি। নোংয়াইবু উবদা অমুথোই চেনগে তৌই অদুবু অশাউবা অমদি অচাকপনা মৈ ওল্লবা নোংয়াইনা মাবু শা-ষণগুম তমথিনা ফুবা হৌরকই। ফক্লাংদা থেৎলম্বা থাংপাক্তুনা মচনগী মফমদা চৎখিবা লীচৎতুগীদমক মখোঙ ওই ককথৎলি, মচনবু মৈ থাদুনা তুমহনখিবগীদমক মখুৎ য়েৎ তুপথৎলি। পেল্লবা মাইথোংদুনা চৈ থাংলম্মী "ঐ কোক্রে ঐগী থম্মোয়নুংদা চাক্লিবা মৈরিসে কোক্রে ঙসিদি। থারিকথা ইবুংগী ইচনথোইবী ইবুংনা ইচনগী লমন শা অসিদা ইখুৎ পেন্না খুল্লে। ইচনগী থব্রায় হৌজিক্তি নুংঙাইনা ইংনা লৈরুরো! নহাক্লা তত্তনা ইবুংগী মঙলান্দা কপ্পা-কপ্পা ব্রাকৎলম্বদো ঙসিদগীদি মোমোন নোক্রোকো, ইবুংগী ইচনথোইবী, অদুগা শা নঙদি, মী ওইনা হিংলবসু শাদগীসু হেন্না

নঙোন্দা ওইথোকলোইদবদো মীহৌরুনু।

তোনবা ৱাখল খনবনিনা শাদগীসু হেন্না তোন্না নপুনসিদো হিংঙুকো, মদুনা নহাক্কী মতিক চাবনি। নোংয়াই পুলিসতা মশানা মশাবু খুৎশিন্নখি অমুক। মহাক্কা অনা-লায়েংশঙদগী খরা ফরগা হল্লকপা নুমিৎ তরেৎনিতা মঙাইরি সাইসানানা মাগী থাইনগী নুংশিনবা থৌঙস্বদা অমুক হন্দুনা চেনখিবদো। নিংবা কায়বনা মৈৱাইরিবা তাল্লক্কুদনি লোইয়ানা মতু লৈমা চেনখিবগী পাউ য়াওবা পাউচে অদু মমাইদা হুনজিন্দুনা, ময়া অহুম শৎতুনা, মমায়দা ষম্বি তৈবীদুনা লমন শিংলখিবদো। য়ুম্বীদা ঙাদুনা লৈবদু ৱারক্তুনা মখোঙ য়েৎতুনা চোংলা-চোংলদুনা অমুক চৌক্রিদুদা ফমথরগা মদোম ৱাখলজরকই, "ঐ ঐগী হিংলিবা পুন্সি মহিংসিদা, ঐঙোন্দা হৌজিক নংলিবা অৱাবলকসিদা, ওইরক্লিবা ফিভমসিদা ঐবু হিংলুবা কান্নরিবরনে ? খোঙ নাম্মা, খুৎ নাম্মা হায়রে য়াওদ্রে, মুন্দুনা পুরকপা ইতুদুসু মপুনা অমুক মুন্দুনা পুবিখ্রে। অসিগুম্নবা মপুন্সি মহিংসিদগীদি শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ। ঐসে অসুম্না হিংগদৌবৈ মহুৎ শিগ্নগে .... (ঙৈহাক ইংথরগা) .... নত্তে, নত্তে ঐগী ৱাখল লংফৈনবা য়াদে, ঐদি শিগদৌবা নত্তে, ঐদি হিংগদৌবনি, মরমদি ঐসে খুদম্ অমনি। ঐনা চৎখিবা অরানবা লীচৎ কয়াদুগী চৈরাকপুদি ঐ ফংলে অদুবু প্রাইচিৎতি ৱাৎলি, ঐহাক মদুগী প্রাইচিৎ তৌখিবা তারি। মথংগী মপোক্তা অফবা থবক তৌবা ঙম্নবা। মীয়াম্না তিন শিৎনরবা মীরাইবিরবা ঐসে ঐনা লংজখিবা ইরালশিং অদু মীয়াম্না ঙাকপিদুনা ঐঙোন্দা মীনুংশি উৎপিরকপা মীকুপ্তু ফাওবা ঐ হিংদুনা খ্বাই মীয়ামগী য়াইফ থবক্তা ইপুন্সি লেল্লগে খল্লে।" মহাক হৌগৎতুনা লম্বী য়েংবা হৌরকই। অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা উফুল অমদি উনাগা লোইননা মঙোন তম্না শিৎশিল্লকই। খঙহৌদনা ময়েক নম্বা শেগাইবা চেজেৎ মচেৎ অমা মপু মাগী পাউজেল ৱাগুম মাগী মখুৎতা পন্দুনা লৈহৌই। চেজেৎতু মমিৎ ফাক্লি-ফাক্লি পাঙথোক্কুনা য়েংঙি ইরম্মী ময়েক্তা

"ননীং নমাং হোত্রোং হো,
নরল নথুম্, পুমতাক তাক্
নাতু লৈমা কাং কোক্
করিবু খল্লি হৌজিকপু নহাক্
মীওইবৈ পুন্সিদি খুবাক খুনম্নি"

---

# লাল্লিবদি লাম্না লাম্না খন্নরিবা ব্রাখলদুনি

**নুমিদাংব্রাইরমগী** মল্লি-মল্লি তৌরকপা মতম্লি। প্রেম বীথারলাবু মাগী অমনবা স্কুটরদুদা পুদুনা রতনগী য়ুমদা থৌজিল্লকই। বীথারলাবু ইমুংদা ফমহল্লম্লগা মপান্দা থোরক্লুনা মরুপ অনীদু মরুওইরিবা ব্রারীদু শান্নে। তাঞ্জানা চারিসু রতনগী মমা-মপা, মচন লোইনমক থৌবালদা লৈবা মাম্মগী মচানুপী লুহোংবগী লোইনা চৎনখিবা নুমিৎনি। পুম্নমক লাইনা শীনবগুম থোক্লবা প্রেম মমোন্দা হরাওজে। বীথারনা শেৎলিবা জীন্দু উবদা রতন নোকই। মচনগী লৈরিবা ফনেকশিংদু তাক্লুনা অপাম্বা হোংদোকহল্লি। হৌজিক্তি মৈতৈ ইমুংগী মৌ হায়বদু ওইরবনিনা জীন পেনগী মহুৎ ফনেক-ফনেক-ফনেক ঙাক্তা শেৎলদৌবনি হায়দুনা লাক্লে। প্রেম ঙা মচা অমত্তা লৈনিংবনি অদুবু রতন্না য়াদ্রদুনা মাগী য়েনগোন্দে য়েনবা মচা অমা শেমদুনা ঙসিনা লোইরবা তাম্বুল লৈশা অমগী মখুৎ পেন্না চাগনি হায়দুনা রতন্না লক্লরকই।

অহিং হল্লক্তবগী পুক্লিং ব্রানরবা প্রেমগী ইমা-পাবুং অহিংদু তুম্বা ঙমদনা নোংঙাল্লকই। মতৈমা অহল বন্দনা পুইনচন্দ্রদা ওনশিন্দুনা হায়রকই। ননাও প্রেম ঙরাং হল্লক্লে খঙলিবনি, থীরু-হংলুগেদি হায়দে তুমদুনা লৈবিরিসিবু ... মতমসিনগা ফত্তবনে ... ঐদি ...। পুইনা মরোল লোল্লক্ই, পাখৎলুনু ইবেম্মা ... ননাওদো ননাওনুপী অমা চেন্নরক্লনি... ঐদি ঙরাংনা খঙলে, নুমিদাংরাইরম চৎমিন্নখিবা ঐ উহৌই। মপান্দা রতনগী মখোল তারকই। চুরুট মচৈ অমা পায়দুনা অমুক-অমুক চীংদুনা খবর পারল্লিবা বুধাগী মনাক্তা রতন পাউ হায়দোকই। নুপী চেল্লকপগী পাউ তাবদা গঙ্গা বামোন নিঙোল ওইরমনি আশাদা মথম্মোয় নুংঙাইজে অদুবু তাম্বুল নিঙোলনি খঙলকপদগী মনা পায়বা য়াদনা মৈ হৌগ্লে। মীওইবা মরক্তা খেৎনবা অমদি অখুবা মীৎয়েং ব্রাখল থমদবা মপাবুং বুধা বীথারগী মবুং ডাক্তর অসুংগী নাগারামদা লৈবা ময়ুমদা পাউ হায়দোক্লনবা শেম শাই।

---

ফত্তবা মীগী লায়েংদি মশানা মশাবু ব্রারকচবনি।

বীথার অমদি প্রেম লৌনা-লৈনখিবা থা তরুক মপুং হায়রক্লে। অদুবু ইমুংদুদা লৈনরিবা মরীদুদি থোইনা ফবা নত্তে। জাৎ-বীজাৎ, শক-চুগী অমম্না মৈখুদা থাজবা গঙ্গা, থামোন নুপীগী মখুৎ নৎত্রবদি চারোই হায়দুনা শীখাং খাওগ্রি। মমৌশিংগী মখুৎ মা চা-থক্তে। মমৌশিংবু নুংশি চান্নবিবে মহৎ, য়েংথি, শোক্ল-শম্নদে। ইংখোল থবক শুরিবা মনেম-মকুগী চা পুথোরকই বীথার। মকুদি মমৌগী চাদু হাউই হায়দুনা থাগৎলকই, মনেমদি শোকপিবদি লাইরদনা, মমাই শুত্তোরকই। মতৌদুদা বীথার মথব্রায় নুংঙাইজদবা পোকই। মমৌগী মাইথোগুদু উবদা শাউনিংলবা বুধা গঙ্গাদা ওনশিল্লকই "অসুক চাউখৎলবা, মীনা থাদা লৈনরবা মতমসিদা, নঙনা আ-থাইনগী নুঙগী যুগ মতমগী শাজৎতুনা লোইনদুনা করিগী লৈরিবনো? করিগীনো নঙনা জাৎ-বীজাৎ খায়রিসিবু .... নুংশি চান্নরা লৈমিন্নরিবা চীংমী তম্মী অনীগী তৎলরোইদৌবা মরীবু নঙগী থাখল তাদ্রবা পীক্লবা থম্মোয়দুনা শোয়নবা হোৎনরিবা। তৌনু-তৌনু নঙ, মীদি লাইরদনা শা-ঙা ফাওবা মীরোল তারবা মতমনি হৌজিকসে। মপুরোইবগী থাহৈদুদা শাউনিংদুনা ওনশিল্লকই মমৌদা "হে! তাম্বুল নুপী, মসে পুম্নমকসে নঙনা ইকাই খঙদ্রদুনা যুমসিদা শ্রু-শ্রু নৈশিন্দুনা লৈশিনবদগী থোক্লিবা ঙাক্তনি। মীনা পামদ্রে য়ানিংদ্রে, মখুৎ চাবিদ্রে হায়রবদি ময়ুমদা কোক হনখোদনা"। বীথার থাহৈশিংদুদা মপুক্লিং নুংশিনা পীরাং নৌথরকই। বুধা গঙ্গাবু ফুতদি ফুদরগে হায়দুনা হৌগৎপগা থোঙ্গাললোমদগী বীথারগী মবুং অসুং চংলকপা উবদা, তপথরদুনা থাখল ফাথখি। ওসাইদগী ঙাংনা শক্লরম্লিবা ময়ামদু অসুং থোঙ্গালগী মচি অমদা থৈজিন্দুনা ফনা শাংনা তাহৌই। মচনগী মনাক্তা চংলমদনা হল্লগে খনগ্রবসু, মচনগী অমদি ইমুং মনুংগীনি হায়দুনা লৈরক্লিবা ফিরোল ময়োমদু পীরমদনা হনবা ঙমদ্রদুনা চংলকপনি। ওইরম্লিবা মতৌশিংদু লোৎশিন্দুনা বুধা অসুংনা লৈবীরকপা ফি-শিংদু য়েংদুনা থাগৎলকই। মচন্দা মবুংবু পুশিন্দুনা চা গ্লাস অহাওবা অমা পীথক্তুনা মচন-মবুং থারী শান্নজরুবো হায়না বুধনা বীথারদা ওনশিন্দুনা হায়বকই। মচন মবুং মাঙ্গোল কারক্কে তৌবগা গঙ্গা ইমুংসে মোৎশিল্লে হাযদুনা শুমচিৎ পায়দুনা থাই শিৎকৎলকই। মতৌদুদা বীথার মবুংগী মাংদা খং-ই ইকাই। অসুংসু গঙ্গাগী মমাংদা শাথীনা ইকাইরকই। মতৌদু উবদা বুধা গঙ্গাগী শাজৎতু হৈনরক্তে, অসুংগী মমাংদা মমাই ঙাংশিল্লি। ইকাইবনা হেল্লক্তুনা অসুং চৎলগে তৌবদা বুধনা খান্নদুনা হায়রকই, ইবুংঙো অসুং ঙাইখো চাগা নিংথিনা থক্লগা নচন-নবুং চৎকদবনি, অদুম্না হনবা য়াদে, ইপাসু অসুথাইফাওদং থোক্লগে। হয়েংগী অচৌবা চাক্লেন অমগী পুজারি খরা হায়রুগে। নচন-নবুং ঙৈহাক লৈরমখো, ইপা ইচানা লৈবীরকপা শালশে ইল্লগা চৎলবনি।

বুধা থোকপ্রবা মতুং মচন-মবুং নুংঙাই থারী শান্নরকই। মচননা চা শেম্না চংশ্রিঙৈদা পুইনাগী মচা অনীদু অসুংবু উবদা চেনশিল্লকই। ঙৈহাক নোকমিন-লৈমিন্নবদু উনিংদ্রদুনা গঙ্গা থোরকই। মশু অনীবু শোক্ল-শম্নবদা মাংবা মীগী মশাদা কোল্লি হায়বগী ফুদুনা

ইমুংদা তানশিনখি। অসুংদা ওনশিন্দুনা চৈথরকই, ইবুংঙোগীসে ৱাখল তাদ্রিবরা নৎত্রগা ৱাখল তাশিন্নদ্রিবরা কৈনো, হায়রিবা ময়ামসে নুঙদা ঈশিং হৈবা ওইরবসু নহান্না চেকখায়রম্লনি। অদুবু ইবুংঙোদি মীনিনা হেন্না খঙবা য়ারে। ঐখোয়সে বামোননিনে বামোন অদুগা নখোয়না মথোঙ-মরম খঙদবা হাও খঙলেদনা' শুমাংসিদা লেপ্লিরিবসে অশিফাও মাংলবনি মাংলবা। ফুদিংত্তা মাংজোং চোংদৌ শরুক নচননুপী তৌওম্বীসে লাক্লিঙৈসিদা পুবিখ্রো! মশকসে উনিংদবনা তিল হৌরে। ঐবু য়াম্না ফৎতবী হিংচাবীকা ওইহনবিগনু ইবুংঙো ..." অসুং ৱাহৈশিংদুদা লৈঙমদনা "ইনে ইচননুপীসে হাও ওইরবসু, কৈথেলদা য়োনবা মমল পীদুনা লৈবা য়োনবা য়াবা লাই-ফদবীদুদি নত্তে। অদুগা ইনে ইচন্নুপীবু লৌরিবসে ইনেনা নত্তে ইনেগী ইচানুপাদুননি হায়বা ইনে কাউবিগনু। মী ওইরবদি মীওইবা অমা ওইবগী ৱা ঙাং-শকপিয়ু। গঙ্গা শাউনা, নোইগা ওনশিন্নদোই শরুক কৈ মমাই নাল্লুবনা হেন্না ফৈ হায়না শাউনা চৈরমদুনা ইমুংদা চংখি। অসুং মচন্না মৈগী কোম্লুংদগীসু হেন্না তমথিনা শারবা মৈনুংদুদা হিংদুনা লৈরম্বদু উবদা কপ্পি। মচন্না স্বরগনি হায়না খঞ্জরিবা মফমসিদা শৈতান অমনা তত্তনা ওৎ-নৈরি খনবদা অৱা পোৎলুম হেল্লকই। মবুংনা ময়ুমদা হল্লসি হায়বা ৱাহৈদু তাবদা বীথার নুংশিনা মবুংদা কোনশিন্দুনা মবুক্লিং নুংশিনা হায়জরকই, অবুং পুম্নমক ঐগী ইপোক্কী ফলনি। অবুং অদুম্না ৱাগনু, মসে পুক্নি খোঙচৎ হায়বদুগী শরুক অমনি, ঙম্লবা থেংনবা তাবনি। অমম্বা লৈ হায়দুনা পুক্নি মমাই লৈদুনা চেনগদৌবা নত্তে, চংশিন্দুনা লাহ্বেংনদুনা চৎলবদি শোয়দনা অঙানবদো থোরক্কনি মরমদি তাইবংসে অমমম-অঙান অনীনা শেম্বনি। মরুওইরিবদি থেংনবা ঙম্লবগী থৌনা থম্বা ঙম্বা অদুতনি অবুং...॥ মচনগী ৱাহৈশিংদুদা পেল্লদুনা অসুংনা হায়রকই, অবুংগী ইচনথোইবিদি য়াম্না চাউরম্লেদনা, অবুং পেল্লে উবদা ইচনগী পুক্লিং, অদুবুনে অবুংনা হায়গদৌবদিনে, ইনেগী, মাম্মগী, নপুরোইবগী সেবা নিংথিনা তৌগদৌবনি, মীগী পুক্লিং নুংঙাইরোইদৌবা, মীৎ নাগদৌবা ৱা ঙাংনিংগদৌবা থবক অমত্তা তৌবা য়াদে। ইচনগীসু প্রভু লৈরি, ইচন্নতা শোয়রম-লাল্লমদবা অসিতনি অবুংনা নিংজবা। মচনগী মকোক নাম্ভবিদুনা অসুং থোরকই, থোঙ্গালদা প্রেমগা অমুক থেংনরে। অদুবু অসুং চংখিসি য়াদনা অদুম চৎখ্রে। প্রেম খঙজি মমানা করি-করি তৌরমদৌবশিংদু। মমা-মচা অৱাই অখুমগী লান মচা অমা থোকখ্রবা মতুংদা প্রেম অমুক থোঙ্গাললোমদা থোকখ্রে।

নুমিদাং পুং নিপাল হেনগ্রফাও শাউদুনা থোকখিবা প্রেম ময়ুম হঞ্জিল্লক্লি। বীথারলা মমোন্দা মওল-মওল খল্লকই অদুবু মহাক ঈশ্বরদা চেৎনা থাজবা থম্মি। পীরাংনা ঈচেল নাইরিবা মীয়া অনীদু পোত্থাবা ঙমদনা ফমুংদা লোংনা অমুক উপ্পা অমুক য়েৎনা-ওইনা লৈদুনা অৱা-চৈনা খাঙলি। নিংশিংলকই মতাং অমগী ৱারী মচেৎ অমা। চাউরবা উজাও অমগী উখাদুদা প্রেমগা ফম্মিল্লদুনা ওইনা ৱারী শান্নখিবা,

---

অৱাৎপগী অৱাৎপতা ঙাইরবা মফমদা, হৈজিল্লিমখৈ থনবা নাইদে।

— বীথার, নঙসে নশক য়াম্না ফজে, লাইগী মচানি হায়রসু ঐ থাজগনি। নঙগী মীৎয়েং, মীনোক্লা মতম পুন্নদা ঐগী পুক্লিংবু লৈঙমহন্দে, অহিংগী মংলানবুসু হুদুনা পুবিরি.... ঐ নঙ উদনা লৈঙমদে বীথার!

— অশেংবগীরা দাদা, নচীন থীবা হৈবা চীনবালগী ওইদা ব্রাহৈদি নত্তেকো! ঐবু হরাওহন্নবা!

— য়েংঙু মুন্না ঐগী মীৎসিদা বীথার, তারিবা শক্তমসে কনাগীনো ?

— (বীথার মশাগী শক্তম উবদা ইকাইজে) চোই! মসিদি হৌনশানি।

— নঙগী শক্তমসে ঐগী থম্মোয়নুংদা মমি তাপ্রে, অদুননি নঙনা ঐগী মীৎতা নঙগী শক্তম উরিবা, নঙসে এগীদি থব্রায়বু য়োক্লিবা থব্রায়দুনি।

— দাদা, ঐসু দাদাবু হায়নিংঙাই লৈতনা নুংশি। ঐনা কৈদৌনুংদসু দাদাবু কাউখিবা ঙমগনি থাজদ্রে। ঐগী থম্মোয়গী মীহুলসিনা হুক্লিবমখে ঐসে দাদাগী ওইরবনি। অদুবু দাদা ঐখোয়নিগী মরক্তা লৈরিবা জাৎকী খেৎনবসিনা অচৌবা পঞ্জাও অমা খাবিদুনা ঐবুদি মৈরানবী ওইহনবীগনু। ঐবু তাম্বুল নিঙোলনি হায়দুনা ঈপাক ইয়াইদা শম্বীরিবা খুৎতো থাদোক্লম্লগা চৎপিখিনু নচন ইরাক্লদুনা ইদোম শিহৌগনি।

— (বীথারবু কোন্দুনা) ঐনা নঙবু নুংশিবদি বীথারলা, তাইবংসিদা লৈরিবা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তগা চাংদম্নবা য়ারোই। থাজৌ, ঐঙোন্দা অখুবা জাৎ-ধর্ম্মগী খেৎনবা লৈতে। মসে নঙসু খঙলিবা নৎত্রা। নঙবু ঐনা নুংশিরিবসে, নুংশিশন্নদুনা নঙবু শান্নগে খন্না থৌরাংবদি নত্তে বীথার।

প্রেমনা বীথারগী শৈগন্দা পায়রকপদা বীথার তাইবং ব্রাখল তারকই। বীথারগী চোৎলবা মীৎ অনীদু নুংশিনা তৈথোকপীদুনা, হায়রকই, বীথার ঐ য়াম্না ইকাই, নঙগী দাদানা ঐবু করিনি হায়না খল্লম্লি। ইমাগী মতৌসে ঐ য়াম্না পেন্দে। নঙোন্দা ফাওরিবা নুংঙাইতবদো ঐঙোন্দসু তাদনা ফাওরি বীথার। ইমাসে হিং ... (ব্রা মখা শমথরক্তনবা বীথার প্রেমগী মচীন মখুৎনা মেল্লি, মথাদা ওইনদুনা কোনশিল্লি, নিংশিংলকই বীথার অদুঙৈগী প্রেমগী নুংশি শৈরেং ব্রাহৈশিংদু,

"ডীয়াব, ডীয়ার, ডীয়ার, ...., নঙবু নুংশিবদি ঐনা, সংসারসিদা কনানসু নুংশিবদগী হেল্লম্লোই, ব্রাশক্লি ঐনা নঙবু পন্না, পুন্নমক্তগী হেনবীনি.... ডীয়ার ডীয়ার, ডীয়ার,..... ঐনা নুংশিবদি নঙবু, আই এম প্রোমিস, রিয়েল্লি প্রোমিস, নঙবু মীরাইবা ঙম্লোই, থব্রায়সে মাংখ্রসু ব্রাশকসিমদি ঙাক্লম্লগে, নুংশিবী নঙগীদমক .... ডীয়ার ....."

বীথারলা মকুগী ফৈজোম পুময়াৎশিংদু নোই-নোইদুনা কন্না শুরি। মতৈগা মচেগা অঙাং অনীদু পুদুনা মপামগী উসব অমা চারুনবা কে-মৌদুনা থোরকই। বীথারখক্তা ঙাইরবা মতমদুদা গঙ্গা ফি শুনিংবা শাদুনা ফি-ময়োম অমা পুথোরকই। মমৌদসু শোকহন-

পায়হন্দে, শরফ কৌতদুদা শরফ য়াওরমদবগী লাঞ্জাও হৌরকই "ঐনা কি গুগে তৌরবদি অমত্তা লৈররোইদবনি" হায়দুনা কৌঅদু লাকুনা লংঙি। মচিন্দা ব্রজ খাকুনা খোজালোমদা শরফ লৈবা থোরকই। রতনগা লক্ষ্মীদা থেংনদুনা ঋাহে মরী-মগ্র শান্নরিঙৈদা কদোমদগীনো খণ্ডহৌদনা মোটোর সাইকলদা তোংদুনা লাকপা নহা অনীদু কম্মান্দো কাণ্ডবু খরনা নোংমৈ কাপ-কাগুনা তান্নরকপদা ফক্লাংদগী পান্দুনা থৈদোরকপা মরু অমনা গঙ্গা পান্দুনা হাইথরকই। গঙ্গা নোংমৈ মরুনা পান্দুনা ঈ তারকপদু উবদা রতন বীথারবু কৌদুনা থুনা য়াংনা মবুংগী লায়েংশঙদা পুখৎলকই। ফিভম খরা লুরবা গঙ্গাবু ময়াম চংদুনা কেজুয়েলিটিদা পুশিল্লি। অসুং চংলকই, গঙ্গাগী মাইথোং উবদা খোঙফম হল্লি। রতন অমদি বীথারদা মানা য়েংবদা ফবা ঙমগদবা মান্দে হায়দুনা মমাই লৈথোরকই। মচন-মবুং নিংঙাই শংদান্নরকই। রতন হায়জরকই, ইবাই ডোক্তর, ইমাসে হান্না অমুক্তং য়েংখিসি, নুংঙাইনদবদো কোন্না ফুদোক্লসি। ঐসু খণ্ডি ইবাইগী থম্মোয়দা ফাওরিবা নুংঙাইতবশিংদু অদুবু তানফমসে খরা লুরে, ইমাসে হান্না অমুক্তা য়েংহৌদ্রবদি ঐখোয় তুংদা নীংঙমহৌরোই।

অসুং - ইশেন, ইবাইদি চীংমীনি, শাউবীগনো চীংমী ঐখোয়নকো বামোনগী মশা শোক্তুনা লায়েংলবদি মাংগনিয়ে। ঐসু মদু পামদবনে। বামোন ডাক্তর অমা হান্না থিবিয়ো, মদুনা পুম্নমক্কী অফবা ওইগনি রতন।

রতন- ইবাই, তৌবিগনু, নিংঙমদবদি কোন্না ফুদোক্লবা য়াই অদুবু অশিবদি কোন্না হিংহনবা য়াদবনে। ডাক্তরগী মথৌদি অশিববু কনবিবা হায়বনে, হাৎপা নত্তে ইবাই! (ঋা লোইদ্রিঙৈদা)।

বীথার - অবুং ঐ য়াম্না ঋারৌই, ঙসিদি খণ্ডলে নচনসু অবুংগী থম্মোয় ইমাবু অবুংনা বামোন ওইনা উগনু অনাবা ওইনা উবিয়ু, অনাবসিগী পুন্সি কনবা ঙম্নবা হোৎনবিয়ু। অনাববু লায়েংদুনা, অনাবশিংগী সেবা তৌনবা ঋাশক্তুনা কখোক্লবা ডাক্তর অমগী থম্মোয়দসু অসুক খুবা অসুক তুক্কৎচবা থম্মোয় অমা লোত্তুনা লৈরিবা হায়বা ঐ ঙসিদা খণ্ডলে। ডাক্তর অমগী থম্মোয়দসু জাৎ-ধর্ম্ম খাইবা নচন য়ানিংদে।

ঋাহৈশিংদুদা অসুং ইকায়রক্তুনা ওপরেসন ঠিয়েটর পুশিন্দুনা লায়েং পথাপ চথবা হৌগ্রে। লৈতদবা শ্বর পুদুনা বুধাসু ফিংনা চেনশিল্লকই। মকুবু ইংথনবা মমৌনা ইংথা ঋাহৈশিং হায়রি। ঈ বোটল অনী মথৌ তাবদু রতন অমদি মমৌ বীথরনা পীদুনা মনেমবু কন্নবা হোৎনরি। ফোন্দা পাউ মরী-মরী পীনদুনা প্রেম অমদি পুন্যদসু খণ্ডহনগ্রে। ঙৈহাক্কী মতুংদা ইমুং-মনুং হুপ্না পুল্লরে। পুং খরগী মতুংদা গঙ্গা ঋাখল তারকই। মানা ঋাখল তারকপদা মচাশিং, মমৌশিংনা মখোঙ কোন্দুনা, ফি হুমদুনা সেবা তৌরম্বদু উরকই। মমৌ বীথারনা খ্বাইদগী ইহেন-হেন্না ঋাজনা সেবা তৌরম্বদু উরকই। মতৌশিংদু উবদা মবুক্লিং নুংশিরবা গঙ্গা নৌথরকই। বুধা নুংশিনা গঙ্গাগী লাইবক নান-নান্দুনা হায়রকই।

---

পুন্সিগী নুংঙাইবা লৈবদা পুন্সিদুনা মমলদি ওইহনখিনু।

— য়েংঙু গঙ্গা, নঙগী পুন্সিনা অমুক হল্লকপসিদা, নচা নমৌতা নত্তনা অহল ওইরবা ঐফাও মীৎতা ঈরা চেন্দুনা হরাওরিবসে! মীওইবা হায়বসিদি হিংমিন্নগদৌবনি, তোৎনা তিন্ননা হিংমিন্নবত্তনা নুংশি চান্ন-চীন্নবা হায়বদু পুরকপা ঙম্বনি। ঙসি নমৌ বীথায় লৈরমদ্রবা, নচা অসুং য়াওরমদ্রবা ঐদি হকচাং তথ্নাই শিরবনি। খেৎনবগী ব্রাখল থাদোক্কুনা ইমাবু কন্দবা য়াদে হায়দুনা নমৌগী মশাদগী তাংলবা ফংঙমদ্রবা পুন্সি শীরিবা ঈ লৌথোক্কুনা নঙবু কল্লিবনি। ইবুংঙো রতনগীসু তৌবিমল কাউবা য়াদে। মসিনি পুন্না হিংমিন্নবগী পাঙ্গল হায়বদু মমা। তাইবংসিদি ঐগী নঙগী মাগী হায়বা অমা লৈতবনি, লৈরিবা হায়ববু ঐখোয় হায়বসিতনি।

— ইনেমগী বীথার, লাও নঙ ইনেমু ব্রারৌরিবরা ? ইনেম্ কোনগে লাও, নুংশি চান্ন-চিন্নবা হায়সিদি জাৎতা-ধর্ম্মদা লৈরমদ্রে, থম্মোয়গী মরীদা লৈরল্লে হায়বা ঙসিদি ইনেমসু উবা ঙম্লক্রে। ইনেম্না করম্না ইমৌদা লমনসে শীংবা ঙমগনি।

— ইমা! নত্তে ইমাদি ঐগী ইমানি। মমানবু মচাদা লমন্ শীংবা হায়বা অমা লৈবরা ? অপংবী নমৌনি ইমানা নমৌবু নুংশিবীদুনা অদুক থরা ঙাং চৈববু ...... মসিদি তাইবংগী চৎনবিনি, নমৌ ব্রারৌজবা লৈজদে।

— অদুনিদনা ইমৌসিদি, ইপা পেল্লে ঙসিদি। পুন্সি হায়বসিদি তোঙান-তোঙানবা মচুশিংগী বিন্দু অমমম্লি। ধর্ম্ম হায়বসিনা বিন্দুগী মচু অমমমদুনি। বিন্দু মচুশিংদুনা পুন্না পুন্সিন্নরবদা ওইরকপগুম অঙানবা মচু, মীওইবা ঐখোয়গী শীংলিদা চেল্লিবা ঈগী মচুসু খেনদবনি। অদুনা ঈশ্বর হায়বসিদি অমত্তনি, ঐখোয়না তোখায় তোখায় উন্নরবসু মাদি অমত্তনি হায়বসে ঐখোয় কৈদৌনুং কাউফদে। মাগী পাউজেলসু পুন্না নুংশি চান্ননা হিংমিন্নৌ হায়বদুনা ওইরি। ঙসিদগী ঐখোয় পুন্না ব্রাখল তামিন্নরবনিনা নুংশি চান্নবা তাইবং অমগী নোংঙাল্লসে।

---

# শেন্দোইগী লেন্দুম

**নুমিদাংব্রাইরমগী** মমথরকপা তাল্লক্রি। নোংজু-থা মতমগী নোংসু ময়াই ওইনা জম-জম হৈথরি। সান্তা মহৌশাগী মতৌগুম য়েন মতু চোংপদৌনা শুপচিল্লগা তাদাগী থোঙ্গাললোমদৈ চেনশিল্লক্তুনা সুমাং য়ৌশিল্লকপা মতৌদু উবদা হায়রকই তাদা,

তাদা - সান্তা কৈদৌবা য়াওরগে ইনাওবু ! অসুক কল্লবা নোংজুবু কিদখৈ, নোংলিক্ মরকসিদা তহ্না-তহ্না নামৈ তাখৎতুনা চেল্লকপবো ? কৈ তান্নসে হায়বনো নঙ তাদাগা ?

সান্তা - তাদা, অরুবা ব্রাফম অমগীনি, তাদা নত্তনদি ....

তাদা - অদুবু করম্বা মরমগীনো হায়বা, কয়াম লুবনোনে নঙগীসিবো ?

সান্তা - তাদানা ইতেং পাংবিবগী পাংবিবা লুপা লিশিং মঙাতগা উপাই তৌবিদবা য়াদ্রে !

তাদা - অদুদি করিগীনোনে সান্তা, হান্নগীসিফাও, করিনুংগীনো শোল্লবসিদা, কম্মাইনা মখা অমুক হাপতোইনো ?

সান্তা - ননাওবু থাজবিয়ো তাদা, হন্দক্তি শোয়দনা ননাও তাদাগী হান্নগী অপুনবা শেনচং অমদি শেন্দোই য়াওনা পুন্না শেংদোকচনবা হোৎনজনি।

তাদা - নঙসু খন্দুনা য়েংঙুনে, হান্নগী লিশিং তরামঙাদুগী মথক্তা পীথোরক্তনা নমশিন্দুনা লৈরিবা মথোইসু লিশিং ....

সান্তা - (মরক থৎতুনা) অহোই লুপা লীশিং মরীগুম্বদি শুরম্লগনি মথোইদা

তাদা - কদাইদৈ কদাইদৈ ... লুপা লীশিং মরী হায়গদৌবা নত্তে, থা নিপাল শুরবনি পীদ্রিবসে। থা অমগী শেন্দোই লুপা ৭৫০ ওইরবদি থা ৮গীদি লীশিং তরুক

---

ওইহরিনি, অদুদি পুনশিল্লগা ঈশিং কুনমাথোই শুরবনি ফিভমসিদবু ......
ঈশিংদা থুম .......

সান্তা - নত্তে, নত্তে ব্রাখলদো ইংথবীয়ু তাদা, ননাওবু থাজবীদ্রবো ? লৈখা য়ৌরদৌবা ননাওগী লাইবকসে অমুক্তদি তাদনা চানবীয়ু। হৌজিক্তি ননাওগী পুন্সি তাদগী থৌজালদা লৈরিবনি ...

তাদা - (ব্রাখল খল্লদুনা) চ ... চচ....চা ... অদুবুনে সান্তা, তাইবংসিদা করম্না মীওইববু লৈরমখিদগে, অহোবা ঈশিং পুন্দা ঈশিং হন্ন-হন্না হৈরমগদৌবা। নঙগী ব্রাতাসিদি সান্তা মৈগী কোমদা মৈ চাকই খঙনা-খঙনা চোংশিঞ্জৌ হায়বনি ।

নুমিদাংগী পুং তরা লৈখৎলকপা তানফম্নি। য়ুনা পুম্না ঙাউরবা, য়ুনম্না থুক্ থুক্ লাউরবা খ্বরদু পুদুনা হাইরং -হাইরং সান্তা মচীন্দা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা থোঙজিলদা ঙাইদুনা লৈরিবা মতু সুশিলাবু উদমখৈ ইমুংদা চংলকই,

সান্তা - সান্তা ঐগী লাইবকসে ওহোক্লা মথোং চাখিদ্রেদা, করিগীনো মাঙবতা ইশরুক ওইরিবা, ঙসিদি মীসু লাইসু অমত্তা থারোই, লোইনা হাৎকনি শৈতা !

সুশিলা - (মতৌদুদা শবীং হৌনা) কৈনো মোইপাবুং, মোইপাবুংনা তৌবীরক্লিসিবু, মসিবু মীনা তৌনরিবরা হায়বা ? হীদাক লৈবিরুনি, চানবা চেং হব্রাই লৌবিরুনি হায়দুনা লেংবিম্রগা ফিভমসিদা হনবীরক্লিসিবু ঐখোয়বু শিখ্রো হায়বরো ? অঙাংশিংসু অরুম-লাইহৌনা মশাসে মৈমুক্ শাখৈ চাশিল্লক্লি। থোংনবা চেং লৈতদুনা চাক চাখোমতা পীজরক্তবসু নুমিৎ নীনি চনশিল্লক্লে। হীদাকসু থাদে, ডাক্তরদসু য়েংবীদে, মসিবু মপা অমা ওইনা য়েংবা ঙম্লিবা নঙগী পুকচেলদো ঐ কিদবা ঙমদে।

সান্তা - মসি পুম্নমক নঙনা থোকহনবনি, ইবেম্মা ঐসে মপানি মপা হিংচাবা নত্তে। ঐসু য়ারবদি হায়দুনা হোৎনবনি। লোয়না মীনা লৌহৌবে। নঙগী ফত্তবা নরাইবক্তো ঐগী ইতুংদসু তান্নবা লেপতেনে। ঐবু শাউহনগনু নঙ তুমিন লৈয়ু, ঐসু লোয়না খঙলিবনি।

সুশিলা - কৈদৌবে তুমিন্না লৈদোইনো, হৌজিকপু তুমিন লৈবা য়াদৌরিববো? নচা নাবগা নতু চারা হেল্লগা জ্বার শান্নরগা কৈদৌবে লৈথোকইনো ? ঐঙোন্দা থংজিলবীরক্নু নদাউনা নয়াদ্রগা । গাড়ী থৌবা নঙদি গাড়ী থৌগদৌবনি, নঙনা গাড়ী থোক্ত্রিবসে নুমিৎ কয়াদি শাংলে। শেল য়াওদনা য়ুমসে করম শিন্নসি হায়বনো? হেক তৌরা জ্বার-জ্বার অমদগী অমুক লৌ অমদগী অমুক পু.... ইমুংসে সরকারগী থবক শুবশিংগী থাগী তলব লৌবা লাকপশিংদু মঙাইরে, শেল থৌবা লাকপশিংসে। ইমাইসে থমফম লৈত্রে।

---

ꯃꯇꯥꯏ ꯑꯃꯥꯏꯇꯥꯏ ꯃꯔꯨꯞꯃꯤ, ꯃꯇꯥꯏ ꯂꯩꯃꯥꯏꯇꯥꯏꯗꯨ ꯃꯔꯨꯞꯃꯤ॥

সান্তা - নমাইদো থম্ফম লৈত্রগদি শেংলিবা ফনেক্কুনা কুপশিল্লু, ব্রাথী-ব্রারেম, পোথাফমগা খণ্ডলোইদৌরি অমত্তা, ঐসে য়ু ঙাউরিবনিকো শাউরক্লদি (খুবাক্ উৎতুনা) অসি করিনো খণ্ডবরা ? খুবাক্কি খুবাক ফনা য়াম্নসু চারবনি, চৈনাসে ইখণ্ড খণ্ডদবগুম মসে, মচিন্না মচিন কল্লিবা, তুমিন লৈজৌ, মদো নঙগী নখৌ নত্তে।

সুশিলা - হেক তৌরা ঙম্মী হায়দুনা শা-ষণগুম ফুবিবা-য়ৈবিবা, নুপী অঙাংবু ফুবা ঙল্লিবা নপাঙ্গল নথৌনাদো পুথোকপিদুনা শেল তানবিয়ো। ঐখোয়সে নঙগী নুপী অঙাংনে, শঙ্গোম্দা য়োকপা শা-ষণদি নত্তেদনা, ঐখোয়বুসু হীংহল্লো। নয়ু পুমখৈ থকচিল্লবনিনা ইকায়বগসু য়াওদ্রে অমত্তা,-ঙাংনবসু ঙমদ্রে, ঐতা শিজনিংলে ঈশ্বর।

সান্তা - (খুবাক্লা পোপ-পোপ য়ৈরকই) খুমখোদনা, নচীনদো কবোক পোকখো হায়বা, অসি ওইরদি পেল্লরনি (কপ্পী সুশিলা)

লৈচিলনা পারপ থারিবা ব্রাওরি ব্রাওরি ইংলিবা অয়ুক্কী মতম্লি। নুমিৎকী মঙালনা সনা মচু ওইরম্বদৈ ঙৌরু-ঙৌরুনরকপা তানফম্লি। মপান্দা নিল্লিবা মীনিল অদুনা মীকপ কায়হল্লবা সান্তা হাকাম চন-চন্দুনা মাঙ্গোলদা থোরকপদা শেল থৌবা লাক্লিবা ময়ামদুগী মীতিল অদু উরকই।

সান্তা - ব্রা ফনাবু নুংঙাইরি, ফিল্মদুঙাইরে ... য়াইফজৌ য়াইফজৌ নখোয় পুম্না।

মীয়াম - নুংঙাইজরগে পীবীরো শেলদো!

সান্তা - ঙন্না ঙন্না খৎনবা হৌনগুমসি নখোয়, শেল থৌবা হায়বসে অসুম্মাইনা তৌগদৌবা নত্তে, মীনা তুম্বাফাও হৌদ্রিঙৈদগী নথৌ পান্দবদৌনা লাওব-ও খোঙব-ও ঐগী শুমাংসিদা, হৌনদেকো হৌনদে, মদো হৌনদবনি।

মীয়ামলক্তে - ইবুংঙো উন্নবসে সি: এম: উন্নবগা চপ মান্নখ্রে, অসুম্মাইনা নৎত্রদি কদাইদৈ উন্নবা, মসিদা হৌনবা হৌনদবা য়েংনগুমসি, শেলদুবু শেংদোক্লগদি পুম্নমক বন্দ।

সান্তা - ঙাইখোকো ব্রারীদো ... চীন য়াগা অমুক্তং শেংনা শেংদোক্লুখিগে, পুক্সে নুংঙাইতবনা লোইরে, মনুংদা অমুক্তং শেংদোক্লুখিগে, নখোয় লাংখিনুকো নোইনা থোকপা ফল্লুম্মু, ঐনা লোইরগা করি কমদৌবা হায়বদো খন্নসি কোন্না ......

মীয়ামলক্তে - য়ারোই মীনাইমচা, ঐখোয়বু নঙগী মীনাইরো ? ঐখোয় ময়াম্বু ওৎলগা অহিং তুম্না য়াহন্দ্রগা নঙনা নিংথৌ শাদুনা লৈবা য়াবরা ? হৌজিকমক ঐগী ... ঐখোয়পুম্বগী অপুনবা শেনফম শেংদোক্লবদি কয়া মথোং চাররোই, নেৎলিবা খোঙফমদু মচেৎ অমত্তা মচি লেংখিন্।

---

পুক্নিংগী পারা য়াম্না লুই, মীকুপ খুদিংগী য়েং[illegible]থা, পাদবা, নৈনদবা য়াদে।

সান্তা - করিনো ইবুংঙো ব্রাতাদুদি, অয়ুক ঙস্তাসিদা ঙন্না ফুনগৎপীররিবসিনা, নঙগী ফুনগৎকম মফম ইরে লৈতবদৌনা ঐগীসিদা তাররিবসিবু ! চৎলু আদগী লমহাং মচেৎসিদা ননিং তমজরু চৎলো! ঐগীসিদদি য়াদে খঙলবরা ?

মীয়ামলক্তে - নঙগীসিদি ঐবু উৎশিৎত্রিবা হায়দুরা, অচাকপা মৈদা ঘী হৈনবা হোৎনবিগনু কান্নদেসে! কান্নদববদা ব্রা মখা তান্নগুমসি, শেন পীগে হায়বরা পীরোই হায়বরা ?

সান্তা - আ.... অদু য়ৌরদি পীররোই নঙ কৈদৌগে হায়বনো ? নঙগী শেলসে হাৎলগে, শুংশিং শিংলরোই, তৌনিংবা তৌরকউ, ঐসু য়েংগে ?

নুপাদুনা - শেংলে ... হা ... ঐগী শেল পীররোই হাৎলনি ... মুক্লবা হৌরবনিনা ঙসিদি ঐ শেল পুদনা শুকহন হল্লরোই। মীনা শিরা শি, শানা শিরা শি অমদি য়েংনা তারেদনা ....

সান্তা - ঙাইখো, ইবুংঙোগীসি হায়না তান্নবসি পামদ্রে অসিনিনে। অদু য়ৌরদি ঐসু মচিং ফত্তবদা হায়নরিবনি। য়েংনা তারেদনা নঙনা কৈদৌ ঙম্বা, ঐনসু কমদৌবা ঙম্বা! খঙঙু নঙগী শেলদুদি হাৎলবনে, মাঙলবনে, উৎ ওল্লবনে ... ধোজো!

নুপাদো - মসিদি থব্রায়সে ঙৌদুনা প্রোক-প্রোক চাক্লুনা লৈবগী মহুৎ, শেলসে মাঙগে মাঙখ্রসনু, মঙকসিতদি হাইথহল্লমগে, অমুক্তংদি ইখুৎসে পেন্না ফুহৌরগে (সান্তাবু ইরোই ফুবগুম কাউথৈ-নেৎথৈ য়ৈথৈ, মীয়াম্না খায়্নে)

ঙসিগা নুমিৎ হুম্নি শুরে সান্তানা ফমুংদা লেংবা-ওৎপা নিংথিনা ঙমদনা তাদুনা লৈরকপা। ফমুংদা হিপ্লা হিপ্লা সুশিলাবু নুংশিরকই ...

সান্তা - সুশিলা, সুশিলা! নঙবু কদাইদা লৈবনো ? তারিববো ঐনা কৌরিবসে!

সুশিলা - (হীদাক্ লৈরুবদে চেনশিল্লকই) তারে তারে কৈদৌবিববনো? অচিকপদো খরদা ওইরবসু ইংনবা হায়দুনা মোলোম অমগা গুলি খরগা লৈজরুবনে, শে গুলিসে হান্না চাউ (গুলিগা ঈশিংগা পী) ঐ অশোকপা মফমসিদা থুনা ওইশিন্নবা মোলোমসে তৈবীরক্কে (মাইথোঙ নোকফেৎ তৌই সুশিলা)।

সান্তা - নঙদি কদাইদগী পৈশানা অসুক য়াম্বসে !

সুশিলা - ঙসাই লবুক্তগী থরোই খরা খুল্লই, কৈথেলদা পুদুনা য়োঞ্জরুই,

সান্তা - করি হায়বা!

সুশিলা - মসিবু কৌরে য়ুম পানমীন্নবা হায়বদো !

সান্তা - ঐসে ওক্তবা-মতু মচা নুংশিবা হৈতবা শা হায়বদুনি। শাদি মচাবু নুংশি ঐদি .... শাদগীসু হেন্না পীকথরে .... পৈশা পায়দনা পৈশা পায়বা শানিংবা গপ তৌজনিংবা, মতু-মচা চরা হেলহল্লগা জার শান্নবা, য়ু থকচিনবা, শেল পুশিন্দুনা মীরল তোলহনবা ঙম্বা মীথিবোংনে মীথিবোং। মদুগী মহৈনি ঙসি

ওইরিবা ঐগী ফিভম, ঐতা নত্তনা নমা-নচাবুসু অৱা মৈশাগী চৈথেংনা য়ৈহল্লিবা।

সুশিলা - কনানা মোই বাবু ফত্তে হায়রবগে? মোই পাবুংনা ইমা ইচাগীদি অথোইবা লনগৈনি। পুম্নমক্কি তাইবংনি পুন্সিনি।

সান্তা - ঐনা ৱাখল থেনবা ওইরমদ্রগবু অসুক য়াম্না মীরলসে ইকোকথক্তা ননশিল্লমখিদ্রা ? ইপাঙ্গলনা শুদুনা তানবগী মহৎ মীরল পুদুনা নুংঙাইনা ল্বারদে শেল তানগনি খল্লুবা ঐসে অপংবনি। ঐগী হকচাংনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা হিংচাবদো ঐ ওইরুরে। মদুগী মৈশাসে ঐতা নত্তনা নমা-নচাদসু মৈৱাইহল্লে।

সুশিল্লা - আতিয়াদা কুপলম্না অমুবা লৈচিল কোকথরে। অতিয়াসে তশেং তশেংলবদা করিবু কিরুখিনি ঐনা হৌজিক। ইমা-ইচাগীদি নহাক্লা অসুম্না মীৎ পাংলকপসে অসিমুক চাউবা লন অমা, অনী শুদ্রে। মীরলদুবুদি শীংগ্রগা লোইজরক্কনি, ঐসু লৈরিদনা।

সান্তা - করম্না পাম্নে তৌদুনা করম্না ... অসুক য়াম্বসিদি ...

সুশিলা - নহাক্লা খরা ... ঐনসু খরা হোৎনরগা লোইরে। লুনা খনজিনবীরুরগনু। চারা নাম্মা-চা নাম্মা হেন শিদ্রগা লোইরে।

সান্তা - নঙদি করম্না, নঙবুসু ঐনা মরম ...

সুশিলা - মসিনি য়ুম পানমীন্নবা হায়বসে, ঐসু মরম মোকপগী নুপীনিদনা!

সান্তা - হে ! তাইবংবা, ঐঙোন্দা ঙসি থোক্লরিবা অৱা-মৈচাকসে কনাগুম্না অমগী মফমদদি থোকহনবীদবা ওইহনবীয়ু। শুনিংদবা ঐগুম্নশিংবু মমিৎ পাংহন্দুনা মীকপ থোকহনবীয়ু শেন্দোইগী লেন্দুম্না তারক্লিঙৈ লৱাই লেমফুদা।

---

মীতৌ তম্লিংলবদি নরৌশিং লৈয়ু।

# অহিংসে থেংজিল্লক্লে

**ঙসি** য়োহেনবগী পুন্সি হোংবা নুমিৎনি। য়াইসনা ঙসিদি ইমুংদুগী মৌ ওইনা লাক্লে। মখোয় অনীগী অনৌবা পুন্সি খোঙচৎতুবু য়াইফ-ৱাহে পীবীবা ময়ামসু লাক্লরি। ঙাইহাক্কী মতুংদা ইরাং লাংলম্বা মীয়ামদো মরী-মরী ময়ুম্ তপ্না তপ্না হন্নখ্রে। ইচাই চাইরবা ময়াম্না চাবম থক্লম্বগী মথী-মকুমশিংদু শুমাং কোল্ছোংদৈ তাশিন খোমজিন্নরক্লি। খরনা ফক চৌক্রি, টেবলশিংদু লোইশিল্লি। খরনা থাল্লম্বা টুইব লাইটশিং মরী-মরী শিথরক্লি। য়াইসনাবু থিনবা লাক্লম্বা মপামলোমগী মীওইশিংদুসু হন্নখ্রে। চান্নজবী লৈকাইগী মরোই মনাওশিং, মতারোইশিংগসু পুকমেন পাউমেন্নরম্লগা চৎখ্রে। মতমদু নুমিদাং পুং মাপল লৈখৎলক্লে। য়োহেনবগী মমান্নবা অনী-অহুমদু নত্তনা অতৈদি ইবৈ লৈশিল্লক্লে। য়োহেনবা মতাওশিংদুগা,

— ভাই ঙসিদগী হৌগদৌবিবা পুন্সিগী লানফমদা মাইপাকপা, অচংবা, অৱাংবা কাবা ঙম্বা ওইবিয়ু।

— ভাই, ঐগী পুক্লিং থৌনা থৌগৎপীবগীদমক, থাগৎচরি।

— ঙসিগী অহিংসে পুন্সিগী তাংলবা, মতম পুম্বদা ইশং শংদুনতা লৈহৌরগদৌবা অহিং হায়বদো ওইবিয়ু। নিংশিংবনা পুন্সিগী হিংনবগী মচলনি। নিংশিং নিংশিংলগা থুম্বা হেল্লকপা ৱারী অমা ওইহনবীহৌ। ভাই মাই পাকপা ওইবিয়ু।

— ঐ লোইনমক খঙজিঞ্জরে ভাই, অফবা অহিং।

— ঙাইঙমদ্রবরো, তাল্লকইদুনা, অমদো হৌদোং লাবনা চেন্দুনা পুখিরোইয়ে। ঙাইঙমদবা তৌগনো, অদো চৎলমদাইসিদা শীদ হীদাক অমত্তগা হায়বীরমগে, ফিল্মগী অফাওবা অইবা অমা ওইগে হায়রবদি অফবা হীরো ওইবা য়াগদৌবা নচা নুপা অমা হান্না হোৎনৌ খঙলেদনা। অদুগা অফবা অহিংদি ঐখোয়গী নত্তে, নঙগীনে। নঙতা নত্তনা অনৌবীদুসু ঙাইবদা ৱারম্লনি চংহৌরো, য়াইফরো!

---

[illegible]

নিংথিরবা অশেংবা ফিরোল শেৎ-ইন্দুনা খুউ-খুদক চন্দুনা য়াইসনা মচু-তানা লৈতেংদুনা নান্না থারিবা ফমুংথক্তা য়োহেনববু ঙাইদুনা ফম্লি। টেবল মচা ফমুংদুই নাকন্দা থারিবদুদা ঈশিং লিক্লি গ্লাস অমগা, শঙ্গোম্না ওক্লি য়ৌরবা খুজাই অদুগী মথক্তা কাজু বাদাম্না চোল্লবা তেংকোৎতু লৈরি। মদুদা য়াইসনা মীৎয়েং তানা-তানা নিংশিংলকখি অহানবা মহাক্কী পুন্সি লৈপুনগী অহিংদো। ঙসিগী পুন্সি লৈপুনগী অহিংসে মাগীদি অহানবা নত্তে অনীশুবনি। মহাক নুংশি ব্রাইথুংনরুরবীনি। মহাক্কী অহানবা নুপাদো চহী মরী খঙনা চান্নদুনা য়ুম্বাল লম্বীদুদা চংমিন্নখিবনি। অদুবু চহী অমা য়ৌনা চৎখিদে, কাইখি। লাইরিক লাইশুদা থব্রায় চংজবী ওইরকপনা মীমাং-মীপান থোক্কুনা, মমান্নবী তিন্নদুনা, মীরক থোকপসু য়াওরক্তে। চহী শাংজরবসু মহাক্কা নুপাদুগা শক্কা-শক্কা উনদুনা ব্রারী-ব্রাতাই শান্নখিবদি মঙা-তরুকলক কুম্বতনি। অয়াম্বনা ফোন্দা, চিঠিদা ব্রারী শান্নদুনা অপেনবা পোক্লখিবনি। অশেংবা মশক্তি মহাক নুপাদুগা ফনা নক্লখিবা মান্দুনসু নুপাদুসু মশক মুন্না খঙখিদনা চৎনবীগী ওইনা পুন্সি লীপুনগী মরিদু শেমখিবনি। লৈমিন্নরক্লবা কান্দা থেংলবসু থেংনা নুপাদুবু মশক খঙলকখিবনি। নুপাদু নুপা অমা ওইবগী মপাঙ্গল য়াওদ্রবা নুপী লোয়নবা ঙমদ্রবা, পাঙ্গল ময়েং তাববা মীশক্লি। মতম শাংনা নিষাদা লাইচুরকপদগী মশাগী ব্রাখল লৌশিং মাঙলুববনি।

তশেংনা হায়রবদা মীদি ওইরিবা অদুবু মনুংদদি শোয়নাইরবা মীশক্লি। হীদাক গুলি, চাদুনা কাপ্তুনা মী মান্ননবা হিংলিবা শক্তম অমনি। চাশিনসি মরু হুন্দোক্লসি মতোং তারবা শক্তমদুবু চহী ফানিংচিৎ খাঙবা ঙম্বমখৈ খাঙবা হোৎনখি অদুবু নোংমা-নোংমাগী মীগা মান্নদবা লীচৎ-শাজৎতুনা, পুন্সি খাঙঙুথক্তা মাঙলদ্রা কিরকপদগী পালেম-পন্থৌ অনীদুনা ব্রায়েলশঙদা মখোয় অনীবু তোখাই তোখায়হনখিবনি। অশেংবা তাইবংগী মরক তিন্দনা লাইরিক্কী তাইবংনা পুম্নমক্লি খল্লুবগী চৈফম ফংলবী য়াইসনা মমিৎ পাংলকখি, মীরক তিন্দবসু য়াদবগী মরু ওইবা খঙলকখি। লৌশিং অমদি থৌদোক তুনা চৎতবা য়াদে। মপামদা চহী অমা-অনী লৈরবা মতুংদনি, য়োহেনবগা মাগা থেংনখিবা। য়োহেনবনা মাবু ঙাউজখি, পুন্সিগী ওইবা পান্বদগী অহল-লমন থাদুনা কন্না হায়জা নোঞ্জহনখি। য়াইসনাগী ফিভমদুনা চমম্লবা লৈচিল নোংফাইনা কুপ্লরবসু থম্মোয় ব্রাখল খুদিংদা, য়োহেনবগীদি পুক্রিং হোংখিদে। তাইবংদা শোয়দবা ঙম্বা কনাবু লৈবগে, তমথীরবা অহিংগী মংলানদো হৌজিক্তি নোংঙানবগী নিংথিবা মঙালনি য়ৌরক্লবনি। মদুমক্লা মখোয় অনীগী পুন্সি লৈপুনগী থৌরমদু পাঙথোকখিবনি। মহাক্লা য়াইসনাবু হল্লকপীনি হায়বা খঙনা-খঙনা মাগী নুংশিরব্বা থম্মোয়না মাবু তশেংনা নুংশিবা অমদি য়ানিংনা লৌবগী খুদম উৎখিবনি। কয়াদা চাউরবা নুংশিবগী মশক অমনো ? য়াইসনাসু মদুমঙাই মহাকসু য়োহেনবগী চমজরবা মতৌ, ব্রাঙাংদা নমদুনা য়ারকখিবনি। মহাক্কীসু কয়াদা চাউরবা চাংয়েং, কখোকপগী মশক অমনো? অদুবু খঙদে য়াইসনা মশাদা করিনো হাইঙম-ফোঙঙমদবা, তুজুংবা, মশানা মশাদা মীপাইজবা, হৈনজদবা, পীকথনা ব্রাখল

খঞ্জবা অদুমদি লাপথোক্লা থম্না শুকঙম ঙমজদে। মশাদা অখাক অরাওগা লোয়নননা নোং পুবা অমুবা লৈচিলশিংনা ওমশিল্লকপগুম ফাওরি। ব্রাখলদুদা নুংবংনরিঙৈ য়োহেনবা চংলকপা খঙহৌদে।

নোংপোক্তগী ঙাংঙ্লান্নরা থোরকপা অয়ুক্কী কোরৌ মশক্কুম, য়াইসনাগী শকফম অদুক য়ৌনা চংখোন্না ফজরমগনি, নিংথিরমগনি হায়বা য়োহেনবনা খনখিবা লৈত্রি। ঙসি অহিংগী ফজবতনা লৈতেংলবা মখোয় অনীখক্তা ঙাইরবা মতমদুদা উবা য়াইসনাগী শকফমদো মংদা উবা হেলোইগুম তনিকখি, মপান নাইদনা ফজবী ওইখি। মাগী ব্রাখলদা নোংমদোল থাজবু খুৎনা লাম্বা (শোকচবা) ফংলদৌবগুম্ তনিক-তনিকলকই, অদুবু মতৌ করম্না মনাক্তা চংশিনগনি, লম্বী ফংনবা খনবদা অব্রাবা অমসু ওইদবা নত্তে। নোংদোলথক্কী থাজবু করম্না খুৎনা শোক্লগদগে খনবদা মহাক ইশোন শোষ্থে। মদুগীসু মরম খরদি তরং-তরংলি। মহাক নিংশিংলকই- লুহোংঙ্ৰিঙৈ মাংওইননা ''ঈ চাংয়েং তৌবগী ফল'' খঙনরবা মতুংদা মখোয় অনীনা পুক্লিং ব্রা খরা চীন্দমনখিবদো, ইকাই-ইকাই চীনহংনখিবদো -

য়াই - ব্রাফম অমত্তা ..... অদুদা .....

য়ো - খনবীগনো হায়বীয়ো ? করিমত্তা কায়দে, হায়বীনিংবদো চীংনবীদনা!

য়াই - ঐবু হায়দোইসিবু ....

য়ো - হাইবফাও হৌবিদ্রি ... কাউখ্রবরো ?

য়াই - অদুগী নৎতিয়ে, হায়রসিরনে, লান্না খনবীগনু ঐবু ব্রাফমসে ঐ ... অদুবু হায়দবদি য়াদে, পুক্সিসিমগী নিংঙমদবা থোকপসু য়াই, খরদি লুমজনা ...

য়ো - অদুবু হায়বিনিংদো হায়বিদনদি করম্না খঙজবা ঙমগনি, পুক্লিংগী ব্রাদি চীনবান ব্রাংমা লান্দ্রিঙৈ ময়েক শেংদবনে। পুক্সিবু তরাই-তরাইনা হেক্তা লৌবা য়াবা কাউশিংমকসু নত্তে। ঐসু খঙঙি নঙনা হায়নিংলিংবদো, নহাক নয়ুম পাল্লুরবীনি, সিনৎত্রা ? ঐ নঙগী ওইখিবা ফিভম লোইনা ময়েক শেংলে। ঐগী খোঙফম ইশানা খঙনা থাংজিল্লকপনি। নঙগী লেন্নিবা পুক্সি ঐতগী ওইনিংঙি। নঙগী নুংশি লৈনমদা ঐবু হিংহনবীয়ু। শোয়খিবা পুক্সিগী খোঙথাং অমনা পুক্সিবু লোইবে খনবদি ঐ নঙোন্দা খলহন্নিংদে। শোয়দবা কনাবু য়াওবগে ? পুক্সিসে অঙৌ-অমুগী মচু অনীখক্তদা হিংবা য়াদে, মচু অতৈসু থেংনবা ঙম্নবা হোৎনগদৌবনে। নহাকপু ঐগী পুক্সি খোঙবুরোই ওইবদা ঐ চাউথোকচগনি। ঐ খঙঙি নহাক ঐগী ইমুংগী নিয়ম চুম্না য়ুম্নুরেনবী, লোইনবী, মৌ, মমা অমা ওইনা শাফোঙলক্কনি।

য়াই - ঐবু অদুক য়ৌনসু খনজিনবীখিনু, ব্রাফমদু ঐনা ঙাকপা ঙমগদৌরিবরা খনবদা ঐ ইশা ইথম্না কিবসু পোকই। ঐগীদি খোঙথাংসে তরাইবদি নত্তে। ইপাক্তা মনিং তম্না তাউজবা উনাদুসু ওইবা ঙমজদবীনি। ঐগী থীরুরবা মীংচৎ মপোকসিমৈ

চামদুনা কোক্লরোই। ঐসে লুখাক ওইরবা পুন্সি হায়বদুনি, ঐ খনবদা থাজদবা ফাওই, নহাক্লা ঐহাকপু ঐগী করিদা খোইজংদুনা কমদৌনা খোঙফমসিদা পুথনিংলিবনো ? ঐদি মৈরিনি নম্বোরিবসে, মৈরিসিবু মৈবাইহন্দবা ওম্বীগদৌরিবরা ? সমাজ অসিদা ঐগুম্বীবু নঙগীনি হায়না তাকপদা ইকায়বা .... নপানচাবী কয়ানা নহাকপু ভাইদুনা লৈরমগনি, নহাকসু মখোয়বু খনবীয়দনা ঐগীদি খনবীদ্রবসু ...!!

য়ো - কলেজ অমগী মশক নাইরবী লেকচরর অমনা অদুম্না খনবা অমদি হায়বা মতিক চাদে, পকচদে। থম্মোয় খরা পাকথোকপীয়ু, খুরবা পুক্লিংগী কানুংদুদগী মপান থোকপীরক্লুনা পাক চাউশ্রবা তাইবংসিদা তিনবীয়ু। পীক্লবা কা অমগী মনুংদা চাউরবা তাইবংসে মশক খঙনবা হোৎনবীগনু, নৈনবীগনু। মপালগী অশেংবা তাইবংগী ঈশিং নুংশিৎকা তোৎনা-তিন্ননবা হোৎনবিয়ু। পুন্সিসে মশক থোক্লা ঙাল্লক্লনি। নঙগী থম্মোয়গী অমমম্বসু কোক্লক্লনি।

ঐনা ফমুংগী মচি অমদা তাউরিবা তাইবংদো কাইরকপদো, ঐঙোন্দা ব্রাহৈ অমত্তা হায়বা ঙমদনা ঐগী ইতৌবু য়াইসনাগী ইকাই-নুংশি মীৎয়েংনা য়েংদুনা লৈরম্বদু উবদা মহাক ইকায়দুনা লুকথখি। মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমথরগা তনৌরবী খুৎশাশিংদু পায়দুনা মাইথোংদুদা য়েংলদুনা হায়,

য়ো - করি খল্লিনো ?

য়াই - খল্লিবনি, নহাক্লা করিবু খল্লিবা ?

য়ো - করিবু মানগে, ঐগী ওইরবী নঙগী নত্তনা !

য়াই - করিবুনো খনবীরল্লিবু, অদুক খোইজংনা ঐবু!

য়ো - নঙসে ঙসিদি য়াম্না ফজে, লাইগী মচা মাল্লি, য়াম্না নুংশিচেনবীগুম লৈনম চাউই, হেক্লুনা চাবদা তশেংনা হাওগদৌবা উমংগী উহৈগুমসু নিংঙি ...

য়াই - ব্রাহৈগী লৈতেং শেম্বগদি য়াম্না হৈরিবজাৎনিদনা!

য়ো - অদুবুদি মরক-ময়াগী খোনজৈনিদনা, হায়সু হায়বনি, ঙসিদি নঙসে পুরা মপুং ফারগদৌবী নোংমা ব্রাৎলিবী থানিল নৎত্রগা লাইগী মচাগুম শুমহৎলি, তশেংনমক নহাক য়াইচেনবা হীরাগা পাঙখক্লি, অদুদা ...

য়াই - অদুদা .... করি অমুক নহাক্কী য়াইসনাদা (মরক থৎতুনা)

য়ো - নঙগী ঐগী হিংলকপা পুন্সি মহিং, থাক য়াম্না খেৎনৈ, য়েংঙু ঐদি ইচম-চম্না খোনজৈজবা পামজবা মীশক্লি। থোইদোক-হেন্দোকপা মীয়ামগী মনি ওইবসু ঙমজদ্রি। ঐগী য়ুম্লে কৈরে নঙোন্দগী তোম্বনা লৈরকই, নঙগী ঐগী পুন্সি হিংবগী মওংসু খেৎনৈ। নঙদি মঙাল চাউবী নহৈ-নশিংগী পুকৈনি। মীয়াম্না শকখঙনরক্লিবা

কলেজ অমগী নশক-নতৌ চংখোনবী লেকচরর অমনি, নঙগী ঐগী মরক্তা লৈরিবা খেৎনবশিংসিনা তুংদা ঐখোয়নিবু য়ুম্বাল পুন্সিদা ফিজং অমগী পোৎলুম ওইহল্লনিংদে। থৌদোক মচা-মচানা ঈরোই মপোৎ ফাহন্দুনা তংদু-লৈতাহন্দবা, চয়েৎ-খোয়েৎনবা অমগী মরু হুলহনবদি ঐ পামদে। অদুগীদমক্তা ঐনা কৈদৌনুংদা নঙগী ননীংতম্বা পুন্সিদা ঐ খুৎ থিংজিল্লোই হায়নসু খল্লি। অদুবু করিগুম্বদা নঙগী ননিংতম্বদুনা ঐগী থম্মোয় শোকহনবা য়াবা নৎত্রগা ঐখোয় অনীগী য়ুম্বাল পুন্সিদা ময়ি চৎহনবা য়াবা ওইগনি হায়না চীংনবা লৈরবদি ব্রাফমদু মাংজৌননা অমুক্তং ঐঙোন্দা হৌদোক্লম্মু। ঐসু খঙভিদা নহাক লৌশিং লৈবী, পুক্নিং ইহুল মশক খঙবী লোইনবী অমা ওইবতা নত্তনা ব্রাফমসে হৌদোক্লবসু হেন্না ভাব তারবীনি হায়বদা ঐ চীংনবা পোক্কে ...

য়াই - (হাইফেৎ নোক্লগা) মমাংগী নহাক্কী পুন্সি নহাক্কীনি, মদো নহাক্কী অহানবা পুন্সি লমায়নি। মমাংগী ঐগী পুন্সিসু ঐগীনি, মদো ঐহাক্কী অহানবা পুন্সি লমায়নি। ঙসিদগী হৌগদৌরিবা নঙ ঐগী পুন্সিসিনা নঙ ঐগী অহানবা পুন্সিশিংদুদগী তোখায়রবা লমায় অমনি অহুমশুবা লমায়। লামায় অসিদা ঐখোয়নিগী পুন্সি ইনাও করম্না হোনগদগে হায়বদো নঙ ঐনা ইমিন্নবগী তঙাইফদবা লৈ। মসিমদি হৌখিবগা চয়েৎনহনগুমসি, তরং তরংহনসি। ঙসিদগী নহাক ঐগীদি মীৎনা উজবা ফংলবা থম্মোয়সিগী লাইনি, নিংজরিবা লাইসিগী য়াথংতবু ইখৌলাংজরিবীনি ঐদি। অমুকসু নহাক্তি ঐগী পুন্সিগী মমি তারিবা শকয়েং মীংশেলনি। শকয়েং মীংশেলবু মোৎহল্লবদি তারিবা পুন্সি মশক অসিসু শোয়দনা মোৎকনি। শকয়েং মীংশেলবু থুগায়রবদি ইমিসে কাইরবা মচেৎ খুদিংদা চৈখায়রক্কনি। শকয়েং মীংশেলবু লুনা লৌজবনা, নয়াথং লুম্না ইনজবনা ঐগীদি ইথৌদাং ওইজনিংবীনি। ঐনা ফনা থাক ব্রাংলে খনবীরবসু ঐগী মপু নঙোন্দগীদি কৈদৌনুং হেনবা য়ারোই। থানা নুমিৎকী মপাল তাংজবনি, নুমিৎনা থাগী মপাল তাংবা ওইথোক্তবনি। ঐগীদি নঙোন্দগী হেন্না ব্রাংবা তাইবংসিদা অনি শুরোই। মালেম্না খুদম্নি।

(ফক্লাংদা থেৎলিবা ঘড়ীদুদৈ শুর নাইরবা খোঞ্চাং য়ৈরকই, য়েংখৎখিবদা উরে)

য়ো - উরেদনা অহিংগী পুং তরানিথোইনি য়ৈরিবসে, নঙ ঐঙোন্দা অচিকপসিনা করি পাউমেল্লক্লি খঙবরা নঙ ?

য়াই - (খঙজিন্নদবা শাদুনা) করি হায়রিবা ।

য়ো - (নোক্লদুনা) মৌ অনৌবীসে য়াহৌ ঙনগদৌবনিনা, তৌগদৌবদো তৌহৈরে ব্রারী মখাদি হয়েংগী থাক্লো "অহিংসে থেংজিল্লক্লে"।

(ঙাল্লম্বা মৈ মমখি)

ম-[illegible]

